অনথা—শ্রীরাসবিহারী সিংহ,
আর বি প্রিন্টিং হাওস্
নাগা মপাল,
ইম্ফাল, মণিপুর।

ফোঙবা—থোইজি মশা।

অহ'নবা ফোঙবা—১৮৭২ শকাব্দ
অনীশুবা ফোঙবা—১৯০৫ „
অহুমশুবা ফোঙবা—১৯১১ „

লাইরিক মশীং—৫০০ (চাময়া)।
মমল—লুপা ৪৫ দনি।

ফংফম—মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
পাউনা বাজার
ইম্ফাল—৭৯৫০০১ (মণিপুর)।

*A letter from Rajkumar Shitaljit Singh B.A.,*
*an eminent Meitei writer.*

IMPHAL,
**Dated 25th, October, 1950**

To

**Sjt. A. Minaketan Singh,**
Imphal.

My dear cousin,

I am very glad to see your work of criticism under the title of 'Meitei-Upanyasa' which not only reveals your deep scholarship as well as your high command over the Meitei language, but also enriches the literary Manipur. I am also indebted to you that you have directed your searching eyes to the grammatical faults with my books. This kindly discovery will not only help my language move towards its perfection, but will serve also as a pointer to the writers.

I am surprised to see also that the intimate relation between the writers and yourself has not stood in your way of making an unscrupulous judgment with an equal show of all their merits and demerits. I know well, besides being a cousin and loving friend of mine, you are also a a friend to Dr. Kamal Singh, a colleague and relative to

parts of the world to the advantage of beginner-writers and students. In brief it teaches the readers to be imaginative in reading and critical in appreciation.

I am confident that he will have his niche in the heirarchy of Manipuri literature by this work alone and it will meet with an appreciative response from the reading public.

**Manihar Singh, B. A.**
**20 11 50**

# FOREWORD

It is a pity that in Manipur none have so far ever cared to bring out any work on the criticism of any literary book classical and modern. The result has been the lavish writings of many persons in the name of literature. Afraid lest the continuance of the same spirit should degenerate rather than generate literature, Shri A Minaketan Singh has brought out this book for the first time in the literary history of Manipur. It is a grand success of an attempt at involving a spirit of renaissance in Manipuri literature, and after reading the book one would, indeed, feel proud of the vast potentialities.

Gifted with originality and surcharged with wide experiences gathered in his tours of Northern India in the realms of philosophy, science, history, politics, Vedanta, Nyaya and other branches of study, he has, after strenuous efforts presented this book of criticism on novels, first to the writers and the reading public showing the way of true criticism and bringing out all the niceties of literature and doing poetic justice with the proper estimation of merits and demerits of the writers and the human characters conceived in the novels criticised, and with the mind purged of bias of all sorts.

While judging as for instance, the true estimate of an aspect of 'love' of the human characters in the novels he gives out a series of definition of 'love' in all its manifestations to see to which category of 'love' the one of the novelist belongs ahd he sometimes suggests the

right kind of 'love' the character would have deserved according to the context, and this shows the depth of his scholasticism, and the pen-picture of varied loves and the ideals he enunciates, may profitably be utilised by promising writers as their back-ground to build new dramas or novels or themes of literature upon.

The universal elements of human nature and the ideal relations of mankind as mirrored by him while interpreting the characters are worthy of admiration and application to the practical courses of a fuller and nobler life which is the aspiration of all writers, and the more a writer can help accomplish this the more is he great.

It proves sufficiently the lavish wealth and a strong retentive memory of the writer in that without the aid of a home or public or State Library he, besides fully revealing his genius and originality is quoting a lot of references and apt illustrations from a number of classical and modern leading literatures of most of the nationalities in judging by contrast and comparisions the real worth of the characters so as to make his book at once thought-provoking and instructive to writers and readers alike in the sphere of philosophy, science, logic, history, geography, mathemetics, music, painting and several other branches or the study of man and lower animals.

This book is also in a manner a history of Manipuri literature and it will be a treasure to thinkers of literature. To many it will appear that this criticism is more instructive and of educative value to the readers and writers than the originals since in the originals the writers mostly

exhibit one aspect or interpretation of their themes and ethics only.

The similes used are lucid and scientific and drawn from highly instructive sources. By a blending of the hidden secrets and beauties of the past and the present, he has given birth to a novelty of style and language touching the genius and popular taste of the time, and this, it is hoped, will serve as a model to writers It adds a richness in language, a force and fire in his logical arguments (sometimes so forceful that he forgets that the goal is scored or the ball is already inside the goal post, yet he struggles for it) a tenderness and bloom in feeling, a deep insight into the larger sense of humanity with all shades of philosophy of life, spiritual and material—hitherto sparingly attained. He is writing both for art for art's sake and art for service's sake.

'Love' has a thousand varied notes to move the human heart and some of his varied aspects of 'love', 'wealth', 'human soul' etc. applied as tests while criticising some of the characters in the novels are highly philosophical and worth-studying.

It is hoped that the gallery which this small but comprehensive book will present to the reader will help him more than any fore-word. It is, in short, a sapient hall which reader is invited to enter.

Born in 1828 Sakabda of a family keenly interested in literature he could imbibe at an early age the taste for literature. He passed B.A in 1852 Sakabda and presented 'Basanta Seireng' (poem, text book for I.A.), Sita Vanabas' (poetical

drama ), 'Tonu-Laijing-Lembi' ( poetical drama ), and 'Ngangoi Pareng' (historical anecdotes) to the reading public. While an S D.C. of Manipur State he had had the opportunities of coming in contact with peoples of different tastes and could have a proper study of the people and their ideals. He performed many a tour of Northern India and got himself well conversant with Nyaya, Vedanta, taste and culture of the peoples of India in Sanskrit, Hindi, Bengali, Assamese, Meithili etc. and in antiquarian studies of Manipur by becoming a Member of the Bibodha Janani Sabha, a Historical Research Organisation of Manipur.

**S. Gourhari Singh, B.A.**
*Hony. Member, Education Standing Committee, Manipur State and Bibodha Janani Sabha, Manipur.*

IMPHAL,
The 17th. Nov,. 1950

# ঋণ-স্বীকার-পত্রম্

পুজ্যপাদ

শ্রীবিজয়চন্দ্র সিংহেষু।

তাত,

পুনশি-খোঙফম্না লমদাং খুদোংথীবদদা তানঙাই তোঙ্গিনথিবা লম্মল ঙসিফাওবদা মচেৎ অমত্তফাওবা শিংবা ঙমদ্রি; পুনশি-খোঙগাপ্পা চাওশিন্নবক্লবনা লোইনহোবা ঙমগনিগু উশল্লক্তে। তুংগী খোঙফম অমদা করিগুম্বা থরায় অনীনা থেংনরুবা থোক্লবা নীসংনত্নুনা অনীমক্না লম্মল লোইনক্নসত্ন নীঙভুবনা

ঙসি ঐগী 'মৈতৈ উপন্যাস' গী লামায়দা লম্মল লৈরি কাউনদনীঙাই ইথুংনা ইমিং তারবনি। ইতি

শতশঃ ঋণী

শ্রীমীনকেতন সিংহ।

মেয়া তরামাখোইনি-পানবা, থাংজা চুম্বিৎ,

১৮৭২ শক।

## কৃতজ্ঞতা-স্বীকার

মণিপুর ষ্টেট সরকারদগী সবসিডী থৱদং লাকপা য়ানা লৈরি। অতুনোং মাননীয় সরকারদা ধন্যবাদনা মাঙদা থা উচ্চরি কৃতজ্ঞতা ইকোক লোন।

গ্রন্থকর্তা

# অর্জী

চহী চনীয়াইঙ্খোংরামগী অদুবাইদগী হৌনা অবধী, মৈথিলী অমদি গৌড়ীয় সাহিত্যগী ঈংাউনা অতৎ-অথম লৈতনা লৈশিল্লকপদগী খোংলম মৃৎনীং মৃৎনীং তৌরুরবী মৈতৈরোলগী তুরম শেংবা হোৎনরম্বা স্বর্গীয় ডাক্তর শ্রীলামাবম কমলসিংহ সাহিত্য-রত্ন, শেংহৌরিবা শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবাসিংহ সাহিত্য-রত্ন, শেংবা হোৎনরিবা শ্রীশীতলজিৎসিংহ রাজকুমার বি এ, শ্রীকোইরেংসিংহ বি এ ··· ··· নচিংবা, অনৌবা মৈতৈ সাহিত্যগী মায়কৈগী দগীদি খুমাবা থোর্কজগী পৈঙ্খদা থম্বা তারবা লাইরিক-ইবশিং অসিগী লাইরিকশিং অসি অংশায়-অঙাম ফনা য়াওত্ননদ মদু থিরুনীঙাই ওইদ্রবা, অমরোমদনা হুংশিনা থর্বায়মক য়াওনা থাদ কোন্দুনা থম্নীঙাই ওইরবা ঙাক্তনি হায়বা খঙবনা মথোয়গী মরমদা, মৈতৈ ইমারোম্না তুরম পাক্লা চাউনা ঈপন্দনা চেঞ্চবা পাম্মুবদগী সমালোচক-কী ফিদা লৌরুবনা, থরদং ঙাঙকম থোক্তুনা ঙাঙুবনা মরম্মতুনা, মথোয়গী অফবদ ঙাঙ ফত্তবমথৈনা লোৎশিল, হুংশিজবা উৎফম থোকপা ধর্ম্ম 'সর্বধর্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ। অহং ত্বাং সর্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ' হায়না তক্তুনা জগত্তা তাকপীরিবা ভগবান শ্রীবাসুদেববু নীংসংজতুনা থাদোকচরিবসী ভাবুক-ওইবা থম্মোয় থুদিংমক্লা ঙাকপীননীঙাই ওইররোইদ্রা!

গ্রন্থকর্ত্তা।

# সূচী-পত্র

# মৈত�ै উপন্যাস

## অহানবা মতাং

# মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসগী উৎপত্তি অমসুং বিকাশ

মণিপুর চীংগী পল্লোম্নুংদা চিপক তাবা লম্নি। লমদাংনা লমথাই ওইনা থোক্লুবা, মশানা লমদাইবুং ওইনা তৌরুবা, মওং অনীসিনা মরম ওই ইতিহাসকী ইন্থুংনা ভাব্রিতৈ থক্কী মীনা থারোম হাথরকপদমু, তুংইন অমুক থাগীনা থক্লোম হাগৎলকপদমু মনীং থর থর অদুম তাহৌই। অদুগুম নোংচুপকী মীনা নোংপোক্লোম হাজিল্লকপদমু, তুংইন অমুক নোংপোক্কীনা নোংচুপ্লোম হাদোরকপদমু মনীং থর থর অদুম তাহৌই। ইতিহাসকী ইন্থুংনা ভাল্লকটে মতমদমু অদুমওয়, থোকখি অদুম্মক অদুম। অদুনা, লৈবাক অসি পীক্লে পীক্লা মীথিত্তদি মহাদেশমকীদু মঙোন্দা অদুম শুবদোনা থোকখি। অদুনোং অনেম অরাং জাতি উপজাতি কয়াগী অপুনবা কুপ্তিনা মশাগী অদুম ওই তোপ্তোপ অদুম চৎখি।

লৈবাক্লিনা মশক কন্না নাইবা হৌখিবসি ভারতকী পুরাণগী যুগদনি। বৃহত্তর ভারতকী সুবর্ণভূমিগী অরাং লমথৈদা তারুবনা হিন্দুগা কন্না শম্নখি। ময়েক লৈখি, লাইরিক থম্বা হৌখি। মফম মতম মওং লোইনা নম আধ্যাত্মিক, মানসিক, ভৌতিক ক্ষেত্র অহমদা কাবক নীংখিনা চাওখৎনা লাকখি। পানখি তোপ্তোপ নোংপোক লমথৈদা পীক্লা মঙাল চাউনা মণিপুর।

তরামঙাসুবা শতাব্দীনা লোইনিং লোইমা তৌরকপা অদুবাইদা মতাংমদা লাকখি বৈষ্ণবধর্ম্মগী ঈথৈ'মা। লাকখি কয়ামসু মথং মথং অদুম। চহী চনীমুক্তী অদুবাইদদি নিমান্দীনা নিংথৌপনগী ধর্ম্ম ওইরে; হেক থংবা নিংথৌগীদনা রামান্দীনা লৈবাক-নিংথৌ পনগী অদুম ওইরে; হেক মথংগীদা হঞ্জিল্লে নিমান্দী অমুক। লৈবাকনিংথৌ পনগী ওইননি হন্দক্তি। অদুবু গৌড়ীয় বৈষ্ণবধর্ম্মনা তম্ন' চুপশিন মশানা অদুম লৈবাকনিংথৌ পনগী ওইরে। লেপ্লে তুংইন বৈষ্ণব কৃষ্টিনা লৈবাক্তা মপুং, ওইরে বৈষ্ণব শিক্ষাদীক্ষানা জাতিগী অদুম। জাতিগী ময়েক, জাতিগী লাইরিক লাইশু নিংথৌ পন্দনা লোয়শঙ পুবা পণ্ডিত থরদগী লৈবাক পন্দনা অশে অমাই পরেং থরগীদ অদুম ওইরে।

খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯১ দা মণিপুর বৃটিশনা লৌই। ১৮৯৩ দা স্কুল লিংঙি। বৈষ্ণব কৃষ্টিনা মপুং ওইবা, বৈষ্ণব শিক্ষাদীক্ষানা মপুং চংপা, সংস্কৃত বাঙ্গলা কন্না শীজিন্নবা উবদা বাঙ্গলাগী মাধ্যমদা শিক্ষা পীংবা শীনখি। স্কুল লিংবা কুমসিদগী চৎলিবা শতাব্দীসিগী অহানবা শরুক লোইনিং লোইমা তৌবফাওগী মতুংদা শিক্ষা ফংখিবা মৈতৈমচাশিংদি বাঙ্গলা সাহিত্যদা হৌখিবা, সংস্কৃতকী মনম থরদংদ ওইরবসু ফংখিবা ঙাক্তি। সংস্কৃতকীদি অয়াম্বা মনম থর থরদ ফংনবনি, বাঙ্গলাগীদি চৈগোল্ডগী মরোল ওইনা তম্নমল মতুং থীৎনা জ্ঞান ফংনবা ঙাক্তি। মতম অদু বঙ্কিমযুগীয় সাহিত্যনা পুরি। অদুনা যুগ অসিগী সাহিত্য মশক মুন্না থঙবা ঙাক্তি অয়াম্বা।

অমরোমদনা, মৈতৈ ময়েক মৈতৈ লাইরিক চনখি লোইনা লুবাক, চনখি লোইনা ট্রাব। যুগ অসিগী লাইরিক হৈবা কনামত হৈখিদে মৈতৈ ময়েক শঙখিদে মৈতৈ লাইরিক ফংখিদে অদুনা মশাগী মরোল

মশাগী সাহিত্যগী মনম শিংদুফাও। আধুনিক মণিপুরি সাহিত্য বৃটিশ আমলগী অনৌবা শিক্ষাগী মবদাগনি। চৎলি অতুনোং মসিমদি স্বতন্ত্র, লৈতে খোইনা জাতিগী প্রাচীন অমদি মধ্যযুগীয় সাহিত্যগা লৈনভম খোকপা মরী। থায়নচৈ বৈষ্ণবধর্মগী হৈথে'মা ল্যাকথিবগুম লাকথিবনি, বৃটিশ আমলদা বাঙলা সাহিত্যগী হৈথে'মা। খেন্নবা হায়রবদু থায়নগীনা মদোম অতুম লাকচথিবা, অকোওবগী খোওইনা পুশিল্লবগী রাদনি। হৈথেমক্তি, মথক্তা অতুম পনগ্রবনি, বাঙ্কিমযুগীয় সাহিত্যগীনি।

## বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

খ্রীষ্টগী কুমজা ১৮৩৮দা চব্বিশ পরগণাগী কাঁঠালপাড়াদা পোকই। মপাবুংদি মেদিনীপুর জেলাগী ডেপুটি কলেক্টরনি। চহী মঙাদা বিদ্যারম্ভ তৌই। খুনগংগী গুরু'মদা দশফলা থঙলবা তুং মপাবুং মনাক্তা চৎলি, ইংরাজী স্কুল'মদা তম্মি। মথংদা ময়ুমদা লৈনা লৈনা হুগলি কলেজদা তম্মি। চহী তরামাখোইনীথোইদগী অঙাংনি, অতুবু মশানা লাইব্রেরি পাম্বনা কলেজগা পানা চতুষ্পাঠীদা সংস্কৃত, বাঙ্গালাসু তম্মি। ১৮৫৬ দা প্রেসিডেন্সি কলেজদা আইন তম্মি। ১৮৫৭তা ফার্ষ্ট ডিভিজনদা এন্ট্রেন্স পরীক্ষা পাস তৌই। ১৮৫৮দা নৌনা লিংথৎপা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী বি এ, পরীক্ষা সেকেণ্ড ডিভিজনগী মকোক্তা পাস তৌই। আইন পরীক্ষা থাদ্রিদ্রৈ ডেপুটি ম্যাজিষ্ট্রেট অমসুং ডেপুটি কলেক্টর ওই। কোন্না ১৮৬৯দা বি, এল, পরীক্ষা ফার্ষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌই। সরকারগী থবক চহী কুহুমদোই তৌরবা তু ১৮৯৪দা নোংগায়।

বঙ্কিম চহী তরামঙাদগী ইবা হৌই। মজিষ্ট্রেটকী চিন্নবা পুনশি খোঙম্নদু দম্ম ইবা লেপ্পা লৈখিদে। মহাক্কী কলমদগী থোকখিবা লাইরিক কুহুমরিনি।

অয়াম্বনা মশক নাইবা ওাক্লি। মহাক্মক্তি বাঙ্গলা সাহিত্যদা উপন্যাসকী অবদান তৌ, মশাগী যুগ অমা চৎলু লাকপা মীনি। মহাকথং চোং-থোকখি বাঙ্গলা উপন্যাস, চৎখি মাগী যুগ অমা।

মহাক্কী কলমদগী থোকখিবা উপন্যাসগী পরেং:—

| | |
|---|---|
| ১। দুর্গেশনন্দিনী, | ৮। রাধারাণী, |
| ২। কপালকুণ্ডলা, | ৯। রজনী, |
| ৩। মৃণালিণী, | ১০। কৃষ্ণাকান্তের উইল, |
| ৪। বিষবৃক্ষ, | ১১। রাজসিংহ, |
| ৫। ইন্দিরা, | ১২। আনন্দমঠ, |
| ৬। যুগলাঙ্গুরীয়, | ১৩। দেবী চৌধুরাণী, |
| ৭। চন্দ্রশেখর, | ১৪। সীতারাম. |

উপন্যাসশিং অসিনা বাঙ্গলা সাহিত্যগী দৈতেং ওইবগুম লৈতেং ওইবা কমলাকান্তের দপ্তরনচিংবা প্রবন্ধ কয়া, ধর্ম্মগী ওইবা কৃষ্ণচরিত্রনচিংবা লাইরিক কয়া অমসু লৈরিবনি অদুম। মহাক্কী মগুণনা শুঙ্খৎলবা বঙ্গ সমাজনা থোনখিবনি অদুনোং মহাকপু সাহিত্য সম্রাট্। অসিদ নত্রি লৈরি অমা—থোইথোইবনি, জাতিগী মুক্তিমন্ত্র, 'বন্দে মাতরম্' মহাক্না পীনরম্বনি। কৌনৈ অদুনোং মহাকপু ঋষি বঙ্কিম।

লৈবাক্না নীংদম মাঙ কাং থোং চাই হুংবংনরিঙৈ হৌথিবনি অনৌবা শিক্ষা। মপু পান্দবগী হৌনবা মীরমগী কর্ম্মচারীশিংনা জাতিগী মর্যাদা য়েংদনা মপাম্বোংগী ঈরাং অমদা বাঙ্গলাগী মাধ্যমদা শিক্ষা পীনবা হেক্ক শীনখিবনি। লৈথা তারবা জাতিগী মর্য্যাদা মশানা অদুম ফুগৎনবা শীঞ্জরকখি। খ্রীষ্টগী কুমজা ১৯১৬ তনি, জোনষ্টোন স্কুলগী হোলী'মা

গোবিন্দগী থোগল কায় ; মৈতৈরোলগীনি, স্কুলগী ওজা থাইদেম নোংম্যাইগা ব্রহ্মসভাগী সভ্য ফুরালাৎপম বিধু ধোম্যগা অনীনা পানথৎপনি। ফজে, পাল্লি, মুঙাই। লিংথি কৈশাম্পাৎস্ত মৈতৈরোলগী হোলী। শরুকথি রাংথৈস্ত হাম্না পদাবলি শরুষদগী মৈতৈরোল। ওজাসিনা ড্রামাস্ত মৈতৈরোন্দা শান্নবা হোই। জোনষ্টোন স্কুলগী সরস্বতী পূজাদা মৈতৈরোন্না "পার্থপরাজয়" শাৱে, ওজা মশামক কুম্মি, অর্জুন সাই—পানথি ওক্না লীলা। রাজ সরকারগী এডুকেশন ডিপার্টমেন্টকী সরস্বতী পূজা লীলা কমিটীনস্ত কৌহুনা শাৱে—থেংথি মুংঙাইবা। ডিপার্টমেন্টস্ত মতুংদদি মৈতৈরোন্দা অতুম শান্নরে। "পুত্র পরিচযনি" মথোয়না অহানবা শান্নথিবা। মুঙাইবা অমনা, ১৯১৯দা সনা কোন্নুংদা মৈতৈরোলগী গৌরলীলা অমা শাৱে। লৈবাক্কী অপাল অপিল, মশক নাইবা ওজাশিং ঙাক্ক কুম্মি। শ্রীযুৎমক পুং থোল্লি। পুন্নমক অসিনা পোকথি মতম অতুগী শিক্ষিত সমাজদা লোনগী ঈহৌ অমা। হিংগৎলো মতানি লোল, লাকথি চহী থরদংদগী মচুংদা কোক্‌নি ( Cockney ) অমা, জোন্‌ষ্টোন স্কুলগী ওজাহন ওইননি, এ, আর, ফিল্‌পথস্ ( A R. Philpaths ) কৌই। মহাক্না হেক লাকপগা স্কুলসি হায় স্কুল ওইনবা, লোযননা মৈতৈরোনগীস্ত মেট্রি-কুলেশন এগজামিনেসনগী রিকোগ্নিশন ফংনবা হোৎনথি। পাষ্মি তন্না মরম অনীমক। তুংইন, রাজ সরকারনা নিম্ন প্রাইমারী, উচ্চ প্রাইমারী ছাত্রবৃত্তি পরীক্ষাগী লাইরিকশিংগীদি বাঙ্গলাগীদগী ওজাশিংনা অনুবাদ তৌনবা, তৌবদা বেডা থাংদনবা শীনথি। হায স্কুলগীনা মশানা ইজবা থঙদে অনুবাদ থঙদে কৌথি। মাসিনা ইনীংবশিংদস্ত হান্না থর থর ইরবশিংদস্ত ঈথিল অমা পীথি। পোকথি তুংইন গদ্য পদ্যগী লাইরিকশিং মথং মথং থর থর অসুমসুম। লেপথি মথোয়না আধুনিক সাহিত্যগী

চৈকোক পরেং। পরেংসিদা য়াওরিব উপন্যাস তরুক—মূল লেখ মঙা, অনুবাদ অমা।

উপন্যাস ইংরাজী সাহিত্যনা বাঙ্গলা সাহিত্যদা পীরবনি। অদুগুম বাঙ্গলা সাহিত্যনা অমুক মণিপুরী সাহিত্যদা পীরবনি। মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা উপন্যাস অনৌদি ডাক্তর লামবম কমল সিংহগী "মাধবী" গা ওজা খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহগী "লবঙ্গলতা" গনি।

মাধবী বঙ্কিমগী দুর্গেশনন্দিনীদা তাংদুনা ইরবনি। অতদা দুর্গেশনন্দিনীনা স্যার ৱাল্টর স্কটকী আইভানহোদা কাংবদোনদি তাংদে। দুর্গেশনন্দিনী হিষ্টরিকেল ফিক্সন্নি, ইতিহাসকী ঘটনামদা তোংদুনা তুংশিন্দুনা চোংগী ৱারী অমা ইবনি। মাধবীনা রোমান্টিক্নি, আদর্শবাদদা তোংদুনা তুংশিন্দুনা চোংগী ৱারী অমা ইবনি। অদুনা দুর্গেশনন্দিনীনা মওং অমসুং মতৌ অনী তুন তাংবা, মাধবীনা মতৌদ মতাংবা মওংদি মশাগী অমা অদুম চচ্চবা অসিনি।

দুর্গেশনন্দিনী—

ঐতিহাসিক উপন্যাসনি। ইতিহাসগী ঘটনা অমদা তোংদুনা তুংশি চুচোলগী ৱারী অমা ইবনি।

মুগলশক্তিনা ভারত লোইনা খোপ্পকটুং মচি মচিদা পাঠান শক্তিগা হেক হেক ঙানররকপা, যুদ্ধরকপা মতমগী ৱারনি। গড মান্দারণ নিংথৌ বেন আকবরনসু মিতাই নবাব কতলু খাঁনসু মিতাই। রাজ মানসিংহ মান্দারণগী লাল লাক্লে তাবদা নবাবনা তম্না মখূৎ চনথি। ঘটনাসিগী ক্রমদা তোংদুনা কবিনা ঙম্বা তুংশিবা তুংশি চুঙোলগী ৱারী অমা ইবনি।

জগৎসিংহ নিংথৌ মানসিংহগী মচানি। গড মান্দারণ লাল লাকপদা মান্দারণগী নিংথৌ বীরেন্দ্রসিংহগী মচানুপী তিলোত্তমাগা শৈলেশ্বর মন্দিরদা

থেংনৈ। উনবগা চুংশিংবগা চংশিনবনা হানখি। মহাকথং, নোংমা থুননি, মান্দারণ কোচং মতুংদা পাঠানগী অহিংগী লাল নংঙি। লান্দা থানা শোকই, অশিবা মতম পাঠান কোচুংদা পুই। মাবু উবদা নবাব কতলুখাঁগী মচাচুপী আয়েশাগা মথৱাগ কৎনা চুংশিখি। নৈমকোন্দা ভুমদ হিপ্তুনা লানকমবদগী হিংখি আয়েষা মঙ্কাওমববদি চুঙাইগনিদা হায়বা মঙকম অমা মঙ্দবা চুমখিদে। অদুবু জগৎসিংহনা মড ওই হা ওই জান লাকুন তৌবমদা পনশিনবা তিলোত্তমা হায়বা মিংকন্না তাবদা তৌখি মখম্মোয়না থুরুপ। চিংনরে চিংননা লুপখি অদুবু মাগী প্রেমদা অদুম।

জগৎসিংহ কল্লে মশা। তাবে বীরেন্দ্র হাৎখ্রে. নৈমা বিমলাগা মচা তিলোত্তমাগা নৈমকোন য়োংখ্রে। য়াখিদে সন্ধিগী বা, চঙ্খ্রে অদুনোং কৈতুম।

তিলোত্তমা মুশিংগী খুদোং অমা ফংখি, লাইক অমদগীনি। অদুবু জগৎসিংহস বনন্দা লুৎনা মহাকী মনাক্তদুম গোখি। মহাক্নদি কৈতুম চঙলমদাইগী পাউ নাৎনবগ্রে। কাযখিবনা মথম্মোয তুংখি তিলোত্তমা নৈমাগথক জ্রান খুম্মাঙ মাঙ, লৈগৎখিদে। জগৎ তৌফম খঙ্খিদে, থাম্ন আয়েষাদা পাউ।

লাকখি আয়েষা। লানবৈন্নে খাং তিলোত্তমাবু মনাইগা মকাদা "নৈমম্মু, পোত্থারম্মু ঐগী কাদা, য়োহনগনি নঙনা চৎনীংবা মফম।" খিখি মরম জগৎসিংহদা, থঙ্খি মখোগ চংশিনৈ। জগৎসিংহবু চৎল্লো, শীল্লগে হায়খি। যাখিদে মহাকথং। খোকখি তুংইন খূদক্কা থোওং অমা।

ওসমান আয়েষাগী মতোমা পোকপনি, মবুংনি। জগৎসিংহগুম মশক মতৌ ফজবা, মতিক মগুণ নৈবা পাখংনি নৈবাক্কীনা সেনাপতিনি।

সমাজগী রীতিনা মথোয অনী পুনশি থোঙবু ওইমিন্নগদৌরিবনি। আয়েষামা হুপীলক্তা তক্তা ওইনা পোকপনা ওসমান্না ঙক্না থোয়দাজে। আয়েষাবু জগৎসিংহগী কাদা থেংনবদা ওক্তবী হায়না চৈরকখি। রাগী রাপা চানা শেহ্লোদবা মিকুপ্তা "ওক্তবী নত্তে ঐ, জগৎসিংহসে ঐগী থরায়গী মবুঙোনি" খুমখি তরাক, তাখি মতোন "ঐনা পুনশিসিমগী নচল, নহাক্না পুনশি-সিমগী হবুং" ককখি অসুম যাহফ পুনশি ওইবা য়াবা থোঙফম্মা মপুনশিদা।

নৈমা বিমলাগী থাঙনা তুরে কতলুখাঁ। শিয়মদাইনি, জগৎ কৌরে "মুগল পাঠান সন্ধি, শোযহু, তিলোত্তমা শেংবনি, আয়েষানি ঐঙোন্দা।"

মচাগী পোইরৈ যেং যারে, তৌরে সন্ধি নিংথৌ মানসিংহ। জগৎসিংহ লাকখি বিদাযগী আযেষাদা। উনদে, মনাহ থাদোরকই "রারোবা য়াদে।" মতুং নোংঙানবদা ইরকই, লৈবাক্মিরায়দা লুহোংলবা ঐ য়াওনি। ভাবী যুবরাণীগী নীক অমা লাঁডি, ইথুৎনা ফংনা শিবীনীংহ। ঐনা করিগুন্বা শিবা থোক্লবা যুবরাজ, অমুক্তং রারবস্থ রানা লাক্নুনা ঐনা যুবরাজগী তমহুনা যোৎকী উপুদা থম্লিবা পোৎলমশিং লৌরবা শোগহুসি। রাদি য়াম্না লৈ, হাযররোই। পীনসহু ঈশ্বরনা হুঙাইবা য়াইফবা অপুম্বা যুবরাজগী পুনশি থোঙভমদা। অমত্তংদি হাযনীংঙি ঐবু নীংসিংলকপদা ঐগীদমক রাবদদি তৌগহুসিকো থক।

পত্র পাবদা থুক লাউখি জগৎসিংহগী মথম্মোয়। পাউখুম পীফম থঙদে, চৎলি ঙহাক হঙ্গংহন্দা, ই নঙ্গী পত্রনা শোকহ বীনা ঐগী থম্মোয়, কাউহু ঐবু নীথিবী ঙসিমক্তি পাউখুম পীবা ঙমদ্রে, শিদবা থোক্লবা ফংগনি চহী অমগী মতুংদা পাউখুম।

অমরোমদনা, থোঙ্গুল মুৎপুররবা তিলোত্তমাগী থোঙ্গুল ফংলে। আশ্রমদনি, শিনিংচিত্তা ফংবনি—মহাকথংগীনি। মাবু মনাক্তা কংজবদগীদি

হিংলে, ফগৎলে নোংমা নোংমগী। পুরে কোম্নদা পুম্ফ ফরে মশা। লুহোংলে অনী অফবা ঙমিৎ অমদা।

আয়েষা লুহোংবা লাকখি। লুহোংবা লোইবদা থেঙজিল্লে ফনা অহিং। অহুবু অহুম হনখি। লৈমা বিমলানচিংবদগী বিদায লৌরবা তুং তিলোত্ত-মাবু অচিকপা কা অমদা পুথোক্লগা মহাক মশাগী লৈজবা লীক কোল লোইনা থুগাইহুনা সাবা মণি পরেং অমা মখুৎমক্লা শিবি। শিবি শিবিনা হায়রকই, লীক্লে থক থাদোক্কনু, ঐগী ইশক য়েংবগুম য়েং’ঙু। ঐগী ইন্না ইপাউ যুবরাজদা থক হোদোক্কনু, হোদোক্লবা ইকোক চাবা শকউ। চৎলো নবুঙোনা খোরাংলম্মনি, ঐদি উন্নরম্মরোই, য়েৎপদোনা থোক্লনি। ফঙাইনা পাল্লু, নবুঙোদো মণিনি, চেৎনা নথম্মোয়দা লাৎলু। অতাঙবনিকো থঙু। হায়না হায়না মমিৎ মিৎলু অনী পিনা থুমখি, শিন্নখি চহুম চহুম পি। কপখি তিলোত্তমা, ওকখি প্রেমগী পিনা আয়েষাগী পি। তিলোত্তমাবু চিংনা য়েং থনখি আয়েষা উনগোয়ম্নং "ফনা ঈংঙি শক্তমসে, ঈংনগনি রাজকুমারনা মথম্মোয়। ভগবন, রাজকুমারীসিগী সেবানা রাজ-কুমারনা মপুনশিচুক্লা ফঙাইনা পানবা ওইসনু।"

আয়েষা য়োরে মশাগী কোম্নং। অহিং ওইরি, ভম্বা রাদে, চাক্কই মথম্মোয় প্রোক প্রোক। পুঙমদে মথরায়। শিরসিরা থল্লুবোই, মখুত্তগী খুদোপ'মা লৌথোকই, হুগীনি। হেরা মুপীনবো, করি থাঙহৈদবা! শোয়বা য়াই নোংমা 'সি লৈরবদি। হম্নখি তন্না থাঁঙবাত্তা হুগী খুদোপ।

দুর্গেশনন্দিনীদগী 'প্রেমকাহিনীগী শরুক্লিদং লৌরগা ডাঃ কমলনা ঙক্লা নীংথিবা প্রেমকাব্য মাধবী উপন্যাস ইবনি। তিলোত্তমানা উরীরৈ আয়ে-ষানা মাধবীনি। অহুগুম জগৎসিংহগা ওসমানগনা বীরেনগা ধীরেনগনি। তিলোত্তমাগী সমর্পণ উরীরৈদা অহুম লৈ। আয়েষাগী প্রেম অমসুং ত্যাগদি

মাধবীদা থৈনা পুই। অহানবা পন্দুপকী চীংয়াগী লৈকোলগী অরোইবা মতাংদা পীরিবা "ইতা ঐগী হকচাং অসিদি মী অমগী মফমদা কথোকথরে, মরম অসিনা ইনিং তৌনা চথোকপা ঙমদ্রে, ঙসিদগী হৌনা ঐগা উনবা কংলরোই, করিগুম্বা অরাবা তারবা মতমদা উনসি" হায়বা মাধবীগী মপাউখোল্লা, অনীশুবা পন্দুপকী ধীরেন্দ্রসিংহগী অঙকপগী অরোইবা মতাংদা উপন্যাসকারনা ইরিবা", ·· · মখোই অনি অসি মমাংথৈদগী হৌনা মুংশিনরকই ..." হায়বা রাফম অসি তাদ্রিথৈদদি মাধবী আয়েবামক ওইনা উরম্মি। মতাং অসিদগীদি মাধবীগী মশক অমা চৎখ্রে। ফলনা—লাইরিক মশাগীনা মমৈ মকোক শম্নদবগুম্বা, সংকল্পগা উপসংহৃতিগা হোনরপ তৌবগুম্বা অমা থোকপদি থোকই। অতুবু প্রেমগী শক্তম অনীদি খাত্রাং তাই। উন্নীরৈগী মশাগী কৌবমত্ত য়েংদবা প্রেম, মাধবীগী মশাগী য়েংবা প্রেম অনীগী মশক ফজনা য়েকই। বৈষ্ণব প্রেমতত্ত্বগী মাদন, মোদন অনীগী মমি তাবনা রসিক ওইবা ভাবুকশিংদা ফুঙাইনা থোকই।

মাধবীগী মথংদা লাকপা উপন্যাসদি ওজা খাইরাকপম চাউবগী লবঙ্গলতানি। অশেংবা ঐতিহাসিক উপন্যাসনি। তরাতকুকম্বা শতাব্দীনা লোইনিং লোইমা তৌবদগী তরাতরেৎস্তবা তংথাই হেল্লপ পানখিবা মৈদিঙু খাগেম্বা সনাহাক্তক্কী খাগী লান অমস্তং শানোংবা হিগাইরা হায়বা রাথোক্কী লান অনীদা তোংদুনা খাইরাকপগী মচাম্পী লতা সনাগা ফক্কং কৈরোয়লাকপগী মচাম্পা লবজগা অনীগী মুংশিনবা থোঙফম আদর্শবাদ পান্দুনা ইবনি।

লাকখি অমুক মথংদা রাজকুমার শীতলজীৎসিংহগী থাদোকপা, ইমা, রোহিনী।

খুৎমাবা উপন্যাসকার অহমদা শীতলজিৎনা অঙাংনি। চাউরবনা

কময়দগী চহি মৱিমুক, কময়না শীতলজিৎতগী চহী তরামরিমুক হল্লি। শীতলজিৎনা পোকপা মতমদদি বাঙ্গলা সাহিত্যগী উপন্যাসকী জগত্তা যুগ ওল্লে। চৎলে শরৎকী যুগ।

## শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় –

খ্রীষ্টগী কুমজা ১৮৭৬তা হুগলি জেলাগী দেবানন্দপুরদা পোকই। অহানবা মথুনগংগী হুগলি ব্রাঞ্চ স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌই। মথংদা ১৮৮৭তা ভাগলপুর দুর্গাচরণ এম, ই, স্কুলদগী ছাত্রবৃত্তি পরীক্ষা পাস্ তৌদুনা টি, এন, জুবিলী কলেজিয়েট স্কুলদা চঁডি। স্কুলসিদগী প্রবেশিকা পরীক্ষা পাস তৌরগা টি, এন, জুবিলী কলেজদা এফ, এ, তম্মি। মতাংসিদা মমা কায়নৈ। মমা কায়নবগা লোয়না লোয়ননা মশাগী কলেজগী পুনশি খোঙহমস্ত অচুম লোইরে। বনেলীরাজ এষ্টেটতা থবক তৌই। চুমিং থবদংদগী মতুংদা থাদোকখি থবক, কোয়খি লগোইবগী ফিজোল্লা লৈবাক কয়া। কোযনৌঙাই থব কোয়কুরবা তুং মজঃফরপুরদা লাকখি, ইশৈ তৌবা সাখি। কলিকাতাগী জমিদার মহাদেব সাহুগীদা লৈরবদগী ১৯০৩ দা নোংমা তুমিন ব্রহ্মদেশ খোঙলানখি। চহি তরানী-থোইহুমদোই লৈরুই। মরায়বক থীরবী ব্রাহ্মণ চহু অমবু চঙকম পীদুনা ব্রহ্মদেশদা পুই, হিরণ্ময়ী কৌই, পুনশিগী লোয়নবী ওই। মশাদি স্বরাজদলগীনি, অচুবু বিপ্লবীশিংবু লুনা তৌই।

শরৎ ইবু, মশাগী যুগ অমা চৎলু লাকপা মীওইনি। মশাগী সংস্কারনা অঙাং ওইনা ইবা অচুম হোৎরবনি। মশক হেক নাইবা হৌবদি খ্রীষ্টাব্দ ১৯০৮গী অচুবাইদনি। কুন্তলীন প্রাইজ কম্পিটিশনগী বারী অমা ই, মন্দির কৌই, ফাষ্ট ভাই। অচুবগীদি মমিং চৎপা অচুম হোরে।

মৈতৈ উপন্যাস

মহাত্মা ইরম্বা পরেং —

১। মন্দির,
২। বড়দিদি,
৩। বিরাজ বৌ,
৪। বিন্দুর ছেলে ও অন্যান্য গল্প,
৫। পরিণীতা,
৬। পণ্ডিত মশাই,
৭। মেজদিদি ও অন্যান্যগল্প,
৮। পল্লী সমাজ,
৯। চন্দ্রনাথ,
১০। বৈকুণ্ঠের উইল,
১১। অরক্ষণীয়া,
১২। শ্রীকান্ত, (প্রথম)
১৩। দেবদাস,
১৪। নিস্কৃতি,
১৫। কাশীনাথ,
১৬। চরিত্রহীন,
১৭। স্বামী,
১৮। দত্তা,
১৯। শ্রীকান্ত, (দ্বিতীয)
২০। ছবি,
২১। গৃহদাহ,
২২। বামুনের মেয়ে,
২৩। বারোযারি উপন্যাস
২৪। দেনা পাওনা,
২৫। নারীর মূল্য,
২৬। নববিধান,
২৭। হরিলক্ষ্মী,
২৮। পথের দাবী,
২৯। শ্রীকান্ত, (তৃতীয)
৩০। ষোড়শী,
৩১। রমা (পল্লীসমাজ এর নাট্যরূপ)
৩২। তরুণের বিদ্রোহ,
৩৩। শেষ প্রশ্ন,
৩৪। স্বদেশ ও সাহিত্য,
৩৫। শ্রীকান্ত, (চতুর্থ)
৩৬। অনুরাধা, সতী ও পরেশ,
৩৭। বিরাজবৌ (নাট্যরূপ)
৩৮। বিজযা (দত্তার নাট্যরূপ)
৩৯। বিপ্রদাস,
৪০। রসচক্র,

৪১। শরৎচন্দ্র ও ছাত্র সমাজ, ৪২। ছেলেবেলার গল্প,
৪৩। শুভদা, ৪৪। শেষের পরিচয়,

খৃষ্টাব্দ ১৯২৩দা কালিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না জগত্তারিণী গোল্ড মেডল পীরনা ইকাই খুম্নৈ। ১৯৩৪দা বঙ্গীয় সাহিত্য পরিষৎনা ফেলোশিপ পীরনা ইকাই খুম্নৈ। ১৯৩৬ তনা ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয়না ডি, লিট, উপাধিনা ইকাই খুম্নৈ। ১৯৩৮দা নোংগায়।

লৈয়া নিংথৌ অপাল অপিল মশক মচু নাইবা মীওইশিংদনা আ এহৌলৌদৈদগী হৌনা সাহিত্যগী লা লোইনা কন্দুনা লাকপনি। শরৎ লাকপদগীদি মথোয়গী যুগ লোইখি। লৈবাক খুৎইগী ওইবা যুগ অমা হৌখি। অচম্বা প্রজাগী পুনশিগী লৈত লাইর, অরা অনং, নোংজু চুংশাগী মরা মপাউনা সাহিত্যগী কথাবস্তু ওইখি। নীপাগী মকুম থুপ্না তোম্না পান করিমতম্ম মনীং তম্না মথোঙ থাংবা ওমজত্রবী, থাংবম্ম য়াত্রবী চুপী ওইবা মপোক্কী অরা মপাউথোম্না সাহিত্যগী লা কনবা হৌখি; চুপী মশাগী তংশংবা মশক্তা চোংখোকখি। চৎখি অদুনোং বাঙ্গলা সাহিত্যগী জগত্তা অনৌবা যুগ অমা—শরৎ যুগ।

শিতলজিৎ মাগী মমাঙ থাখিবা উপন্যাসকার অনীদগীদি মরাইংক থোইনা হেন্না ফখি। বঙ্কিম যুগীয় সাহিত্যগী মনমদ নত্তনা শরৎযুগীয় সাহিত্যগীস্ম ফংখিবনি মহাক্তি। মহাক্কী থাদোকপা উপন্যাসগী নায়ক সদানন্দগা নায়িকা মৃৎরাগা অনীদা শরৎকী স্বামীগী নায়ক ঘনশ্যামগা নায়িকা সৌদামিনীগা অনীগী মমি থরদং অত্তুম মতাই। মহাক্কী ইমা, রোহিণী অনীদা অচ্চরূপা নিরূপমানচিংবী লেখিকাশিংগী মতম, চুপীগী তংশংবা শক্তমদি ইমানি তাকই। ইমাদা অরিবা লাইরিক প্রত্যাবর্তনগী

মমি তাই—মাঙ্খিবা অঙাংনা চাউনা অমুক হন্নকপগী শুংশিবা য়ায়ীনি। অহুগুম রোহিণীদা লোহার বাঁধনগী মমি অত্থুম তাই—মপ্‌না পিশক অমগী মচেম্না য়োম্লিং ফন্নাংনা থায়জল চনবগুম য়্রানা হিংবগী বায়ীনি।

## অনীসুবা মতাং

# কমলগী মাধবী

**কমল—**

শক ১৮২১ গী লমদা নীনি পানবা থাংজ-হুমিত্তা, লাংথবানগী মচুং-চনবা কুঞ্জ হায়না থওনবা খুনগং অহুদা লমাবম শাগৈদা পোকই। যাত্রাসিংহ লাইরিক খীবনা পোকপনি। অপোকপীনা য়ুমাম-চন্দ্র য়াইস্কবী লৈরিকনি।

লোউ শীঁঙবা লমদা পোক্নুনা য়ুম্বান-ময়াঙ্কায়দবা কোন্দা লাঙ্গোলবস্তু অপোকপনা লাইরিক তৌবা মা ওইবনা মাগী মহৈ তমগী লম্বীদা থোইনা অপনবা লৈথিদে। শিলোংগী মাঙ্গোল স্কুল অমদা অহানবা মপী শকথঙনৈ। পুংকক্ চাউরক্লবদা নাউরেম-লৈকাই এল, পি, স্কুলদা চঙ্ঙুনা নিম্ন প্রাইমারী ছাত্রবৃত্তি পরীক্ষা পাস তৌই। মথংদা মোইরাঙখোম ইউ, পি, স্কুলদা মমিং চন্দুনা উচ্চপ্রাইমারী ছাত্রবৃত্তি পাস তৌই। জোনষ্টোন স্কুলদা হায় স্কুল কোর্স তম্বা য়াবমথৈ তমথরগা শিলোং গবর্ণমেন্ট হায়স্কুলদগী শক ১৮৪৪ দা কালিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী প্রবেশিকা পরীক্ষা পাস তৌই। অতুদগী ডিব্রুগড বেরী-হয়াইট মেডিকেল স্কুলদা চহী মঙা লৈত্নুনা এল, এম, পি, কোর্স লোই।

এল, এম, পি, কোর্স লোইরবদা মণিপুর ষ্টেট মেডিকেল ডিপার্ট-মেন্টতা চঁঙি। চহী নিপালোম ডাক্তরগী থবক তৌরম্লগা শক ১৮৫৭তা মশাগী চহি কুম্ব াতকক্ত ডায়রিউৈদা এস, এম, পি, হাসপাতালগী আফিশার কার্টরদা লৈথিদে।

মহাক অসি ফনা হৌবা ছাত্রনি। স্কোলারশিপ অমদি ষ্টাইপেণ্ড-দ ফংদুনা মকোক্কী মতোল্লোম্বা ফাওবা তমখিবনি। স্কুলগী লাইব্রিক্তা ফবদ নত্তনা মাগী অপোকপগী শিনফম লাইব্রিক থীবদশু য়াম্না ফরম্মী। ছাত্র ওইনা ওইনা লাইব্রিক থীরম্মি। মানা মশিনফম্মক ওইগে তাম্লুদবনা লৈবাক থোক্লা থীথিদ্রবসু মাগী মথুনগংদা, অমদি লোম্লবা থুনগংশিংদা লাইব্রিক থীবা ফৈ হায়না থাগৎনখি।

লাইব্রিক-থীবদগী কাশীদাসী মহাভারত, কৃত্তিবাসী রামায়ণনচিংবা অরিবা সাহিত্য নৌনা শকখঙনখি। স্কুল তম্বদগীনা বঙ্কিম অমদি বঙ্কিম-যুগকী সাহিত্যগা শকখঙনখি। অসুম্না মঙোন্দা সাহিত্য মথল অনী পুনখি।

লৈহাও লৈবা লমদা মতম-চানা তাখিবা মরূনা শোয়বা করি লৈ! অনৌবা মৈতৈ সাহিত্যগী যুগনা হৌবদা চোংথোকখিবা খুমাবা লাইব্রিক ইবশিংগী মরক্তা মাসু য়াওখি।

মানা লাইব্রিক অনী ইরম্মী; অমনা শৈরেংগীনি, অতুগা অমনা অশেম্বা রারীগীনি। অহানবগীনা "লৈপরেং" অতুগা অকোনবগীনা "মাধবী" কৌই। অনী অসি অনৌবা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা লৈশক, লৈচু, লৈনম পূমম্ব সুদ্রবত্ত নীংথিজবা লৈরাংনি।

**মাধবী—**

ইবা— ডিব্রুগড় বেরি-হরাইট মেডিকেল স্কুলদা ইবনি।

ফোঙবা— অহানবা মঙাল উবনা শক ১৮৫২ গী অতুরাইদনি।

অহানবা তাবা— মৈতৈ সাহিত্য লৈকোল-হুংদা ইহান-হানবা তাবা লৈথল-নি।

মওং— হুপীনা মপুং ওইবা রারীনি। উৎলিবনা হুপী ওইবনা হুংশিবগী

মায়গৈদা থাংবা খোঙফম-নি। খোঙফম অনী পীরি—অমনা হুংশিদ-হুংশিনা অদুগা অমনা হুংশিবদ হুংশিনা থাংডি। অহানবগীনা চৌং কায়, তম কুম্নি,

উৎলিবা মরম

তু লাল-লি, খোং চোংডি, নারক নম-মি, শীংলক থায়, মশা যেংদে; মথবায়না তাবা হুংশিবা মাবু তানবদা হুপী ওইবগী ইকাই-ইকি চঙদে, মী-অম-ওইবগী নাপল লৈতে;

নোংজু খঙদে, হুংশা খঙদে, তমশিল্লি, তাম্বিল্লি, চেন-শিল্লি, ফুজিল্লি: অদুগা, অকোনবগীনা হুংশিবা মাগী খোঙফম য়েংডি, তামিন্নরবা ঙাই; তাম্বিনবদি তাম্বিন্দে, তাল্লখদি তাল্লম্মি; মাগীদি হুংগী হুং-ওল খুদিংমক লাইজ ঈওল-না খোঙহুংদা লোইবগুম অদুম মরোই। অহানবগীসিনা হুংশিবা মাগী তুখুল নম-হুনা চঁডি, তিমৈ, চেন-মিমৈ, লুপ-মিমৈ—হুঙাইবনা পোলোইনৈ: অদুগা অকোনবগীসিনা নক্না লাপ-পি, লাপথহোই—অরাবনা পোলোইনৈ।

অহানবা খোঙফমদা উরীরৈ, অনীস্রবদনা মাধবী থম্মি, রারী ইবনা।

মীওং

অহানবনা তানবনা বীরেন, অনীস্রবনা ঙাইবনা ধীরেনন্নি। উরীরৈগী খম্মোয়-হুংদ-ফাওবা বীরেন-নীংব-ঈফুৎ হুপী-ওইবগী ইকাই-ইকি,

মী-অম-ওইবগী নাপল অমদি অপনবনচিংবা লোনথাল মরোল মরোল নম-হুনা বীরেন তুখুল তম্মি—তাকুই, তিল্লুই, লুপলুই—অনী চেন-মিমৈ, লুপমিমৈ। অদুগা মাধবীগী খম্মোয়-হুংদ-ফাওবা ধীরেন-হুংশিব-ঈদুৎ ধীরেন তুখুল তাল্লদে, তুখুল মানা তোরৈ থেক্লক মাগী তুরম তারবা য়েংই, ঙাই। ধীরেন থেক্লীঙাই থরা থেক্লমগা তুরম থৈম্রে; হুংখোইনবী মাধবী তাহ্লোদ্রে। ধীরেন-ঈনোৎ লাক্লগা ঈপাল চাউনা চেনগনি নীংলম্বা কায়, খোঙফমা তামশিল তামশিল্লক্লগা ঈপালনা অস্রম অস্রম চিশিল্লক ধীরেন-খোঙফম তাজি তানঙমদা ঈদোম রানা চেল, ঈরম

অমা তারগে তাঙমদা, ধীরেন তুহল লাকপ্রা য়েংঙি লাকপিদা ঈথুং নাইদনা ঈথম্মি।

লোৗবা— বঙ্গ-সাহিত্যদগী লাকপা ঈথৈনি।

মঙাল তাবা— গৌড়ীয় বৈষ্ণব সাহিত্য, বঙ্কিম অমদি বঙ্কিমযুগীয় সাহিত্য, অদুগা পাঁচকড়ি-উপন্যাস–নচিংবগী মঙাল-না মপূং ওইনা চঁঙি।

বঙ্কিমগী 'দুর্গেশনন্দিনী'গী বীরেন্দ্রসিংহগী মচানুপী তিলোত্তমাগা কতলুখাঁগী মচানুপী আযেষাগনা মানসিংহগী মচানিপা জগৎসিংহবু নুংশিবা মনুংশি অনীনা মথং মথং ঊরীরৈগা মাধবীগগী থিভম ওইগে থোরাংবা, বঙ্কীম-চন্দ্রকী 'সীতারাম'গী ভৈরবী জয়ন্তীগী মমিনা ৱারী অসিগী 'লোথংপা' মতাংদা তারিবা, শৈবেংনা ·তাঙ্কক-ৱাহৌনবা বমেশ. নবীন নচিংবগী সাহিত্যগী মওং লাইরিক-না তম্লিবা বঙ্গ-সাহিত্য শক-থঙনবা কনাগী মিৎলম নানথোক্লীঁঙাই লৈ!

কোকিল মৈত্রবাক্কা পোক্কে, তাবস্ত তাদে, হৌভিকস্ত তাত্রি। মানা ৱারী অসিদা থবক মপূং অমা পুরম্লিবা বৈষ্ণব-সাহিত্য জগৎচন্দ্রদগী মমিনা শকপান্দুনা লাকপা নক্তনা অতৈ কদায়দগী ওইফম থোকই।

ৱারী অসিগী 'অঙকপা পাউ' মতাংদা রাজেন কবিরাজনা ঊরীরৈগী মমা হিংনা ফংঙিবসি ঊবদা পাঁচকড়িগী উপন্যাসগী শিনা শিনা শিদবা থোথোক কোক্সায় নীংসংদনীঁঙাই করি লৈ!

মাধবী মৈতৈ-সাহিত্যদা বঙ্গ–সাহিত্যনা পীনবনি।

লোল— লোল-থল চুম্মি। ৱারী মতাগা চুনৈ।

মাসি বৈষ্ণব সাহিত্যনা পোকপনি। সাহিত্য-শিনা চুরবা মীওং থরান্দ শীথি ম্রকপনি। অসিগুম্বা অরাবা সমাজগী অনৌবা লোল-সিনা

মাধবী গুখা অমেতবা মচাক্লী লাইরিক্লী নীংথিবা মপূং কানা ফুগায়-দনীঁঙাই করি লৈ।

মশানা নীংথিবা শকথঙনা পোক্লবা রারী-ইবনা লোল-শক থঙনা, লোন-ফম চানা শীজিন্নদুনা মশাগী নীংথিব-শকথঙব-গুণ ফোংদোকই।

লোল অসিদা মশাগী থোইদোকপা থৃংফম তাহোত্রবম্ব শন্দোক্লবগী মিংফমদি মঙোন্দা পীদনীঁঙাই লৈতে।

মিংথোল শোয়।

মিংথোল— 'চাংয়া-লৈকোল' দা উরীরৈনা অহানবা বীরেন্দা হুংগী মপাউ ফোঙলকপদা কনানা বাপাংঙি? মাধবী। 'লৌথৎপা' দা ভুবনগী মথুন্তা মাগী অপাম্বনা উরীরৈগী বীরেন-তম-ঈচল চুপ্পা তারবদা কনানা কল্লি? মাধবী। ভুবনগী লাক্নদোবা কৈনাংচিৎ-তগী উরীরৈবু কনানা লোৎলি? মাধবী। বীরেন খম্নবদগী অশানবা পূংফমদা উরীরৈনা বাসমগুলগী ঈরায়দা মপুনশি ঈথম্নরগে নীংদুনা ঈরোল চঙলক্লবদা কনানা মাবু কন্দুনা বীরেনগা থেংনহল্লি? মাধবী।

মাধবী উরীরৈগী তেংবাঙবীনি।

তেংবাঙবী মাবনীনা মপূং-ওইবা উরীরৈ নম-দুনা মিংথোল ওইনীঁঙাই করি লৈ।

উরীরৈগী তুররিংবা বীরেন হুংশিবা মহুংশিগী মশক করিনা তাকই? মাধবীগী নিহ্নপ্পবা ধীরেন হুংশিবা মহুংশিনা। উরীরৈগী হুংশিবিরে কৈ-হুংশিবিদ্রে-কৈ-ঐদি-নংবু-হুংশিদব-ঙমজদে হায়বা বীরেন হুংশিবা মহুংশিগী মচু করিনা লোকই? মাধবীগী নংনা হুংশিরে-থম্মোই-লাম্মোক্লনি-হুংশিরে-থঙদনদি-লাম্মোকপা-ঙম্মোই হায়বা ধীরেন হুংশিবা মহুংশিনা।

মাধবী উরীরৈগী তা-য়োম্নবা শকফমনি।

মাধবীনা উরীরৈ নম-তুনা মিংথোল ওইনীঙাই করি লৈ!

অচুদি—

স্বভাব-কোমল ওইরবা কমল-না মাগী রাথলনা পোকচবী মচা অনীদা পুনশি-পিরোই-পিথম্নরবী মাধবীবু মপা ওইবগী হৌনশা মচাদ মচা ওইনা থল, মাগী পিনা থ,ম্বংখি পোলোই-ফবী উরীরৈবু থল-লুদ মিংথোন্দা মাধবী থনমত্রা!

নত্রগা

জগৎনা অমকপা উৎতুনা অরূবা শকফম শেংনা লা-না তাক্লবগুম মাধবীগী অরানবা খোঙফম উৎতুনা উরীরৈগী অচুম্বা খোঙফম শেংনা তাকে নীং মিংথোল-দা মাধবী থনমত্রা!

নত্তে

মাগী খোর্জেনা তুরম অনী চিংলকপদা অমনদি ঈথোঙ রাংনা, ঈপাল ফনা হৌরকপনা হুংশি-ঈপাক পনথু'নগদবা উ, অদূগা অমনদি ঈথোঙ নেম-না ঈচেল শোন-না, হৌরকপনা লম্মু-খাঙদা ঈতৎ-ঈথম্নগদবা উ, অশোনবা ঈচেন মঙোন্দা "স্বার্থত্যাগকী ঈনোৎ অমা হাপ নৌনা ঈপাল ফুগৎহনগে, তুরম পাক্না চাউনা শাংনা চেহ্লমগে থৌরাংবদা শোয়বনি।"

মাধবী—

অহানবা চীংয়া লৈকোল'দা থেংনৈ।

মহাক্না "ইতা উরীরৈ, ঐগী হকচাং অসিদি মী অমগী মফমদা কথোকপ্রে ··· ··· ···।" হায়বা রাঙাঙদগী মথম্মোয়মনা তাবা অমা লৈরে হায়বা খঁডি।

মথংদা 'ধীরেন্দ্রসিংহগী অঙকপা'দা উনৈ।

মহাক্না ধীরেনগা হিতোংতুনা লাক্লিরবা, ধীরেন-না মঙোন্দা "ইবেম্মা, ঙসিদি অরেপ্পা বা ...... থঙহনবিদবা য়াদ্রে ......।" হায়রকপা বাফমদগী মৌবানী চুংশিবগী ঈরাং তৌনরকপা কুইরে, অদুগা মাধবীনা চুংগী মপাউদি থা-দ্রি হায়বা উই।

মাধবীগী "চুপা ওইবনা ঙাংবা বা ...... থাজনীঙাই লৈতে পাথং কয়া করানা ...... চুপীমচাশিংবু লৌনম তৌতুনা ...... অরাবদা তাখিবা ...... উজরে।" বাহৈনা মহাক্না ধীরেনবু চুংশিরবত্ত থাজবা ঙমদে, থাজবগা লোয়ননা চুংশিবা ঙমদে হায়বা তাকই।

ধীরেন-না "...... থরনা ফত্রগা থ্‌াইমক ফংলোই হায়বগী অরেপ্পা করি লৈবগে? ......" হায়রকপদা মহাক্না "ঐহাক হৌজিকমক্তি অরেপ্পা হায়জবা ঙম্মোই।" খুম্লকপনা মহাক মাগী মবুক য়েংনীঙি হায়বা উংলি।

ধীরেন-না "অত্ত ওইররদি ঐ হি হোল্লরোই।" হায়তুনা অঙম তাল্লকুবদা মাধবীনা ঈশিংদা চোংথতুনা চেনবনা মহাক মথম্মোয় লাম্বোকপা চিংনরি হায়বা উংলি।

মাধবীনা চৌংথক্তগী "ফংলরোই ...... হন্দক মপোক্তী থিবা ফংলরোই।" হায়না লাউরকপনা মানা চেল-লিবসি চুংশিদতুনা তৌবা নত্তে, ধীরেনগী মবুক তক-নীঙি, মাবু চুংশি ঈরাং উৎ-উৎতুনা মচু শেংনা থঙনীঙি হায়বা উংলি।

ধীরেনগী বারোই "চেল্লমদাইদা চুংশিবগী মিংয়েংনা য়েংতুনা নোক্লম্মি ......।" হায়বনা মাধবীনা "ফংলরোই ......।" লাউরিবা চুংশি-ঈরাংনি হায়বত্ত তশেংনা ফোঙি।

মতাং অসিগী অরোইবদা থোক্কৈনা লাউরকপা "চুংশিবা ......

.... অসিবু.... লৌনম তৌদুনা উং চাইবদা মানম্ব মরক মরক্তা লম্মন খুমদনা তোক্তে।" ৱাহৈনা মাধবীনা হুংশিবদা থাজবা হাপ্পা ভমদবী, লিহ্ণ্প-নাইবী ওইবনা মথম্মোয পম্খাঙদা থাম্খিবদগী ধীরেন নীংবা কাযদুনা কাবোকখিগদৌরে, মাধবীগী অৱাবা থোঙকম হোগদৌরে হায়বা তাকই।

লাউরম্বসিগা লাউরম্বসিদগী 'মাধবীগী পুকচেল হোংবা' ফাওবগী মতুংদা ধীরেন-মাধবী অনীগী মরীদা থোক্তৈ। মচীল পুমফা ফাখিবগনা তাক্লি—ধীরেন মাধবী অনী মরী লৈনদ্রে; ধীরেন নীংবা কাযদুনা কাখোকদ্রে, মাধবী হুংশিরবম্ব হুংশিনা হুংথোইনদুনা লৈহৌরে—তৎনরে।

মতাং অনীদগী ঐথায়না খুল্লিবা মাধবীগী শককম "মাধবীগী পুকচেল হোংবা" মতাংদা থোক্তৈ মশামক্তা যারি—"ইহান হানবা উনবদা... মপুনশি ধীরেন্দা কথোকদ্রে, অদুম ওইনমক মহাক্তা পাখংগী অরেপ্পা নাইদবা পুকচেলবু ... ... হঙ্গাইথি ... ... পাখংশিংগী হুংশিবা ... ... লকাহুংদগী পোক্লক্তুমাল্লে মিতুগী পাক্লকপমাল্লে—খাজখি। ... ... হুপীমচা ওইবশিং-না ... ... হুংশিবা পোক্লবত্ত হুংশিদে হায়শিনৈ ... ... কবিননো হায়ববু ৱানা ফংবা পোং ... ... মমলম্ব ... ... কাওখংলি। মরম অশিনা মাধবীনা ধীরেন্দা খোইদাক্তা হুংশিবা টংথিদে ... ... থম্মোইদদি ধীরেনবু ফাজিন্দুনা থমদ্রে।"

মাধবীগী মচু পুমংশং শেংলে। মা ধীরেনবু হুংশিবদি হুংশি, হুংশিদ হুংশিবদি ভমদে, মবুক থঙলগা মথম্মোয শাম্হোক নীংতি, লৈ-না লাক-না খাওদুনা মশা মমল কান্না য়োনগে নীংতি।

লিহ্ণ্প্পবা থোঙকম মশানা অৱাবা তাগল্লি। অদুনা হুংশিবা লাইনা মবুক মাংবা শাহুল উহনা মাবু লম্মল থুল্লকপনি। ধীরেন তৎনবনি। তৎনবনা পুনশি পিরোই-পিথম্লবনি।

তৎনরবস্থ তৎননা ধীরেন-না নম্না লৈরিবৈঙদদি শঙ্কন-বন্নবু ৱারমদে, মানা মীরৈবাক্তা চৎপ্রবা মতমদদি অস্তম অস্তম নীঁঙমশিহন্তবনা অঙাংবগী পান্দম শইরক্লে; মাগী ফিভম খোঁজিনা য়েক্লরে—"মচ কী অঙাঙবা পুকচেল অত্তদা তুংশি মৈচাক চংলে। নরবিরৈঙী মতমদা লাপ্পা নীংতম্বা … লাপ্পরবা মতমদা নম্না নীংশিংলক্লে, … …। মতম বুইনা ধীরেনগা উনরাবোই খনবদা হান্না থরা থরা ৱাবম্বা … … শরুক চামা হেন্না ৱাবক্লে, অহানবদ তুংশিবম্বা — ·· শরক চামা ·· … তুংশিবক্লে। … করেম্নত্তনা … ·· ঙাংশিবা ৱা পূম্নমক অত্তনা চৌভিক্তি মহু পুবা লিলগী মতৌংগুম্না … … থোপ্পা চিকপা হৌরক্লে।" মাধবী অবেম্বগী তুংশি মক্তিক্লকবনি থক্লে, মশাগী ভবা, বা থক্তরে, নীঁঙমদনা সোহক্লে—"তুংশিবা অত্তোপ্পা সংসার অমনি। <u>সংসার অসিগী মচংদা চংক্লবদি মমল যাম্বা পোৎ ভাক্তা মমল যামদে … …</u>, <u>তুংশিরিবা পোৎশক অত্তগা মবী নরবা পোৎ অত্তনা মমল য়ামত্রবস্থ মমল য়াম্লে</u> … …।" মহাক ধীরেনগী মৈচাক পুবা ঙমশিহক্কে, ফোঙলক্লে—"তুংশিবা … ·· পোৎশক অমত্তদা তুংত্তনা লৈরবদি … … যাম্না অৱাবগী মশক্লি।" করম তৌরগা মৈচাক অসি কোকনি থক্লে "ঐগী তুংশিবা ৱাখল অসি মী অমত্তদা লেপ্তত্তনা ·· পূম্নমক্তা চাইথাকপা ঙম্লবদি অৱাবা – … কোরদোবনিকো।" ধীরেন ঙাহবা ঙমগনি নীংসিংলক্কে, কম্বিনা থম্মোয় লাম্থোরখিবা ওইরবদি অৱাবা পূম্নমক থাঙত্তনা ঙাইবা ঙমগদোবনি, ঙাইক্ত ঙাইগদোবনি—তুংশিবদা ৱাদবা কনা লৈ! ৱানা ৱানা তুংশিবগী দমক অৱাফম থাঙদবা কনা লৈ।—মাগীদি অদু থোক্কে, ধীরেন ঙাইরগা শোয়দনা ফংগনি হায়বগী আশা মাগী লৈত্তে, অদুনা মঙোন্দা অৱাবা মৈচাব থাঙনীঁঙাই করিস্থ লৈত্তে, অৱাবা পুঙমত্রে—"অস্তক য়াম্বা অৱাবগী মপৈ ··· হোন্দুনা ধীরেন্না

লাকত্রিবা মতম ফাওবা মথরাই হিংগনি ··· থাজত্রে।" আশা লৈতবনা ময়ুম থাদুনা হুংঙাইত্রা য়েংগে নীংলক্লে—"অবাবা অসি কোক্লবগীদমক ··· চীংগী লোকহুং অমদা লাই নীংদুনা লৈরগে, মাদুগা লোয়ন-লোয়ননা খুদোংথীবদা তারবা ···· মীশিংগী মতেং পাংগে।"

মাধবী ময়ুম করিগী থায় ? ধীরেনগী মৈচাক পুবা ঙমদদুনা মৈচাক কোক্লবগীদমক থায়। অদুদি কনাগীদমক্লো ? মশাগীদমক্লি। মশাগী হুং-ঙাইবা থিবনি।

মশাগী হুংঙাইবা থিবদা স্বার্থত্যাগ কী করি মনম লৈ !

ময়ুম থাবদা স্বার্থত্যাগ ফংত্রবগু গৃহত্যাগিনী মাধবীদা করিগুম্বা স্বার্থত্যাগ-কী মহুং চনবা য়াবা থোদোক থোকখিত্রা য়েংথসি।

'অরোইবা শরুক' তা মাধবীগী উমংগী পুনশি থোর্জেনা য়েক্লি।

মাধবী উমংদা কপ্পা কপ্পা লেপ্লি। করিগী ? ধীরেন ফংত্রেকো হায়বগীদমক অহানবা মকদা মানা শোনবা তায়—"অরেম্বা লৈ পরেংনিকো, ঐনা হুক্লিংবা মীগী মঙকশমদা হুকপা ফংত্রেকো।" থোর্জেনা শম্মি—"অসি হায়দুনা মিৎ অনিদগী শিঙ্গবকপা পিনা লৈ পরেং অদু পুমচোৎ চোৎত্রে।" অসিনি মাধবীগী উমংগী পুনশি।

মাধবী ধীরেনবু কাউদে, জগৎপু নীঙুদে : থোর্জেগী মরোন্দা হায়রগা মাগী পোৎশক অমতদা তুংবা হুংশিবা পুম্নমক্কা চাইথোক্লে, অদুম তুংদুনা লৈ।

ধীরেন লাক্লে। মানা মাধবী মপক থঙবিরদ্র—"লৈপরেং লেংলিবী নংবু কাপ্পী লাইরেম্বীরা ? ·· ···।" মাধবী কপ্লে। করিগী কপুনি ! মাগী কপ্পীঙাই অচোবা মরম অনী লৈ। জগৎনা হুংঙাইরে কপ্পি ! করিনা ? হুংগী অরাবশিং অদু নংঙাইবা লাক্লবদা তুংবা য়াদবনা

ফুদোরকই। অদুমা কপ্পে। অদুগা অমনা হুংশিবনা মীরাযয়গা ব্বারৌতুনা কপ্পে। মাধবী উনীংলম্বা ধীরেন উরে, মহাকপু পুনশি খোঙলোয়নসি তাম্লম্ব' ধীরেন, মঙোন্দা লাল্ল্বগী পুম্ভমদবা মৈচাম্না ময়ুম থাদুনা উমংদা কপ্তুনদ লেম্লবী মহাকপু শব-খঙলদ্রে। মাধবীগী পি শিন্থবা নত্তুনা করি তৌনিঙাই লৈ !

ধীরেন মাবু মশক মথঙদ্রি—"লৈ পরেং লেংলিবী, হাযযূ ননি' থুংদবা করি লৈবগে ? নংগী থুংনবা হোৎনগে।"

মাধবীগী অসিদগী হেন্না মাগথুনীঙাই, চাক্লাঙাই অ'ত করি লৈরি ! অদুবু ঈরাক্লববা মীনা অতাউবা কাওশা' ফাবগুম মাধবী ধীরেন্না "অংদি লৈপংং অত্তু করিগী অতুক চেকশিন্না লেংবগে ? পি শিন্থবগে ?" হাযরকপা ব্বা তাবদা ধীরেনগী ফিভম্না, অমদি মশাগী মরান্না হচঙ থোনা 'ঐ মাধবীনি' হাযদুনা শকফোঙবা ওমদবদগী নীংসংলকপ্রা যেংগে হাযরকই— 'অথোবা নঙগা ঙসি উনবা যাম্না ফরে। ঙসি ঐগী ··· অরোইবা মিকুপ্পি। কনাগুম্বা অমতং উনরবদি মতম কুইনগী ব্বা অমতং নীংসিংলমগে ··· ···ঙাইরিবনি। হায়গে হায়গে হায়না ·· ··· অস্তক কুইবা হাযবা ঙম্লক্তে ··· লম্মন তোন্দুনা লৈবা তারে। 'কনাগুম্বা মী অমনা অরেপ্পা ব্বা তুংদা খঙহল্লরগে' হাযদুনা ব্বাশকথিবা কনাগুম্বী অমবু থিরক্লবদি ··· ··· তম্বীয়ু— অরেপ্পা খঙহনগদবা হন্দক্তী মপোক্তদি নত্রে, তৎন-থানবা লৈত্রবা মফম অদুদা খঙহল্লগে।"

ধীরেন পুনশি খোঙলোয়নগে নীংলম্বা শকফম, পুনশিগী কাউঙমদ্রবা, হুংশি-খোঙফম য়েংবদা -থোকখিবা থোদোক অমদি ব্বাফম, খঙখিদ্রে, নীংনংবা কোবা লৈখিদ্রে।

মাধবী কবি অমুক তৌনিঁঙাই লৈরি! খোর্জেনা লাউরক্লে—
"ধীবেনগী পাক্লবা মাইথোং অদু অমুক্কুং চিংনা যেংলম্লগা ··· ··· চৎখ্রে।"

মাধবী লানখিবা খোঙফমগী পুঙমদবা নীঁঙমদবা মৈচাক্লা থাঙবা ঙমদবা শককমনি; মৈচাক কোকপ্রা যেংগে অচিকপা থিরকপা শককমনি, অচিকপদশু মৈচাক কাউঙমদহুনা ধীরেন অমুক্কুং ফংলবদিকো পিরোয পিবোয় লেনবা শককমনি। ধীরেনগী ওইরবা শাহুলনা ইচঙথোনা শক্তাকপা ঙমদ মমিনা শামিনা মরাল ঙাকপিয়ু চঙজবা শককমনি।

গৃহত্যাগিনী মাধবীদা ত্যাগ করি লৈনিংঙাই লৈ!

ওইরিবা ফিভম অসিমক্তদশু খোর্জেনা মঙোন্দা স্বার্থত্যাগ হাপকদৌবগী থৌরাংবা তোক্লে, ইরি—"মাধবীনা মাগী অরেপ্পা পরিচয় তাক্লবদি ধীরেনগা রাজেনগী মচান্থপীগা লুহোংবা থিনগাইবা থোকপা তারে ··· ··· মরাল লৈত্রবী ··· অমগী মফমদা য়াম্না লংজবা তারে ··· ··· থন্দুনা ··· পরিচয তাকখিদ্রে ··· · · ঐদি লঘোইবীনি · ইনিং থুংদবা পোৎ করিশু লৈতে। ··· হৌখিবা পুনশিস্ন লৈঙাং শংবা ·ফি শেত্নুনা লেল্লক্লে, অরোইবা পুনশিস্ন · · অসিনা লোইগনি।"

ধীরেনগা বাজেনগী মচান্থপীগা চংশিনবগী মনম ফংদে। অনীদা লোনবা লোনদবা অনীনা পক্কায়-কাযবা, গংতোং-তোংবা লৈতে। অদুনা মাধবীনা শাকপা তাঙবা—অনী অসি ফল অন্ধাদা অন্ধা নত্রবশু অন্ধানি লৌবদা পঙলান লান্নিংঙাই লৈতে।

অযুক্কী মঙান্দা মিৎকা মিৎকা চা-ননা লেপ, বাঙাঙনবদা মাধবীনা পিরোয-পিরোযননা থোকখিবা খোঙফম, ঙাঙনখিবা বাফম তম্বদা থঙত্রবমকস্ন শকওং-শক্তা, বাঙাং—শঙাং, মফম, মওং য়েংহুনা মানবদি মাল্লেদা নীংসংত্রবা ধীরেন এম, এ, না মাধবীনা 'ঐ মাধবীনি' পরিচয় পীবদা

খঙগনি হায়বা চিংনদনীঁঙাই করি লৈ ! অদুগা পরিচয়দি থোর্কৈনা পীনিংদে হায়রবসু মশানদি পীনীঁঙি অদুগা পীস্ত পী হায়বা উই। অদুনা রাচল অসি অরেম্বা হায়নদা করি লাল্লিংঙাই লৈ !

মাধবী তুংশি-লোৎপী ওপীনি। তুংশি-লোন্মুবদগী তুংশিবা লাইনা লম্মন থুল্লক্তুনা অপাম থুংনদ নীঁঙমদবী হুপীনি। নীঁঙমদবনা হকচিল্লক পুঙমদবা মৈচাক লাক্ত ঙাওতুনা মপাল থোকপী হুপীনি। ঙাওতুনা মপাল থোক্নবমক্তদা মৈচাক কোকপা লৈত পিরোয-পিবোক্তনা লেনবী হুপীনি।

মানা ময়ম থাবা স্বার্থত্যাগ লা, প্রায়শ্চিত্ত লা? প্রায়শ্চিত্তনি। অদুনা 'থোরাং'দগী ঈহৌবকপা ভাবোক্তা বসকী ঈচেল 'মাধবীগা পুকচেল হোংবা' মতুংগী স্বার্থত্যাগ-কী লৈঙাক-তবংদা ঈথয়ে।

মাধবীগী শকফম যেকপদা থোর্কৈনা শোযবসি খেংনা শোয—মাধবীনা বীরেন তুংশিবা অসি মওং অসিকাওবা তুংশিবনি হায়বা থঙবক্তাঙবা তশেংনা খঙহনবা ঙমদে—ইবি, বীরেনবু তুচুং তুংশিদবা নত্তে অদুগা অমনা 'ইহান হানবা উনবদা গহাকী মপুনশি ধীরেন্দ্র কথোকখ্রে।' অহানবগীনা 'থরদি তুংশি' অদুগা অকোনবগীনা যাম্না তুংশি হায়রি। ভাবোক্কী রস তাক্কনীঁঙাহ করি লৈ !

অসিমদি হায়দনীঁঙাহ লৈতে। মাধবী মশানা তাজবা থোঙফমগীদি, ফজনা তাবা শকফমনি। মশানা ফজনা পোকচরবা শকফম, শৃঙ্গার হৈতবা মীনা পোৎচল হৈতজুনা থীহনবগুম শোয়বনি।

মাধবীদা শোয়রবত্ত উরীরৈদদি থোর্কৈগী খুয়েক ফনা নীংথিনা পাল্লি। উরীরৈ—লুরবা তুংশি-ঈচেল-নি। ঈরুথাগী তুরেলনি! লোথুপ লোকোই ইনাং থাংদে। তক্ক তকনা ঐনা পোমশাৎনরিবত্ত-নঙগীনি ; ঐনা-নিরিবস্থ-

নহাক্কি হেক্ক চেন-শিঞ্জবা ঈচেল-নি। করিগী চেন-শিল্লোই! পোকপগা ঈতাফম তম্বা ঈচেল মাগী মরমচৎ নত্রা!

তাংজবীনি-ঐহাক্তি-তাংজগে-চঙজরি, পীনদ্রে-কদৌনি-উরাল উকা-লাম্বদি-তৌরাগে, তমঙ্গরকপা-উপাল-নঙগী-নখোঙদা-লৈপাক্কা-ইরি-চত্তু-না-কোযনা-যেৎশিন্দুনা-লৈজনি হাযবা শকফম্নি।

করিগী উবাল লামগনি! ঈপাক্কা মপাল ফৈ তুবেল কনা ঈওকই! ঈওকপিদে মহাক্কা তুরেল কনা হনবা লৈ!

হুংশি-পম্বুংলোইদোবা হকচাং থাংহুনা লৈবগী শক্তি হকচাং-ঐগী লশ্মৈনা চাকপনা-ফৈ, হুংশিবা ফংনদনা লৈবগী শক্তি ঈশিং-ঈফংনদনা-শিবনা ফৈ, ইউন-ঐগী-ভূবন্ন খোঙুপ-তুনবনা ফৈ, হুংশিবা ইখুৎনা লাম্বা ফংলারাইদোবা লৈরবদি রাসমণ্ডলগী ঈশিংদা-ঈরোল-চল-ঈপৎননা-মাঙবন-ফৈ হায়বা শকফম-নি।

হুংশিবনদি-হক-ব্রাহৈনদি-লোনহুদ-থম্মোয়-মপাউ-তম্নিংঙাই-লৈভদে-লুরুক-লেপ্পী শকফম্নি। হুংশিবা-নঙগী-নপাউখোলদি—কোরো-মাগী-মপাউ-খোলনি-থাজবী, মমাঙদা-কোকিলদ পাইব উবী শকফম্নি।

হুংশিবা-নংগী-দমক্কি-অরাবা-কৌবা-থিররোই-থিদ্রবী, লাইবক থীবী-ইমাগী-প্রেম-করুগে-করুবী, নঙনা-মায়থুগদোবা-লৈরবদা ঐ-থুজরগে—মীমাং-থোক্লা-মাযথী-ফীগাও-সানা-য়া-বীরেনগী-মঙক্কা-লৈ হকপী শকফম্নি।

অসিদগী হেন্না নাংথিবা শকফম প্রেম জগৎতা অতৈ করি থিনিং-ঙাই লৈরি।

উরীরৈগী প্রেম বৈষ্ণবকীদা হায়রগা মাদননি, নত্তে মোদন।

হুংদ হুংশিবা মশা লুপ্পা হুংশিবা, মশাগী রাথল মুঙ্গাউননা হুংশিবা

উরীবৈগী মপা লৈতনা নীংথিরবা শকফম অসিদা খোর্জেনা খুৎফম অমত্তুং খজিক্তুং হেক্লিনখিবনা ভাবোক্তা—ভাবোক্নী পেম্নবদা থরদং কায়বা অমা লৈ।

অরাংদা পাম্বোম তিংবা, অনৌবদা খোঙলোয় ওইবা মী মীওইবগী থম্মোয-লাইয়ুমদা শক্তম তাই। বীরেনা উরীবৈগী মথক্রায লম্মেদগী কনবা, অরাবা-খোঙফমদা খোঙবু ওইবা অসিনা উরীবৈনা মবুকথোক্না ভুংশিন্ববা বীরেন ভুংশিবা মন্থুংশিগী মচু খিত্তুং মকহল্লি। উরীবৈগী লারবা মায়থোংদা মায়-চিং খিত্তুং থাংভি। কাযদে অদুবু মানহিংনা থাদা রাশি ওইনা অদুম খোর্ক্ষ্রা।

বীরেন—

উরীবৈনা ঈচেল-নি, বীরেন্না ঈপাক-নি। ঈপাক্না ঈওনবা খোঙভুংদা, লাইজনা ঈচোংবা চাংজোদা, বীরেনগী থম্মোয-ভুংগী ভুংঙোল খুদিং মাগী থম্মোয়-ভুংদা করি লোইদনিংঙাই লৈ! মাগী শকফম খোর্জেনা পীবিবা চপ চায়।

শকফম অসিদগী খোর্জেনা হেক্লিনবা শরুক্তি লৈতবা নত্তে।

মীনা করি হায়থিগদগে অমদি মীনা ফজৈ হায়সন্থু হায়ভুনা মীগী পোইবৈদা য়েংভুনা চৎপদা মবুকথোক্না অচুম্বা, অফবা তৌবদা নীংজিংনরবা, নীপা থোকপা ঙমজন্ত্রবা বীরেনগী শকফম্নি খোর্জেনা পীরিবা। মহাক্নী দমক্তা মুপী মচা অমা ওইবনা অসিদগী হেন্না অরাফম পুনিংঙাই লৈত্রে হায়বা খঙনা খঙনা, উরীবৈনা ‘চীম্মোংগী দৃশ্য’দা পিরোয়ননা ভুংশি মপাউখোল তমলকপদা বাহৈ অম-ফাওবা মশাগী মিংচৎ থীখিবা য়াই কিখিবদগী পাউথুম পীদনা থনমভুনা চৎপা ঙম্নবা মথম্মোয়-শিবা বীরেন্দা লম্মে-মরক্তগী-উরীবৈ কনবা-ঙম্বা-মীভুংশি, কৈ-না উরীবৈ-চাখিরম্বা-তারে, মথন্দা-চৎপা ঙম্মরোই ঐ-শিরগে হায়বা উরীবৈ ভুংশিবা মন্থুংশি

হাপ্লবা খোর্জৈনা অবেম্বা অৱাকম পুক্রবনি হাযদমীঁঙাই কবি লৈ! উবীবেগী শক্তম যেক্‌না পি তাহল্লবগী কৱি কান্ননীঁঙাই লৈ!

**ধীরেন—**

ধীরেন নো মা মাধবীবু মুংশিরম্নবগু মাধবীনা লৌনম তৌরুবনা মুংশিবা লাংনা লম্মন থুম্নকপনা ধীবেন মাধবীবু মুংশিদবা তাবত্না মুংশি-দ্রবনি। মুংশিবম্ববু মুংশিরক্লবা মতমদা মুংশিবম্বগী মতিক থায জগৎনা হাযনৈ। অদুনা ধীরেন মাধবীবু খা-ববনি। খাফমদি খোরবগু মীপুম খৃদিংনা খাদনীঁঙাই লৈতে অমদি খাবদা মীপুম পুম্নমক চপগান্ন। খামিন্নগনি হাযনীঁঙাই করিস্নু লৈতে। ধীবেনগুম্বা মহৈ নীংথিনা তংবা মী অমদি থম্মোযনা লূফম খোকপনা, তশেংনমক লূদ্রবগু থবগী মথৌদ মৱাফম খোকপনা 'অরোইবা শরুক'তা যেক্লিবা ধীরেনগী শকফম ভাবোকী পূক্লিংদা মুংঙাইতে—

ধীবেন মাধবীবু খঙদফম খোক্তে, তশেংনমক খঙদ্রবগু শকঙং-শঙ্ক, বাঙাং-শাঙাং ঙাংথোরক্লিবা ৱাফম, অদুগা মাধবী মযুম থাদোক্তুনা চৎপ্রে হাযবা খঙবা পুম্নমক অসিনা মবুক্তা ৱাথল তৌফম অমত্তংদি থোকই। অদুবু খোর্জৈনা 'ধীরেন্দ্রসিংহগী অঙকপ'দা তৌখিবা শাপ অদুমক্লা দুর্বাসাগী শাপকুম মকল্লদুনা দুমন্ত মওল্লব্রা ধীরেনগী মমিৎ তাঙমল্লি, অমদি মবুক শিমল্লি। দুর্বাসামক চোংথোক্তবনা ভাবোক্লী পূক্লিংদা পেনে অদুগা অমমা খঙনা খঙনা লম্মন থুম্বগী মওংদা থংলরোই মথঙদব, ওইরবগু ধীরেনগুম্বা মীওংগী লম্মন মশিং হাক্ললি।

মওং অনীমক্তা 'লুহোংবগী থৌরাং'দা ধীরেন্না মাধবী মযুম থাদোক-প্রে তাদুনা লুহোংবদা ৱাপ্রে হায়রুবগী করি কান্ননীংঙাই লৈরি!

ভুবন—

ফজে। হনাক-খুনবা মচা, অমত-পোকপা কঁঙাওনবা মহৈ মশিং হৈতবা শকফম্নি। মরেং-ফল্লকপা ঈরোযননা শারম-চৎনা পোঙলক্কনিংঙাই করি লৈ! মগ্রাং চেংশিল-চেংশিলল্লগা মীরমচৎনা খুঙজল্লক্কনিংঙাই করি লৈ! শাজৎনা ফৈরেংনরক্কনিংঙাই করি লৈ!

মহাক্না অমদি মহাক্কী মরম্না উরীরৈগী বীরেন-তম্না হুংশি ঈচেলগী পল্লোল থেঙ্খাং হাপ্তুনা ঈচেলগী মপাঙ্গল ফুদোকহনবা নীংথিজৈ, খোর্জেগী খুয়েক ফজে।

মথক্তা• মফম চানা চানা অশোয়বা পঙ্গাউ কয়া উৎত্রে। মখোয়শিং অদূদ নত্তনা মতাং মতাংদা কয়া অমত্ত থেংনৈ। মখোয়শিং অসিগী মঙ্গংদা খরনা খোর্জেইনা লোন-শক মুন্না খঙদবা, অদুগা খরা অমদা মানা 'ঐ উপন্যাস ইরিবনি, প্রাকৃতজগৎনা ঐগী বাদীগী মচাক্নি' উদবগুম্বদগী পোকপনি। লংফৈদগী হল্লক্লবা নবীনগা ফম্মুংদা তাদুনা লৈরম্লবী থম্বালগা অনৌগী অহানবা উন্নবনা 'শেষ মিলন' থোনগুবদা 'অঙকপা লুহোংবা' মতাংদা অমুক মখোয় অনী উন্নবা অমদি মচাক্তপী উরীরৈগা মখোয় অহুম তিন্নরবা অসীদি করি থোক্নিংঙাই লৈরি। লোনশক, লোল-লোল খঙদনা শীজিন্নবনি হায়দনিংঙাই করি লৈ!

'অঙকপা লুহোংব'গী অরোইবদা উরীরৈনা মাধবীগী মরমদা থনথিবা খোর্জেইনা ফোঙলি—"ভুবন্না মাবু পুন্দুনা থম্লিরৈদা ··· ··· কনবিথিবা, ··· অরাবা কোক্কনি ··· ··· আশা উৎথিবা — ··· মাধবীগী মখোল মাল্লি ··· ··· রাসমণ্ডল মঙ্গংদা শিরগে থোরাংবদা ইত্তা ··· ··· কৌরকপী — ··· অহুম্ন মাধবীগী মখোল মাল্লি। ··· ··· খুদোং থীরবা মতমদা মাবু কনবিথিবা অহুগা বীরেনগা থুংনহল্লিবা ··· ··· মাধবীগী খোজাম্নি ··· থনথি ···।

উরীরৈনা মাধবীগী স্বার্থত্যাগ ··· ·· পুকচেল চাউবা মতৌ ·· ··· খল্লুরগা ··· ··· লাইরেম্বীমক ওইরমাল্লে ··· ··· থাজখি।’

গৃহীনা গৃহগা অদুগা গৃহত্যাগীনা গৃহত্যাগকা মরী লৈবা থবক তৌবা কর্ত্তব্যনি। গৃহত্যাগিনী মাধবীনা উমংগী ভগতা লৈবদা মাগী তৌফম থোকপা তৌবদনি। মানা মশাগী করি অমাঙবা পুডুনা উরীরৈগী করি কান্নবা তৌই। অরা-অনং থেংনবদা অঙম-অঙম্বা তেংবাং পীবা মীপুম খুদিংগী হোৌনবি নত্রা! মাধবীদা করি হেন্দোকপা উনিংঙাই লৈ। খোর্জেনা কর্ত্তব্য পুন্নমক স্বার্থত্যাগ অমদি মহানুভাববী মপু'দা পঙপুদা পুশিনবগুম উদ্রা। মবোল তানা রাহি শীজিন্নদবনা রস চুপ্‌' ভাবোক্তা কাযদনীঁঙাই কবি লৈ।

উমংদা উরীবৈগা মাধবীগা তোঙাল তোঙাল খোর্জেনা থম্মি। ‘লৌথংপ'দা ভৈরবীগী মচীলদগী থোবকপা "উরীরৈ ন° চয়োল অমা ··· ·· লাই নিংউ ··· ··· ঐ নংগা অমুক উনগনি ·· ···।" হাযবা অদুগা 'অঙকপা লুহোংব'গী রারোইদা উরীবৈন' মাধবীগী মরীদা থনখিব' রাথল, খোর্জে মশানা হৌজিক্ত মথক্তা তমপ্রিবা, রাহৈ অনীসিনা মাদু তশেংনা তাক্লি।

অদুগা অমুক মৌবানী অসিবু মীপন্নেন্দগী খোর্জেনা পঙলোক্ত মরোৎলি। অনীগী মথম্মোযগী মচীঞ্জাক্তি খোর্জেনা হুল্লি—অমগীনা চুংশিবা উনদবগী থাঙবদা রাবা মৈচাক, অদুগা অমগীনা চুংশিবদা চানখিবদগী নীঁঙমদবা মৈচাক। মথোযগী হকচাংগী মচীঞ্জাক্তি কদায়! অনীমক হঠযোগ শক-থঙনখিদুনা রাজযোগ য়োবা থোঙফমম্ন নত্তে। চুংশিবগী মৈচাক পুবা শকফম্বুদি অরাম-খোরাংবগী যাম্ফক তাদুনা লৈবা শকফম্না হেন্না নীংথিনা ভাবোক্তী মিত্তা ফাওই।

'লৈশ্মে-চাকপা' দা উরীরৈ-বীরেন অনীনা লুপ্তনা মথবায় হিংনখিবা পুত্রী, খোর্জেনা লাউরিবা, "মফম অদু তুংফাওবা অশেংবা তীর্থস্থান অমা ওইহোয়ে।" কদায় !

অশোয়বা মশীং নাইদে, য়াম্না লৈরি, অদুসু হন-বদি হললক্তসি। মথক্তা মতাং মতাংদা উৎথবা, অদুগা মফম আসদা খরদং উৎলিবা অসিনা অস্নম মরোইশিল্লসি।

ভগৎ অময়-অঙাল অনীগী নত্রা ! অময়না মপাল ফটৈ অঙানবা তন্না মাংহন্দবা ঙম্বা ? ঙমদে। অদুম, অঙানবনা মপাল ফনা ফজনত্ত অমম্বা পুময়মাক্ত মাঙবা লৈতে। অনী ঈরোযননা অদুম মরৈ ! অদুনা জগৎসিদা পোৎলম অমত্ত কোনশেং লৈতে, খরদ ওহরে ওইনা য়াম্নবু ওহরে ওইনা কোগাং চঙবা ঙাক্কি।

মাধবী অশোয়বনা থল্লবস্ন নীংথিজবা য়াওদনীংঙাই করি লৈ !

খোর্জেনা মশানা ভাবুক অমা ওইবগী হোনশা জগৎকী পোৎলম খুদিংদা মহাক থবায়গী ঈহল অমা উই, মশামক্তোনা অব্রা-হুংঙাই থঙবা ঙমমি নীঁঙি, মথোয়বু মশামক্তোনা হুংশি। অদুনা মানা করিগুম্বা পোৎলম অমগী মরমদা করিগুম্বা অমত্তং থারকপদা মদু ঐখোয়গী মাঙদা থব্রায়নবা পোৎশক অমা ওইদ-ওইনা ফাওই. ঐখোয়গী পূক্নিং হুদবা ঙমদে। "নম্বুল তুরেলগী খোম্ববা ঈশিং ঈচেম্না ⋯ ⋯ কাঙ্কি চৌংগী চৌখোংদা ঙা-থেংজনা ঙাই-হাক্তং পোখাবা ⋯ ⋯।" হায়রিবা অসিমক্তদা 'ঙাথেংজনা' হায়বা লৈথেক (ক্রিঃ বিঃ) অসিগী মহুৎদা ফুম্লিবা কবিগী ভাবনা নম্বুল তুরেলবু ভাবুকশিংদা থবায়নবা, অব্রা-হুংঙাই নীংখিনা থঙবা পোৎশক অমা ওইমা পীরি। ভাবুক্কী পূক্নিং মুন্দনীঁঙাই করি লৈ !

ৱারী মতাং মতাংদা অসিগুম্বা হুংঙাইবগী ঈনোৎ মচা মচা ভাবুক্কী থম্মোযদা বসকী ঈচেল ঈহৌ-ঈপোম্মৈ।

খোর্জেইনা পোৎলম অমতংগী মপা অমতংগা পীরকপা মপা লৈতনা নীংথিজে। পীরকইবা মপা অদুনা পাকুরিবা পোৎশক অদু ভাবুক্কী মাঙদা তরু তবনা হেক্ক তাই। হবি "...অয়ুক অঙনবদা শাৎপা মল্লিকাগুম্না নোরবী উরীবৈ অত্রবু ...লাক্লিগদ্রা লাক্লিরোইদ্রা।" উরীবৈনা বাকুগী পুবিযু হায়জবদা হোবিরক্কবা বীরেনগী নীঁঙমদবা থম্মোযনা মহাক লাক্লমদবা তাবে হাযবা বাখল্লা মাঁঙোইননা খল-লকপা ৱাখল্লি। মাগী হুংগী মপাউ অসিনা ভাবুক্কা করি পীরি য়েংসি।

মল্লিকা মপানা, মহৌশানা নোজরবা লৈনি। মাগী নোজরবা শকম অনৌবা-শাগৈগী মমিনি। অয়ুক অঙনবদা শাৎপা মল্লিকা ইহুংগী লিক্লা চাদনীঁঙাই লৈতবনি। অদুনা হাপদোরক্লিবা হুংগী মপাউনা ভাবুক্কা পীরিবসি ইহুংগী-লিক্লা-ফুরবা মল্লিকানি। মিংলু-পিরাং-নরবী-অরা-মৈপা-ল্যাংলবী হুজাগী শককাম্লি। অদুনা ভাবুক্কী মিক্তা বারেন্না হোবিদ্রবী উরীবৈনা মমিত্তা মপি মতুম-মতুম তাদুনা কাচিল অমদা মবুক থুংদনা তুমিন ফমদুনা লৈবদু তরু-তরু, তবং-তরু হেক্ক মতাই।

খোর্জেইনা য়েক্লিবা অরাবগী শকফম অনী—হুংশি-কাপনবগী অমা, অদুগা নীঁঙমদবগী অমা—বানভট্ট-গী খুৎযেক-মকপু য়োরব্রা নীঁঙি। চন্দ্র.কতুগী মচানুপী কাদম্বরীগী উজ্জারিনী-নিংথৌগী মচানিপা চন্দ্রাপীড কায়নবদা ওইবা শকফম—হুংগী পুঙমদবা মৈচাক ঈঙব্রা য়েংগে হায়-দুনা ফুকাযবদ ঙায়রিবা থম্বাল লকা চাইদুনা ওনবদা ঈংব্রা হায়ববু থম্বাল-লকাশিং অদুনা মৈরি ওইনা চাক্লকপা শকফম—বীরেন কায়-নবদা হৈবোকচীংগী চীংদোন্দা নুঙ্গায-থক্কা ওল্লবী উরীবৈগী শকফমদা

ফাওই। অদুগা পুণ্ডরীকীদগী ঙাংডুনা চপাগী কোল্লং থাদোক্লুনা পম্পা সরোবরগী মপান অমদা নুংনা চুংশিবগী শক্তম লিংখৎতুনা লাৎতুনা লৈরবী মহাশ্বেতাগী শকফম—অদুমকন্থ অমুক করম্বা—পুণ্ডরীক-না উজ্জয়িনীদা শুকনাসকী মচা বৈশম্পায়ন ওইনা পোক্লবা, মপোক ওন্নবমক্তদা মহাশ্বেতাগী চুংশিবদি মাগী থম্মোয় লকা চুংদা থন্না অত্তম ফুমডুনা মরৈবা মহাশ্বেতানা য়াচঙবদা মপুরোইবগী নুংগী শক্তম থোগল তৌরকপা, থোগল তৌনা তৌনা তেংথারকপা মাগী তেংথা থোললোয মালংগী শউম লাংবদা বৈশম্পায়নগী চুংদা চেল্লিবা মহাশ্বেতাগী চুংশি-যক্ত ঈহৌরক থাঙবা ঙম্মক্ত অঙাওবগী মতৌঙুম্না মপাঙ্গোম অনী তিংদুনা মহাশ্বেতা তমদুনা বৈশম্পায়ন-না ফুক্তিহ্নকপা, অদু উবদা মানদি অতোপ্পা মীনি হাযনা উবনা, অতোপ্পা নিপাগী পাম্বোম মক্তং চন্নুরবদি মপুরোইবগী থোগল মপোক্কী তৌবা মাররোই থুকখিবনা মঙোন্দা মীচৈ পীরকপা, সতীগী মীচৈ ফংবদা মহাক্না উৎপুং ওইনা তাখিবা, থক্তা থোকপা থানা থাম্বা নংহৌদ মপুরোইবা পুণ্ডরীক-না মপোক ওন্নবমক্তদা নঙবু কাউবা ঙমদদুনা ঙাওবনি তাক্লকপা—চায়না অবা-মৈচাক-পুঙমদ্রবী মঙোন্দা নীঙমদব-মৈচাক অমগা অমুক নোংশিন্নক-পদা ওইবা শকফম—ফোঙনীঙাই বাহৈ লৈত্রবা শকফম—মযুম থাদোক্লুনা হৈবোক-চীংগী লোকচুংদা পিরোয়ননা লেল্লবী, মপিনা পূমচোৎ-পূমচোৎননা "অরেম্বা লৈপরেংনিবো, ঐনা হক্লিংবা মীগী মঙকশমদা হকপা ফংদ্রেদকো!" লৈলেংলবী নীঙমদবী মাধবীগী শকফমদা উদনিঙাই করি লৈ!

রস অসীম্ন অসী ওইরে। কাঞ্চীগী চম্না পংডি হায়বা খঙজবা ঙমদনা, তোল্লি হায়বা উজবা ঙমদনা পাল্লবা য়ুম্বালগী শকফম খোংজনা হুঙাইনবা ওইনা য়েকশিন্নদুনা ভাবুন্না মশাগী মশক্তম অমদি মরৈবাক্কী

মশকক্ষম উজনবা শক-চুম্বা লুংশেল মাঙদা খিনবিবগুম খিল্লকপা, তুখিরবী উরীবৈগী শক্তম নীংথিনা ফোঙ্গে মতাগুম উংশিন্নতুনা হাইথরক্লবা কাঞ্চীপুরগী শক্তম উক্তুনা হাইথববা ইবৈবাক্কী শক্তম যেক্লকপা, ভুবন-মপাগী তমথীরবা শক্তম থোর্কজেনা নোক্লা নোক্লা যেক্তুনা তমথীবগী মশক্তম উৎপা, মী ফক্তবগী হুগী ময়াই থম্বাল-নবীনগী মপুনশিনা খুদম ওইনা পী লম্লা মমিৎ তাঙলবা মীগী শাজৎ ... ... অসিনচিংবা থোর্কজেন য়েক্লিবা ভাবুক কনাগী পুক্লিং পেন্দনিংঙাই লৈ!

অসিদরা? নত্তে। পীথোবকপা থোর্কজেনা ঐদি পীথোরকপনি হায়বতু লাইরিক্কী মতাং মতাংদা তক্তনা উৎলি।

মাধবী জগৎকী নীংথিজরবা শকক্ষম অমনি। নোংজাগী ওইবা শকক্ষমনি। নোংয়াই-চবুক-লোন-শ্রবা, থানক্ত লৈথরক্লবা থাগী থাবল্লা অহিংগা লৈচিল-নোংফাইগা লানশীংনবকপা, থল্লানমিচাক-শিংনা তাম্না নোংথক্তা মমিৎ কুপ্তনা করম লানবাংসিগে মতাগুম চীংনা চীংনা থোক্তুনা লৈরকপা, অদুগা অমরোমদনা অমম্বা হাগবা শাগৈ অদুনা মঙাল অসিদ মাগ্নথীল্লবাদি মওংগুম ব্লাক্লম উক্লমদা উথোঙ ফমতুনা লাইনিংবগুম য়েংলকপা মদোম-ফোরোহ-চৎপা নোংজা-তাবা মালংনা হাইরো-ঙামলো চৎলকপা, উপাল ব্লাপালনা মাগী মতো তম নাক্কা য়েংকা হাইরকপা, মথোগগী মথোঙ থুপ্লিবা অমম্বা শাগৈনা থাবল্লা উখিবা তারে মতাগুম উক্লম খিনা খিনা থুপ্লকপা নোংজাগী শকক্ষম উরব্রা? মাধবীগী শকক্ষম অদুনি।

উরীবৈ মাধবীগী থানি। পুংয়াল থোকদোবনি। থোর্কজেনা মতাং অনোদা মাগী মঙাল হাংথিবনা মানা পুংয়াল থোক্লদবনি। বীরেনগী মাগী মথরায় কনবা অমদি অল্লাবগী থোঙক্ষম ওইনা যেকখিবনা মানা মাবু লুংশিবা মক্লংশিগী মঙাল পিকথৈ। মানা মাবু লুংশিদক্ষম থোক্তবা

মরম অচৌবা অনী অসি লৈবনা ফজবদি ফজবা পূক্লিং হুনা ফজবা অদুগা মপাঙ্গলদি বাৎলবা লৈথরক্লবা থাগুম মাধবীদা মানা ঙালি। মাধবীদা খোর্জেন্না মীচঙ কন-না চঙমনখিবনা মাগী হাম্না শোম্বরবা মঙান্দা লৈচিল-নোংক্লাই থাংঙি। মানা মশানা মফজরবনিনা ফনা য়েক্লুনগু মাঙবদি মাঙদনা অদুম মঙাল্লি। থাগী মঙাম্না শিখরক্লবদা থবান-মিচাক্কীনা ফুগৎলক্কনিংঙাই করি লৈ! থা মশাগী মগুণদা ময়েং তানা খোক্লবগু থাবনগীদি তেংবাঙ ফংদনিংঙাই করি লৈ! খোর্জেঙ্গী অপানবা খুৎয়েক মচা মচা কয়ানা বারীসিগী নীংথিজবা শরুক অতম মহেনগৎহল্লি। থা-ওইবা উরীরৈ, থবান্মিচাক-ওইবা খোর্জেংগী মগুণ কয়াগী মঙাম্না লাকপদা, মঙাল লাক্লবদা অমম্বা শাগৈনা উরুম বাকমদা নাথৈ নাথৈননা লোৎখিবগুম অমম্ব-ওইবা খোর্জেঙ্গী অশোয়বা পূম্নমক অতম অতুম মথুপচখি। থুম্নদি থুপম্লগা পক্লাউ অশোয়বশিং অদুনা অমুক অমুক হৌরকপগুম তৌই। লাচুংদবা মালংনা অমম-অঙাল য়েংঙদনা মানা হুম্লিংবা মায়গৈদা কমম্ভুনা চৎপগুম ভুংশিরোল (প্রেমতত্ত্ব) গী ঈচেম্না পম্লোল পম্লোল লান্দুনা অতুম মচেনবগুম তৌই।

মাধবীগী থাক কদায়দা লৈ! মসিদা খুম্বা বারে। করিনা! খোর্জেন্না খোঙ্গুল তাবা থরদং বাৎখিবনা। করিগুম্বা খোঙ্গুল খিক্তং তারম্নবদি সাহিত্যগী বাংদ-বাংবা থাক কারমগদোবা মাধবীনি।

অবাংবা সাহিত্যগী অথোইবা মগুণ করিনো? মপানগী জগৎকী মঙাল উৎতুনা লেঙদবা জগৎকী মঙাল পীবা; মপালগী জগৎকী হুংঙাইবা উৎতুনা লেঙদবা জগৎকী হুংঙাইবা মশকথঙহনবা, মপালগী জগৎকী

অরাবা উৎতুনা থম্মোয থুকহনবা, খুংঙাইবা থিহনবা ··· ··· লেঙদবা খুঙাইবগী খুত্তম কাখৎনবা লম্বী উৎপা ··· অরাংবা সাহিত্যগী অথোইবা মগুণনি।

উরীবৈ মাধবী অনীগী থোঙফম অনী অসি থোর্জেনা চুম্না য়াৎপা ওন্নমহুনা ভাবোক্তী লম্মুক্লফম থনমত্রবদা মাধবীনা অচৌবা সাহিত্যগী থাক্তা কারমদনিংঙাই করি লৈরম্মি! অয়ৌবা মঙ্গংশি, নীংজিংনবা মঙ্গংশি— মঙ্গংশি অনীগী মপালগী থোঙফম্না খুংগী জগৎকী থোঙফম মমি ভাবুক্তা করি উৎলমদনিংঙাই লৈ। অদুবু থোর্জেনা দর্শনগী জ্ঞান থরা ব্রাৎথিহুনা খুংশিবগী ওশেংবা শকফম উথিদবা, ব্রাহ্মেগী মথোং মুনখিদবা, অরাংপা কথামৃতগী অরাংবা সাহিত্যগী খুত্তমদগী থরদং নাম্থখিবদনি।

মৈতৈ-সাহিত্যগী মঙ্গংদদি মাধবীগী থাক রাংনা লৈ। মানা পোকপা মতম অহুদা মা-মক্না পোক্লিবা অসি থোর্জেনা মগুণ লৈমনবননি। সাহিত্য-সিগী মপুনশিগী বারী অমদি য়াওলনা চে-জল্লক্লবা মতমদা থোর্জে মাগী মখুত্তম অমুক কানা লৈবোইরে হায়বা মৈত্রবাক্লা থঙনরক্লনি।

## অহুমস্নুবা মতাং

# চাউবগী লবঙ্গ-লতা

**চাউবা—**

চাউবা শক ১৮১৭ কী ফাইরেল তারেংনী-পানবা শগোলশেল-হুমিত্তা উরীপোক কী মঙ্গং-চনবা শোর্বোল-থিঙেল-দা পোকই। থাইরাকপম-শাগেদা পোকপনি। অপোকপগী মমিং মুক্তাসিংহ কৌই। মৈতৈ ইশে-তৌবা মীনি। অপোকপীনা থাবল-লৈমনি, অনম্ভগাই মম্না-পুনশিবগী কোন্দা পোকপী থাদোইসনানা পোকপনি।

চহী মঙাদা অপোকপা কাযনৈ। অপোকপীনা লুম্রাশীংদা চন্দুনা যুম অমা পানবগী ন্নপা-ন্নুপী অামক্কী মথো পুন্নপ কোকথোংনভাই যাম্না বাম্নবক্ত, সনা ঈনা লাংগোল্লক, অক্কবা কোন্দা ওঙলনিঙাই, অক্কবা শিনফমদনা পুনশি-লম্বী ওইনা উবনা মচাবু মতম-চানা মহৈ পীনবা থোম্নাংথি। মতম অদুনা নোংচুপকী মহৈ নীংথিনা শকথঙনদবা, অদুগা নোংপোক ঐথোযদগী অমদি ঐথোম্নগী পাম্নোল-পুম্নোম্না থনম্নিবা ইহৈসিদনা অফবা মহৈ ওইনদ উনবনা, মচাবু হৌন-লোনচৎ থঙনবা নিত্যাচাম্ন তম্বল্লি: অদুগা মাম্নক-তিনব-ম্নাবা মহৈ পীথনবগী দমক সারস্বত ব্যাকরণ তম্বা চৎহল্লী।

অপোকপীগী পোইরৈ ম্নেংতুনা যুমদা নোংপোক ঐথোম্নগী লাইরিক তম্নবক্ত থাংমৈবন্দ এল, পি. স্কুলদা মতমগী লাইরিকম্ন তম্মি। নিম্ন প্রাইমারী ছাত্রবৃত্তি পরীক্ষা পাশ তৌদুনা মথংদা জোনস্টোন স্কুলদা কাম্ন।

স্কুল অসিদা ক্লাস নাইন ফাওবা তম্লগা শিলোং গবর্ণমেন্ট হায় স্কুলদগী শক ১৮৪০ দা কলিকাতা বিশ্ব-বিদ্যালয় প্রবেশিকা পরীক্ষা পাশ তৌই। অহুদগী কলিকাতা আশুতোষ কলিজদা আই, এ, তমথৈ। লাইগী নোংদম থীবনা ফাষ্ট ইয়ার লোইরবপা অদুরাইদা বার ফিবর তৌডুনা নাবদগী হকচাং মাঙথিদনা কলিজদা অমুক হল্লিনবা ঙমখিদে।

শক ১৮৪১ দা ইম্ফালগী বেঙ্গলী স্কুলদা ওজা ওই। স্কুল অসিদা চহী তবা লৈরবা মতুংদা শক ১৮৫১ দা জোনষ্টোন-দা কৌশিল্লী। ( হৌজিক্তি লৈখিদ্রে—স্কুলদা লৈন-লৈননি )।

য়াম্না ফনা হৌবা ছাত্রনি। বৃত্তিদ ফংদুনা তমথিবনি। অতম্বা বিষয় পুন্নমক্তা ইফদ-ফরবত্ত মশানা যাম্না নীংথিনা হৈখিবা অমদি ওজাশিংনা শকথঙনফম ওইখিবমক্তি বাঙ্গলা-সাহিত্যনি। মতম অদুগী অফাওবা বাঙ্গলাগী লাইরিক অফংবমথৈ নৈনখি। অস্থুম্না অনৌবা বাঙ্গলা সাহিত্যগা নীংথিনা শকথঙনখি।

মৈতৈরোল অমদি মৈতৈ সাহিত্য হিঙৎনবা হোৎনবনা পুনশিগী ব্রতনি। মৈতৈরোন্দা রাস, শয়ন, খুবাক-ইশৈগী ইশৈ লেংই। মানা ঙমজবমথৈ হোৎনদুনা, লৈজবমথৈ পুথোক্লনা মৈতৈরোন্দা রাস কৎলি, শয়নং তৌই অদুগা খুবাক-ইশৈ লিংথৎলি।

মাগী মতমগী মমিৎ-পাঙবা পুন্নমক খোমদুনা মৈতৈরোল অমদি মৈতৈ-সাহিত্য সেবাগী, অদুগা লৈবাক্কী শেমগৎপা যাবমথৈ সেমগৎনবগী দমক মিত্র-সমিতি হায়বা খুৎ অমা সেম্মি। য়াকাইরোল, ললিত-মঞ্জুরী পত্রিকাদা কায়দনা ই। মিংনাইদবী অদুগা জ্যোতিংগী সম্পাদক ওই। চৎলিবা মৈতৈ-সাহিত্যগী খোঙহৌদা চোংথোকখিবা খুমাবা লাইরিক-ইবশিংগী মতুংদা লুচিংবনি। অচোবা কাব্য অমা করি অমা ইবগী

বাখল তৌদনা কবম তৌরে হায়বগা অঙাংশিংগী লাইরিক বাংলোইদগী হায়বগু থনখি। ফিদম, বাখল, ছাত্রমচা, কান্নবা বা, বাখলগী ঈচেল, থায়নগী লৈবাং, সাহিত্য অহানবা, অচৌবা গ্রামার, কম্পোজিসন, ট্রেন্সলেশন-নচিংবা লাইরিক মচা মচাদ ইডুনা অঙাংশিংগী অরাংপা মেন্নবদ হোংলখি।

কাব্য মশানা পামজবনি। অঙাংশিংগী লেংবদা লৎনদুনা থম্বদনি। শেহ্নোদবা পুংফমদদি মাগী মথুক্তা তাদাঁনাঙাই কবি লৈ। অসিগুম্বা শেহ্নোদবা পুংফমশিং অসিদা লবঙ্গ-লতা, মথুরা-বিরহ, বীরেন্দ্র কুমারী, নব-মালিকা পোকখি। লৌথোকপসিগী মতংদা লবঙ্গ-লতাদি মঙাল উবে।

**লবঙ্গ-লতা—**

হবা— ললিত-মঞ্জুরী পত্রিকানা মপান কনা চংশিনবদা মাগীদমক হবনি।
শক ১৮৬০ গী অদুবাইদনি।

কোঙবা— শক ১৮৬২ গী অদুবাইদা অহানবা মঙাল উই।

মথং— মাধবীগী লৈথন তিন্নবা মাগী মথংদা থাবা নৈপাল-নি।

মঙং— কংলৈরোলগী তাংকম অমনা ফিভম ওইবা, বাখল্না চাইথোক্লীংবা চাইথোক, চাইশিন্নীংবদনা চাইশিল, ভাবুকী শুংঙাইনবা মেথা বাখোনি! বাখী ওংদা অসিবু বঙ্গ-সাহিত্যনা 'ঐতিহাসিক উপন্যাস' হায়না কৌনৈ।

**উৎলিবা মরম**

মৈদি তু থাগেম্বগী মনা-হাক্তা ওইথিবা পাম্-চুংশি অনিগী চুংশি-থোঙকম-নি। লানগী ঈচাউদা থোঙথোকনবা, লানগী ঈরৈদা থোঙচিন্নবা, লানগী ঈহনদা থোঙথায়বা, লানগী

ঈথিলদা খোঙ্গায়নবা, অৱা পোলোইনবা পামু-ফুংশি অনীগী পুনশি ৱারীনি।

মীওং— নিপানা লবঙ্গ কৌই, মৈদিঙু থাগেম্বগী ফক্তং কৈরোযলাকপগী মচানি। মুপীনা কুণ্ডলতা সনা নি, মনাও-ইবুংচো খুইরাকপগী কোন্দা নাইতোম-শাৎপী লৈরাংনি।

লোৰা— বঙ্কিম-যুগীয বঙ্গসাহিত্যদগী মথং লৌবনি।

বঙ্কিমগী মৃণালিনী' দা পাঠান- থাগনেৎনা লপত্রে-হাইরবী বঙ্গ-ভূমিগী ৱারীনা নিংথৌমচা হেমচন্দ্রগা মৃণালিনীগগী মুংশিনবগী মপাউনা

মঙাল চঙবা

ঈরৈননা চেনবা, রমেশকী 'রাজপুত-জীবন-সন্ধ্যা' দা নিংথৌমচা অমরসিংহগা ভীল মুপীমচাগগী চৎথবিনা পলওইনা ঈথাইননা চেনবা মু শি-মপাউখোলগা মোংগোলনা খোংগনেৎনরবী চিত্তোড়-গী মপাউগা ঈতিম্না চেন-বা, দ্বিজেন্দ্রগী 'চন্দ্রগুপ্ত দা মলয-নিংথৌগী মচন-মুপীনা চন্দ্রগুপ্ত নীংজবা-ঈচেলগা, মগধগী ৱারীগা ঈরোয়ননা চেন-বা অসিনচিংবা বঙ্গ-সাহিত্যগী নীংথিজরবা ঐতিহাসিক উপন্যাস-শিংগা শক থঙনবা কনানা 'লবঙ্গ-লতা' দা মথোংগী মঙাল তারিবা উদনিংঙাই লৈ।

লবঙ্গ-লতা অনীগী মুংশিনবা খোঙফমদা হকথেংননা মুংশি-মুংঙোল পাউদম্বা অমুক্তংদ মপীবা, তাঙনা পীরবা মতাং অদুমক্তদগু মরোন্দদি যৌনা, ৱাহৈদদি থজিক্তংদনা ৱারোই-শিন্নহংবা মুংশিদ-মুংশিবা থম্মোয়গী মুংঙোল মপাউ তম্নিংঙাই ৱাহৈ লৈতে, মুংঙোল মাগী পোইরৈ যেং হল্লকপা শাহন্দনা মাগী মচু ফোঁংঙি হায়বা অৱাংবা খোর্জেইগী ৱাখলগী মঙান্নি।

কুঞ্জলতা সনানা অবোইবদা হায়রকপা "… … ইপুরোইবনা মণিপুরদা থোকউ হায়বা য়াথং পীবিরমম্রে অদুনা মপোকসিমা লোইন্দ্রি ফাওবা … রামনগর অসিদা ইপুরোইবা ভাইরা তারে।" বাহেনা মহাকাব্য-যুগগী সুপী-ওইবগী অরাংবা খোঙফমগী মঙাল ফোঙলি।

লোন্দা লেপ্পি। লোন-ওং অসি ভাবুক্রম উই, থোর্ক্কে মশানম্ব

লোন

'ফিদম' গী বাহৌদা য়াশি—বঙ্গগী কালীপ্রসন্ন বিদ্যাসাগরগী লোনওংদগী লৌবনি। দর্শনগী লোন্দা ওইবনা হিরম অতৈগী ফীজোল ওইবকপদা চুশিন্নবা থব-থরদং বাৎলপ-বাৎলপ তৌরকপা হেক হেক উবগুম তৌই।

মিংথোল— মিংপোন্দা রারী পুরিবা অনীমক্কী মমিং তাম্বিবা অনী তাফম্মক থোকই। করিনা! অনীমক্কী খোঙথাং অক্কানি; অসি-মনা থরা হেক্কলি-দনা হাযনীঁভাই থোইদোকপা লৈতে।

রারী অসি পাবদা অপাবা থম্মোয়-মুংদা বাহং অমনা মকোক হেক হেক হাইগৎলকই, ভক্তনা হংলকই—নঙনা পারিবসি লবঙ্গ-লতা অনীগী

অশোয়বা থরদং

চুংশি-খোঙফম্না নঙ্গগা রারী-পূকলৌ চাউবা অথোয়বা য়াইস্কুল লাকপগী মপুনশিরা অমদি মনাও শাথিবা পোকমিন্নরুবদগী ঈরাং হৌনা পুক্লিং খোয়শাউনা শান্নবা থাগেম্বগী হাকতক্কা?

মসি থোর্ক্কেনা খূংফম অমত্তং হেক্কনখিবদগীনি। মচীল-মনাও কায়নরকপগী লংজিল থিসি। অদুদা রাহংগী পাউথুম ফংগনি।

'সুপী হাঙবা অমসুং লৈপাক কায়নবগী মরম্ হুনবা' য়াইস্কুল লাকপা খ্বাইরাকপদা লাকই। করিগী? "লবঙ্গ-লতাগী বিধিনা শেম্বা লৈপুন অসি কায়দবা য়াত্রা হায়দুনা সনা পুক্লিং থঙগে হায়রবগী—অতৈ পুন্নমক্কী মথক্তা মনাও ওইবগী অত্তাংবা চুংশিবা লৈ লৈতে থঙনবগী মরমগী।"

য়াইস্কুল-লাকপা করিগী ৱাইস্কুলবপগীদা লাকই? মযাম্বনা মাবু হুংশি হুংশিদে থাঙ্গ লাকই করিনো? লবঙ্গদা লতাসনা পীব পীদবনা। লতাসনা পীদ্রে, মযাম্বনা মাবু হুংশিদে থডলে, শাউরে, অহুম অহুম কায়নরক্লে—লাপথোক্লরে! অদুনা লাতাগী থাহো অতা পীদবগী লমে, লতা পীদতুনা মযাম্না মাবু হুংশিদনা থডবা অদুনি।

য়াইস্কুল লাকপগী মনম পীবগা মথাগী শরুক "অইত্ত পূম্নমক্কী মপক্কা ... থংনবগী মরমগী।" অসি হেক্লিংমদ্রবা, অদুগা পল্লিবা মতাং অসিগী ঝারোইদা ইরিবা "... ... মনাউ হবুডোনস্ক মজা হবেম্মবু লবঙ্গদা পাইন্দবা য়াদে হাযনা পোইনা থনবস্ক তৌরমদে।" রহে অসিগা অনী অসি য়াওরগদ্রব। থোক্লবদি মিংথোলগী মতুং হন্না ঝারী জর-জব অতুম চংখিডনা অপাবা থম্মোযনা ঝাহুং-লম্মোইদোকনি। করিগী? লাম্ন। পামু-হুংশি অমাগী থোডফমদা তাংহুগদোবনি, মথক অনীগী থোডফম্মা লাম্দা তাংলম্ন-দোবনি। থরদংদ থক্লবদা হেক্ক মথঙনি।

লাল করিগী থোকই? য়াইস্কুল-লাকপনা শাউই। করিগী শাউই? লবঙ্গদা লতাসনা পীমু য়াদে। ঝারীনা পান্দম থোক্লা! অসি ওহররবদা লবঙ্গলতাগী ঝারী ঈপন্দনা চেহ্নদনি হাই করি লৈ! হৌজিক্তি করি তারে! লাল করিগী থোকই? য়াইস্কুল-লাকপা শাউই। করিগী? মযাম্বনা মাবু হুংশিদে থডি। করম্না? লবঙ্গদা লতাসনা থাজসি হায়রবা তা-বিদে। লবঙ্গ-লতাগী ঝারীগী ঈচেল ঈথয়দ্রিব্রা? ঝারো-পুক্লো-চাউবা য়াইস্কুল-লাকপগী পুনশিগী ঈচেল ওদ্রিবরা অমদি শাখিবা মনাউ পোক্লিন্নবদগী ঈরাং হৌনা পানথিবা থাগেম্বা হাক্কী ঝারীদা ঝারী তাদ্রিবরা।

অদুগা লতাসনা হায়বগা ময়াম্বনা হুংশি হুংশিদে থডবগা ঝারেংদা

অনীথে ক্না উৎবস্ত অমনা অমগী মচম ওইবা থাব্রাং মনীংতম্না চৎপা ম্নারে নত্তবনা অনীমক লানগী খুঙ্গং থাগনি হাইস্ত লৈতে। অদুগী মথক্তা ব্রায়োইগী ব্রা "…… মঙাহুঙ্গ" বসদা পীহন্দবা য়াদে …… থনবস্থ তৌরমদে" অসিনস্ত লন্তা হাযব। চমম ওইজনা ময়াম্বগী মবুক্তা য়াইস্কুল-লাকপনা থাঙ্গ লাকপনি হাযবস্ত থাশেংনা তাক্লি।

অদুনা থম্মোযনা ব্রাহংদনীঁ ঙাই কবি লৈ! মিংথোলগা ব্রারেংগা পানগী ভাবুক্তা চুনবা উৎবস্ত হৃগী ভাবুস্তদি চুনদে থঙদনীঁ ঙাই করি লৈ।

'মাইবীরা লাইরেম্বীরা' মতাংদা লবঙ্গ-লতা অনীনা হৃংশি পাউরোনদুনা থম্মোয়-হৃংগী মপাউ তম্নরকপা, লবঙ্গনা লতা থোরকপা, লতাদনবু মবুক্না য়ুংনা মাবু মচুংশিরবদি উদবা থুংশিল অমনা মোবানীগী হৃংশি-থোঙকমদা থুরো ফনা চেন্দুনস্ত মমৈদদি থোঙদিনমিন্নরগনি, হৃংশি পম্বুংনগনি উৎলকপা মতাংদা ব্রাহে অমত্তং হেক্তিনথিজনা ভাব ক্নী হৃংঙাইবগী চৈচেন্না পম্নিং অমত্তং থেংনৈ।

'হৃপী হায়বা অমস্ত' লৈবাক কাযবগী মরু হনবা' মতাংগী ব্রায়োইদা থোর্জনা ইরি—"লাইগী নোংদম্না অনী অদুনা …… মচিন মনাউগী কায়ননবা মরম ওইরে। …… লতাসনাবু মধুদা পীবা তাথিরম্মী।" থুাইব্রাকপনা মধুগী মীচঙ ওই, য়াইস্কুল লাকপনা লবঙ্গগী চঙ নিংঙাই শাংদানরকপা হৃংঙাইনররদবা, মমৈদা লতাসনাবু মধুদা পীবা তারকপা অদুনা লবঙ্গ-লতা অনীমক্তী অব্রাব্য ওইরক্লে।

'মাইবীরা লাইরেম্বীরা' মতাংদা লতাসনানা হৃংগী অব্রাবা "য়েৎচক্ম ওইরিবা লবঙ্গ পান্থৌনা তুপ্রবদা ঐগী চংনফম লৈতে—লৈপাক্তা মরী চত্তুনা তাববদি কুমগী ঈহৌরকপদা তীন্না চীক্তুনা …… …… মাংলরগনি।"

ফ্দোরকপদা নাথুপ্ল লৈরম্বা লবঙ্গনা "কররম্না মাংগনি ?" "তাইবংপান্দা লবঙ্গ পাম্বীবু অমত্তরা ? ... ... অমা শিগ্রবম্ব ... ... মালি অমনা ... ... অমুক থাবিরবদি লতাগী করিম্ব শোক্কবা য়াই।" খুল্লকপদগী লতানা "... ... য়েচ্চরিবা অত্নদগী হন্দোকপিরবদা করম্বা উরীনা নীংথিনা হিংবা ঙম্বগে ... ... ।" হল্লকপা, লবঙ্গনা "মশানা য়ুংজবা ঙমদ্রবা উরীদি মালিনা শিনবা ইনবা থোকই।" থোরকপা, লতানা িপানা চুপীগী অরাবা খঙফম থোক্কে "উরীগী পুকচেলদি মালীনদি খংলোই মালীনীদি কনাগুম্বনা খংবম্ব খংদে:" থারকপা, লবঙ্গনা লতাগী অরাবা উবদা "লবঙ্গ পাম্বীস্ব লতানা য়েত্রবদা লৈফম খংদে।" চঙশিল্লকপা, লতানা মপাগা মত্তোলগা অনীগী লালওইনগদৌরিবা মকাযনা অত্ন উত্নলা মৌবানীগী চুংশি-থোঙফম কায়নবদা মতাগদৌরিবরা খনবদা রাখিবনা "লবঙ্গগা য়েৎচরিবা চুঙ্গারৈ হায়বী লতাগা থাইনবা তারিমাল্লে।" সোল্লকপা, লবঙ্গনা মাদনবু মরেপ্পবদি করিমত কায়নরোই উত্তুনা "লতা অদুনা অতৈ অতোপ্পা পাম্বী অমদা য়েৎনিংদে হায়বা উরবদি নত্রগা খঙলবদি থোঙাল হৈবা কনানা লবঙ্গ পাম্বী অমা অমুক থাররোই হায়বম্ব কনানা খংবা ?" হায়না পুকথেমলকপা অসিদা 'লবঙ্গ পাম্বী অমা অমুক' হায়বসিদা 'অমা' অসি য়াওশিনথিবদগী লবঙ্গগী রাফমদা ফুম্নিবা লতাসনানা মঙোন্দা নত্তনদি মধুদদি লৈবা মঙম্বরোই হায়মা শিগে মরেপ্পবদি থ্রাইরাকপনা ইচানা ময়াত্রবনিনা কমদৌনি হায়বা রাখল অমা তৌরকপম্ব ময়াই হায়রিবা অসি কায়দ্রিবরা। লবঙ্গ পাম্বী অমুক হায়না লৈরম্নবদি ভাবুক্কী চুংঙাইবগী ঈচেন্দা করি পল্লিঁঙাই লৈ !

'মাইবীরা লাইরেম্বীরা' মতাংদা লতাসনাবু ঙংহল্লিবা ইছে 'চীংদা শাৎপা ইঙেল লৈ' অসিনা মশক-মতম-নাইবা কংলৈরোল ইছে ওইবনা, খোর্জেঙীগীদি চুংঙাইবগী ঈরাং অমদা তাউথিত্নুনা মইশিনথিবনি, মতম

নীংগা মাংগা থঙদোক-থংজিল শান্নরে। ইছৈ অসিদি পাইথোক্নগী নত্রে চন্নাইরোংবগী হাক্তক্তা পোকপনি; অদুগা শকহল্লরিবনা মথোংগী মথক্তী নিংথৌ অমগী হাক্তক্তনি। অতুনা লৈবাক্তী কংলৈরোল হৈরকপদগু, মৈতৈরোলগী সাহিত্যগী ইতিহাস ইরকপদগু লম্মুরফম অমা ওইদনি ঙাই করি লৈ।

অসিগুম্মতুনা 'লম্বাল-থিয়া হাজারিগী ইমুং' মতাংদা থুংগী মীয়াম বারী সাবদা য়াওরিবা "শা মমাংদা অঙৌবা মকোক তাগনি হায়বক্তবু ঙরাংদা নথোয ঐথোয়গী মাংদা হেক মথোকইদোসে" হাইহে অসিদি কুইন্টন-না মাগী থোঙলোয়শিংগা কংলা মাংদা কুলচন্দ্র হাক্তক্তা তুবদুবুনি থঙনবনা অা মথক্তী নিংথৌ তরাগা মঙা তক্কক স্তবগী লৈবাকপু ঙাঙনহল্লুরিবা অসিস্থ 'ইঙ্গেলৈ' গীদা কায়বা মকায় অদু থোর্জ্জেনা অমুক হঙ্জিনবনি।

মৈত্রবাক, লৈহৌইঙদগী চীংগী পল্লোম্নদা লৈরবগু—মীরমগা শম্নরক-পগী ব্র'মশাগী অমদি মীরমগী কংলৈবোন্দা ফংঙি। মপালগী লমশিংগা শম্নবনা মশাগী মপোক্তী মচু অস্তম অস্তম ওহক্লবক্ত ওহেদনা হায়বা থওদনা ওল্লকপনি। মাগী মচুনা থঙওন-ওনবসি যান্নবদা ঙসিদগীদি চহি চনীয়াখৈ অদুরাইগদ মওইগনি। অদুনা থাগেম্বগী হাক্তকা অদুফাওবদি য়ুম্বাল-কৈবান্দা, লৈবাক-নিংথৌ-মপান্দা, লাইনীং-লাইসোন্দা মৈতৈদা-মৈতৈ মওইবগুম অদুম মতৌরি। অদুনা শৈব-শাক্ত ধর্ম্মনা ঈয়েরবদ নক্তনা কুইনা ঈরীতুনা লৈররবমক্তদা শিববু চীংড লাই মতীক চাউবা; দুর্গাবু লাইথুরেম্বী, পাম্থোইবী অসিনচিংবা মিংথেনা নম্ম অতুম মথঙনবা মতম্নি। অদুনা থাগেম্বা হাক্তক্তী লান্মীনা 'জয দুর্গা মায কী জয়' সোন্দুনা লাঙংবা মাগী ফম্নাইবশিংগী মকুংদা, হাতারি, বুং, মেক্তরনচিংবা হাক্সা অসি

মৈত্রবাক্কী কংলৈরোল থিবব' তুগী মীরোলগী লম্মুক্কফম অচোবা অমা ওইফম থোকই, করিনা শক শতাব্দীগী ১৯গী মী মীমক্ক করম্ব,—লৈবাক্কী থুমাবা সাহিত্য-সবীশিংগী লুচিংবা-অমনা হবনি।

লৈবাক অমগী মিং য়ুল্লোন্নবা লৈবাক্কা থোনগল্লি। মৈত্রবাকমক্কা কাছারবু ময়াং, ত্রিপুরাবু তখেল, অসামবু তেখাউ, ব্রহ্মদেশবু অৱা ...... অসিনচিংবা মিংথোল পীবি। অহুমহুনা লৈবাক অতৈনশু ঐথোয় লৈবাকপু মাগী মাগী পূক্লিংনা থাখন্ন পান্নবা মতুং হন্না কনানা মনিপুর, কনা অমনা মেখলী, অতৈ কনা অমনা কছে (কটে), অমুক অতৈ অমনা কিরাট ...... অসিনচিংবা মিংথোল কযা পী। অদুবু লৈবাকশিংনা মীনা থোনবা মিং অদু থোইনা শিজিন্নবা উদে। অহুনা ঐথোয় লৈবাকশু থাগেম্বগী অদুব্র হগ-ফাওবনিদি ঐখোয়গী শনোন্নক্কপা ফিনা অরুম মচৎনৈ। অদূনা থোক্তেনা মংজেংমু বিন্দুসরোবর হাযক্কুনা ঐথোযগী নাপন্নিংভাহ হুংভাইনর্নিভাহ থে হনা লৈতে। হুংজেংমক্কী মিয়্যনা থায়নতৈদেগী হোনা বিন্দুসরোবর ওহরক্কবশু থাগেম্বা হাক্কক্কাদি হুংজেং অতুম হায়নবা ফংহ। মাগী বিন্দুসরোবর হাযবা মিংদা অসি মভোন্দগী থীবরকপদা মণ্ডাম্নবা নিংথৌ গবীব-নৱাজগী হাক্কক্কা হথিবা বিজয় পাঁচালী-দা থোনবা নত্রগা থায়নগী মিংফম নাশিংবা ওহনা উহ। অদূনা মাসি-শু, লৈবাক্কী কংলৈরোল-নশু সাহিত্যাগী ইত্তিহাসনশু লম্মুক্কফম ওহনা তোহ।

শকফম অমগী শকও', নম অমগী লমদা মতম অমগী মওং অসিনচিংবা থাবদা থোক্তৈজিগা অচকপ মগুানি। অদুম্নদি ওইরবদা শেহ্লোদবা পুংফমদা অমমমদং হোরকপদা ফজবগী শরুক ফনা য়াম্না তাহৎলি—কৃষ্ণলতাগী শক্তম নাখিবা থারকপদা থোক্তৈজনা ইরি—" .. যুবতী ওইবগী কলা ...... মশিং অমতা বাক্তনা ...... কায়াৎ খুদিংদা

নোংথাংগী ঈচেনগুম চেল্লম্মি। ··· কুচু ···· সনাগা পান্দমনিংই; ······ সনামক মাল্লবদি ফজদবস্থ যাই। ······ কুচু যাম্মদি ঙোরগা ঈ থাংদবদি নত্তে, ······ যাম্মা ঙোবা হাযবা অসিনা ··· (কিহনথিহ্না) থীহনবস্থ ঙমদে। মায়থোং · ··· কোইরপ তাই ······ থাগা পান্দম-নিংলবস্থ য়াগনি। মরেল থোক্লবা চিংসনা থম্বাল অনী অহ্না ... ··· পূম্নমক্কী থম্মোযবু ·· · কৌবি। হৈরবা মীনা তুরি পায়হ্না য়েকপগুম্না ··· কোইরপ তোবা পীগুম অনী অহ্না লাং ওইহ্না ফুংশি থংবা ······ লতাগী পুক্লিংবু যেংশিল্লোই হাযরস্থ করম হাযগনি? কৌদনা কৌবা মাহ্লবা লোনম চাউরবা চিম্বাল অনী অহ্না ······ পূম্নমক্কী মিৎয়েংবু মঙোস্থদা চিংশিনগে লাক্লরি। য়ুম-লান্নবী চাইক্লংনা শাউরংনবগুম তৌরি। ······ 'শাউরংনবগুম' হায়বা ৱাহৈ অসিনা ফজনা য়েকলকপা লতাগী শকফম তনকায় কায। মিৎকী মঙ্গ ঙীংগুমগী মতা, চীনবান চীনওং পীরিবা মওং অসিনা ভাবুক্কী মিত্তা লতাসনানা নীংথিরবা মোমোম্নবা মাযথোংনা হেক ফাওরকপদা চাইক্লংগী অশেংবনা ফজবা মাগী শক্তম থ্যাও মাঙি, নীংথিবা পূম্নমক্কী মমি তাফম থোকপা চাইক্লং করম শাউরংলগনি। চাইক্লং থীবা শক্তম অমা উদফম থোকপ্রা! অসিগুম্বা অশোয়বা মতাং মস্তাংদা হেক হেক থেংনৈ।

অসিগুম্বা ৱারীদা হুংঙাইবা উৎকে হায়রগা প্রকৃতিগী হুংঙাইবা শকফম, অৱাবা উৎকে হায়রগা অৱাবা শকফম ··· · অসিনচিংবা থোর্ক্কে-শিংনা য়েক্লৈ। থোর্ক্কেনা 'হুংশিবগী জয়' মতাংদা লৈবাক্লা কাং-থোং চাইগদোবগা হোয়ক্লবা, লবঙ্গ মশাক্ষু চেম্নবা মাগী মথক্কায়না তাবা লতাম্বু চেম্নবা মশাগী তোফমম্বু লেপ্পা বাশিল্লক্লবা, মাগী হুংশি-থোঙফম্না করিদা তাগদোরিবা অদুগু থঙবা ঙম্মক্লবা পূক্লিংগী অৱাবা, অরাঙবগী লমথৈ

লৈরক্‌বা মতমদা, মতগা চান্নবা প্রকৃতিগী শক্তম অমা পীরকপদা হৈরি ... 'প্রেম করবা হুইনা কপ্পক্পী'। হৎ মশানা শাহিং-ভাহিং চাবা মপোক্পা পোকপনি, মঙোন্দা প্রেম ফংবা লৈথেৎ অমা হাপচিনবদা করেম্নবা থোক্তনিঁঙাই করি লৈ। অদুনা লংঙ্গী থংনায় চুংশিবনা জয় তৌগদৌ-রিবসিদা তা-য়োম্নরা পান্দানংঙাই করি লৈ! ভাবুক কনানা থনবম্ন য়াই—চুইগী মরম পুন্নমক ফত্তবা য়াহ, অদুবু মংঙোন্দা মপু-নীংবগী তংশংবা শক্তম লৈবনা প্রেম ফত্তে হায়বা থক য়ারোহ; প্রেমগা ভক্তিগা লৈফমদা থেন্নবনি ... অসিনচিংবা। অদুবু মতাং অসিদদি অরাবা থম্মোয়গী শক্তম প্রকৃতিগী মপানগী শক্তমা উৎকে থোরাংবা ওইবনা মাসী থল্লুনিঁঙাই থোহনা উদে।

'শগোল তৌংবা পাথং অদুবু কনানো' মতাংদা লতাসনাগী লীক থারকপদা 'যন্ত্রপরেং' হাপ্পা, নিংথৌবুদি অয়াবা মতাংদা থায়নগী ওইবা মিক্তো 'লাইনিংথৌ' না কৌহল্লগা নিংথৌনদি থোঙপুবগদা 'দ্বারি' গা হায়না ঙাঙহনবা, থুরু-থুদক কুন্দুনা বণ শানা থুৎ জোড় তৌদুনা-নাচিংবা তিন্নবা য়াদবা রাহৈ কয়া শীজিন্নবা থেৎলুবদা পঙ্কান-কান-নদবা 'জননী জন্মভুমিশ্চ ... ... 'কীর্ত্তিযস্য ... ...' নচিংবা হাপচিনবা, তোয়না শীজিন্ন-খিদুনা ঙাঙথোকপদা চুনরবা রাহৈ নত্তবা 'প্রতিহিংসা' নচিংবা রাহৈ শীজিন্নবা ... ... অসিনচিংবা রারীগী মচু লাংনীংঙাহ কয়া কয়া খোর্জেগী শেহ্নোদবা পুংফমদা হাইজিনখিদুনা রারীগী মচু থয়া থয়া হেক হেক মরক মরক্তা লাংঙি।

পরেং অসি মত্তাং অসিরাইদা অসুম মরোইশিল্লসি। মপুং শান্নরিবা মীওং থরগী য়েক্লিবা শক্তম কদায় ফাওবা পানবা, কদায় রাইদা শোয়বা য়েংলসি।

## লবঙ্গ—

খোর্জেংগী থুৎয়েক ফজৈ ; চুম্নদ নত্তে, থেংনা ফজৈ। লাইয়েকপা মথুৎ হৈগ্রবশিংনা শক্তম অমত্তদা শক্লোল থোক্লা য়েকপগুম মঙোন্দগু মানা শক্লোল অনী তানা য়েক্লি। নাক্তগী ফেংলগা কুঞ্জলতা সনাগী মুংশিং-ঈথৌ লাংলবা, মুংঙোল-কঁঙাওনরবা পাথং অমা উহ, অদুগা যেক্তগীনা লৈবাক-নিংথৌ-নীংলবা মশাগা লৈবাক্কা অনী মুন্না থঙলবা, মীগী তৌবিমল থঙলবা, মশাগী মুংঙাইবা য়েংদবা অথোবা অমা ওইনা লেপ্লি।

অহানবা 'লৈরাং অদু কনামে'' দা মাগী শক্লোন-পুব' শক্তম অসিগী মমি অমা খোর্জেনা উৎলি। অদু উবদা ভাবুক পনবা গাদে—লামায অমদগী লামায় অমা লাতম অমদগী লাতম অমা তম্না অচুম চেন-থৈ।

মাগা শগোল-থক্তা থেংনৈ। শগোল থুরুপ থায় ; শাজৈ নমথা নমথা থাই ; মুংশিংকী মমাঙদা থোই। লৈবাকী অরুবা থবক অমা মকোক থোংনা পুখি, মুমিৎ তাদ্রিহৈদা য়োদবা য়াদবা মফম অমা য়োগদোবনি, অদুগা মমিত্তি ফনা গায়্না লৈথপ্রবা মতম্রি খোর্জেনা তম্মি। থোরিবা খুখৌ, থবক্তী মওং, মতংগী মতা অদু উবদা শগোল্না মরক্তা লেপ-লাক্লগনিকা হায়বা থম্মী ঙাই লৈতবনা ভাবুকস্ত অতুম পঙইন্দা মইল্লি।

থ্বাইরাকপ-কোন মপা যোবে। থ্বাইরাকপ-কোনগী তোর্বানগা তাইনবা লৈকোন্দা বসন্ত-লৈরাং অতৈগা কুঞ্জলতা শাৎমিন্নরম্লে। শগোল লৎকক তোরে। কবিগী তোদনী ঙাই লৈ ! ফজবা উবদা মিত্তাদনি ঙাই কবি লৈ ! মিতাবা পোৎশক উবদা লমদম্মী ঙোইদোবা কনা য়াওই।

মতাং অসিদা থোংজি মাগী অঙকপা মগুণ ফোঙবা হোরে। লবঙ্গগী শক্তম হৌজিক অনী থোক্লে—লতাসনা উবদা পাথং লবঙ্গ লমদম্নীংঙে, অদুগা অথৌবা-লবঙ্গ লৈবাক্কীদ খনবনা মিকুপ অমফাওবা পন্নীংদে। থবক্তা চৎসি থৌই, মাঙদা লাক্কুনা চিংঙি; অপাম্বনা ঙাংথো থাম্মি তুংদা য়ান্দুনা থাম্মি। মাংঙ্গদি ঈচিংলক, থাজনদি ঈথাম্লক ঈপাক্কা লৈচিং অনীগী মবক্তা ইথক-ঈথক্কা থাঙলম্বদগী চুম্লক্কুনা থোংঙনংদা ঈওন-ঈওন্নবা চাংজোদা ঈযৈ-ঈযৈননা থাঙবগুম লবঙ্গ ফংগী ফংঙাল ঈযৈ চারক্লে। মদুগী শাফুনা মানা তোংলিবা শগোলদা পাল্লে। 'লম্না থৌ লমহুন হন, তম্না থৌ মাপন হন" থাঙলক্লে। মচৈদা থোনা ঙম্লে, শগোল চুপ্পী থাথরে।

অথৌবা লবঙ্গ লৈবাক্কী থবক লুদা থোং শাজৈ লমথা লমথা থা শগোল ফংশিংকী মমাঙদা থোরি; অদুগা পাথং লবঙ্গ শগোল শযাং-থক্তা লতাসনাগী বাখন্দা লুপ্লুনা তন্তুনা হংলি—"লৈরাং অদুবু কনানো?"

ভাবুক নাক-যেৎকা হাই পাথং লবঙ্গ অমুক য়েং, অথৌব লবঙ্গ অমুক য়েং যাঙ্গোয খুদুং লৌতুনা পন্থুংফম য়েংবা হোরক্লে।

'মণিপুর রাজ দরবার' থেংনরে, লবঙ্গসু মাগী পন্থুংফম যোরে; নিংথৌদা হঙ্গৎলক্লে। "... থাগিনা লান্দারক্লে; চৌখ্খে চৌখ্খাংদা লানবন শাদুনা লৈরে, ...... মী পুম্নমক ...... থিংদুনা থমপ্লে। .. কোক্লুং তাম্না পাউ ...... পুবিনবা মী থিকম খংদ্রে। ...... কনাগী থৌইনশিল য়াওদনা ...... পলেম পম্বো ...... তাক্লমদনা লৈবাক্কীদমক . . থবায় থারবম্ব থাগ্রগে ...... চেঙরক্লিবা অসিনি।"

লবঙ্গ অথৌবনি হায়বা মচু তশেং তশেংলে; ভাবুক্কী ফুংঙাইবা তনহেল হেল্লে। করিনা! হান্নদি ভাবুক্কী চিংনর্নিঙাই অমত্তং লৈরম্মি—

"লবঙ্গগী অথৌবা শক্ফম অসিব, মশানা থৌদ-থৌবা শকফম-লা নত্রগা কোক থোংনৱিব' মথৌনা অঙম্বা কনাগী চৈথা কোন্নবা শিন্থা ওইদুনা থৌদনিংঙাই লৈতবনা অথৌবা সাতনা শক্কী, অপাম্বগী পল্লোল লান্দুনা য়াম্লোই চুপ্নী থাখিবরা।" চিংননিংঙাইনা মুৎশ্রবদা হুংঙাইবগী শরুক্কা কৱি হেন্দনিংঙাই লৈ।

শক্তম অমত্তনা ৱাবীগী মকোক্কগী মত্তোনফাওবদা শক্লোল অনী থৈনা থৈনা শান্নরকপা উবদা ভাবুক কনাগী পুক্লিং মুন্দনিংঙাই লৈ!

লবঙ্গ লৈবাক্কী থবক মকোক্কা থোং, যাঙ্গোই খুরুপ থা, হুমিৎ তাদ্রিডৈদা কোন্নুং যৌদবা যাদে চেল-লকই, হুমিৎমন্না লৈরক্কু ফাও লতাসনা উবদা লমদনখিসিরা থনখিবা, লমচন্দ্রবমকম যাঙ্গোই-শয়াং-থক্তা "লৈৱাং অদুবু বনানো।" থন-না থন-না চৎখিবা, লৈবাক্কী অৱাবা উবদা মশাগী থোয়াংবা নমথুনা মী কনাগী থোদা যাওদনা লাল চঙলে— "লাল অসিদা লবঙ্গম্ন কনা অমগী থোদা য়াওদনা চৎখিরম্মি ··· ···।" 'থাগিগী লানফম'দা থোর্ক্জেনা ইৱি। লৈবাক্কী দমক্ত থাগী মায়োন্নৱি— "লবঙ্গ ··· ··· থাগিগী লান্নীশিংবু থিংবা লাক্লরম্মী।" শক্লি 'নিংথৌ খাগেম্বা' দা থোর্ক্জেনা।

অদুগা অমুক লান্দা থৌবা নিংথৌগী মনাও অথৌবা অশিংবা ৱাৈদ্ধেরাকপা মক্লা মানা লানগী পোমিৎ উনা শোক্লবা অমদি মানা অঙকপা তেংবাং পীবা উবদা "ঐনা ··· ক্ষত্রিয়মচা ওইবগী সনাতন ধর্ম্ম ফংবা হেক ওয়েমক্কদা ··· জন্মভূমি অসিবু শিন্নফম লৈয়োইগত্রা হায়দুনা ৱাববু ··· ··· নহাক্কুদা মৱৈপাক হুংশিবা থাজবা য়াবা ইনাও অমম্থ ফংজরবা অসিদদি কোক্লে।" হায়না থাগৎলবা লবঙ্গ হুংশি-কঁঙাওনবা পাথং ওইদুনা লতাসনাগী মতুংদা বাক্কী কারি, ওগ্রী চোংডি, য়েংসি 'হুপী হায়বা অমম্থং লৈপাক কায়বগী

মল্ল হনবা' মতাংদা "চীঙ্গোই বারুণী লাক্লে, অনীমক মাংগা তুংগা চৎমিন্নে ; হরিবোল য়াওশ· মৈথাবে, অনীমক খুৎশয়না চো·মিন্নে।" অমুকস্তু য়েংসি—"মাইবীবা লাইরেম্বীরা' মতাংদা করিস্তু থঙবা নাচু·ম্নবা ফুংশি-রাথল্দা তৌরবা পাথং ওইনা লতাসনাগী মনাক্তা ফম্মি "লবঙ্গ পাম্বীস্তু লতানা যেত্রবদা লৈফম থ·দে।"

পাথং-ওইবা লবঙ্গগী শকফম নী·থিনা উরে। অমুক অথোবা লবঙ্গগী শকফম থবদ'দগা যে·ঙখিসি 'ফুংশিবগী ফয'দা চৎসি। লবঙ্গ ফুংশি-কঁঙাওনবা মুজা ফীজি যান্দুনা বারুণী কাবা ফুজা খুজে· পালোইনদুনা ঐগ্রী চোংবদু নত্রে, মশাগী রাথল খাদে কপা ঙম্বা, মীগী তৌবিমল কাউদবা নীপা অমা ওতনা, ফুংশিবগী পোমিৎ উবা মা অমা ওইনা রাথল তৌরি— "··· ··· ঐবু হপাশক্লা যোক্লবা ··· ··· য়াইস্কুল-লাকপদি ? ··· ··· ঐগী মবমগী ফু·ঙাইবা পূন্নমক মা·গদৌরি। নিংথৌগী মিচ'দা য়াওবদি ··· · ? — ঐগী · লৈরিবা ফিভম ··· ··· কায়দবা যাই, ··· ··· মদু মীওইবগী নীচংনত্তে। খোংবান্দা তারবা ··· চিংথৎপিরগা ·· চিঙ্খৎপিরিবা ··· ·· রাহবা ·· ·· ? কায়দে।··· ·· বুঙ্গলতোম্না ··· ঐগী খঙ্গু যগী কুঙ্গগী অশে·বা লতানি, ·· ফুংশিবগী তত্তনা শাংদোক্লবা যোহ্লিং অমনা চিংশিলগদৌবি, ··· ··· । ঐনা মাদু থদৎপা ঙমগদ্রা ? ওইখোঙবানি।"

মাগী থোঙ্গল তানা থৌরবা শকফম অরোইবা 'মণিপুরদা লালগী শেমশাবা' মতাংদা পীরিবা নীংখিজে।

মাগী থম্মোয-কুঙ্গগী শে·লবা লতা নিংথৌগী মচাকুপী লতাসনা মতোল য়াইস্কুল-লাকপনা মঙোন্দা পীনরে, পীনবদা ঙাইরি, য়াইস্কুল-লাকপদি লানগী খোঙশানগদৌরে। মচাগা মমাক্তা অনীগী রারবা খুরৌ-চেন্নবা

থোঙফম নীংসংলু অদুগা নৌনা থোঙদিন্নজবদ ঙাইব ঊ "লবঙ্গ ·· অসিদা হুপী অঙাং ··· ·· শংহুনা লৈহৌ ··· ···।" হাযরকপদা অথোবা লবঙ্গ খুম্লি— ··· ··· ঐবু লোইরিবা ঈশ্বর অসিনা যাদবনা মহু ঙমজদ্রে; ··· — ধর্মগী লম্বী থম্ব্রবদি ··· নিংথৌনা চানবা, অচৌবা খুভম ··· থাদোক্তুনা লাকপা ঙমফম থোকপগে, ··· ননাইনা মাংজোননা ··· ··· মহারাজদা পত্র কৎলুগনি।" য়াদ্রে চৎলে; 'তৌবুলগী লানফম' দা মায়োন্দনা তুরে।

অস্রন্না শক্তম অমস্তুনা শক্লোন অনী থৈনা থৈনা শান্নবা, অমদি শক্লোন অনীমক্না ভাবুক্কী পূক্লিং চবা ঙম্বা থোর্জ্জেগী মগুণ উবদা ভাবুক কনা মুন্দনি ঙাই লৈ!

অমদনা নী'খিরবা লৈকোল অদুগা অমদনা ঙমপাবরা লানফম, অমদনা হু'শি-মোমোন-মীনোক অদুগা ·অমদনা গুক্লা থারবা মিৎয়েং, অমদনা হুংশি-হৌরবা থোঞ্জেল অদুগা অমদনা অথাক-অরাউনরবা থোক্ফম, অমদনা মেঙ-লবা থম্মোয় অদুগা অমরোমদনা নুং থোক্লবা থম্মোয়—শক্তম অমতদা পান্দুনা শান্নবা, শক্লোল অনিমক শীংতুম মফৈ অমফাওবা হোদনা য়েকপা অঙকপা থোর্জ্জেনি।

থোর্জ্জেগী থূৎফম লবঙ্গদা পানবগুম কুঞ্জলতাদগ্ত অহুম মপাল্লি।

**কুঞ্জলতা—**

মথন্নায়না তাবা মফমদা পূক্লিং-হকচাং কৎনা লেপ্পী হুপীনি; হুংশিবগী দমক্ত অব্রাফম পুবদা কায় নাচুংদবী হুপীনি। থোৎলবা নৌরবা. মেঙলবা হুজা ওইবা থম্মোয় নামিবা ফুজক্ক পয়ানা অরাক তম্না শীংলাকপগুম হুংগী অবাবা পূন্নমক হুংদা লার্কশন্দুনা থম্বী হুপীনি।---

অহানবা 'লৈরাং অহু কনানো' দা মাগা থেংনৈ। মপাউদি অমত

তাদে, অদুবু লবঙ্গবু উবদা হুংশিজৈ, মাগী শগোল লমথামজৈ হায়বা খোর্জেনা শামিন্না অদুম মত্তাকই। লবঙ্গগী শগোল লতাসনানা লমথাম্লম-ল্লবদি ওহাক থংলেপ্পনম্লবগু অদুম মচেনখিগদৌবনি। থাজনা ঈথামল্লবদা ঈপাক্লা কৰি খোইনা শাখিনা ঈওনফম থে দ্বে ; ওহাক ঈথক-ঈহাইনবগা অদুম মরোইজগদৌবনি। লবঙ্গগী শগে ল্লা 'লম্মী থৌ লমছম হন' চেন-বদনা লম্মৌদা, হনবদনা লম অমা থোই হন্নিবা লতাসনানা লমথাম্বননি থঙদনী-ঙাই কৰি লৈ। লতা লবঙ্গবু উবদা হুংশিখি হায়বদা পঙচিং-চিংনিংঙাই খোইনা লৈতে।

'শগোল তোংবা অদুবু কনানো' মতাংদা খোর্জেনা লতাসনাগী মপাউ তম্লি ; মহাক্না লবঙ্গবু উবদা হুংশিজখিবা, মানা হুংশি-ঈথৌ লাংজবা, মাগী লম্বী য়েংদুনা লৈজবা ফোঙলি—"ওসিম্ ওরাংগী মতম অদুনি, ••• লতাসনাম্ব ••• লৈকোন্দা খোরক্লে। পূম্নমক ওরাংগী মতৌগুম্মি। ••• য়াঙ্গংলবী ইম্ফাল তুরেলম্ ওরাংগুম্না খোইখোইনা চেল্লি ; লতাগী লাংতক্নবা মিৎস্না থম্বাল অনৌ অঙম্ অদোমদা চিংনা চিংনা য়েংলি ; ••• ওরাংগী মতৌগুম শগোল লাকপরা হায়দুনা য়েংলি।" "••• কবোক-লৈদা, অমতা চিথদনা খুজং ফাওবদা হংই—শগোল তোংবা অদুবু কনানো।"

হৈরবা খোর্জেনা বাহৈনদি বামাঙবা ·য়াই শগোল খোঙফম্না খোয়দানজবা অনৌগী মপাউ তম্বনি হায়বদা কৰি লান্নিঁঙাই লৈরি! লতা মথৱায়না তাজবা লবঙ্গগী দমক থৱায় হকচাং পুক্লীং মুংনা লেপ্পী হুপীনি থঙদনিংঙাই কৰি লৈ!

'বাহৈনদি বামাঙবা য়াই' ভাবুক কনাগুম্বদা ওরূপ খোক্লিংঙাই লৈ। কৰিনা! খোর্জে অয়াবনা বাহৈ মথম লেংদুনা পামু-হুংশিশিংগী মপাউ

তম্বদনা মথৌদাং ওইনম্লিবনি। অদুদি কম্নিগী খোর্জ্জেসিনদি য়্বানম-ম্নি। মশানা চুংশি-কাঙলোন কয়া হৈজ-শিংজদজুনা মবুম্লিং থুংনা ফোঁঙমদ য়ৈশিনগে ময়ৈশিলত্রা? নত্তে।

চুংশিবা মথল অ৹নীনি, অমনা হৌগিম্নয়কপনি, অদুগা অমনা নৌনা হৌদোক্লিম্নবনি। পুনশি-খোঙফমদা লমথাং লমতেং থুদিংদা চেংলৌ কয়া শকথেংনৈ; খোইনা থম্মোযদা পাল্লুদে। তাক্সা তানফম অমদা শক্তম কনাগুম্বা অম্না অনী থেংনৈ। চুংশিনিংঙাই ওইবা মশক মত্তৌ যাওত্রবস্থ থম্মোযনা থঙহৌদনা চুংশিক্লদবা ঙমদে। কম্নিগী। লাংঙোল খোঙদিম্ন-খিবনা পান্দা শকথঙনত্রবস্তু চুংদদি থম্নাযগা থম্বায়গা শকথঙনৈ, নোংমা মাগা ঐগা পুনশি অমগী খোঙফম অগদা খোঙদিম্নরম্বা নীংসংনৈ, অদুনা চুংথুপ্তুনা লৈরম্বা চুংশি চুংঙোলকই; চুংশি, চুংশিনৈ। অসিগুম্বা হৌদোক-মিম্নয়কপা মচুংশি য়্বাগী মতেং চঙদে নৌনা হৌদোক্লিম্নবা মচুংশিগীদি পাউপুনিংঙাই য়্বায়োল চঁটি।

খোর্জ্জেনা লবঙ্গ লতা অনীগী মচুংশি অহানবা মচুংশিদা থম্বনা য়্বানমখিবদনি। অদুগা অমনা, চুংশিবনা অযৌবা য়্বাহৈনা ফোঙবা তাম্নবদি মচু মকই। চুংশিবা থঙদে, অম্বাবা থঙদে, চুংঙাইবা থঙদে, অয়োবদি ময়োল লৈত্তে। চুংশিবনা লমযৌম্নবা লৈমায খোঙবী লৈহোৎনা চুংশি মরেপ তম্বনি, লুক্লক অহৌক খোঞ্জেম্না চুংশি-থাক্লোন তাকপনি, লৈম্নেং মাদি মঙফানবনি। কম্নিনা। পাউফম্নিংঙাই লোনফংদে।

অদুনা চুংশি-চৈহক্লমনখিবনা খোর্জ্জেনা লবঙ্গ-লতা অনীগী চুংশি-খোঙফমদা ময়োল অম্লক লাকখিবনি।

লতাসনাগী মশক মতাং য়ৈনা খিক্লত্রবস্তু অয়োইবা "কৃষ্ণলতাসনাগী

খোঙ্‌ল লীবা অমস্তুংময়াং ওম্বা' মতাংদা—মাগী ব্রাঙাং অমতং তারগা মাগী মশক মতৌ তরু তরু তরং তরং হেক্ত ভাবুক্লা খঙি।

মতোলগা মপাগা মনাই হাকন্নবগীবু ওইরবস্থ অমগীবু ওইরবস্থ কায়নরে; মতুং হনবা লৈবাক ঈরাং হৌরে। মতোল য়াইস্কুল-লাকপা ময়াংদা চেল্লে। তৌবিমল খঙবা লবঙ্গ মপাগী হুংঙাইবা য়াইফবা পুন্নমক থাদোক্ক্‌না মাগী মপুনশি য়াইস্কুল-লাকপদা কথোক্লে, মাগী অবাবা শরুক য়াথরে। লতা ময়াং তান্না মপাগী কোম্নুংগী হুংঙাহবা, মমা-মপাগী হুংশিবা থাদুনা লবঙ্গগী দমক হল্লে। নোংদমথীবী ওইবনা মপুরোইবা তৌবুলগী লানফমদা তুরে। মপানা মাবু খোঙ্‌ল লীরক্লে। মাবু হুংশিজরবা মানগু হুংশিজরবা মপাবুং য়েংদুনা লতাসনা বাহকৎলকই—"পাবুং ··· ··· ! পাবুংতোনবুদি নিন্দা তৌবিগন্থ; ··· ··· ঐবু চানবিবদগী থোকথিবা ঙাকুনি। ঐগী হুপী ওইবগী পুক্লিং লেপ্পা অমস্তুং সত্যগী ব্রাশক ঙাকপীনবগীদমক — ··· মীনা তাথীবগী ··· লুম্নবা ভার ··· ··· পুম্নবনি। পাবুং ··· না ··· ··· পাবুংতোনবু হুংশিবিয়ু। ··· ··· হুপী ওইবগী পুক্লিং অকনবা অমনা থৌইনশিন ওইদুনা তৌরুবা ··· ··· সনা চরণনা ক্ষমা তৌবিয়ু। ··· ··· পাবুংতোনগী থোগল ইনথিবা লুচিংবা পুন্নমক তৌবুলগী লান্দা তুরে ··· ··· তাজরে; ··· ·· ননাই ঐহাক মুগ্ধা হায়রবা অদু ওইরে। ··· ননাই ঐহাক্তি হুপীগী জাত্তা পোক্লবনিনা ··· ··· মমা মপামকপুম্থ মপুরোইবনা হেনফম থোক্লে; ··· ননাই ঐবুদি ইপুরোইবনা মণিপুর থোকউ হায়বা য়াথং পিবিরমদ্রে অদুনা মপোক অসিমা ··· ননাই ঐহাক রামনগর অসিদা ইপুরোইবা ঙায়বা তারে।"

থরায় হকচাং পুক্লিং কৎনা মপুরোইবা নীংলবী লতাসনাগী শকফম উবদা ভাবুক কনাগী হুংঙাইবা ঈথক হৌরোই! অছে-খুমাবা বাল্মীকিগী

শিদ-ঙৈরা শিন্থরবা থোর্জৈগী জনক-কোন্দা পোক্লবী, রঘু-কোন্দা শাচ্চবী, মপুরোইবগী অরা শরুক য়াববী, মপুরোইবগী মিংচৎকীদমক বন্দা উকু থাগুজেৎনা উকু মোনখাংনা লেল্লবী, মপুরোইবগী দমক্ত হকচাং লৈরোল চন্নবী জানকীগী মপাউগুম লতাসনাগী মপাউথোল ভাবকী থম্মোয়দা পাল্লি।

অরাব-মৈচাক থাগোল্লা চীংগী পল্লোন রাংমদা রামনগরগী থাংপোক মচা অমগী মহুংদা মপুরোইবগী দমক পুনশি পন্থুং য়োবা ঙাইরবী কুন্ন-লতাগী শকফম ভাবকী থম্মোয় ঙমদনী ঙাই করি লৈ ! অঙকপা থোর্জৈগী থুৎয়েকনি।

## শানোংবা-য়াইস্কুল-লাকপা

নিংথৌ পানবা, পাম্বোমগী পান্নমা লৈবাক পুনবা মতমগী মৈ-থোক্লবা নিংথৌমচা-দ-নিংথৌমচানি। হুংশানা অফুনহনা মৈচৌরবা নুঙ্গায়-কুয়োম্ন-রবা চীংমায়না ফুল্লে-উরাংনরবা, নাশং-নাপুংনরবা উপাল লম্বক কায়দোং পীবগুম মাগী থক্রক-থক্রক লাউরবা, ক্রক-ক্রক লাউনা কল্লবা থম্মোয়না হুংশিরুবা, চাল্লুবা কয়াগী তুংনফম ওইরবা নিংথৌমচা-দ-নিংথৌমচাগী শক্তম্নি। ফরগা ঙশিং, ফল্লগা নুং অতেকপা, শাউরগা মৈশুম্বা, থোনাদনা হিংবা, থোনানা লোইবগা মপুনশি লোইবা, হায়দোকখিবা রাফমগী অমদি মায়থী-ফিরুক হাংনবগী দমক্ত থরায় পোম্বানবা নিংথৌমচা-দ-নিংথৌমচাগী শকফম্নি।

'হুপী হাররবা অমসুং লৈবাক কায়বগী মঙ্গ হনবা' মতাংদা থোর্জৈনা ইরি—"ইঙা থাগী অমাবস্থা হুমিৎনি। মঘনা শুক তরেৎ সুনা মমথ্রে। নোংনা মীকপ মীরাউবগুম ⋯ ⋯ শিন্থরি। অসুম্না থুদোং থীরবা মতম অসিদা কনানো ⋯ ⋯ চৎলিবসে? ⋯ ⋯ য়াইস্কুল-লাকপনি। থোগল-

থাওমৈ পুবা ··· ··· অমতং নত্তনা অতৈ কনা য়াওদে। ··· ··· পুক্নিংদা লাংতক্নরিবা অমা ময়াম্বুং খ্বাইরাকপদা হুঙৎকে হায়দুনা—লবক-লতাগী বিধিনা শেম্বা লৈপুন ··· ··· কায়দবা য়াবরা হায়দুনা ··· ··· পুক্নিং থংগে হায়বগী ···· ··· ।"

নিংথৌগী মমাও, মতীক্না মগুণনা নিংথৌমকুম পাল্লবা নিপা মহাক্না অহিংদা, শূক শূনা মন্নবদা নোংনা মীকপ-মীরাউ তারবদা মানা হুংশিক্নরবা লবঙ্গগী দমক মথব্রায় হুংঙাইতবনা অনীগুবা মনাই য়াওদনা ময়াম্বুং খ্বাইরাকপগীদা চৎলি। কয়াদা মচা-মনাই চাঙ্ক্লবা!

মথক্কী পরেং অসিদা থোর্জেনা শমথরি—"অতৈ পুন্নমক্কী মথক্তা মনাও ওইহবগী অতাঙবা হুংশিবা লৈ লৈতে থংনবগী মরমগী।" মহাক মশানা ময়াম্ববু হুংশিনা নীংজনা চচ্চবনা ময়াম্বনসু মহাকপু হুংশিবিরমগনি, নীংবিরমগনি হায়না মানা নীংদবা ডমদে। মানা হায়জবা রাফম ময়াম্বনা মাবু হুংশিবিবদগী য়াবিফম থোকই হায়না কন্না থাজজে। ময়াম্ববু কয়াদা মানা হুংশিজরিবা।

মচাক্কী অমেঙবা শক্নক থরগীমথৈ উরে, অকনবা শক্নকসু অমুক য়েংসি।

মহাক্ন "হন্দক থাগিগী লানফম অসিদা · ··· লবঙ্গনা তৌখিবা ··· অসিদি য়াম্বুং মহারাজনা পীবিগ্রবা মনা পুন্নমক অত্নসু মতিক চায় ··· নীংদে" দা হায়জবদা ময়াম্বনা মাগী মরা লৌনীংদে হায়বা মতাঙম " ··· মপুমক য়াওরমদ্রবসু মৈতৈ কোম্নুং মৈতৈকোম্নুং হায়বা রা অসি ··· লৈরম্নরোইদবনি"। থূঙীরে; অত্নুদগী অমুক মহাক্না "··· ··· লবঙ্গনা ··· লৈপাক্কী ··· ·· য়াম্বুং মহারাজগী তৌখিবা ··· ··· থন্নুরবদি ··· ··· ঐগী ইচা ইবেম্মা কুঞ্জলতাসনা অসি মঙোন্দা পীদুনা লুহোংলবতদা পেনগনি।" হায়জবদা মগাম্বনা ইচা থাজবসু নঙগী নথৌ লৈবরা মতাঙম "মধুনা ···

তৌথিবা ... ... থল্লুবদা ঐগী ইচা সনাহল অসি মঙোন্দহুম পীসিরা ...
থল্লম্মী"। হায়ত্তুনা থুম্বীরে। "... লতাসনাব, মধুদা পীবা ভাথিরম্মি"
শমথৈ থোর্ক্লেনা।

ময়াম্বনা মহাকপু থোইনা হুৎশিবিবা মতৌ উদবা, মাব, থৌওইদবা,
মাম্নথীবা পীবগুম তৌথিবসিদগী হুংঙাইথিদবনা অমদি মত্তুগী মলোম্না নুং
অতেকপদ-অতেকপা ওনথরে।

ময়াম্বগী হিক-হঞ্জবনা মাগী হি থুগাইরকপদগী হিন্থৎম্ন লোয়োই,
হিমনম্ন লোয়োই, কোৎপম্ন য়ারোই লেপথরে। 'শানোংবা হিঙ্গায় অমম্নুং
হিগায়রবা' দা থোর্ক্লেনা ইরি—"হি অহু নত্রবদি ... ... হিকহঞ্জবনা মাত্তুগী
মতিক থোকপা ফংজসন্থ"।

কয়াদা কনঙবা মাগী থম্মোয়!

'মণিপুর রাজদরবার' দা ময়াম্বুং নিংথৌনা থেম্বা হোৎনবমথৈ থেম্বদা
কায়দে; নুংদা ঈশিং চাইবগা অন্ধানি। থেম্বমথৈ থেল্লবদা য়াত্রত্তুনা
ঐ নিংথৌনি হায়বত্তুফাওবা উৎলবদা মানা নাচুংবা লৈতে; মানা হায়দোক-
থিবা রাফম অচ্চদ চু পায়চ্চ-া লৈ। ইরি থোর্ক্লেনা—"... ... মঙানি
অসিগী মস্তুংদা চিকহঞ্জববু হাত্তবা য়াদে।"

ময়াম্বুং অনীগা মাগা থেংনবদি নুংগা য়েকুমগা কাওনবনি হায়বা
মা খঙদবা নত্তে। হায়দোকথিবা রাফম ঙাকপা ঙমদবদি মঙোন্দা শিবগা
চপমান্নে। হিংনা শিবদগী শিনা হিংবনা পাম্বা মহাক্লি। 'লাইরানা
পাল্লগা পাল্লে, হকচাংনা কেম্লগা কেম্লে' অয়ুংবা পূকচেননি। কয়াদ
চেৎপ্রবা, কয়াদ কনঙবা, কয়াদ থৌপ্রবা পূকচেল!

'অকনবগা অকনবগা তিল্লবা' মতাংগী রারোইদা থোর্ক্লেনা ইরি—
কাছাড়গী নিংথৌনা করিঙবা লৈফম পীবিয়োই ... ... হায়বদি মাইস্কুল

লাকপনা থবায় য়াম্না রানা অমসুং তৌদীংদনা মহায়াতগী মথক্তা খুৎলাই পায়বা তাই।"

রারে রানা, খুদোং থীরে থীনা থৌনা শাগোম্নবা তোক্লে।

অমুক 'তৌব্লগী লানফম' মতাংদা মাগী অরোইবা শকফম য়েক্লি—"... নোংশাগুম ফুজিল্লক্লে। ... ... অয়াইবা শানোংবা নত্তে। ... — পুং অমা য়াম্নরে। ... ... খগেন্দ্রজিৎনা মনাও অতোপ্পু চংনা ফাগে থম্লবা ... কাম্নবা তারে। শানোংবা ... তুরে।"

থৌনা শাগোম্ননা পোকপা, থৌনা শাগোম্ননা হিংবা, থৌনা শাগোম্ননা শিবা শানোংবা য়াইস্কুল-লাকপনি।

মাগী অচেৎপা পূকচেল, অথৌবা শাহল মশাগীদদি ফনা উরবত্ত লৈবাক্কী নিংথৌগী ফত্তবা ওইনা থোকখিবনা মঙোন্দা থাগৎনিঙাই লৈতে তাব্কনা থনফম থোকই। অদুদা মঙোন্দা অরানবা পঙ্কন-কন–না শীবা-য়াদবা মরম অচোবা অমা লৈ। 'লঁওবনা রাবণ পুল্লবনা সমুদ্র' পাউরোনবগুম তশেংনমক লামবদি থ্বাইরাকপনি। য়াইস্কুল–লাকপগী ময়াইফকমক্করা, নিংথৌগীনরা নত্রগা লবঙ্গ-লতাগী রাও তমখিবনরা লৈবাক্না মনিল মহাকথংদগী নাইবগুম থোকখিবনা অমদি ময়াম্বনা থোংদনা চীকপগী হুনা হুকাখিহুনা থোকপনি অয়াম্বনা উদবনা মাগী মচু থীনা মকপনি। অত্তুদগী হেন্দোক্লনা হৌজিক ফাওবদা রাকায়-হুবা মীবু 'শানোংবা হিগাই' হায়না পাউরোনরবনি।

মথকরায়দা লৌথৎখিবা 'হুপী হায়বা ... ...' মতাংগী মচীল মনাওগী রাফম মুম্না মেংওকপদা য়াইস্কুল-লাকপনা রারোদফম থোক্লে। থ্বাইরাকপনা মচা লবঙ্গদা পীনিংত্ররবত্ত মনাও মেংহুনা হুৎশিবা রাহৈ থাবা য়াই—

নচানি থম্লসি, য়াম্লুং লৈরিবনিনা ইচৌল-ইনাওদি ওমদেদো ··· অসিনচিংবা হায়বা য়াই! অদুদি থম্লদুনা মাগীদি শীংনবনি. থৌওই-উশিন্তবনি।

অদুগী মথক্তা 'লৈবাক কায়বগী ময়োল চোংবা' মতাংদা নিংথৌনা হায়রকপা "শোয়দ্রে মাতুগী দমক্ত হৌজিক য়ুমকায়বা তারি। ঐদি মহু খংদবনিনা নডনা মধুদা লতাসনা পীসি হায়রবা অদুদা য়াথিবনি"। রাইনা থ্‌াইরাকপনা মনাও থৌওইদবনা মনাওনা ভুংডাইখিদবা মরম অসিমদি লৈ নীংসংদে অমদি নিংথৌদা তাক্তে হায়বা তাকই।

অদুদগীশু অমুক হেন্না 'মণিপুর রাজদরবার' দা মচুংদা মচীল মনাও অহমদা লোইশিন্নগদৌবা বাবু পুথোক্ত্‌না মনাও য়োল্লি।

মওং পুন্নমক অসিদা য়াইস্কুল-লাকপশুবা মপোক্লা, মতম্না ঈ অশাবনা তুম্নিন লৈবা লুই।

য়াইস্কুল-লাকপগী লাল থোকপগী মরীদা নিংথৌশু শরুক ইপু পুদবা নত্তে। 'মণিপুর রাজদরবার' মতাংদা মানা থেম্বা য়ারক্ত্রবদা মথন্দা "ঐনা হায়বদা অমুক্তা হিক্তোক্তবা ইনাওনি, মাসিগী অর্থ করিনো!" হায়না থম্বরকপদা অদুগী বারেপন্তি ঐগী ইনাও অসি নিংথৌ লেমগে নীংলেদনা হায়না লেপথি হায়বা মহাক্তী 'লৈবাক কায়বগী ময়োল চোংবা' মতাংদা ডাং-লকপা "··· মহাক্ল নিংথৌ শেমগে হায়বমক্তগী তৌবরা?" হায়বা রাডাংনা তাকই। অসিশুবা মাগী মবুক মাংবা অসিনা তাইশিন্নবা লম্বী মতম চানা খিহৌদবদগী তঙাই ফদনা থোকখিবা লাল্লি।

অকোনবদা পনম্লিবা মতাং অসিদা থ্‌াইরাকপনা থুম্লকপা "মহাক্লা নিংথৌ শেমগে হায়বমক্তগী তৌবনি হ'য়বসি থাজবা ওমদে। মহাক অসিমক ময়াম্বা নীংলবা অমতুং লৈমনিংথৌ থংলবা মী অমনি।' হায়বা রাফম্না য়াইস্কুল-লাকপা ময়াম্বশিংগী দমক্ত অমদি লৈবাক্তীদমক্ত থনবা

নীপানি হায়বা তাকই। মথোয়গী অশোয়বদনা কায়খিবনি হায়বদা পঙলান লাম্লিংঙাই উদে।

অসুম অসুম ওইদুনসু য়াইস্কুল-লাকপবু কনবা য়াদবা শরুক অমদি লৈ। মানা ময়াম্বগা মুংঙাইনদবা মরম ময়াম্বুং নিংথোদা ফোংদোক্লবদি অসুক য়ানং-লান্নংনদবা য়াই।

শানোংবগী মীওং, মতমগা চপ-চানা চুনরবা শক্তম, উবদা ভাবুক্লা খোইজেংগী মগুণ থাগত্তবা ঙমদে।

লবঙ্গ-লতা নীংথিজবা লাইব্রিকনি। মৈত্রবাকী কংলৈয়োলগী পন্দুপ অমগী মঙাল নীংথিনা উৎতুনা ভাবুকী কুইনা তুমথুল্লকুবা থম্মোয়বু য়াকায়বদ নত্তনা লাইব্রিক অমা ওইবগী তোংঙাল তোঙালবা মহাউ মথল মথল মঙোন্দা পী। সাহিত্যগী মহাউ মাপলগী মচুংদা অকিবগা তুজুংবগা অনী নত্তনা অতৈদি লাইব্রিকুসিগী ~~ময়ায়দা~~ ~~তুংতুনা~~ লৈ হাযবদা লাম্লিংঙাই উদে। লবঙ্গ-লতা অনীগী চংশি-চংঙোল মপাউথোল, নীপা-ওইবা লবঙ্গগী অথোবা শকফম, মৈ ওইবা শানোংবগী অশাবা শক্তম মপুরোইব-নীংলবী লতাগী হিক্লবা থম্মোয়গী মপাউথোল, খোইজেংগী ঙক্লবা থুংয়েক, মতাং মতাংদা নোক্লীংবা ,য়াফম—তোঙান তোঙানবা মহাউনা ভাবুকী· মবুক থল্লবা য়ারীনি।

মসি মৈতৈ-সাহিত্য-জগৎ-চুংগী নীংথিজরবা উমং অমনি মসিগী মচুংদা চঙশ্রবা ভাবুক্লা থংহন হন্দোকপা য়ায়। মফম অমদা লৈরাং কুঞ্জলতাসনানা লৈশক্লা মিংলম পুল, লৈনয়া পুক্লিং সুম, লৈচুনা উমংগী শরুক অমা ঙাল ফুগায়না শাৎলি। মফম অমদা লৈনম লৈথোং মুঙ্গ্রিবনা কঁঙাওনরবা খোইমু লবঙ্গ লৈথোং লীনা লীনা পাইরি। মফম অমদা অমুক পামেল লবঙ্গ উকাদা উরীগী জাত্তা পোক্লবী কুঞ্জলতা হাইনা

হুম্না য়াঙরি। নাকপাক অমদা কোয়ৌ শানোংবগী অয়াকপা মঙাল্লা মিৎ-তরঙ হৌরি। অচৌকপা উমংগী শরুক অমদা তুমা কায়রবা চেক্লা নবীন-না চুংশি-চুংঙোল-কঁঙাওনা লৈনা লৈনা পোম্বী ইন্দুরেখা মতুংলাং পাইরি। অমুক মফম অমদা তূমা কায়রবী ঙাক্ল থঙ্গোং লতাসনানা চুংশি-চুংঙোল তুফক্লনা কায়নবগী লান-ঙমজ্রবা তোর্বাল চাংকোদা তাহুনা লৈরি। ... ... ...

কনানা থাজনা লোইগনি।

মতাং মতাং চানা খোর্জেংগী মতীক মগুণ শকক্রে; অমক-অকায় উৎক্রে। হৌজিক অমতংদগা লৈরি। মসি চিথহোৎরবদি খোর্জেংদা লঙদনি ঙাই ওইররোই।

খোর্জেংগী অঙকপা গুণ অমা—স্ত্রী অমা, হৈকোল অমা অতৈ কয়িগুম্বা অমা থারকপদা ভাবুক্লা লাইরিক পারি হায়বা হেক্ত মকাউহনবা, মাগী মমিত্তা, মমাঙদা, মীশক পোৎশক অদু শংশংনা হেক্ত মরেপহনবা মাগী অঙকপা গুণনি।

য়েক্লি লবঙ্গগী শকফম—"মঙানগা মরেপকা মরেপ্লা ঙমই। য়াম্নবদা চহি কুনমঙাদগী হেল্লোই। মথোক কায়কপগী ... ... নীংথিবা পূম্নমক ... খোৎল নৌরবা ... কায়াৎ থুদিংদা নোংথাংগী ঈচেলগুম্না চেল্লি। ... লময়োবা পুলৈকুচু অচু উকরবদি কনানা .... ... কামদেবমক্লি হায়নিংঙোইদগে ? অয়েকপা মাল্লবা পিত্তম অনীগী মথাদা তত্তনা মরোল লোল্লবা মিৎসনা থম্বাল অনী ... ... ? অমুনবা তয়ানবু ঙমজনবা ওইরবা চীনবান্দা মতম পূম্নমক্তা অর্থ য়াওনা মোমোন নোকপগী ফীভম .. .. ।"

অমুক কুঞ্জলতা সনাগী শকফম থারি—"... ... নীংথিজরবা ... লৈয়াং অমা লৈরি—কুঞ্জলতানি। চহি তরানিপাল্লা মপুং হেক ফারকপদা ... ...

যুবতী ওইবগী কলা পুম্নমক মশিং অমত্তা ৱাৎতনা কাযাৎ খুদিংদা নোংথাংগী ঈচেলগুম চেল্লি। ... কুচু ... ... সনাগা পান্দম্ননিংই। য়াম্নদি ঙৌৱগা ঈ থাংদবদি নত্তে; ... মায়থোং কোইৱপ তৌই ... ... থাগা পান্দম-নীংলবসু য়াগনি। মৰোল থোক্লবা মিৎসনা থম্বাল অনী ... ... হৈৱবা মীনা তুৱি পায়হুনা য়েকপগুম্না কোইৱপ ভৌবা পীগুম অনী ... কৌদনা কৌবা মাল্লবা লৌনম চাওৱবা চীনবান .. ... মিৎয়েংবু ... চিংশিনগে লাক্লৱি। নাকোং অনীদা সনাগী নাইন অনীনা মিকুপ নাহুম য়েংহুনা চোংথরগে হোৎনৱি। — ... থোৎনা মুৱবা শম্নাং — .. লমহেন্নসু শাংদে। কপ্পাক য়ৈবদি ফজ্জবগী মৱীদা পামদবা কনাগুম্বা চোংথোৱকপসু য়াই ... কাপমুক হল্লি।"

ভাবুকী পুক্নিং মুন্দনিংঙাই কৱি লৈৱি। শকুম্না শংশং ফাওদনিঁঙাই কৱি লৈ।

থোৰ্জেনা য়েক্লকপা শকুম খুদিংনা ভাবুকী মাঙদা থৱায়নবা শকফম ওইনা লেপ্লবগুম মানা থিল্লকপা মফম মিৎলমদা ফাওদনিঁঙাই লৈতে। ফিজঙ-কুম্মেদা পোৎলমগী পৱেংনা মথং মথং তক্ক তক্ক তৱং তৱং ফাওৱকপগুম মানা লুনা পৱেং চা-না লেংথৎলকপা পোৎলমশিং তশেং তশেং মিৎলমদা থম্না হেক্ক মতাৱৈ, পুক্নিং হেক্ক মগুম্মি।

'শগোল তোংবা পাথং অদুবু বনানো?' মতাংদা থোৰ্জেনা খুাইৱাক-পগী কোল য়েক্লিবা য়েংসি।

"... ... খুাইৱাকপগী লৈকোল ... ... য়েংননবা পোৎ অম্না ওইনা থোকখি। মাংদা ইম্ফাল তুৱেন্না খোইখোইনা চেল্লি, ... ... তুৱেন্দগী ...হেক চংবা য়ানবা পীক্লবসু চুম্নব লম্বী মচা অম্না লৈৱম্মি। লম্বী অদুগী নাক ৱেৎ ওইদা নেম্লপ তৌবা অয়াবা লৈগী ঙাৎ—যাতি, যুতি ... বসন্ত ...

ওইবমা হৈয়াং লৈরাং - ঙম্না অনৌবা য়েম্লীং হুন্নে; অরাপ্পদা গোলাপকী ফৈদোগদা অশংবা মনা মরক্তা পোম্বোম শাৎলবা লৈরাংনা ··· নিংথিজরি। খোংজোম ফবনা মতম চাদনা শাৎলবা তথেহৈনা ··· ··· পুক্লিং শুদ্ধৎনরি। তিংথংগী মনা মরক্তা ··· কেতকীস্ব ··· ··· পুম্নমকপু ঙাওহল্লি। লম্বী নাক য়েৎ ··· মক্কম চানা থাম্ববা লৈরাংগী জাৎনা লৈতেংলবা লৈকোল অনী অতুগী ময়াইদা চপচানা ওন্দুনা তোরবা পুম্ব্রি—পুম্ব্রিগী চিথেক মরিদা মাংজোননা শিঙ্গাহৈ। মরক অদৃদা লম্ভপ লম্ভপ ··· মশা হাইথরবা কবোক্লে। চিথহৈদে ··· ··· মতাংগুম ··· হাওরৈ, মযাংলৈ ··· ··· ফৈদোম মচা মচা য়েপ্লি। ··· লনাহৈ ··· লৈবাক্লে ··· ···। লৈকোনগী অকোয়বদা চিগোংলৈ ··· অয়িৎপগুম মনা অমতা ··· ··· হেঙ্গৎতে। ···লৈকোন্না হেক থম্বদা শঙ্গাই শুমাং লৈ—থা বাং থরা লাপ্পা কম্বা চাউদবা হৈয়াং পাম্বী ··· অমতম্ব শংনা লৈজবা ফংদে—কনাগী মথক্তা খোঙ্গুনমেলৈ, কনাগী মথক্তা য়েক্রুমলৈ, মথক্তা মেলৈ লৈম্বা নোংজুমপান কদাম্বা লৈফুংশি। ··· শঙ্গাই শুমাংদি? বৃন্দাম নাপীনা কোয়রি; কুন্দালৈ ··· হাইথ হাইথনা শাৎলি; বৃন্দাগী থুবম মনাক্তা কামিনী কুসুম ··· মনা অমতা চোই-খোক্তনা য়ুংলি; মুন্দাহৈ অনীনা তনয়েৎ য়েৎপীরি। শঙ্গাই মাঙ্গোন ··· মধুমতীনা য়েত্তুনা — কুঞ্জবন ··· ওইরি। ··· ···"

কয়াদা লূনা ফজনা খোর্জেনা ভাবুকী মাঙদা থিনগ্রবা লৈকোম্নো!

লতাসনাগী মতা ইন্দুরেখাগী শাহল খোর্জেনা "নতংলাংগী লৈপাক কায়রনিকো সনাহল!" দা নোক্লা নোক্লা য়েক্লিবা কয়াদা হুংঙাইগ্রবা অমুক য়েংসি।

"··· হুপী ·ওইবগী হোনবী শুনা ফজবগুম্না বা ঙাংবদা ··· হৈশিংই। বাহৈগী লান্দা, মহৈগী তেন্দা, কোচিগী লোনয়কপদা ··· নীপা হুপী পুম্নমক

মঙোন্দা মায়থীবা ফংগ্রবা ঙাক্তনি। মতম অদুদা ··· লুহোংবা অমতদগী মাবু ... বার্ত্তোন চীথবা লৈখিদে। ... ফনা হৈখিংগ্রবা বরগী লাম্না অমতগী মাগী মমাংদা তুদবা য়াওখিদে। ইন্দুরেখাবু য়াওয়নবদি বরগী কাংবু অমতনা মাগী খুনিং চাদবা, মাগী খুজিনগী দাগ ফংদনা নত্রগা কোয়েৎ শেগাইদনা হুনকপা য়াওখিদে।"

খোর্জেংনা নোকপদা য়াওরোইদোবা ভাবুক কনা লৈ।

মতাং অসীমক্তদা খোর্জেংনা পীরিবা চুপীগী তোর্বান দরবার মশাগী মমিৎ খোবা মগুণ উৎনা উৎনা ভাবুক্তা মুংঙাহবা ঊথক পীরি। ইরি—

"... লতা অমসুং ইন্দু অনীমক ... য়োরকপদা ... তোর্বান্দা ... চুপীগী দরবার ফম্লদে—মৌনহা, মৌয়াংথাং, মৌহন, লৈশাবীগী জাৎ মনা তিনরে। বসন্তগী মতম ওইবনা কনাগী মচিন্দসু বাচোই অমতা য়াওদে। মৌয়াংথাং কনানা মপুরোইবনা কোয়বগী, মৌনহা কনানা ... পাখং কনাগী, মৌ অহন কনানা মপুরোইবনা লীকপগী, কনানা মচা ওক্তবগী কনানা মচা মশক ফজবগী, কনানা মচানুপী থাজবগী, কনাদা লৈকাইগী মতু মরা খৎনবগী, কনা অমনা ওয়াং মুংদাংগী ইনশাংগী বারী ... ... হিদেন অচু কৈথেল মচা অমা ফমে। লৈশাবী অহনগী জাত্তি ... মৌয়ামগী মরক তিনবা লায়; ... মচাগী কাংবুগীদি ইকাইবনা ওইরবসু, অর্থ খংদবনা ওইরবসু ... তিন্নবা ফংজত্রে; ... ... অতৈ পাদৈ লৈজদদুনা খোঙামগী লৈহাও অগ্নি, লাইশ্রমগী চিনিচম্পাগী বারী শাদুনা পেম্নরি। —অসিনচিংবা।"

খোর্জেংনা চুপীগী মওং কয়াদা নীংথিনা উৎগ্রবা! ভাবুক্তা মুংঙাই-তনিংঙাই লৈবরা!

নায়ক-নায়িকা অমগী মুংগী মপাউ বাহৈ অমনা ভাবুক্তা পুক্লিংদা থক পাহনবা ঙম্মি—

'লগোল তোংবা অহুবু কনানো' মতাংদা লবঙ্গগী লম্বী থৌরাংনা য়েংজুনা ঙাইরবী লতাসনাগী মবৃক্তি গী থোয়রাংবা ভাবুক্তা রাহৈ অমতনা ফাওহল্লি—"লমগী চেক্লানা ঙাইহাক চাকতারগা চীকমাংনথিবগুম্না মাংল্রবা অহুবু কনানা কন্নানো হায়রবা থ'গনি।"

মোংদম্বনা নৈপুল ওইয়ু তম্নবা অনীনা নোংমা পুনশি লম্মূথাংদা শকথেংনথিবা, চুংশি-মথোঙদি মুম্নথিত্রিবা, থম্মোয় থম্মোয়নদি থৌরাংনা ঙাইনরকপা শোয়দনা লমওক্লরথিগনি হায়রবদি মীওইবগী অমদনা উবা ঙমদবা তাল্লাদা চুংচৌল চুংশি-ইথৌলাংলবা থম্মোয়না কয়া অরাবগা লোয়ননা লেমফম থোকপগে হায়বত্থ কয়াদ নীংথিনা রাহৈ অমতনা ফোঙল্রবা!

লাইরিক্লা পীনবা ফিদম মওং অনীনি। অমনা—মসীগুম্বা মওং চৎলবদি সংসার অসিদা স্বর্গগী চুংঙাইবগী মঙাল ফনা নীংথিনা তাবা য়াইনা হায়জুনা থোর্জেনা মানা নীংবা শকফম অমা লাক্লগা ভাবুকী মাঙদা থিল্লি; অদুগা অমনা—চাকী ঈশিংগী তশেংবা মী অমগী শকফমদা অরৈবা নীংথিবা মওং অদ্ পুথোক্ না ভাবুক্তা পী।

লবঙ্গ-লতা অকোনবা মও'গী ফিদম অসী পী। লবঙ্গগী মী অমা ওইনা হরাউবা, চুংঙাইবা, অপাম্ব', অমদি চুংশিবগী শরুক অত্থম ময়াবা, নিপা অমা ওইনা মাগী ওইবা মরুপ মপাংশিংদা তৌফম থোকপা অত্থম মতৌবা, অদুগা লৈবাক্তী মী অমা ওইনা লৈবাক্তী মফমদা মাগী তৌফম থোকপা তৌবদা অকিবা, নীংজিংনবা, অমদি মশাগী রাথম্না থুম্নোনবা লৈতবা, অথৌবা শকফম্না ভাবুক্তা নিপা অমা ওইবগী চৎননিংঙাই লম্বী উৎলি। অমুক কুঞ্জলতা সনাগী, মুপী অমা ওইবগী মাগী মথম্নায়না তাজক্কবা মফমদা অরাবা চুংঙাইবা অনীদা থবাম-হকচাং পুক্লিং য়াওনা লেপ্পা,

মপুরোইবগী অয়োবা মুংশিবনা মরৈবাক্কী অমদি মাগী ওইবা শকফম কয়াগী মুংশিবা লীচিং খাঙডুনা মুংঙাইবা তুংওইনা অৱাবনা নম্বোনা মপুরোইবা কায়নফম য়ামনগৎলদা মুপী ওইবা মপুনশি লোইখিবা, শকফম উবদা মুপী ওইবী কনানা চঙজরোইদোবা নৈ! মরায়বক থীবা শানোংবা য়াইস্কুল-লাকপগী ময়াম্বা থ্ৱাইয়াকপনা খোংদনা চীকপদগী কা-থিবনা হু মচু ওনখিবা শকুম উবদা ভাবুক কনানা জগৎকী মমুং মপাল নাইবা শকফম কৱি উদনীংঙাই নৈ!

লবঙ্গ-লতাগী অৱ্বা অহেনবা, অশোয়বা অঙাম্বা পূয়মক মতাং মতাং চানা উৎপ্রে। চৌজিক খন্নীঁঙাই অমত্ত মঙায়রে। মাগী অফ-ফত্ত অনীনা নাক্কা য়েৎকা থত্থনৱকপদা কনানা হেল্লি অমদি মাবু করবা থাক্কা থগ্নিংঙাই ওই!

মাগী পোৱোলদা খৱদং শোযখিবা. মতম-নাইবা পোৎশক্কা মতম চাদনা শীজিন্নদুনা ফীজোল মতম থঙদনা ফিজেৎপগুম থোকখিবা, মশানা মথন্দনা তাউশিঞ্জরকপা নত্তনা মীরৈবাক মৱোল চাইশিন্দুনা লোল-গী নীংথিজবা হাৎখিবা, লোনগী মশাগী কোম্লনা লাকচবা খোম্থাং কায়খিবা ... অসিনচিংবা অমকপশিংনা খোর্জেকগী থুৎয়েক নীংখিবা মরামগী ঈংলবা লুৱবা মঙাল অমদি মঙোন্দগী শিঙ্গৱকপা ৱস, মকহনবা মাঙহনবা ঙমদে। মায়হিং কারবস্ম কানা, থাজনা কজখগী ফিদম ওইদুনা ঙানবগুম লবঙ্গ-লতা মৈতৈ-সাহিত্য-জগত্তা মঙাল্লগনি।

লবঙ্গ-লতা সাহিত্যগী অৱাংবা থাক্কা মচল্লনি।

## মরিস্নুবা মতাং

# শীতলজিৎকী থাদোকপা

**শীতলজিৎ—**

শক ১৮৩৫ গী লাংবন তরা-তরেৎনি-পানবা, নিংথৌকাবা-সুমিত্তা অহানবা সুমিৎ উই।

নোংপোক চেনবী নমুল-না নাগ-তুরেলগা ঈতিন্নদুনা থারম হেক লৈথরকপদা য়েংলোইননা কোল্লিবা রাহেংবম-লৈকাইগা য়েংকা ওইগা ফমদুনা তোর্বাল ঈচিক লাংলিবা কাংঙবম-লৈকাই হায়না খঙনবা লম-তুপতো মহাক্কী পোক্লফম লৈকাইনি।

মৈদিঙ্গু চৌরজিৎকী মচা, মমা লৈমনা কুম্নাং অহম নাউপুদুনা পোকখিনঙাই মৈত্রবাক্কা মহাকপু সনা-চহী-অহম হায়না খঙনখিবা চাঋোঙ নরেন্দ্রসিংহনা পোকপা অঙৌসনাগী মচা লছমন সনানা পোকপনি। লাইনীং-পরৈ-চেৎপা, অরা-অনং-খঙবা, পীন-হৈবা, পীজ-পীথক-ফবা নীংথিবা গুণ কয়ানা মাগী ওইবদগী মৈত্রবাক্কী লৈয়ক-কোম্বাংদা মাগী মনম হুংশিনা চৎখিবা, হৌজিকমকসু মনম মুত্রিবা রামলাল পালগী মচাহুপী কামিনী মহাকপু পোকপী মাইফবী মমানি।

পোকপদগী মমা-পাম-গী কবোক ওইবনা অয়াম্বা মতমদা মমা-পোকপা মপুগীদা লৈরকপদগী মহাক মশাগী চহিনা নিপাল চঙলকপদা অপোকপীনা নোঙ্গাপ্রবা মতুংদগীদি অদুম পোক্সিন্নবা মামশিংনা কোনখিদুনা কৈশামথোংদা লৈথি।

অহানবা মমুমদা মপী শকথঙনৈ। কৈশামপাৎ এল, পি, স্কুলদা মতম খরদং তম্নগা কৈশামথোং এল, পি, স্কুলদগী নিম্নপ্রাইমারী ছাত্রবৃত্তি পরীক্ষা পাশ তৌড়না চাঁঙা ইউ, পি, স্কুলদা ক্লাস থ্রী তম্মি। ক্লাস ফোরদগী সিক্সফা ও বেঙ্গলী এম, ই স্কুলদা তম্নগা জোনষ্টোন হায় স্কুলদা চঁঙি। স্কুল অসিদগী শক ১৮৫৪ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী প্রবেশিকা পরীক্ষা পাশ তৌই। মথংদা গৌহাটী কটন কলিজদা লাইরিক তমথে। ফোর্থ ইযারদা মশা নাবকতুনা চহী অমা পম্বরগা ১৮৫৯ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী বি, এ, পরীক্ষা অনাস কা লোয়ননা পাশ তৌই।

বি, এ, পরীক্ষা পাশ তৌরবা মতুংদা মাগী মামশিংনা অপোকপগী মমিংদা বচ্চবা মরম্নাই রামলাল পাল হায় স্কুলদা এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টর ওইদুনা চঁঙি। স্কুলদা লৈনা লৈনা 'ললিত-মঞ্জরী' অদুগা 'তরুণ মণিপুর' কৌবা চেশিংগী সম্পাদক ওইদুনা লৈবাক্তী সেবা তৌবা হৌই। মতুংদা 'মণিপুর মতম' কৌবা মরম্নাই চে অমা ফোঁঙি। চে অসি অনীম্নবা লাঙ্গাউনা লাকপভা ওবা হিংঙম্মি; চে ফংঙক্নবদগী লেপথিবনি। অসোমদা মবৈবাক্তা থবক পঙাউ অনী পায়না পায়না মপালগী আনন্দ-বাজার, অমৃতবাজার, অসাম ট্রিবুন, ষ্টেটসমেন অদুগা হান্নদা এ, পি, আই হায়না খঙনরম্বা হৌজিক্কা পি, টি, আই কৌনরবা পাউজেল-খুৎ, অসি পুম্নমক্তী পাউ পীবগী থবক লৌই।

লাল না 'মণিপুর মতম' লেপ্পবদা মহারাজকুমার জয়সিংহগী ট্যুটর ওইদুনা অজমীঢ়দা চৎলি। মথংগী চহীদা অনীশুবা লাঙ্গাউমা মণিপুর য়োরকপনা থবক লেপথি। অশ্নমা মাগী মপুনশিগী থবক্তী অহানবা খোঙ্গোয় পরেং থুংথি।

লাল মতুংদা মহাক্তী থবক্তী অনীশুবা খোঙ্গোয় হৌই। তম্ফাসনা

গ্যারল হায় স্কুলগী তেংবাংবা ওইনা থা ৬ ওজা ওই; মথংদা ইম্ফালগী লমথৈদা চিদাই ওইনা লৈবা কাঞ্চীপুর পোলী-টেক্নিক স্কুলগী মতম অদুগী প্রিন্সিপাল মীনকেতনগী ময়মদগী হায়রিবা স্কুল অসিদা হায় স্কুল সেক্সন্দা মতম থরা হেড মাষ্টরগী থবক পুই। মতুংদা ধনমঞ্জরী কলিজগী খোঙহৌদা প্রোফেসারশিং লাকত্রিভদা অরিবা লোকেল গ্রেজুয়েটশিংনা তেংবাং পীবদা হিষ্টরী সেক্সন পুই। লাল-না মুৎলুরবা মশাগী স্কুল হিঙৎপা ঙাইবা ওইনা জোনষ্টোন হায় স্কুলদা চহী অহমলোম এসিষ্টেন্ট টিচর ওইনা লৈরম্মি। মশাগীনা হেক হিংগৎপদা হেড মাষ্টর অদুম ওইরে।

হায় স্কুলদা তম্লিভদগী হৌনা খোর্জৈ পায়বা হৌরে। ইহান হানবা শৈরেংনা হৌই; 'শিবা' কৌই; য়াকাইরোল পত্রিকাদা মিংলোৎননা ফেঁাঙি। কলিজদা লৈরিভদা 'মিনর্ভা এণ্ড প্লুটস' কৌবা ইংগ্রাজীগী বারী মচা অমদি মশক নাইথি। বারী অদুগী মশাগী ফজবনা মহাকপু মতুংদা মশক-নাইবা খোর্জৈ অমা ওইরগদৌরি হায়বা তাকপদ নত্তনা মৈত্রবাক্তা অনৌবা মতম অমা লাক্কদৌরে হায়বগী মাঙজোনবা পাউ ওইবনা নিংথৌদত্ত লৈবাক্তত্ত ঊয়াং অমা হৌথি। নীংদম পঙচেল চেনবা নিংথৌ-পুনশি তোল্লোমগদৌরবোইরে হায়বা থঙলে থঙনা থঙদ্রে শঙদনা থ্বাইগী পুক্নিংদা পানথি।

'মনিপুর মতম' না লেপথিবা লৈবাক্তী অমাঙবা অমা ওইনা উরবত্ত তশেংবমক্তি লৈবাক্তী য়াইফবনি। করিনা! মহাক্না পাউজেল-চেদা লুপতুনা লৈরম্নবদা ঙসি মৈত্রবাক্না মাগী লাইরিকশিং ফংলম্নরোইদৌবনি। মহাকী পুনশিগী খোঙচম ওনবগা লোয়ন-লোয়ননা মৈতৈ-সাহিত্যনা য়াইফরমদা কায় হায়বদা থোইনা লাম্নিঙাই লৈরোই।

হৌথিবা চহী তরামুক্‌সিগী মতম্‌দা মাগী লাইরিক ফনা যাম্না মঙাল উরে। শৈবেংদা—কেতুকী, ইখৌ-লাংবা অদুগা বাল্মীকি, অসেম্বা রারীদা—থাদোকপা, ইমা অদুগা রোহিণী, রারী মচাদা—লৈতুংশিগা লৈকোনচংদগা অনী, মীথোই-খোঙ্গুল লীবা লাইরিক্তা সুভাষচন্দ্র বসু, অদুগা অরিবা লাইরিক্কনা—অহনবা মরোলগা কোম্নবা নরোত্তমদাসকী লালসা—মখোয় অসি ফোঙলে।

অসিগী মথক্তা, অঙাংগী দময় ইবা মৈতৈরোল অমসুং ইংগ্রাজীগী ইতিহাস মচা মচা, এসে, রচনা, কী-বুক কয়া কযাসু ইত্তনা ফোঙলি।

ফোঙদ্রিবা লাইরিক্কী মতুংদা মপূং ফারবা অসেম্বা রারীদা—'চিত্রা' নে 'লমজেল' নে 'এক্টর' নে অমুক লৈরি। অদুগা রারী মচা মচা শৈরেং মচা মচা কয়াসু লৈরি। মখোয় পুম্নমক অসিসু অনৌবা কয়াগা লোয়ননা পংথোল থীন্দনা মঙাল মউররগনি।

মরল-না সমুদ্র পল্লিং ওরুঙাই লৈনা লাইগী নোংদম্বা লায়র-চুতৎনা পাল্লবী কুত্তীগুম য়াইথীরবী মৈতৈরোল মতীক লৈবা মচাগী প্রেমনা মহিংলরগনি হায়না ভাবুন্না আশা তৌরি।

থাদোকপা—

ইবা— শক ১৮৬২ গী অদুরাইদা ইবনি।

ফোঙবা— শক ১৮৬৪ দা অহানবা মঙাল উবনি।

অহমগুবা— মৈতৈ-সাহিত্য-লৈকোলগী অসেম্বা রারী পরেংদা অহমগুবদা থাবা লৈপাম্লি।

মওং— নিপানা মপুং শাম্নবা রারীনি। খোর্জেংনা থম্লিবা নিপানা সদানন্দ নি।

কর্ম্ম-জগত্তা মীওইবনা মপূং ওইনা থাংনরিবা থোওকম—মশাগীদ-

উৎলিবা ময়ম—

যে'বা, মীগীস্ত-মশাগীস্ত-অনীমক-যে'বা, অদুগা মীগীদ-যেংবা—অহুম অসিগী মন্ন'দা থ্‌াইদগী অরা'বনি থঙনরিবা অকোনবগী-সিনা মপূং-ময়মবা রাগীনি।

লাইরিক অসিনা অহানবা মঙাল উবা মতমদা ঐগী থোর্জেনা ইথরে—

"থাদোকপা—অঙাং ওইবা কোলোমগী অহানবা থুথা ওইজরবস্ন, অঙা' ওইবা কোলোম মহাকী হোৌনছা, জগৎনা হঞ্জিন হঞ্জিন পাউদমজবনা হুংঙাইবা অমদি অশিংবা থানরিবা, ( শাবী-শানৌ অনীগী, বাসন্তি লৈকোন্দা থেঙলবা অহিংগী তাংলৌ অমম-অঙান অনিনা অরোৎ-অফোং শাম্নবা মরক্তা, হুংশিনবা ঈরাংগী থেক থোহগী পাউদমজবা লৈতে। শিন্দম্লকপা তুরিগী অহানবা থুংহাই ওইরবস্ন মালং ফোরোই তু'ইন জগোই শাবী লৈরাংগী নত্রগা ইহুংগী লিক্লা ফূববী শীঙেলগী শক্তম তমজক্কবা লৈতে। শৈদম্লকপা থোক্সেলগী অহানবা থোম্বোক ওইরবস্ন লৈরাং লৈথোং য়েবা থোইমূগী নত্রগা বসন্ত লোয়ীন চেক্লা কোকিলগী থোলহেক থোন্দা তমজক্কবা লৈতে। পিরাংনা বাথৈবা প্রেম, নিংবা কায়বা সোর মপীনা পংথৈ-ওইবা হুংঙাইবা মফম অসিদা মনম চঙদে।

থাদোকপা কর্ম্ম-গীতানি। মকত্রবা তশেংবা হুংঙাইবা ঈথোলাংলবা তেংবানগী কর্ম্মগী অচুম্বা লম্বী তাকপনা মহাকী উদ্দেশ্যনি। নায়ক ওইবা সদানন্দগী বাহৈ অমত্তুংনা থোরম থুদিংমক্লা তত্তনা লাউরি।— তেংবান তশেংবা হুংঙাইবা পান্থ্রা? পান্থা থোক্লবদি কৈদৌন্থুংদস্ন নশাগীনি হায়না কবিগুপ্তা অমক্ত কহ্নিনগন্থ, নঙগী লৈজবা অপূম্বা অমদি নঙগী থবায় হকচাং পূক্লিং হায়দ্রনা লৈরিবা পূম্নমক জগৎকী মফমদা মমল য়াওদনা য়েন্থোকউ—

থক-খা অনীদা লেঙদবা হুংঙাইবগী মপু ওইগনি। তেংবান, ঈথেং-চাইদবা মেল কনা তোংনিংঙি, কনা লেঙদবা কোকথোন হাপনিংঙি? জগৎকী অয়ানবা পুম্নমক ঙাকপীয়ু, পঙহনা তৌবনি কনবিয়ু। অপান্বা লৈতবা উৎফুল ওইদুনা জগৎনা নখোঙ খোঙবী চুপকনি; ঈংলবা য়াজ্যগী মপু ওইগনি। পাঙ্গম্না লৌবা লৈবাক্তি ভক্তনা কায়বা নাইবনি; প্রেম্না লৌবা লৈবাক্তি ময়া চুম্না তাবনি।

খোঙথাং খুদিং মিৎয়েং লানবদনা মথৌদাং ওইরবা, কাউজন থীবদনা হৌনছা ওইরবা তেংবানগী কর্ম্মগী লম্বী তাক্কে নিংবনা কর্ম্ম লৈত্রবা ভগবান্না কর্ম্মগী অরাফম পুত্না মনাই অর্জ্জুন্দা তাকপিখিবা কর্ম্মতত্ত্ব খুাইগী ওইরবস্ন অপনবা কয়াগী মথা পোন্দুনা অয়াম্বনা ঙসি ফাওবদা মহাও থঙবা ঙমনদ্রি। ঙসি অত্নম ওইব কর্ম্মতত্ত্বগী বিভূতি সদানন্দবু গ্রন্থকর্ত্তানা খুাইগী মফমদা পীনয়ে।"

ভগবদগীতাগী মঙাল লাইরিক অসিগী লমায়দা তারিবা— গীতাগী মঙাল থরদং ফংলবা থম্মোয়দা পান্দনীঙাই লৈতে। পুরাণনা বেদগী ময়োল য়ায়ীননা ফোঙবগুম গীতাগী যোগ অমগী মশক অমবু য়ায়ীদা পাম্মোকপদনি। যোগনা কর্ম্মযোগনি: অদুগা মশক্না অনাসক্তি হায়বা মাগী শক্তমদুনি।

"জগৎ, করিদগী পোকই? হুঙাইবদগী! করিনা হিংনৈ? হুঙাইবনা। করিদ পামৈ? হুঙাইবদ। করিদবু তমৈ? হুঙাইবদবু। হুঙাইবদগী পোক্লবা, হুঙাইবদনা হিংনরবা, হুঙাইবদ পাম্নরবা, হুঙাইবদবু তাম্নরিবা মীওইবনা হুঙাইবা মাগী মায়ৈগেদা থাংনরিবা খোঙফম্ন যোগ হায়বদনি। যোগ অহুম্নি; অমনা জ্ঞান, অদুগা অমনা উপাসনা কৌই; অনী অসি নত্তবা অদুবুনা কর্ম্ম হায়না থঙৈ। কর্ম্মগী মশক অহুম্নি;

তৌহৈদবা অমা, তৌনদবা অমা অদুগা তৌনফম থোকপা অমা। অকোনবগীসিনা থোঙ ওইড়না চুঙাইবগী মায়গৈদা থাংবা থোঙফম অদুবু কর্মযোগ হায়না থঙনৈ। কর্মযোগনা থোঙফমবা মীওং মপৃংদা মথল অনীনি : অমনা মরম কযানা মওংনড়না চেন্নক্লিবা কর্মগী ঈচেল, ঈচেল মাগী অরেপ্পা মশক থঙবা ঙম্মুদবদগী ঈয়েংশিন্না থবক তৌরুবনা মশা ঈচেন্নৈ, অদুগা অমনা মহাক্কী পুনশি-কোন্না চেন্নফম থোকপনা চেন্নবিবা কর্মগী ঈচেল—ঈচেল মাগী ঈথোঙ, ঈওং, ঈতম থঙবনা ঈপন্দনা অড়ুম মচেন্ন-থিনবদ থোরাংঙি। অদুনা মশা ঈচেন্নদে। অহানবগীনা ঈরোন-চনবা নুংপান্না ঈচেন্নড়না নোংম-নোংমগী নুংশক নুংওং ওন্নকপদ নত্তনা নুংফম তত্তনা হোংলকপগুম মশক অস্তুম অস্তুম ওন্নকই, মথুভম অস্তুম অস্তুম কায়রকই, অদুগা অকোনবগীনা কর্মগী ঈচেন্না থেক্লীংবা মফমদা থেক, হল্লিংবা মফমদা হন, লৈনীংবা মফমদা লৈ চেঙবদা মশানা ঈযেৎনক্কদবনা মিপাঙরুবগু লৈতে, থৌশারুবগু লৈতে অদুগা যান্না থোয়দাশিল্লবগু লৈতে। গঙ্গানা ঈওং পুন্নমক্তা কুমজা কুমজা চুপ্পা মথোঙ কোন্না চেনবদা সনজীংনা রাংনা চাউনা, চীংদ-চীং-লেন্না যেংড়না লৈবগুম মাগু অড়ুম ইচুং চুংঙাইনা লৈথোকই। অহানবনা মশাগীরোমদগী থবক তৌই, অদুগা অকোনবগীনা থবক্কীরোমদগী থবক তৌই; অকোনবগী থবক মতৌ অসিবু অনাসক্ত কর্মযোগ হায়রুবদনি।

লোল— লোন্দা চন্না লূই, লান্ননা মরোল শুই। থুমাবা থোর্জেশিংগী লোলওংদগী তোপ-তোপ তাই।

থুমাবা থোর্জে অয়াম্বগী লোল, লোন্দা পুদা য়ান্না ফজরবগু সংস্কৃত অমদি বাঙলা রাহৈগী—চাউরে চাউনা, পীক্রে পীক্লা—নথো অমমম ইকোন্দ-কোন্ন-বনা নথোনবা শগুমগী মফঙ্গদগী হেন্দোকপা ইঙম-ঙমদে।

থোর্জেংসিদদি মীগী মরোল কৌবা ইচঙ-মচঙথিন্নে হায়বা নত্তে। করিগী চঙদনিংঙাই লৈ! সমুদ্র ঈরম ৱাংমগী মালেম লমতূপ কয়া কযাদগী ঈহৌরকপা সংস্কৃতি সভ্যতা কয়া কয়াগী ঈচাউদনন্ত ঈৱায়রবিবা লমদম অসিদা য়ুত্রোন্নবা লৈবাকশিংদগীনদি করি যৌদনিংঙাই লৈ! করম্বা ঈচাউনা ঈচাক হাবমদনা ঈহনথিবা লৈ। ঐঃথাযগী হৌদোকমিন্নজররুবা লোল অসিদা মতম্না মাগী যাওল য়াওল খুদিংদা অঃতাপ-অঃতাপ্পা লোন্দগী মচাক কযা কযা যেপথ্রবনি, যেপ্রবনি অমদি তক্তনা যেপ্নিবনি। অদুনা চঙক্তম থোকপনা মাগীদম্ব অতুম মর্চাক্তি। চঙবদি চঙলগা ৱাহৈ অযাম্বনা মৈত্রবাক্কী ঈশিং-ফংশিং কুইরপ চারুহনা মৈতৈঃলোলগী শক্তা পুদাগা মচু-নজরবা ঙাক্ত ওইনা তৌই। অদুগী মথক্তা ৱাহৈশু পঙয়াম-যাম্বা হাইজিন্দে অদুনা তোপ-তোপ নম্বো অমা তোপ্পবগুম থোক্তনা মশক পঙনাই নাইদবা পোংঃগেপ মচা অমা ওইনা অতুম মরৈঃঙ্গ; লোলগী মশাগী ওইজবা ফিভম অতুম মরৈঙ্গে।

লোলওং অসি উবদা ভাবুক্কা মৈতৈঃবাল-দ-মৈতৈরোল তারক্কঃদৌগুম্বা লোলগী য়াওল অমা উবগুম তৌই।

মিংথোল— মিংথোল ৱারীগা চুঃন। মীগীদ-য়েংন-থাংবা থোঙকম্না ৱারীগী মথৱায় ওইবনা লমায় খুদিংনা, মশাগী ৱাথল হুঙ্গাউনহুনা মশাগী ওইজবা অপূম্বা মীগী দমক্ত থাদোকপগী মপাউ মথং মথং অমমম-লাচম্নিংঙাই ওইবনা—লাচনবঙাক্লি। অদুনা থাদোকপবু ‘থাদোকপা’ থোনবদা করি অমুক থম্নাংঙাই লৈফম থোকই।

সদানন্দ,

হুঙাইবদ শাম্নবা, হুঙাইবদ থিরবা, হুঙাইবগী মথোং শেরাপ্পনা থঙবনা

হুড়াইবা ঙমদ্রবা, হুঙাইবা কৌবা ফংদনা ব্রানা খোঁঙাওননা পুনশি-খোঙলোইনবদনা মশিঙ্গা ওইরবা জগক্তা দর্শন-না তাক্লিবা অরেপ্পা হুঙাইবগী অশেংবা মখোঙ, অচুম্বা লম্বী তাকপা শকফম্নি।

"সদানন্দ লাইরবা মচা অসনি," খোঁশিল্লনা বাহৌই। বাহৌ অসিনা ভাবুক্তা করম য়ৈ? লাইরবা, লন-নংবু থঙনৈ। অদুনা সদানন্দ লন নংবা মীনি থঙি। লন-নংবনা লন পাম্ফম খোকই উই। করিনা! জগৎ, মহাক মহাক্কী অরাংপা মপূং থুরাই অাতেদগী হাম্না, হেন্না মিতাই। ফংবা য়াবা পোৎলমদি লাম্বরক্তুনা ফংবা লৈররোইদোবা পোৎলম ফাওবা মিতাদবা ঙমদবা জগৎনি। মশক রাংপনা নীংথিবা শকফম ফংনিঙাই লৈত্রা লৈতে। অদুবু ফজবা শকফম মানা মিহোদবা ঙমদে—মিহোই। অদুগুম, মপোক তোল্লবা মীনা ওইরমোইদোবা অফবা মপোক কল্লকই; মহৈ হৈত্রবা মীনা ঙম্লরোইদোবা মহৈ পাম্মি। অদুনদি, লন-নংনা পোক্লবা সদানন্দনা লনদা মিতাদনিঙাই কাম লৈ। অদুবু মাদি, তাইবংপান শেফাৎলবা হাযবতুরা, লন পামদে; চুম্নদ পামদবা নত্তে, মঙোন্দা মনম ফাওবা চঙদে।

মহাক্কী থবক্রবা পুনশিগী অহানবা খোঙফম মাগী মকুপ ধর্মানন্দগী মনাও লাইরিক তম্মীবনা হোই। তম্বীমল থাদা লুপা তরামঙা ফঁঙি। ফঁঙিবা শেনফম অসিদা 'ঐদি লুপা মঙারোমদমক লৈরগা ওকই' হায়দুনা মশাগী লুপা মঙাথক্ত মথাকই। অমেম্বনা মানা পীফম খোকই থনবা মফমদা পাঁখোকই। মথংদা হুঙ্গা-মচাশিং তম্মি। ধর্মানন্দগী মনাও তম্মীরিবমথৈ ...... চানবা ওক্লি। ... লৈকাইনা করিমত্ত পীবিদ্রবস্থ যাগনি।' হাযদুনা মশাগী শেনগারম কবচগাদোবগী মহোৎনৈ। মমৈদা লৈবাক্কী অঙম্বা ওইরে, থাদা তলব লুপা চামঙা চারে। মহাক্তি ··

লুপা ২৫ দগী হেন্না শীজিন্নরমদে। অসিদগী যদু মধুগী তলবস্থ পীরিবনি।' খোর্জেনা ই। অহেনবা শেল লীশিনবস্থ নত্তে; মানা পীফম থোকই থনবা মফমদা লোইনা য়েঙ্‌হোকই।

লল, মুঙাইবগী মরুনি জগৎনা থঙনৈ। থঙফম থোকই। করিনা! লন-নংবগীনা উনাগী থাঙপোক, লন-লৈবগীনা নূংগী ফুরা-দলাল, লন-নংবগীনা মনা শীংনা, লন-লৈবগীনা অহাউবা নীংথিবা পোৎলম; লন-নংবগীনা উকু, লশিংফি, লল-লৈবগীনা কত্রং-ফি; লন-নংবগীনা মশাগী মপাখোম অনীদ লন-লৈবগীনা পাখোম চামা চামা · ··· জগৎনা উই। লন য়াওদনা জগৎ কনা হিংবা ঙম্মি। লন লৈতনা জগৎ কনা পানবা ঙম্মি! ভীষ্মদেবগুম্বা জগৎ-বাংম লালবা চৌনবানদগী ফাওবা তানৈ— 'মীওইবা লনগী মনাইনি; ··· - ।' অসিগুম্বা লননি।

অতুম্নদি ওইরবদা লন মশাদা অচোবা অশোয়বা অমা লোযচেন্নৈ। মথোঙ য়াওবনা মাবু জগৎনা খোঙনাইবা থোক্লি। লন, নোংমনা অমগীদা, নোংমা অমনা অমুক অমগীদা, অমুক নোংমা অমদনা অতৈ অমগীদা— পোথাবা লৈতে; কোয়রৈ লৈবদনা মাগী মথৌদাংনি। মাগী পোথাফম, মাগী পলেপফম কনানা থঙ্গনি, কনামা হায়রুগনি! ঙসি মুঙাইবা কোকথোংননা লাকই; হয়েংনা নখোননা মচৎথি। অতুনা মাগা কোম্নবা মুঙাইবনা লৈতানিঁঙাই করি লৈ। মাবু অরেপ্পা মুঙাইবগী পংথৈ চম্নুনিঁঙাই করি লৈ। লনগা মরুপ্পবা মীগী ঙসিগী শঙ্গাই মীনোক হয়েং খুদাং-পীফম্মা পোলোইররোই করি থাজনিঁঙাই লৈ!

লন অরাবা অহম লোয়চেন্নৈ। মাবু পাম্নরবা মীওইবনা অরাবা মরোল অহমদু চাদনীঁঙাই লৈতে। মানা লাক্কিরৈদা মাগী লখী য়েংবদা মপুম থিত্তবা ফনা লৈ! মানা লাক্লবদা খোঙনাইবনিনা নোংমা

চথোকখিনি থনবদা থম্মোয় তথক্কবা কনা য়াওই! মাগী মশক উৱবদা অথোইবা পাম্বনা থম্মোয় কংদবা কনা লৈ!

লন, মাবু পামজবা থম্মোয়গী লন-নংবা কোকপা ঙমব্রা? ঙমদে। ঙরাং লন-নংলব্বা মী ঙসি লন ফংলে। মাগী লন-নংবা কোকলবরা? কোক্লে। ঙৱাংনা লন লৈত্তবনা লন নংখি, ঙসিনা অথোইবা লন ৱাৎপনা লন অদুম মনংঙি। হযেং অথোইবা লনদু লাক্লবত্তু অমুক অহেনবা লন লৈত্তবনা অদুম মনংগনি। জগৎ, লন ফংদ্রে ফংদনা ফংলে ফংনা, অদুম লন মনংঙি—মনংদুনত্ত মরৈ—নংনা নংনা অদুম মপুনশি থোঙলোইনৈ। অদুনা লন লাইরবা কোকপা ঙমদে; লাইরবা কোকপা চমদবনা লন-লৈবা পোকপা ঙমদে। লাইরবত্তু লন নংঙি, ৱায় ইনাক থুনবত্তু লন নংঙি, ৱায়। অদুনা জগৎনা লন পায়বদগী ইনাক থুনবা মিথ্মেন-রিবা কাঙবু অসিত্তু লাইরবা মথল অমনি হায়বদা করি লাননিঁঙাই লৈরি। লাইরবা, মবুক থল্দবনা করি লৈতানিঁঙাই, হুঙাইনিঁঙাই লৈ।

লন, মালেম-পুংসিদা লৈঙোই-পুংগী হুংশা-তৱংনি। হুংশা-তৱংনা কৈদোই। ঈশিংগী মশক মিত্ত্রংনৈ; ঈচেল সাই। মাগী মিত্ত্রংনবা ঈশিংনা ঈশিং পাম্বা শজিবু হুমদোকই। শজি ঈথোলাংবনা মাগী মায়গৈদা তমশিল্লি; থারো-লাইরো চেনবমথৈ চেল্লগা ঈফংনদনা কংনা ৱানা মথৱায় থায়। লনম্ব অদুমঙাই। মালং-পুংসিদা মহাক্না হুঙাইবা মিত্ত্রংনৈ; হুঙাইবদ পামলবা মীওইববু ভুশ্নি। মীওইবা মঙোন্দা হুঙাইবা শেৱাম্মনা ভাল্লি। মথোঙ লাম্না থিবগী হৌনশা ফংফম থোক্কবনা হুঙাইবদি ফংনদনা ৱানা থোঙাওননা পুনশি থোঙলোইনৈ।

লন, লনগী মরম অমা ওইরবম্ব লন-দ-লন হায়বদুদি নত্তে। করিনা! মহাক পায়বা কনামত্ত লন-নংদবা লৈত্তে। মহাক্না লন-দ-লন হায়বদু

ওইরবদি মহাক্না লৈবা মফমদা রাক্তবা, পাদবা অমদি সদুগী মতুং ইনবা লৈতাবা হুণ্ডাইবা তুংদনিঁঙাই করি লৈ।

অদুদি লন-দ-লন করিনো? লন-লৈবনা কনানো? জ্ঞান, প্রজ্ঞান, বিজ্ঞানবু লন, লন-দ-লন কৌনৈ। কবিনা! মথোয়গী মপু ওইরবা থয়োয়গী অরাৎপা লৈতে। কররা? মথোয়গী, মথোয়দগী মঙাল্লা মালংগী মালংচৎ, পোৎলমগী পোৎলমচৎ, অরেপ্পা, লেডদবা হুণ্ডাইবগী শকফম তশেং-তশেং, তরং-তরং উবা ঙম্মি, থঙবা ঙম্মি। অতুনা অরেম্বা রাথলনা মহাকপু শুম্মত্তে। অরেম্বা পোৎলমনা মাবু চিংবা ঙমদে। মহাক্না মথোয়গা তাউনা তিমৈ; কৈদোঙৈদা, করিগুম্বদা মথোয়দা লুপশিল্লুবা লৈতে, থমদবা য়াদবা মরীদগী হেন্না থমদে। অতুনা মথোয়গী ঈথক চাদবনা অম্বা-অনংনা ঈথক-ঈপোয়রবা জগত্তা লৈনা লৈনা ঈংনা, লৈতানা, লেডদবা হুণ্ডাইবগী মঙান লাংদুনা পাল্লি।

লন লমচৎ মুন্না থঙলবা, লন-দ-লংগী মপু ওইরবা থম্মোয় কনানা খোঙনাইবা, অরেপ্পা হুণ্ডাইবা পীবা ঙমদ্রবা, অমরোমদনা অরাবা, অনংবদ মহাপশিলবা লন—সনা, লুপা, হি, য়াই অমদি মথোয়গী শক্লোন শেলদা অপাম্বা হাপলুনিঁঙাই করি লৈ!

জগৎ, করিগী রায়? অপাম্বগীদমক্ত রায়। ফংনবদি ঙম্বা? ফংঙি কনানা হায়ক্লনি! শক্লাইদবা, মিকুপ থুদিং শকহোংবা অপাম্বনি। হৌজিক মশক অমা ওইনা লৈ, হোরেল শকফম অমা ওইনা ফাওরকই; হয়েংনা শকওং অমা ওইনা লাকই। অপাম্বগী শক্তম থঙবা ঙমদনা জগৎ পুনশি-খোঙলোইনবা ঙাক্কি। মঙোন্দা মিতাক্কয়রবদা মাগী মিত্রংনা হুমদুনা লোয়চেননদবা থম্মোয় কনা লৈ! মাগা থানবা ঙমবা কনা লৈ! মাগী শক্লোন চামনা কঁঙাওনদবা কনা লৈ। শুক্রাচার্য্যগী শাপনা মতম চাদনা

অহল ওইরবা যযাতি নিংথৌনা, মশাগী মথোক-কাবা মতম লোইনা স্থুডাইহৌদবদগী নীঙমদবনা শাপ কোকপীনবগী হন্না হন্না আচার্য্যদা হায়জরকপদা মহাক্না স্থংশিবিরতনা 'শাপতি তৌপ্রবনিনা চাদনা কোকপা য়াররোই ; নঙনা মথোক-কাবগী স্থংডাইবা মপেহ্লোত্রবদি নচাশিং অয়াবা অমগী মথোক-কাবা মতম রারজরু ; ঐ যোগশক্তিনা নঙোন্দা থংজিন-বিগে ; অরায়বা অত্তনা স্থডাইজো' তাকপিবদগী মচানিপা পূরুগী মথোক-কাবা মতম হায়তনা অপাম অপাম্বা চাতনা স্থডাইরকপদা, চারগা কোকপা লাইদবা. চার-চারগা অহোই-অহোইননা নোংম-নোংমগী অপাম্বগী শক্তনা মহেনগৎলকপা উবদা মমিৎ পাঙলক্তনা হায়খিবা 'চার চারগা অহোই-অহোইননা চানীংবদ মহেনগৎপা, পেনবা কৌবা লাইত্রবা অপাম্বনি' হায়বা রাফম্না অথঙ-অউ-শিংনা পাউরৌনহনা অপাম্বগী মথা পোন্দুনা য়াবদ লঙজররবা জগত্তা অপাম্বগী শক্তম তাক্লরি ; মাগী তশেংবা শক্তম উত্তনা অংরক্না স্থডাইবগী মথোঙ, লম্বী উৎনরি।

স্থুডাইবা অপাম্বা লৈতবা অমদি অপাম্বা থাদোকপা ঙমদনা ফঁডি। অপাম্বগী মথা পোনবা থম্মোয় কনানা কৈদৌঙৈদা করিগুম্বদা স্থুডাইবা ফংবা ঙমদে।

দর্শন-না জগত্তা তাক্লি।

ঈহেল পাম্বা লৈত্রবা, মশাগী লৈজরিবা ফিভমদা লেঙদনা পেপ্তহনা লৈজরবা সমুদ্রদদা ঈচেলগী শাগৈনা ঈহোঞ্জিনবদ মথংবগুম, অপাম্বা লৈত্রবা, পেহ্নেলরবা থম্মোয়দদা স্থুডাইবনা চেনশিল্লি, তঁৃডি। পামাইবা থম্মোয় কৈদোহ্নংদগু স্থুডাইবা, লৈতাবা ফংদে।

দর্শনগী মঙাল-লাংবা খোর্জেনা অথঙবা ভাবুক্নীনা—কাউজনথীবা জগৎনিনা—নীংসিংননিঙাই, অদুগা থঙদবা অমদি থঙদ্রিবগীনা মরৌশিং

ওইনজহুনা হুণ্ডাইবা মশক থণ্ডনা পুনশি খোঙফম্মজনবা দর্শনগী মঙাল শকপান্দুনা সদানন্দ পুথোকপনি হায়রুবগী অমুক করি কাম্মনিঁঙাই লৈরি।

অসিমস্ত অসি ওইরে। মথং করি অমা উৎলকই অমুক য়েংলি।

'... ... সদানন্দনা কলিকাতাদা .. ... তমলিংঙেদা মপা লৈতে' খোর্জেনা পাউদম্মী। 'লুহোংবা মতুং থা অমরোম লৈরগ ... ...অবাবা অমুক তারম্মী। লুনা থমজরবী মমা ... ... তাইবংপাল থাদোক্লুনা চৎখ্রে।' তমথৈ।

মপাগা মচাগগী মরী, মমাগা মচাগগী মরী অমুক করি হায়কনিঁঙাই লৈরি! মপা-মমা ওইবনা মচা ওইবগী মফমদা তৌবা পাম্মনিঁঙাই লৈতবনা, মচা ওইবনা মখোয়গী লম্মনচাউনা তোনমনবনা জগৎমা মখোয়গী মগুণবু শৈশরে—'কোরৌ মানা রাংবরা। পম্বৌ মানা মরাংঙি। মালেম মানা লুহরা। পলেম মানা মরুপ্পি।'

অসিগুম্লবা মপা-মমা কায়নবদা খোর্জেনা সদানন্দগী মচৌন্দা অবাবগী আঃ উঃ অমত্ত হাপ্পত্ত তৌদে; অদুগা মৌবানীবু হিংনা থমহুনা সদানন্দনা য়ুমদা য়ুম অমগী মী অমা ওইনা থবক তৌরকপদা মচা অমা ওইনা মপা মমা ওইবগী মফমদা তৌফম খোকপা তৌহন্দুনা ভাবুক্তা ঙিদম অমা পীবস্ত মহাক্না তৌবা লৈতে।

জগৎ, মপা-মমা কায়নবদা রাদবা, কপ্পবা লৈব্রা? লৈতে।। সদানন্দ জগৎনি। মহাক কপ্পফম খোকপ্রা, রাদফম খোকপ্রা? খোক্তে। অদুদি করিগী রাবা মতৌ উদে, কপ্পা মখোল তাদে!

জগত্তা লাকপা কনা হন্দবা লৈ! লোইনা হল্লি। থরদং অকোন-অহানগী রাদনি। শোয়দনা খোল্লবা, খোল্লগদৌবা, রাহুনা কপতুনত্ত মখোল্লগদৌবা থবক্তীদমক করি রাক্লনিঁঙাই লৈ। হনথি হায়হুনা চাননা

মমাঙপ্রবরা ? মাঙথিবস্ন ক্লাস্তে। থরায়না, থরায়-মপুংদা, হকচাংনা হকচাং-মপুংদা তিনখিবদনি। ঙরাং পীক্লা মাঙদা চৎলম্বা শকফম ঙসি চাউনা মাঙদা লেপ্পদনি। করি কায়নবা লৈ! অমুক মহলক্ত্রবরা" হললক্কবস্ত লৈতে। ঙরাং মপা-মমা ওইনা চৎখিবা ঙসিনা মচা-মস্ত ওইনা অমুক মরাকই। করি থেংনদবা লৈ! মশক মওল্লবরা ? ওল্লবস্ত নত্তে, ফিজোল্দ মওল্লকপনি। করি থানবা লৈ! কায়নবদ কায়নবা নত্তবা, উনদবদ উনদবা নত্তবা, থেংনদবদ থেংনদবা নত্তবদা করি ৱাক্লনিঁঙাই লৈ!

দর্শ-না করি তাক্লি ?

পোক্লবদা শিবা, শিবদা পোকপা শোয়দ্রবনি; শোয়দ্রবা থবক্কী দমক করি ৱাক্লনিঁঙাই লৈ!

শিবা—হকচাংদগীনি; থরায়গী নত্তে। শিবগা পূম্নাঙ মাঙথিবস্ন নত্তে; লৈব-পোৎলম্না মাঙবস্ন লৈতে;. লৈতবনা লৈবকপস্ন লৈত্তে শিবা—য়ুমহোংবদনি; হোংবদুস্ন অনৌবা নত্তে। অঙাং ওইবা হকচাং থাদোক্ত্না মথোক-কাবা হকচাংদা, মথোক-কাবা হকচাংদগীনা অহল ওইবা হকচাংদা, অমুক অহল-ওইবা হকচাং অদূ থনমত্নুনা অনৌবা হকচাং অমদা থরায়না হোংবদনি। অকোনবগী য়ুক্কোং অসিদনা থরদং কানবা অদূগা অহানবগী অতৈদনা কুংশিন্না থোকপা অত্নুদগী ৱানি। তত্তনা থোক্লিবা, অনৌবা নত্তবা থবক্কীদমক জগৎকী পোম্মিৎ উনা চৎপা কনানা ৱাক্লনিঁঙাই লৈ!

থরায়—পোকপা নাইত্রবা, শিবা হায়বা লৈত্রবা মহাক্লি; হন্দমূক্কীসিনা মরোইরনি, মতুংদা অমুক লাক্লরোই হায়নিঁঙাই লৈতবা মহাক্লি। মৈনা চাকপা ঙমত্রবা, ঈশিংনা পৎপা লৈত্রবা, মুংশিৎনা চুপ্পা য়াত্রবা, খুৎলাইনা লোইশিনবা ঙমত্রবা মহাক্লি…। অরিবস্ত মহাক্লি; লেঙদবস্ত মহাক্লি; মালং-ঈথক-চাদবস্ত মহাকতনি। লংলানা লীক্লাং পরেং পুবস্তম জগৎ

পুবা মহাক্নি। ঈপাক্তা, ঈপাক মাগী মশাদগু ঈপাক মানা কোল্লিবা লাইজা ঈরীক খূদিংদগু, থক্তা থানবা অতিয়ানা মিফাও-মিতম শান্নবগুম জগৎ মাগী মশাদা, মাগী পোৎলম পূম্বদা মিফাও-মিতম্না শান্নবা মহাক্নি ··· ।

থবায়-হকচাং অনীগী দর্শন-না তাক্লিবা অথুপ্পা মরোল নীংথিনা খোঙ্গুল তারবা থম্মোয় কনানা অৱাবগী মথা পোল্লনিংঙাই লৈ! অসিগুম্বা নীংথিবা মরোল অসি থি-নঙসম্ব হায়বগী খোর্জেনা সদা-ন্দগী মচৌন্দা অৱাবগী আঃ উঃ, মিৎলূদা সুঙাইতবগী পি হাপ্লুদবনি থম্মদনিঙাই করি লৈ!

মথং অমনা করি লাকই?

'··· ··· এস, এ পাশ তৌদুনা ··· ··· সদানন্দ থুংলরে। মগুণনা মী পুম্নমক্কী মিত্তা ··· ··· মহাক লুপ্পাবী মচা ওইনা ··· ··· নত্তবগুম উরম্মী।' 'অচৌ অপিশক ··· অপুম্বনা সদানন্দদা মচা কৎকে হায়দুনা ··· মশা মশা লাকতুনা হাইজরে।' ··· ··· মখোয়দগী হেনবা অঙম-অথোগী মচাম্নুপীশিংবু ··· মপা চাদে হায়না ··· থম্মম্মী। ··· মখোয়গদি মপা চাবা অমসুং লাইরবগী অৱা-অনা থংগদৌবা ইমুং য়েংদুনা ··· ··· মুথরা ··· লৌগে হাইনা লেপ্পমলে।'

খোর্জেগী মরোল অসিনা ভাবুক্তা কয়ম পাললি? সদানন্দ মহৈ হৈরে; মীনা মাবু লুনা তৌনরে; অদুবু পিদোন্না হৌরকপা মহাক্কী পিদোনবা য়াথল মহাক্না থাদোকপা লৈতে হায়রবা উই।

নাপন্নরবা, নাপন্নগল্লবা জগৎনি। মশক ফজবনা মশক্কী, মপোক ফবনা মপোক্কী, ময়ল লৈবনা ময়লগী নাপন্নজবা জগৎনি। সদানন্দ মহৈ হৈরে; মহৈগী নাপন্দনিংঙাই করি লৈ! মাদি লাইরবা মচাগু মচানি, হেন্নবু নাপন্নিংঙাই ময়ম লৈ! করিনা। লাইরনা তোপ্পা হৌবা মীনা য়াইফ-মরুপ্পরক্লবা মতমদা কা হেন্না নাপজগল্লি। অদুনা 'লাইরবনা শেল

পায়বা, অতোনবনা চৈগাবা কনানা কোল্লুনি!' জগৎনা পাউরৌনৈ। অদুবু, সদানন্দদদি নাপল চওদে।

মৈনা মকপনা করিগী? মৈথুগী। কোয়ৌনা শিবনা করিগী? লৈচিলগী। মক্লাইদ্রবা মৈঙাল, শিনাইদ্রবা কোয়ৌ মঙাল্লা মৈথু-লৈচিল লোয়চেন্নকুবগা শিথবগুম তুংগী মম্লাইদ্রবা মঙালগু নাপল মরুপ্পুবগা মমশিল্লি। মঙাম্না মমথয়রক্লবদা মীওইবনা মাগী থবক্লবা পুনশি খোঙফমদা থবক তৌরকপা মতমদা মশাবু থবক্কী মরমনি কাউথোক্তুনা থবক মাগী মপুনি থল্লকই। অদুনা মহাক্না তৌক্ল-তৌক্লবা থবক, মহাক্না চৎলু-চৎলুবা শাজৎ অনীগী মমিনা য়েত্নুনা থবায়গী মচু লাংঙি। য়াম্না উল্লবা তুমিৎ-মা কৈদোইদা মক্তবা লৈ! 'ইঙাল লৈবা ঐহাক্লি' ঙানবা ঙম্বা! 'ইতিক লৈবা ঐহাক্লি' মতীক ফুদোকপা ঙম্বা। ঙমদে। অদুগুম থবায় নাপলগী অমম্বা মমি লাংলবদা মাগী শাগোন্নরবা মতীক মঙাল ফুদোকপা ঙমদে। চুম্নদ ফুদোকপা ঙমদবদ নক্তে, ফিজোল্লা, শবসেল্লা মীওইহংগী শক্তম ওনবগুম নাপল্লবা য়াখল, নাপল্লবা থবক্লা মহাক্কী শকওং শক্তম লাক শকহোং-শকহোংননা মালংনৈ। অদুনা দর্শন-না তাক্লি—

নীংদম্না চেক্লরবা থবক্কী ঈচেলবু ঈথিংতুনা পুনীংবা মায়গৈদা ঈথৈ পুনবা নাপল্লরবা থম্মোয়না থোয়াংঙি। থিংঙমদবা ঈচেল্লিনা ঈথিঙ্গনি থোয়াংঙুবা থম্মোয় ঈচেল-ঈনম চাদবা লৈতে। ঈয়ৈ-ঈচেল-চাবা নুংনা নুংফম মাগী কায়, নুংশক মাগী ওল, ঈচেলগা ঈয়োয়-ঈয়োয়িননা লেনবগুম নাপল্লবা থবায় থব্বায় মহাকমু মখুভম •ভক্তনা কায়, মশক্তম ভক্তনা ওল মালং-ঈথক-ঈপোম চা মালংনহুনত ময়ৈ …… …… ।

নাপল্লরবা থম্মোয় মশাদবু মরাচ্চে; অতৈ অমবু মানা য়েংঙুবা

লৈতে। মানা মশাদা মঙাল হাপকে থোৱাংলকপদা মহাক্কী থোৱাংহুনা কোপ্পিলকপদগী জগৎ কনা কনাগুম্বনা অমদি কয়া কয়ানা মহাক্কী মপাল-মচুম চাকবগু য়াওবা য়াই। মহাক্না মশাগীদ মরেংবা মীগীদি য়েংনা চত্তবমিনা থোঙকম মতা চাকবা থরনা সুঙাইকুরবসু জগৎ-মপূংনদি কান্নবা থোইনা ফংনদে। পান্দা জগৎকী সেবা ওইনা থোক্লবসু হুংদদি মশাগীদ ওইবনা উজাও লুক্ক য়েং কোয়ৌ-লৈচিল লানশীংনরবা চীংজাউনা কৈদৌহুংদা চীংমায় তুনা কোয়ৌ-মঙাল লাংবা ফংদবগুম মহাকসু লৈতাবা সুঙাইবগী মঙাল মশা পুন্নাং-লাংবা ফংদে। সুঙাইবগী মহাউ থরদি থঙ্ মনীং থুংনা চাবদি ফংদ থোৱাংনা পুনশি থোঙলেইনৈ। উজ্জয়িনীগী মপু ভোজনিংথৌগী মঙগী ৱারী, ৱারী অসিদা লীরিবা—নোংমা ভোজনিংথৌনা মমঙদা সনানা, লুপানা, মণিনা, মুক্তানা হৈওইনবা পান্নবা হৈপাল অমা থেংনকুবদা হৈথোঙশঙবদগী জগৎপু হুংশিবা, জগৎকী-সেবা-তৌবশিংদগী দমক্ত লাইনা থাবনি থঙহুনা হৈহেক্কে তৌকুবদা, হৈশঙবনা নহাক্তি হৈহেকপদি থম্নহুনা হৈথোঙ চঙবক্তাও য়াদে থিংলকপদগী শাউবনা ‘ঐহাক উজ্জয়িনীগী মপু ভোজনিংথৌনি সনজীংনা নমঙানা কুমারীনা খুদানা, লাইজ-ঈপাক্না থোঙহায়া পাল্লিবী জম্বুদ্বীপনা য়াইফজরিবা ভোজ ইহাকথং নত্রা? ঐগী সমুদ্র-পম্বিং-ওক্লবা ইরল কনানা চাহুনা তুম্মি। ঐ নত্তনা হৈচাগদৌবা অতৈ কনা লৈ?’ হায়রকপদা হৈপান্নবনা ‘ভোজনিংথৌ! জগৎকী মপুনা মীওইবা নথোয়গী নকমদা নহাক নহাক্না পান্নজবা শককম লৌহুনা ঙাল্লি হায়বা কাউরবরা? অরাপ্পদা লৈরিবা মন্দির অসিদা নঙনা নহালমথৈ লাচ্চরিবদো ‘কনালো থঙলুথো’ হান্নরকপদগী মহাক্না মন্দিরদা জগৎকী শককম লৈরমগনি নীংবদগী থাজবা থোঙথাংনা চৎতুনা য়েঙ্বদদি মশাগী শককমা সনা-তাওবল মথক্তা ৱাংন-চাউনা লেপ্পুনা লৈরবা উকহুনা

নাপল্লরবা মথম্মোয় মশক থঙ নীঁঙমখিদবা—মরোম্না পাউরোনদুনা নাপল্লরবা পুনশি-খোঙফমগী পোলোই অথঙ-অউশিংনা অগত্তা তাক্লি।

হুঙাই-দ-হুঙোইবা পাল্লবা থম্মোয় কনানা নাপলগা মরুপ্পগদৌবা লৈ! অদুনা দর্শন-না উৎলিবা হুঙাইবগী মংথাঙ-মরম পাউদমজনীংলবা খোর্জেনা নাপল-ফিজোল ওয়-ওইনরবা সদানন্দগী শকফম য়েকপনি হায়বদা করি থোইনা হেন্দোক্লিঁঙাই লৈ!

অমুক অমনা খোর্জেনা করি উৎলি?

থবক্তবা মীওইব-পুনশিদা থবক মফম অনীনি—অমনা য়ুমনি অদুগা অমনা লৈবাক্লি। অদুনা খোর্জেনা সদানন্দবু য়ুমগী মী অমা ওইনা অমুক, অদুগা লৈবাক্কী মী অমা ওইনা অমুক ভাবুক্তা উৎলি।

য়ুমদা সদানন্দ য়ুমগী মপুনি। য়ুমগী মপু অমা ওইনা মহাক্না মহাক্কী শেগা থুপ্পশিংবু য়োকফম থোকই। অদুবু মহাক্তি মহাক্না য়োকফম থোকপী মুখরাবু য়োকপদি থম্লদুনা মহাক্কী মপান্দুম তাংঙি—'মুখরানা ফিরোল সাদুনা বৈথেন্দা · ··· হারুবগা শেন্দো' থর থর ফংলকপা হুমিত্তা ··· ··· চাই, ফংলক্তবা হুমিত্তা ব্রত কৎলি।'

মহাক্না মথৌ পুবা ওম্লনবা করিমতা হোৎনদরা? মহোৎনৈ—'থবক থিবনি হায়না ··· ··· কোইচৎ মচৎলি।'

করিগী মহোৎনদুনত মতোকই, কংননবা তানবা য়াদরা? লৈবাক্কী লোনচৎ অঙম-অথৌ থনবা মানা পামদে। ফজেনা মহায়রবদি মশানা পামজন্ত্রিবা লোনচৎ অদু মা চৎপা তাই। মদুদি য়াঁদি তৌনিংদে—'মমাল্লবা কয়ানা চাবা-শেৎপা নিং-থুংন-থু'নমক থবক থিবনি হাইদুনা অঙম-অথৌশিংগী মনাক্তা কুন্দুনা লৈনবা য়াম্না য়াওই। মদুদি সদানন্দদি ··· য়াম্না পামজরমদে। মাবু অঙম অথৌ থম্লবা কনাগুবা মাবু হুংশিবশিংনা

হায়রগা ··· ···থুমদোকই— "··· অঙম অথৌনি ·· ··· লৈরিবসি লৈবাক্কী মনাইনি। মতৌক চাবা মীবু মখোয়না থবক হাপকম থোকই। অদুদি নত্তুনা মখোইদা থরবা মীবু মতিক চাই হায়রিবা অঙম অথৌদি ঐহাক থজনীংদে'।

মহাক্না লৈবাক্কী লোনচং পামজুদবা অমদি চংজুদবনা করি করি থোক্লয়ে? অমনা—মীনা মাবু হুংশিনদরে—'··· ··· অঙবা অমত্তনা মাবু য়েংনিংবা লৈরমদে।' অদুনা মহাক থবক ইনথাং অমত্ত ফংবা কৌবা লৈতরে—' ·· ··· সদানন্দনা ··· ··· থবক মচাসু অচৌবস্থ অমত্তা ফংলমদে' অদুগা ·অমুক অমনা—মুথয়া নীংবা কায়রে, মরোল লোক্লে—'··· ইপা ইমাগী ইচ্ছা অদুগা ঐগী ইচ্ছাসু ইপুরোইবা নংবু সেবা তৌরগা ··· ··· নপান চাজবনি। ·· ··· নঙগী সেবা তৌবস্থ ঙমশল্লক্কত্রে। নপান চাগত্রা হাইববু চরাসু নোংম নোংমগী হেন্নে। অদুনা ঐ ইপামদা নোংমা নিনিদং লৈক্লখিগে ··· ···।

হুপী য়ুমনি। মুথয়ানা মখোঙ পাল্লবনিনা সদানন্দগী ময়ূম কায়বা তারে। মহাক্তি য়ূমগী মপু ওইবগী হোনবা ময়ূমা কায়গদৌবা উরবদা করনবা থোরাংদরা? থোরাংদে। করিগী? মহাক্কী ময়ূম কনবা তারবদা মহাক্না পামত্রবা লৈবাক্কী লোনচং অঙম-অথৌ-থনবা তৌবা তাই। অদুনা মহাক্না, ময়ূম কনবগী বাথল তৌরুদনা লায়না মুথয়াবু থাদোয়কই— 'মদুনা নঙগী হুজাইবা ওইরবদি য়ায়া কৈ, ঐ করিমত হায়দে।'

য়ূম অমগী মপু ওইনা লৈবাক মমায়বদা চংপা লোৎচং চংতুনা অঙম-অথৌনচিংবা থল থবক ইনথাং অমা পায়নবা হোৎনতুনা মহাক্না য়োকফম কোনফম থোকপী মুথয়াবু কোন্দুনা ময়ূম জিঙ্গদৌবগী শরুকপুদি কায়অপ্রগা কায়র্জখিসহ্ মতাগুম মহাক্কী য়ূম হায়বদু ওইরিবী মুথয়ানা

মখোঙ পাল্লক্লব-ফাওবদা কল্লিস্ম নাচুংদনা চৎথিনবগী ময়াথং পীবা সদানন্দগী শককম অসিনা থোর্জেনা ভাবুক্তা কল্লি উৎকে থৌরাংলি?

থবক্লবা মীওইব-পুনশিনা ফিদয়জনবা কর্ম্মযোগনা থোঙকম্লবা পুনশি অমগী শকফম উৎপদনি। কর্ম্মযোগীশিংনা মক্ল ওইনা থবক কল্লিগী তৌই? লোকসংগ্রহগী দমক তৌই। জগৎকী মমিৎ পাঙনবা অমদি ফুঙাইনবা যাইফনবদ য়েংত্নুনা তৌবা থবকপু লোক-সংগ্রহ হায়ক্লবনি। লোকসংগ্রহগী দমক্ত থবক তৌবনা মথোয়না পোৎলম অনীদা মিৎয়েং কননা থম্মি। থবক্কী মশক অমা, অত্রুগা থবক্কী মওং অমা।

মীওইবগী পুনশি থোম্মা চেঙ্গিবা থবক্কী ঈচেল ঈরোং অছুম্মি। অহুম অসিগী ঈনীং-ঈরোই অমত তিম্মদে। মথোয়গী ঈনীং য়েংত্নুনা অখঙ-অউশিংনা মথোয়বু তোঙাল তোঙাল মিথ্মেরম্মি। অমবুনা তৌহৈদবা, অমবুনা তৌরোইদোবা, অদুগা অহুমত্তবদুবুনা তৌগদোবা থোক্লম্মি। অহানবগী পথ্মে অনী অসিদা তাবা থবকশিং অমাঙবা অহুম অহুম লোয়চৈম্নে। মথোযদা চঙ্ববা মী, মীদুগা থেংনক্লবা মী, অনী অদুনা থুম্লিংলুবা লৈবাক কাংদনীঁঙাই, মাঙদনীঁঙাই লৈতে। অদুনা কর্ম্মযোগীশিংনা পথ্মে অনীসিগী থবক কৈদোম্নুংদা, কল্লিগুম্বদা শোকলুদে।

মীওইবনা মশাদা শাবুক, মীবুক, লাইবুক—লীচৎ অহুম লোয়চৈম্নে। শাবুক অমদি শাম্নমচৎকী মপুং ওইবা মতৌ মশাগী-য়েংবনি; অদুগা লাইবুক অমদি লাইম্নমচৎকী মপুং ওইবনা মীগী-য়েংবনি অনীগী শকক থম্ন-থম্ননা মীবুক অমদি মীম্নমচৎ ওই। অদুনা মসিদা মথক্কী লীচৎ অনীগী মশাগী য়েংবা, মীগী-য়েংবা-মতৌ অনীগী শকক ম্নাওই। মম্নোল অমা ওইনা হায়ক্লমগা মীবুক অমদি মীম্নমচৎকী মপুং ওইবা মতৌ মশাগীস্ন-য়েংব-মীগীস্ন-য়েংবনি। মম্নম অসি লৈবনা, মীওইবা শাবুক্না

চাউরে লাইবুক্লা পীক্লে শাগী মচু লৌই—মখোঙ-অনী-পানবা শা মথল অমা ওই, শারমদা কৃম্নি; অদুগা লাইবুক্লা হেল্লে, শাবুক্লা তারে লাইগী মঙাল ফংঙি, লাইরমদা চঁঙি, লাইগী খুভম কায়।

তৌহৈদবা পংথৈদা তাবা থবক মীওইবগী লাইরমচৎ হাৎলি। হুয়ানবা পঙ্খে অসিদা তাবা থবকনি। মসিনা শিনফমরবা মীনা করি তৌই? মীপোৎ লোঙা-লোম্বুপ্প। অদুনা করি লাকই? মতম পুম্বদা অকি-অথংদগা শাগোন্নে। করিনা! মপুনা খঁঙকদরা কি, মী অতৈনা উরকদরা থুকই। কিনাইদবা থরায অকি-অথং লোয়চেন্নবদগী মতিক-মঙাল মাঁঙি—মাগী লাইরমচৎ শি। শিনাইদবা কোরৌ মঙাল নিংথম-লৈচিলদা শিদবা লৈবরা! অমনা, মহাক্লা করি তৌই? মী অতৈগী হিংনবিঁঙাই হাৎলি। হাংপা অদুনা মরম্নুনা মী অতৈদা মহাক্লা অরাবা, অনংবনচিংবা কয়া কয়া পী। মদুনা মঙোন্দা করি লাকই? মশাদা লৈবা মীয়ুংশি মাঁঙি! মীয়ুংশি মরম-নিপাশ্নরবা লাইরমচৎকী সরম অমনি। মসিনা শিবগা ঈরোয়ননা লাইরমচৎ শিথদনবিঁঙাই করি লৈ! অস্থুমা মরম মওং কয়াদা তৌহৈদবা পংথৈদা তাবা থবক্লা মীওইবগী মাঙনবা শীল্লি।

হুয়ানবা যুংশিবা ইথঙ মথঙরবরা? থঁড়ি। মমা-মপা যুংশি, মুপী-অঙাং যুংশি, মাগী ওইবশিং পুম্নমক যুংশি। মহাক্লা মশাগী অমাঙবা কয়া কযাগা লানশিংনদুনা তাম্নুরিবা পোৎলম মশাগীদ নত্তে, মখোযগীসুনি থ্যাই পুম্নমক্লা থঙনৈ। হুয়ানবদ নত্তে তৌহৈদবা থবক্লা শিনফম্নরিবা, শিনফমকবা মীপুম খুদিংমক হায়রিবা মীওংশিং অসিবুদি যুংশিদবা থরা তাঙনা মথোকই। মথোয়বু যুংশিদবা ওব্বা কবা কয়াগী মপাউস্ত তায়। অদুবু পাক-চাউরবা জগৎ অসিদা হাইদোক্লনা য়েংকপদা যাম্নন্দবনা লৈতবগুম লোবদা পঙকায় কায়দে। রত্নাকর-নারদ-মপাউদা ডাকু রত্নাকরনা

নায়দদা হায়রকপা 'ঐনা নীংথিনা হাযরিবঙদা নহাক্না নপোৎ-নচৈ লাম্বোকহৌদ্রবদি নঙগী ফভম করিগত লৈতে। করিনা! ঐ মচা অমা ওইনা অহল ওইরবা ইপা-ইমা অনী বোলি, য়ুমগী মপু অমা ওইনা ঐগী তালোয় শেল্লি, মপা অমা ওইনা মপাঙ্গল লৈত্রিবা ইচা পিশক পিশকশিং যোক্লি; ঐনা নঙবু হুংশিত্তনা থাদোক্লবদা হায়রিবা পুম্নমকসি চয়া হেনবা তাই, মদুদি ওইবা য়াদে। অদুনা ঐনা নঙগী নপোৎ-নচৈগীদমক নথরায় ফাওবা হাৎপদা করিমত নাচুংবা তৌরোই' হাযবা বাহৈনা হুরানবা থঙদে, ডাকু থঙদে, তৌহৈদবা থবক্তা শিনফমবা পুম্নমক মাগী ওইববুদি হুংশিবা ঙাক্লি হায়বা পাউরৌনহুনা অথঙবশিং। জগত্তা তাক্লি। অদুদি হুংশিবা থঙলিবা মখোয়গী মশাদা লাইরমচৎ লৈতে করি হায়রুনিঙাই লৈ? লৈ হায়নীঙাই লৈতে। করিনা। অসিদি অচচ্চত্ত লেংপানবা পুম্নমক্তা লৈবা লীচৎনি? শারম, চেক্লম, তীল্লম, পুম্নমক্তা লৈবা লীচৎনি; উরম-বারম নারম-শীংলম ফাওবদা লৈবা, লৈতব যাত্রবা শাঙংনি। অদুনা হুপী-অঙাংনচিংবা মাগী ওইবশিংবু হুংশিবা থম্মোয়দা লাইরমচৎ মীহুংশি লৈ হায়রুবগী করি কায়নিঙাই লৈরি!

হুরানবনা চিংবদা মীহুংশি ইরৈ মরৈত্রবদা পুরাণনা করিগী সুভক্ত পুথোকই, উপন্যাসনা করিগী দেবী চৌধুরাণী উৎলি অদুগা অযোধ্যা-প্রদেশনা করিগী রাধা কুণ্ডরী পোকই! সুভক্ত হুরাল্লি, জগৎকী থরায় পুম্নমকপু হুংশি—মথরায়দগী হেন্না হুংশি, মশানা চাগদোবা মথেংদা যেংম্বাফই। দেবী চৌধুরাণী হুরাল্লি লূট তৌই; অক্ষংবনা জগৎ যোক্লে, জগৎপু মচাদোনা হুংশি, মচামক্লি খঙ্‌হি, জগৎ মাগী লক্ষী য়েংহনা লৈ, ইমা ইমা পেননা কৌজে। রাধা হুরাল্লি, লূট তৌই, মা হাৎলি;

অহুব, জগৎ য়োকই ; জগৎনা মমানি নীংনৈ ; 'ইমা ইমা' ফিজি য়াদ্রৈ। মীহুংশি লৈতে, মখোয়গী মশাদা লাইরমচৎ য়াওদে করি হায়নী ঙাই লৈ।

সুভক্ত-নিষ্কর্মানি ; থবক্কবা জগত্তা মাগী মথৌ লৈত্রবনি। করিনা। মহাক্তি জগত্তা লৈনা লৈনা জগৎ উত্রবা ব্রহ্মদ মউরবা থবায়নি। মঙোন্দদি থবকসু ব্রহ্মনি, থবক তৌরিবসু ব্রহ্মনি অদুগা থবক অদু লৌরিবসু ব্রহ্মনি। অদুনা মাগীদি মহাক্কী মপুনশিগী যজ্ঞ হায়বদি থোকোন্নবা পুনশিদা থোসু ব্রহ্মনি ; থৌ তৌবসু ব্রহ্মনি, থোবুসু ব্রহ্মনি, থৌ লৌরিবস ব্রহ্মনি। ব্রহ্মদনা তৌথিবা, ব্রহ্মদনা ওইথিবনা মহাক্কা থবক তৌনা তৌনা থবক্কা মরী লৈনদে, থবক তৌদে। মহাক্কা ওইরিবা হায়ববু মহাক ব্রহ্ম হুংশি, ব্রহ্ম নীঙি, ব্রহ্ম উই, ব্রহ্মগী মশাক্ত—জগত্তা লৈনা লৈনা জগৎকী বাংমদনি। সুভক্ত করিগুম্বা থবক অমত তৌদে। তৌদবনা কনা অমতগী পোৎ লোঙা লোয়্প্নবা তৌরুবা লৈতে।

দেবী চৌধুরাণী—নোংচুপ্পা মরল হুপ্পা মুনবিগ্রবী, চায়াম পোকপী, মপাঙ্গল চাউররা মচাগী কাঙলুপ্নদি অমম্বা ঐগী মরুম থুপ মপাম্বোমগী পাঙ্গমা, মরৌশিংনা ভানবা পুন্নমক লোয়্প্ননা থম, মপাঙ্গল লৈত্রিবা মরোয়-মনাউশিংবু হম্না য়েংঙ্বা লৈতনা মবুক মবুক্কীদ য়েংথি, মচা, মপাঙ্গল-লৈতবা অমদি লৈত্রিবশিংগী দমক্ত থায়ৌ-লাহয়ৌ থঙদনা চেল মচৌঙাক তানবী ভারত মাতাগী শকম ঋষি বঙ্কিমনা য়েকথোক্লনা মমাগী অবাবা ফিভম মচাশিং অতৈদা উৎপদনি। মুনম্রিবা ভারতকী লন-থুম পাঙ্গল লৈরগা লাম্বা তৌহ্নুনা, লৈত্রগা লৌশিংনা পাম্বৈনহ্ননা হঙ্গিহ্নোলবা ভাকপদদি। ভারতনা মপাঙ্গল শোল্লবনিনা ইপোৎ মুনম্রে হায়হ্ননা পাকবা ঙম্মোইদৌবনিনা' অয়োনবা, অথুপ্পা লম্বী উৎপদনি ; মীপোৎ নত্তে, ইপোৎনি অয়োনবা লম্বীনা লোঙানবা থোক্লোই ; পানগী জগৎকী হিংনী ঙাই লম্বী

তিংথংবু তিথংনা হনবা, লৌনমু লৌনম্না থৎপনি লাউমদনি। মীপোৎ লামদুবা নত্তনা ইপোৎ হঙিম্নবা হোৎনবা হুয়ানবগী পংথৈদা করি ভানিংঙাই লৈ! অদুনা দেবী চৌধুরাণীনা চৎলিবা লোজানবা শাজৎ ·জগৎকী চৎননীঁঙাই ওইজুনা চৎলিবা শাজৎকী পংথৈদা ভাবা শাজৎনি।

রাধা কুঞ্জরী—দেবী চৌধুরাণীনা চেগী খোর্জেগী শক্তম, অদুগা রাধা কুঞ্জরীনা লৃগী ভোংগী শক্তম—অদুদনি। নোংচুপকী মহাকথংদগী ভারত মচা চরা হেন্নে। মচীল মনাও গুংশিবা থঙদবা মরাঙা শাঘা পূরমক্লা মরল মূলিবা নোংচুপকী মখোঙ চুপম্নে। মপাজল লৈতবা অতৈদি কংলগক্রা? কুঞ্জরী চোংখোক্লে—মাগী ঙমজবা শক্তিনা মূনখিবা মরল হঙিন্দুনা চরা হেন্নবা মচিল-মৌপ্রা, মচীল-মনাও য়োক্লে। অসিদা, মাগী লোজানবা শাজৎ হুরানবগী পংথৈদা ভানীঁঙাই করি লৈ।

স্বভক্ত হুরানদে; দেবী চৌধুরাণী, রাধা কুঞ্জরীগী খোঙং হুরানবা নত্তে। মীচংশিদগী মফম, মতম, মওং য়েংদুনা ভৌফম খোকপা ভৌবদনি। অদুনা ·ভৌগদৌবা পংথৈদা ভাবা থবক ঙাক্নি। হুরানবনা শিনফমবা ওইরবদি মখোয়দা মীহুৎশি লৈয়োইদৌবনি।

অমনা—

জগৎ-সিদা মশা মশাদনা মশা মশাগী অরায়বা থমুক ওইবা পোৎলম থরা থোবম থরা লৈ। মশা মশা নত্তবা থুমুক অতৈ লৈত্রে হায়বদি নত্তে। মশা মশা অদুনা মখোয়বু কররেবা, থুমুক অতৈদু লাম্মুবা ভারবদা অকায়বনা মাঙজোনরকপনা হান্নি—হানগন্নি। লৈশেগী মভীঙ লৈশেনা থেকই, হুগী মৈচাক হুনা কোকই, তিংথংগী চৈনা তিংথংনা কন্নি। অদুগুম মাগী মরো মীগী মরোনা ওন্নি। অদুনা লৈশেনা ভাজগা লৈশেনা

ওক্লে; হূনা কারগা হূনা মুংনৈ; তিংথংনা য়ুবগা তিংথংনা হৌরে; মরোৌ উরগা মরোনা থিংনৈ। করিন? খুমুক অতৈ ভাইনরিবৈদা অমাঙবনা হাক্লিল্লকদোবা য়াম্না লৈ। মসিদা অউবা থম্মোয়গা উদবগা বাথল্দা, মিৎয়েংদা থেন্নবা অমত্তং লৈ। 'লম্মৈনা তানবা' হায়বা থবক অদুনা 'লম্মৈ ওকপা' হায়বা থবক অদু পোকচবনি; থবক্লা থবক অদুম পোকচবনি অউবা কাঙলুপ্পা উনৈ। জদুগ লম্মৈনা তানবগী থবক তৌরকপনা মথোয় মশানা লম্মৈনা ওকপগী থবক অদু তৌরুবনি; থোক্লিবা থবক্কী মতৌকচাবা থবক মথোয়না তৌরুবনি উদবা কাঙলুপ্পা নীংনৈ। মাঙগী কাঙলুপ্পা থবক্তা থবকপু কথোকখিবনা থোক্লিবা থবক্কা নশাগা মরী লৈনা লৈনদে। চংশিং—চহাবথংগী উজাও থয়া ভুই। মঙোন্দা শোকপা কায়বা লৈবরা? লৈতে। মহাক্কী মতেংনা থোঙবান্দবা হৈপাল-লৈপাল, উপাল বাপাল কয়া কয়ানা মাকেম কোঙ্গায় শন্না শাগে তানৈ। মঙোন্দা অদুনা করি ওই? করিস্থ ওহদে। মহাক্লা মরমদুনা থোক্লিবা থবক থোরম পুবনা মাগী মশাগী থিভমদা করি পানবা লৈ? করিস্থ লৈতে। অদুগুম অউবা কাঙলুপ মথোয়না মরমদুনা পোক্লিবা থবক্লা, থবক মহাক্কী মরু উবনা, করিমত শোকপা পনবা নাইদে। উদবা কাঙলুপ, থবক্কা পোকফম মশানি অমদি মহাক্লা পোকপনি উবনা থবক্লা অদুম লোয়চেরে। করিনা! ঐংগী হায়বা বাথল অদুনা নীংদবনা মাবুদি য়েংবিদবা, মাগী ওইকম থোকশদ ওইরিবা থবক্কী য়াওল, থবক্কী শায়োল মথবায়মা কোয়িন ইরে—মনীং থুংভুরে মুংভাই, থুংদ্রে কম্নি। অরা-মুংভাইবগী শকম অদুদ উচুনা, খন্দুনা, নীংদুনা লৈথিবনা মথোয় মথোয়বু মপুং ওইনা পুরিবা শকম অদুনা মথোয় মথোয়গী শকম লাকই। উচিথোইগী মথয়াৎ তারবা, মাগী মকোল চম্মবা মিনা করি ওই? উচিথোই ওই।

করিগী? মানা কিবা, মানা থুকপা, মানা খনবা, মানা নীংবা, মানা উবা কনানো? উচিখোইনি—উচিখোইদনি। অদুনা ১হাক্লা মি মহাক্কী মশক্তম মাডহুনা উচিখোই ওই। অদুগুম উদবা, থবক্তা ঐঃ হাপ্লা থম্মোয় থবক অদুনা চেন্নে—মশক্তম লাকই।

পুনশি-থোড়কম্না দুর্য্যোধনগী অধর্ম্ম-রাজ্যদা তারবা দ্রোণনা, দুর্য্যোধনগী মচেঙ চারুবনা মাগী চেঙমল শিংদবা য়াদবদগী মাগী লৈবাক কন্নবগী হোৎনবদনা মথৌ ওহবনা, কল্লিংডাই মরৌ কয়ানা অধর্ম্মগী অরূপ্পা পুবা ভমত্রবী ভারতা ধর্ম্মরাজ্য সেমগদৌবগী থৌরাংলিবা ভগবান বাসুদেবগী থৌরমদা শো মথং মথং থাক্লকপা—ভগবান-না মরৌনা নহেনা লম্বী অতৈনা মহাকপু ভম্বা তাল্লবদি ধর্ম্মরাজ্য লিখৎপগী মরমদা চুমিং চুমিং থুদিংনা অকায়বা কোঙ্গায় কোঙ্গায় পুক্লকপা তারে উদুনা, অশ্বথামা কৌবা শামু তুবদা মহাকপু ভঙ্কৌনবা লম্বী অমা উরহুনা 'অশ্বথামা শিরে' পাউজেল্লকপা—রাক্ষম অদু তাবদা 'ইচাদি শিকম থোক্কে, অদুমকপু মীনা মহায়নরবনিনা অচুম্বা লম্বীদনা মপুনশি-থোড়কম্নরবা যুধিষ্ঠিরগী মবাদদি তাক্লহুনা অরেপ্পা অমতং থডদোকপনা চুম্মি' থল্লু রাহংবা লাকপা—অদু উবদা ভগবান-না নিংথৌদা 'অশ্বথামা শিরে' খুম্মু হায়রকপা—মহাক্লদি মীনম্বা শক-থডনদবনা খুম্মু য়ারক্ত্রবদা "অশ্বথামা শিরে-না লাউলা হায়মু অদুগা শামুনিনা তপ্পা তাউ; হায়রবা য়াদ্রবনি" তকশিল্লকপা—হায়দবা ভমফম থোক্তবনা, গুরুনা হংবদা "চুম্মি অশ্বথামা শিরে—শামুনি" খুমথিবা—হায়মু ইঙ্গিনবা ভগবান-না মরৌনা মরৌ পোকচবনি উবনা থোক্লিবা থৌরমনা পান্দবা—হায়দবা শুমদহুনা হায়রুরিবা যুধিষ্ঠিরনা মদু উদবনা লোয়চেন্নহুনা নরক য়েংবা—মহাভারতকী বারী মতাং অসিনা মফম, মতম, মওং অদুগা থবকী লীচৎ থডনা অমদি জগৎকী মশক

ওইরবা জনার্দনগী সেবাগী দমক হায়রবদি ঈশ্বরনা সেন্নবা জগৎকী য়াইফনবগী-দমক্ত নীংথুনা থবক পায়রিবসিং থবক্তা করিগুম্বদা কৈদৌঙুংদা চেন্নদে হায়রবা তাক্লি !

অদুনা দেবী চৌধুরাণীনা উৎলিবা ফিদম অদুগী কুঞ্জমীনা থাংলিবা খোঙফম মফম, মতম, মওংগা চুনবা মওংনি অমুক হায়রুবগী খোঙদোকপা কান্ননীঁঙাই লৈব্রে।

হুরানবা মশাগী মীয়ম্নেল, লাইয়ম্নেল অনীমক ককচদুনা মশাবু শায়াম্নবা চিংশিঙ্গে, মশাগী মাঙননবা শীঙ্গে। অদুনা লোইরবরা ? লোইদে। মাগী তাইনরুবা, থেংনরুবা মী পূম্নমকীমক নত্রবস্থ অয়াম্বগীদি অমাঙলম করা কয়া শীলি ! মাগী চান্নরুবা মীগীনা মাগীদৌনা, শাবুক হোই, কহিনা ! মাগী শাবুক্তা অমত্তুগী শাবুক হৌদোকই। মানা তারুবা মীগীনা মথরায় হিংনিঁঙাই মপোৎ-মরল মাঁঙি। মদুগা ঈরোম্-ঈরোম্ননা পূন্নিংগী লৈতাবা মাঁঙি; অশাউবা হুঙাইতবগা মরুপ্নে ; অমগা অমগা থাজননা নীংননা পান্নিন্নদবা য়াব্রবা মীওইব-জগত্তা থাতবা রাৎপা, নীংবা ঙমদবা পূক্নিংগী য়াওল অমা লাকই। অদুনা অপুনবা খোঙফমদনা অমদি পুকচেল-খোয়জেল তিন্নবদনা হুঙাইবা ফংনরবা জগত্তা অকায়বা চঁঙি। হুরানবগা মাগী থেংনরুবা-তাইনরুবা মীওংশিংগী মরীদা খোক্লিবা থৌওং উবদা জগৎ কিনৈ, থুক্লে অমদি তথক্লে। অদুনা জগৎকী লৈতানা নে-ত্তানা পানবগী মরীদা শোগী শো ঙাক্তা মশায়।

তৌহৈদবা থবক্তা জগত্তা অমাঙবা অহম পীবগুম তৌরোইদৌবা থবক্তম্ অদুম মপী। চীরোল অকোনবগী অসিদা তাবা থবকনি। চীরোল্লা করি পাম্নি ? মশাগী ওইজবা পাম্নি। অদুনদি চীরোল-মরুপ্নবা মী কনা নীঁঙি ? ঐ নীঁঙি। মহাকী ঐঃনা চীরোল-চৎপা মীগী ঐ হৌদোকই।

অদূনা অমুক জগৎ অতৈগী ঐঃ মিকপ থোক্লে। মতাম্না অয়ংবদা মৈয়গা করি তৌই ? মতাল মথাং অমা পোকই। পোক্লিবা অদূনা অতৈ পোৎলমদা পাল্লি। ঐঃনা মপুং ওইবা জগৎসিদসু অমগী ঐঃগী মতাম্না অমগী ঐঃদা অমুক অময়ুগীনা অতৈ অমগীদা অতুম মথং মথং মপাম্নে। ঐঃ অহুম চোংথোয়কপগা ঊয়োয়নবা নঙ, মা চোংথোয়কই ; জগৎ ঐঃ, নঙ, মা অহুম্না মুম্নে। অহুম অসিগী অতৎপা-নাইত্রবা থোক্লে্ংদা জগৎ ঊয়াং হৌই—হৌত্ননত লৈ। অপুনবা থোঙফমদনা অমদি পূকচেল-থোয়জেল তিম্নবদনা থক্তুম্ন থাদম্নু মুঙাইবা ফংনৌ তন্নবা জগত্তা থাইবুং থাইবুংদ তৌনা থোক্লে্ংদ তত্তনা হানখবদা করি ওইফম থোকই ? অমগীমু ময়ামগীমু মাঙদনী ঙাই করি লৈ !

অদূনা থোর্জেনা কর্মযোগীগী শকফম সদানন্দদা মিৎয়েং লাম্না পুনশি-থোঙফম্নবা অঙম-অথৌশিংবু খননিংদবা, অবাবা কোজায় পুত্নম্নু মথোয়গী মমি-ফাওবা শোকনীংদবা পূকচেল হাপ্লুবনি।

থবক্তী মশক য়েংলিঙৈদা সদানন্দনা য়ুম অমগী মপু ওইনা য়ুম পুবা ঙমদবা, ঙমদবা অদূনা ময়মত্থনা মহাক্না কনফম থোকপা মথুম্না কায়বা তারফাওবদা নাচুংবা লৈতবা, নাচুংদবদ নত্তনা কায়জসম্ম মতাগুম থাদোক্তু্না কায়বা—অসিনা য়ুমগী মপু ওইরিবা সদানন্দগী ধর্ম অমা কায়বা থোক্তি্রবা ? থোকই—ধর্ম কায়। কায়বদি কায়রগা জগৎকী হুংঙাই-য়মদা য়ুমগী মুঙাইরম কথোকপদনি। অচৌবা ধর্ম অমগীদমক ধর্ম মচা মচা থাদোকপদা পান্দা ধর্ম কায়না উরবসু হুংদদি, অচৌবা ধর্ম অদুগী মশাদা মচা মচাশিং অদু অতুম ময়াওবনা, কায়বা লৈতে হায়ক্তবদা লাম্নি ঙাই করিমত লৈতে। সদানন্দ-মুথয়াগী মুঙাইরমদি য়ানবা ঙমদ্রে, জগৎকী মুঙাইরমদি শীল্লি। করিনা ! ঐঃদা মমিৎ-থক্লবা অঙম-অথৌ,

লৈবাক্কী মমিৎ উননবা থোৱাংলি। অদুনা জগৎকী সেবা তৌরি। মহাক্কী শেগা থুপ্পী মহাক্কী মথৃম ওইরিবী মুখরা জগৎকী অমনি। অদুনা মহাক্কী চুঙাইরম সদানন্দনা শীন্দবা করি লৈ।

ভগবান-না অর্জ্জুন্দা তাকপিখিবা 'ধর্ম্ম' পৃম্নমক থাদোক্কৃনা ঐদবু নীঙ; ঐহাক্না নঙগী পাপ পৃম্নমক কোকপীগনি·· হায়বা য়াথংনা অচৌবা মরম অমগী দমক মরম মচা মচা তুংওইনবদা দোষ লৈতে হায়বা জগত্তা তাক্লি।

অদুনা· থোর্জেনা য়ুমগী মপু অমা ওইনা মযুম থৌ ওইদবা সদানন্দগী শকফম যেকলুবদনি। থবক্লা পুনশি-থোঙফম্নবা মীওইবনা থবক্কী মশক থঙনা, থবক্কী মওং যেংনা, জগৎকী ঈরাংদা তাদনা থবক পায়গদৌবনি হায়বা দর্শনগী মপাউ সদানন্দগী থোঙগম্না উৎলুবদনি হায়বা খঙদনীঙাই করি লৈ!

লৈবাক্তা লৈবাক্কী মী অমা ওইনা থোর্জেনা য়েন্নিবা সদানন্দগী শকফম নীংথিজে। লাইরিক হৈবদ নক্তনা লাইস্ত খঙলবা নিপা ওইবা অমনা লৈবাক্তা পুনশি করম থোঙফম্নে অমদি থোঙফম্নিঙাই ওই হায়বা মপৃং ফানা মহাক্না উৎলি।

চীয়োল-ভমদাইনবা অমদি ভমদাইনগনবা জগৎনি। মশাগী বাথম্না মাঙওইনবা অমদি মাঙওইনগনবা জগৎনি। মতৌক শেরান্ননা ফুদোকপা অমদি ফুদোক্নগনবা জগৎনি। অদুনা সদানন্দগী লৈবাকস্ত থোর্জেনা অহুম চপচানা ময়েকই। মথক্তা মতাং অমদা পংগ্রবা সদানন্দগী "··· মথোইদা খল্লবা মীবু মতিক চাই হায়রিবা অঙম অথৌদি ঐহাক খঙনিংদে' হায়বা ৱাহৈ, সদানন্দবু কম পীরমদাইদা নিংথৌনা হায়রবপা '··· নঙবু হাপ্লগে, নঙ প্রণামী কয়া কৎকমি?' হায়বা ৱাহংনচিংবা থোর্জেগী

পাউদম কয়ানা সদানন্দনা পোকলুরিবা মরৈবাক্কী মচু তশেং তশেংনা উৎলি। লৈবাক অদুদা চীরোল মখোঙ পাল্লি হায়বা খঙনৈ, অচাউরমদ কানৈ হায়রবা উনৈ, লৈবাক-কোবাথ'". রিবা, থাদরগে-লোকথাদা-থাংগৎলগে-চীংদোন্দ-ওল্লিব। ি"থো অদুমক অবোল্লমগা নত্তনা অফোংরমদা শেঙ্গাতুনত ক্ষম হান্ধি হায়বা ফোঙনৈ।

অসিগুম্রবা লৈথা তাররবা লৈবাক অমবু চিংখৎতুনা য়াইফরমদা পুবা তাররবা নীপা অমনা অরাক্ষম কয়া পুবা তাহ। অদুনা সদানন্দগী মপুনশি-খোঙক্ষম অর্রাবদগা তাইযোন্নে। মহাবপু অঙম অথো কনা অমতনা হুংশিনদে হায়বা খোর্জেনা '· · অঙম্বা অমতনা মাবু সেংনিংবা লৈরমদে' হা'বা রাহৈনা তাক্লি: মহাক থবক ইনথা' অমত ফংলমদে হায়রবস্ম মহাক্কী ··· সদানন্দনা ·· ··· থবক মচাস্ম অচৌবস্ম অমতা ফংলমদে হায়বা মপাউনা অঙম মতম্শি। মহাবপু মীনা হুংশিনদবা, হুংশিনদবতুনা মরম্নতুনা থবক-ইনথাং অমত্ত ফংদবা, ফ'দবা অদুনা অমুক মরম্নতুনা মযুমদা যুমগী মপু অমা ওইনা মথো পুবা ভম্মতবা, মদুনা তারকপনা মহাক্কী মযুম ওইরিবী মুথরাগী নীংব-কায়বা, মতুং হনবা মযুম্না মখোঙ পান্থকপনচিংবা মহাক্না '·· হপা ইমাগী ইচ্ছা অদুগা ঐগী ইচ্ছাস্ম হপুরোইবা নঙবু সেবা তৌবগা নহাক্কী নপান চাজবনি। নপান চাগত্রা হাযববু চরাস্ম নোংমা নোংমগী হেল্লে। অদুনা ঐ হপামদা নে'ংমা নিনিদং লৈরুথিগে হাযববু কবি হায়গে ইবুঙেো?' হায়বা মুথরাগী মপাউনা অঙম মতমথৈ। লৈবাক্কী লোনচৎ—অঙম অথো থম্নবা, শেন-থুম পীজনতুনা ক্ষম ফংনবনা তৌরোইদোবা থবকী পদ্ধেদা তাবা থবক্লি থঙবা অদুগা লৈবাক্কী লোনচৎ অদু চত্তনদি মযুম পানবা য়াবেই, অমরোমদনা লোনচ' অদু চৎতুনা য়ুমগী হুডাইনবা হোৎনবগা মদু থুগাইদুনা লৈবাক্কী য়াইফনবা তৌবগা—

অনীসিদা অকোনবগীনা লৈবাক্কী মী অমা ওইনা তৌফম থোকপা অচৌবা থবক্কি থঙবদগী য়ুম্বমবু লৈবাক্তা কথোক্লগে নীংতুনা মথোঃ পাল্লবী মুথবাবু মহাক্না 'মতুনা নঙগী হুঙাইবা ওইরবদি য়াম্না ফৈ, ঐ করিমত্ত হায়দে' হায়না খাইন-পাউথারকপস্থ থোর্কজনা অতুম মতম্নী। মুথরা মপাম চৎখ্রে; সদানন্দগী ময়ুম কায়রে।

লৈবাক্কী লোনচৎ হাইরপ্ত চৎপদা ময়ুমদস্থ হুঙাইনগদৌরিবা মরৈ-বাক্তস্থ য়াইফগদৌরিবা সদানন্দ লোনচৎতুদ থুগাইদুনা লৈবাকপু য়াইফরমদা পুগে নীঙবনা হুঙাইবস্থ য়াইফবস্থ অনীমক মহাক্কী তৌফম থোকপা তৌগদৌবা থবক্তা কথোক্তুনা অম্বাবা অনংবা কোকথোং-নম্বোনদুনা লৈরে। অচুম্বদা মথম্বায, মহকচাং, মবুক্লিং লোইনা কৎতুনা মহাক্কী থৌজাল ঙাইদুনা লৈরে।

মৈবু ফিনা কুপ্পা যাবরা। অঙানববু অমম্বনা থিংবা ঙমরা। সদানন্দগী মতীক মঙাল তপ্পা তপ্পা যুদোয়ক্লে। করিগী ফুদোকতনি ঙাই লৈ? অচুম্বনা পাহ্লোবা অপৈবনা মাঙখিবা জগৎকী লীচৎনি। 'পাপকী জয়না মাঙজীন্দা ধর্ম-গীনা মনীংদা, জগৎনা অতুনা পাউরোনৈ।

হন্দোয়কপা হুমিৎ মঙাল অহানবা কৈদা য়ৈ? অৱাংবা চাংদোন্দা য়ৈ। মথং কৈদা তাহ? ঙমথং ওইবা উতোল-ৱাতোলদা তাই। কারক-কারক্লগা মালেম লৈমায় ঙাল্লকই; কাদ-কারগা নোংথক-নোংথা তুনা ঙাল্লি—পূমঙাল ঙাল্লি। অদুগুম সদানন্দগী অচুম্বগী মঙাল অহানবা মীবুক-পানবা, মশাগীস্থ মীগীস্থ-য়েংন-চৎপা ধর্মানন্দদা হায়া য়ৈরে। 'থংদে, সদা, নঙগী লাইবক অসে। থবক ··· ··· মচা মত্ত ফাওবা অমতা ফংদে।' 'ঐথোয়গী ইনাও হুপা ··· ··· য়ুমদা লাইরিক থম ··· ··· তাকপিয়ু।

থাদা লুপা তরামন্না তরামণ্ডাদং পীগে, অদু ওইরবদি নঙগী চাবদদি কোম্নবা য়াই।' হায়না মহাক্না সদানন্দগী লৈবাক-লোনচৎ-থোঙগ্রেংনবা মপুনশিংগী থোঙথাক্কম অমা পীরে। অকাবা ভুমিৎনা চীংদোন্দগী উত্তোল-বাতোল য়ৈরকপগুম ম,গী মথুক্তাদা মহাক্কী মঙাল য়ৈরক্লে। 'লৈকাই ময়াম্না সদানন্দগী করি তৌরগা মতেং পাংবা ঙমগদগে ··· ··· খল্লরক্লে।' "মী অমনিনা হোৎনজুনা লৈকাই ময়াম নোংমদি তিন্নরে। ··· ··· অহল অমনা মযামদা ··· ·· হাইরকই—'·· সদানন্দনা লাইরিক অস্রক ··· হৈনা মশাগী কান্নবা থাদোক্তুনা লৈকাইগী লাইরবা অঙাংশিংবু ··· তম্বিরি। ··· মহাকসি করিমত্তা শুদ্রবনিনা অদুগা মাবু ··· যেংজম্বা ভুপীস্ত মপাম চৎল্লবনিনা শেল থোকত্রে। ··· স্কুল মচা অমা লিংখৎলসি, মসিদা মঙোন্দা ফৌ থরা থরা থাইনজুনা পিসি।" অস্মন্না মাগী মঙাল্লা অস্ম অস্ম চাউরকলবদা ধর্ম্মানন্দনা মহাক্না লৈবাক্কী অঙম্বা ওইরবদি লৈবাক্লা ভুঙাহবা য়াইফবা ফংগনি খঙবদগী 'দরবারদা লৈজুনা তৌবগা মপান্দা লৈদুনা তৌবগা মান্নরোই। ··· ··· নঙ সহতমক তৌবিয়ু, দরখাস্ত ··· ঐ কৎশল্লুগে' হায়দুনা মাগীদমক দরখাস্ত থাক্নরে। লিংথোনা প্রণামীগী দমক তক্লরকপা, কিহল্লকপা 'নঙ প্রণামী কৎনৈ থংত্রা? ··· রাজব্যবহার থংত্রা?' নচিংবা পুন্নমক করিমত্ত থোঙইদনা, নাচুংদনা অচুম্বগী যিজি যান্দুনা মহাক্না 'হাপ্পিজবদা ঐহাক করিমত্তা ভুঙাইতবা তৌজরোই। ·· প্রণামী আশাচি ননাই ঐঙোন্দগী করিগুম্বা মতমদস্ত তৌবিদনবা হজংচরি। থাংখিবাগী লিংথো অচুম্বগী মঙালনা '·· ··· নঙগী নত্তো যেংগ তৌবনি। ঐ ·· ·মজুনা তৌবা মী নত্তে।' হায়দুনা মায়থীবা য়ারে। সদানন্দ জয় ওইরে। করিগী ওইরোই! ভুমিৎকী মঙাল লাংলবদা লৈচিম্না তাঙনিংঙাই করি লৈ।

সদানন্দ লৈবাক্কী অহুম্বা ওইরে। অহুম্বা সদানন্দ লৈবাক্কী য়াইফরম

করম শীল্লক্লে ? লৈবাক-কোকথোংনবা নিংথৌনি। পোৎলুম কোকথোংননা চীংজেপ–খোঙফম্নবা মীগী মহাক্না পাংথক্লি। কোকথোংনা চীংদোল য়োবস্থু অপূবা মীগী খুনামদা, লোকথা তাবস্থু অপূবা মীগী খুনামদা লৈবগুম লৈবাক্কী অক-অকুম নিংথৌ মহাক্কী মথক্তনি। অদুনা মহাক্না নিংথৌ মশান্না মশাবু মশক থঙনা চৎনবা, অচুম্বনা চৈঙনা, মথৌনানা পান্বনা মহাকপু লমজিং-লমতাকপা হৌরক্লে—

'ঐঙ্গা, সমাজ অমসুং ধর্মগী মরীদদি নিংথৌগী লৈফম থোকপা শক্তিগী মচুং চনবা মথৈ স্নায়াথং হঙ্গগনি।' …… মীওইবা অমনা নিংথৌ ওইদুনস্থু কনাগুম্বা অমগী আত্মাবু দণ্ড পিবা ঙমদে। মাংবা নাইবা হকচাং অসি দণ্ড পিবা য়াই।' নিংথৌ হায়বাসিদি মীওইবগী মচুংদা চাওবদগী চাওবনি অদুগা প্রজাশিংনা হাইজবদা ঙম্মোই হায়দুসি মহাক্তনা ইকোন কোন্না হায়গদবনি।' লৈচিল ফিরক খুম মমদুনা লৈরম্বী, জিক্না ঈচোৎনা তুফক-তুফাই চল্লম্বী মালেম্না কোয়ৌ মঙাল লাক্লবদা তপ্না তপ্না ফিরুক হাং সনা–ঈরৌ-ঈপান-লাং, লীক্লা-লৈক্লাং লীকথোম্না তাংইবং পূক্লিং স্থম্বগুম সদানন্দগী মঙাম্না নিংথৌদা য়ৈ, নিংথৌ মাগী মঙাম্না লৈবাক্তা অমুক ফু অমম-ফিরুক খুম্লম্বা লৈবাক হৌজিক তাইবং ফাওরক্লে—অচুম্বা অফবা লম্বী খোঙফম্নরক্লে, অকায়ম থিরক্লে। নিংথৌ-প্রজা অনী চুংশিননা লৈবাক্কী অফবা য়েংলক্লে—'নিংথৌ ঐনা লৈবদি প্রজা নথোইগী চুঙাইনবা নীংবা থুংনবা লৈবনি। নথোইগী সেবাবু মতোল লোম্লক্তদি নিংথৌ ওইবগী মহৈ ফংগদৌবনি।'

নোংমা মশাগীদমক্তনি নীংদুনা চানিংবা চা তৌনিংবা তৌ মম্না লৈরম্বা নিংথৌ সদানন্দগী গুণনা লৈবাক্তা লৈবাক্কী মথৌ শিন্নথোক্লে— '…… পুংজাও থিন্দুনা আইনসভা লিংথৎপগী য়া হৌদোক্লম্বী' 'তিম্ন-তিমক্লবনা

মী ওইবগী মশক লেপ্পি, মচু লোকই' জগৎনা পাউয়োনদয়া! ওসি অনাসক্ত কর্ম্মযোগনা খোঙকময়রবা সদানন্দগী ময়মদগী হুঙাইবদ-তাল্লবা জগৎ হুঙাইবগী মশক খঙনা পুনশি-খোঙকময়রে।

অদুগা মশাগী হুংঙাইবা থিত্রবা, পামত্রবা হুংগী হুংঙাইবদগা মরুপ্পয়রবা সদানন্দ পানগী হুংঙাইবনস্ম মশানা মহাক্কা মরুপ্পয়রে। '... ... প্রজাগী মবুঙ্কিং থুংজবসি নিংথৌদনা নত্তে সদানন্দ মপু মনাই অনীগী থবক্তি, ... পুন্নমক খঙনরম্মী। ... ... নিংথৌ সদানন্দ ... ময়ামগী মিৎয়েং তাকম ওইথিরম্মী, ... চৈতন্যনা নিংথৌদা হঙ্গৎলম্মী—হৌজিক ফাওবা ওইরক্কিবা অথোইবা মন্ত্রিসে—মহাক্কা শিত্রিমথৈ ... ... অদুম ওইদুনা লৈনবা সনা মাথং নিজরি। ... মন্ত্রিনস্ম য়াবিগনি নীংজৈ।' 'প্রজা ময়াম্না হুংঙাইরদুনা জয়ধ্বনি লাউয়-লাউয়দুনা ... মযুম মযুম হল্লরম্মী।' করিগী মরুপ্পয়দনিংঙাই লৈ! মশাগী হুংঙাইবদা মশা লুপচদুনা লৈরবা সমুত্রদদা খোক্লকপদগীনা তাব-ফাও হুমিৎ-থা-থরাগিচাক মরুপ্পজরদবা করি লৈ! মালেম চৌংলম কয়বা মখোয়গী লম্বী য়েংদবা লৈ! নোংদোন-লৈচিল-নোং ফাওনা চৌংঙক থিনগৎ থিনগৎ ঙাইজবা ঙাক্তনি। ঙাইজৈ মখোয়না, খৌশাবিরবা করি লৈ! লৈনা হাইরপ য়েংবিরম নাথৈনখিদবা লৈবরা! পাম্নাইদবা সদানন্দনা হুংঙাইবগী মপু ওইদনীঁঙাই করি লৈ!

অঙানবনা করি ওম্মি? অমম ওম্মি। করিদা শি? অমমদা শি। অমমনা অমুক করি ওম্মি। অঙানবা ওম্মি। করিদা শি? অঙানবদা শি। অনী অসি মতমগী খোঙহোৎদগী খোংগ্রেং হানয়ক্কবনি, হৌজিকস্ম হানৈ—হানয়িবনি, মতমগী খোঙলোই ফাওবা হানয়গদৌবনি। অদুনা অঙানবগী মতুংদা অমমনা লাক্লুম্মি; অমমগীদনা অঙানবনা লাক্লায়। মশা মশাগী তাঙ্গা অমত্তং, তানফম অমত্তং লোন-থুপ্পনা ঙাইনবা, য়েংনবা

মখোয় অনীনি। অদুগুম, অচুম-অরান, অফ-ফত্ত, অরু-অনৈ, অপাঙ-পাঙদ … — অসিনচিংবা জগৎকী তায়োন-পোৎপানরিবা দীচৎ পুন্নমক মশা মশাগী তাঙ্গা অমত্তং থোঙকম অমত্তং কয়া লকয়েংনবনা শাগোল-শাগোল চৎমিনৈ। অদুনা লাইয়েক-হৈবা তুরীনা মহাক্কী মিকোয়বা খুৎয়েক্কা অমক-অরা অনীগী তত্তবা থোংগ্রেং জগত্তা পাউদম্মি; হুংশি-নৈশঙ্কবা চৈজিংনা লীক্লা-ফুবা লৈয়াং শৈশক্কা হুংশি-হেদোনবা মীনোক, থাইন-অহীক্লবা পিবাং অনীনা তত্তনা খুৎশি হন্দোক-হঞ্জিল শান্নরিবা জগত্তা পাউজেল্লি; কুম্মৈ-য়ে'গনবা মিৎলয়া লৈচিল-নোংফাই লানশীংনবা থাবল মওং থা অমম-অঙাল অনীগী লালেপফম-থঙদবা, লাল্লোইফম নাইদবা লানফম জগত্তা পাউতাকই; ৱারী-ফবা থোর্জৈনা তায়োল-দীচৎ-দীফাংনবা ৱারীনা তায়োল-শাজৎ অনীগী লোইনাইদবা লালওংগী লানবাউ জগত্তা দী। অদুনদি সদানন্দগী শক্তম করি করম তাফম থোকই? করিনা মিক্নমফম থোকই?

সদানন্দ মশাগী-য়েংদবা মীনি; মশাগী য়েংনীংবনা য়েৎনফম থোকই। ময়ুমগী-য়েংদবা মীনি; ময়ুমগী-য়েংনীংবনা ঙৎনফম থোকই। লৈবাক্কী থনবা মীনি; ময়ুমগী ৱাথন্না খুরৌনফম থোকই। তায়োল-শাজৎশিং অসিগী হুং পাল অনীদা হানরকপা থোংগ্রেংগী মমি হাপ্পা ঙম্নবা অমদি হাপ্নবতদা থোর্জৈগী সদানন্দ-খুৎয়েক পানগদবনি অমদি চুমগদবনি।

মরম অসি উদুনা ঐঃ-নীংদবা সদানন্দদা ঐঃগী হুংবংবা থোর্জৈনা হাপ্পি; হুংঙাইব হৈরবা সদানন্দগী থম্মোয়হুংদা অৱাব-লৈচিল মচা অমত্তং মহাক্কা কাপ্পি।

ইরি—

'ঐদি শিঙ্কবস্থ লায়। হুপীমচা অমা ঐগীনি হায়দুনা লৈরগা মাগী

মক্কমদা তৌগদৌবা ইথৌদি লোইরমদবা য়াদে। অদুবু গতিদি লৈতে। করম তৌনা থৌ অনি অসি পাংথোকসিগে।'

'হৌজিক্কী মতমদা শেল থরা প্রণামী কৎত্রবদি থবকস্ম ফংবা লৈত্রে। বিদ্যাগী মগুণস্ম ঙাকপা লৈত্রে। মশা মশাগী থনবদগী মতিক চাবা মীবু নমথেক্লবা হায়রদুনা উপায় ফংত্রবা ঙাক্তা লাইরিক হৈবস্ত হৈতবস্ম তৌনরক্লে। লাইরিক হৈবা মীনদুম শেল নৎত্রবদি কনামতবু মতিক চায় হায়নিংঙকত্রে। লাইরবা ঐগীদি করি লৈ! প্রণ মী কৎনবা শেলদুবু লৈরবদি প্রণামী ওইনা কৎলুদ্রবস্ম মুখয়াগা ঐথোই অনী চরা হেন্দবা ঙমগদবনি। লাইরবগী গতি লৈতে।'

খোর্জৈগী সদানন্দ-খুংয়েক মিকোয়ত্রিবরা ? -মহাক্কী মীকোয়বা খু-য়েক অসি উবদা ভাবুক কনা মুন্দনীঁঙাই লৈ! মহাকপু পেন্দনীঁঙাই কনা য়াওনি!

অমনা—

জগৎ লোক্লম অনীনা চপ্পা নাপোমনি। লোক্লম অমনা মস্মি; অদুগা অমনা ঙাল্লি। অমম-লোক্ত—তাবা মীগা অঙাল-লোক্ত-পানবা মীগা তায়োমৈ। থরদংদগাদা নত্তে, অগম-অঙাল অনীনা ওইনরিবা অদুমক্লি। অদুনা 'অঙাল-লোক্কী মী অমম-লোক্কী হুংথিন্নবা মতম্না নোংজানৈ, নোংজানবদুনা হুংথিম্নৈ' দর্শন-না তাকই। মসি হুং-পাল অনীমক্কনি।

অমম-লোক্কী মী লোক্কী অমম্বা উদে। ঈশিংদা পোকপা, ঈশিংদা চাউবা, ঈশিংদা পানবা, ঈশিংদা লোইবা ঙারম-না ঈশিং উবরা? উদে। ঙাগী রাদি থম্বু থমখিসি, হুংশিত্তা পোকপা, হুংশিত্তা চাউবা, হুংশিত্তা পানবা, হুংশিত্তা লোইবা মীওইবা হুংশিং উবরা? উদে। অদুমঙায়।

অমম্বু অমম্বনি উরুদবা অমদি উদবনা মীওইবনা অঙানবা অমগী রাখল তৌরুদে, তৌদে ; অদুম মম্না পঙপান্দ মপাল্লি। অদুদি মীওইবা অঙান-লোক অসিদি ইউ-মউদ্রবরা, হৈযৌ-ময়োদ্রবরা ? উই, য়োই। অদুদা মীপূম থরদনা—থবদংদনা উই, য়োই।

অদুদি কমি কয়বা মীওংদনা অঙাল-লোক্লম উই ? জ্ঞানগী মৈরা পায়বা মীওং অমা উই ; অয়েম্পা থিবা মীওং অমা থেংনৈ ; লন্দবু ফুংশিজবা, লন্দবু কোম্লনবা হোৎনজবা, মিৎয়াম্বী, খোঙয়াংবী লোওন শীংনাইদবী লনগী মিহৌ-মৈচাক পুঙমক্রবা থম্মোয় অমা ফংনগল্লি ; অদুগা জগত্তা মাগীনি কৌবা লৈখিদ্রবা, পোথা ফংদ্রবা, খুদাকম-ফংদ্রবা, কায়দোং-লৈতবা উচেকুম কঁচাওনরবা খোঙকম অমা তাগল্লি। তরাই-তরাইনা উবা ফংবা অঙাল-লোক্লম নত্তে। অদুনা ভগবান্না অর্জুন্দা তাকপিখিবা 'অঙকপগী মশক ওইরবী, লানঙমদ্রবী ঐগী মায়ানি' 'অথঙবা, অথিবা, অরাবা অদুগা লন-পাম্বা মীদনা ঐবু থি' 'লৌশিং লৌশিংনা ঐবু নীঁঙি, নীংলিবশিংদুগী মঙ্গংদা অয়োবা থানা নীংজদুনা লাইনীং মহৈ চারবা কোঙ্গায়গী মঙ্গংদগীম্নু তশেংনা ঐবু ফংনজবদি অমত্তং অনীদংদনি' হায়বা য়াথংনা মালংগী মালংচৎপু নীংথিনা ফোঙলি। জ্ঞানগী মৈরা হেক পায়রগা য়োবা নত্তে ; হেক তানবগা ফংবম্নু নত্তে। খোঙহৌদম্নু, খোঙকম খুদিংদম্নু খুদিনা থল্লবা অঙাল-লোক্লমগী খোঙকমনি।

নোঙ'লমদাহ অমম-অঙাল শিল্পবগী মওংনা খোচহৌগী অরাবা ফোঁঙি। অহিং মতম লোইরে, অঙানবা মাগী মতম লাক্লে, ঙাল্লুরগে লাক্লবা অঙানবনা থংঙাল ঙাল্লবা য়াবরা ? য়াদে। অমবগা খোঙকম কয়া লাম্বিংম্ন। মতম্না মায়রোং কয়া য়াবনা মমায় পাকচবা নত্তরা ? অদুমঙাই। অঙাল-লোক-খোঙক্ম্নরকপা মী অমম-লোক্নী অমম্বা খুদি কয়া চায়। অমুংবা

পূকচেল্লনা শোথাং কয়া কয়া শোগাইদুনা পুবিরবা, লমজিংবিরবদদা খোঙথাংবা ঙম্মরিবনি। অদূমক্কদা খুদিনা লোইবা নত্তে। পুরাণ-ইতিহাস কয়া কয়ানা অসাবা অচুম্বা থৌওং কয়া কয়া ব্বায়ীনছনা খোঙফমগী অবাবা উৎলি। রাজর্ষি ভরতনা মমা লৈত্রবা শজি মচা য়োকলুবদগী শজি ওইনা পোকপা ব্বায়ীনচিংবা কয়া কয়ানা খুদিনবা অফরম-খোঙফম্বু জগত্তা উৎলি। অদূনা অথঙ-অউশিংনা মিকোন-মিকোন্নিনা পোৎলম খুদিং জগত্তা পুথোকই।

অত্নদগী কর্ম-যোগনা পুনশি-খোঙফম্বরগে তাল্লবা, মশাগী য়েংদ্রবা, ময়ুমগী মথৌ লৈবাক্কী অচোবা মথৌদা কথোক্লুনা জগত্তা লৈনা জগৎকী ব্বাংমদা লৈরবা সদানন্দগী শক্তম মচু থাবদা অব্বাব-লৈচিল লাংকপ কাপ্পুনা মিকোন্নিনা পুথোক্লুনা মীওইবগী চুংগী অমম-অঙাল অনীনা অমনা মাঙদা অদুগা অমনা তুংলোমদা চিংগদোবগী হোৎনননিবা অমদি মাঙলম ওন্দনীঁ-ঙাই লৈত্রবা মালেম লৈপাল তাংজক্লবনা থাজ-খুরৌনরবা ঈশিংনা ঈথক-ঈনীক-ঈনীক্লা মাঙলম-খোঙফম তাথিবগুম অয়ুংব'-পূকচেল-পাম্বৈনা খোংগুল তাবা থম্মোয়না অঙাল-লোক্লম খোঙফম্মবা,—মওং অনী তাক্লে নীংদুনা খোর্জেনা নীংহল-চাবা ব্বাথল চাইদুনা সদানন্দ মিকোন্নিনা পুথোকপনি হায়বদা করি লাম্মিংঙাই লৈক্লগনি; অহৈবা খুৎয়েক করিগী ফজে? খুৎয়েক ফজে; অদূনা ফজে। খুৎয়েক চুম্নবদি হেক্ক মফজরবরা? খুৎয়েক-চুম্বা পুম্নমক মফজ চাং অমত্তদা হেক্ক মচৎলবরা? খুৎওং-খুৎপু চপচানা তাফম খোকপা তাববু খুৎয়েক চুম্বা কৌই। য়েক্লিবা পোৎশক্কী পোৎওংনা চুম্না তারবদা করি ফজদনীঁঙাই লৈ! অদূনা খুৎয়েক-চুম্বা খুৎফম্মথৈ মশানা অত্নম মফজজবা পোৎনি, ফজে। অত্নদা খুৎয়েক-চুম্বা পুম্নমক মফজ চাং অমত্তদা চৎপদি চত্তে। করিনা! খুৎওং-খুৎপু চপচানা

তাবদগী ফজকম থোকপনা খুৎফম্না ফজররবগু মচু থাবা হায়রবা অমা লৈরি। মচু থাবনা খুৎফমগী ফজবগী চাং লেপ্লে। খুৎযেকশিংদা হকচাং-মঙাম্না ওষা, মিকুম্না হাবা, মিকুম-মঙাল চপচানা তাবা কম্না কয়া থায়রি। শকওংদি তাবনা লোইনমক ইফদ ফজররবগু অকোনবগীসিনা ইরাক লাকচৈ: করিনা! মঙোন্দ ফজব লোইনা ফুদোকই। ফজবা ফজৈ। মওং পূম্নমক্তা ইফদ ফজৈ। থাজ মশানা ফজজররবা পোৎলমনি। অদুনা মহাক্তী থাবাল-থারোল পূম্নমক ইফদ ফজৈ। অদুম্নদি ওইররবদা অশৈবনা থানিন্দবু নম্না শৈশক্লে। করিনা! থারোল পূম্নমক ইফদ ফজররবগু থাজ মহাক্তী মফজনা মপুং পুম্ফা ফানা ফুদোকচবা থানিন্দনি। অদুনা মৈতৈ পেনাগী লোম্না মথোয়গী ফজবী সন্দ্রেনবীনা ফদি শেৎ পুল্লাং পু ফিগে-শেৎপী, কোনফু-পুবী চাইশ্রা' থোঙলোযনা ঈপাল লাং ঈযোল ছৎৈঙদা, নিংথৌমচা শাদানবনা থারকপা মপাউ শিনাই-তরেং থোরোয়না ছক্লম্মী—'ফদি-শেৎপী ফজৈ, পুল্লাং-পূবী ফজৈ'। ফজব মহাক্তী মফজ মঙাল থবদংদবু ফুদোকচনীঁঙাই ফংলবদা ফজদবা লৈতে। সন্দ্রেনবী-চাইশ্রা অনীনা ফীওন-পোৎওম্নরক্লবদা শৈরোল করি অমুক তারকথি? 'ফিগে শেৎপী ফজৈকো, কোল্লং পুবী হেল্লিকো' ছকথরম্মী। মশানা ফজবা ফজৈ; ফজবা মঙাল লোইনা ফুদোক্লগা অমুক হেম্না ফজৈ। অদুনা খুৎহৈবগী খুৎয়েক পূম্নমক ফজৈ। খুৎফম হাদবনা অমুক হেম্না ফজৈ। অদুদি থোর্জেগী সদানন্দ খুৎয়েক মিকোম্নবনা খুৎহৈবখুৎয়েক চল্লে হায়বদি উরে। মচুরোমদদি করম তৌরি? হাদোক-হাজিল করম্বা অশোয়-অঙাম লৈরি?

সদানন্দগী মকারাম্বা মায়থোংদা অরাবা-মায়হিং কাবা ভাবুক্লা উই। মহাক্লা লৈবাক্তী অপৈবা লোনচৎ চত্তবা ওযেনা মথরায় ফুংঙাইজৈ। অমরোম-দনা মহাক্লা মাগীনি হায়ম্নমা লৈরবী মুখয়াগী মফমদা তৌকম থোকপা

পাংথোকপা ওমজদবনা মথশোয় কংডি। অবা-মুংতাই অনীনা মিকোয়বা সদানন্দগী শকফম্নি।

থক্তা মতাং অমদা পনগ্রবা 'মুপীমচা অমা ঐগীনি হায়দুনা লৈরগা মাগী মকমদা তৌগদৌবা ইথৌদি লোইরমদবা য়াদে ... ...' নচিংবদগী ইরোই-লোইবা '... ... মু-থ-রা · ..' ফাওবনা সদানন্দগী থাদোকপা থোঙকমদা থা-ওমদবা অমনা থুরোনবা উহ। অদুদি থা-ওমদবা মহাক্কী থাদোকপা-শককম কয়ম মিকুমৈ?

থোর্জেগী সদানন্দ-খুৎয়েক মিকুম থাবদা থুং থরদং হাবয়া ভাবুক অমাখনা থমৈ। করিনা? মুথরা সদানন্দবু মুংশিদে, পাখদনি। মহাক্কী মপাম অদুমকমু অবাংবা থাক্কী নত্তে। অবাংবা থাক্কী অপাখদি মুংশিবা পোকই। অদুনা মুংশি-শকথঙনয়বা বৈষ্ণব কবিশিংনা শক্লম্মি—'মপাউ তাবদা মুং ওয়ি, মশক উবদা মুং পংথৈ, মনাক য়োবদা মুং শি; মুংওল, মুংবং, মুংশি অহুম্না মুংশিবা পোকই'। অনেখা থাক্কী অপাখদি মুংশিবা পোকপদি থয়দুনা মশাগী বাথন্দা মমথিবনা মানা মিত্তাকুরিবা মীশক অদুবু উদে, অমুক উবা তৌদ্রে, মশাগীদ ময়েংদুনা মীশক্কুগী খুদিনফমদ ওই। উতাংবিনা মহাক্কী কায়দোং উপাল কনাগী য়েংবা লৈ। মথবায় ফাওবা য়াবদি চুপ্পা নৎত্রা? মুথরা অকোনবা মথলগী মপামসিনা থোঙফয়বী মুপীনি।

ইরি—'... ... ইপা ইমাগী ইচ্ছা অদুগ। ঐগী ইচ্ছামু ... ... নহাক্কী নপাল চাজবনি।' 'নপাল চাগত্রা হায়রবু চয়াম্ত নোংম নোংমগী হেন্নে। ... ... ঐ ইপামদা নোংম নিনিদং লৈক্লখিগে ...।' মহৈ হৈবা সদানন্দনা মকম নাইরগা মপাল চাকুগনিদ লাকপনি। মহাক্কী হন্নিবা শাহরা

মপাল চাগনি হায়বা মহাক্না উয়ক্নে। অমম্বোমদনা খঙনবা, নক্লবনা মাগী সদানন্দগী মপাল-চাবদ পাম্লবা থম্মোয় মশক ওনবা লৈতে।

সদানন্দনা মহাক্কী অচুম্বা লম্বীনা ফংলকপা শেল মুখয়াদা পী—শরুক অনী পী। মহাক ধর্মানন্দগী মনাও তম্বীহূনা থাদা লুপা তরাগঙা ফংঙি। তরা মুখয়াদা পীরুই। '·· ··· লুপা তরাথক থিহূনা মকুবোক্তা পিরে' খোর্জেনা হৈরি। অস্ময়া মাদগী য়েংলবা, মাগী দমক্ত থম্লবা সদানন্দবু মুখয়ানা তরাই তরাইনা 'ঐ অসে নিপা অমদা লৈনবা থৌয়াং লোইরে।' 'ঐগীদি য়ানীংবা য়ানীংদবা করিমতা লৈতে। ··· ··· অহল-লমনগী য়াথং হাইবস্থ লৈবসিদা ঐবু তৌফম থংদরে।' অসিনচিংবা বাহৈনা থাদোকপা ঙম্মি, থাদোকই; অতোপ্পা নীপা চন্দ্রশেখরগী ওইবা ঙম্মি। '··· মুখয়া চন্দ্রশেখরগী ময়ুমদা লাকলে।' খোর্জেনা হৈরি।

হুংশিবস্থ থঙদবী, পাম্বত্ত য়োদবী, নোংম-নীনীদং মপাল চাবা য়াগত্রা লকয়েংলম্বী, মপাল চাগনি উত্রহূনা কাওথোক্লম্লবী, মীয়াল অমগী ওইগ্রবী হুপী অমগী অরাবা বাথম্না সদানন্দগী শকফম মিকময়বা উবদা ভাবুক অয়াম্বনা নাত্তোন নাকচি কাঙনৈ। করিনা! 'কলঙ্কফম অথোইবা হুপী নিপা কানি; কলঙ্কবগী মভিক থানফম অয়োবত্ত মথোয় অনীনি' জগৎনা থঙনৈ। অদুনা সদানন্দনা মুখয়াবু হুংশিফম খোক্তনা হুংশিরম্লবত্ত হুংশিফম খোক্তবনা হুংশিফম খোক্লে। অদুমক্তদা মহুংশিরিবা, চুমদ নত্তনা কা হেম্না হুংশিবা খোর্জেনা মখূৎ হাথিবা নত্তনা অতৈ করি অমা ওইনীঙাই লৈ মথোয়গী বাথম্মি। অদুনা মথোয়না মনাত্তোল কাঙবনি। কাঙনেনিংঙাইত্ত ওই। করিনা?

খোর্জেনা সদানন্দদা হাম্লিবা মুখয়াবু হুংশিবা মহুংশি অসি ঐ:গী জগত্তা থোকপদা বায়বা, থোক্লবস্থ থোক্তবনি হায়না লৌবদা পঙলাল

লাম্নিংঙাই ওইনা থোক্কবা মওংনি। মুখয়ানা '……ঐ অসে নিপা অমদা লৈনবা থৌরাং লোইরে।' "ঐগীদি য়ানিংবা য়ানিংদবা লৈতে।' ' অহল-লম্মনগী য়াথং হায়বস্ম লৈবসিদা ঐবু তৌফম থংদরে।' অসীনচিংবা য়াহৈনা মহাকপু কাওথোক্লবদা সদানন্দনা খুম্নকপা 'নঙনা নিংবা অমা তৌখিবদা ঐনা নঙগী হুংঙাইবদো করিমতা থুগাইরোই।' 'ঐ করিমতা য়ারোদে। নঙগী হুংঙাইনবা হাইতুনদা খল্লিবা ঐহাকনি। নঙনা হুংঙাইনি হায়না খনবা লম্বাদা ঐ করিমতা লেপতুনা থিংলোই। নঙবু ঐনা করিমতা কাওরোহ, নঙগী লম্মন শিংবা লোইহন্ত্রি। ঐনা হিংহুনা লৈরিবমথৈ নঙগী কাম্নবা তৌবদা ঐহাক করিমতা হল্লোই। নঙস্ম ঐবুদি কাওস্নকো।' হায়বা য়াহৈ, অদুগা অমুক মুখয়ানা 'হৌজিক নঙনা ঐঙোন্দা থাগী লুপা পিবসি তোকলো' হাযয়বদা মহাক্না '…… নঙগী লুপা পিবদি তোকলোহ। ঐনা নঙবু শেম্বা ঙমদ্রহুনা ঐগী হুংশিরবী নঙবু হুংঙাইহন্নবা হায়দুনা মীগী মথুক্তা শিন্নথোকখিবনি। অদুনা নঙগী দমক হোৎনবিরিবা মী অদুদা ঐস্ম মতেং ঙম্বামথৈ পাংগনি। নঙ লুপা লৌদবা য়াদে।' খুম্নকপা, খুম্লিবা অসিগী চপচাবা থবক মহাক্না মপুনশি চুম্না তৌদুনা চন্দ্রশেখরগী মমুমে কোইদুনা লৈম্লবী মুখয়াদা অথোকপা শেলগী অয়াম্বা শরুক থুংবনচিংবা পূম্নমক অসি থোকপদা য়ায়বা নত্রা, থোক্লবস্ম থোক্কবনি হায়না লৌবদা করি পঙলাল লাম্নিংঙাই লৈ! মৌবানী হুংশি-হুংশিননা য়াদ-য়াখিত্রবা মরম অমনা ক্ষায়নবা ওইরবদি মানা হল্লিবা শাহল অসিগী থয়বু, থয়বুদ নস্তে, য়াম্নবু ঙাক্লিংঙাই লৈ। অদুস্ত নস্তে। মকোক্কগী হৌনা মুখয়ানা মাবু হুংশিদে অমদি মাবু মহাক্না হন্দোক্লমগে হন্দোক্লমবমি হায়বা তশেং-তশেং খঙলবা তক্ক তক্ক উরবমক্তদা সদানন্দনা মাগী কাদা ওইরিবা মওং অসি উবদা নাতোল নাকচি কাঙলোইদোবা ক্ষনা য়াম্না তাঁঙি।

অদুদি খোর্জৈনা খুৎহাখিবরা নত্রগা মানা করিগুম্বা মরম অমত্তং ভাবুক্তা উৎনীংমনখিবদগী সিদি ওইবা য়ানি য়ারোইগা ইয়েং য়েংদনা লৎলগদ ফজবোই নীংবা খুত্তমথৎলকপা লাইয়েকপনা হিদাক্ত পঙথা মথাবগুম হেক্ত খুৎয়েক্তা মথাজিললবরা !

সদানন্দনা মুখরাগী মকাদা ওইরিবা, মহাকপু হুংশিবা ওমদবী, মহাকপু হুংশিবা ওমদবনা অতোপ্প-য়ুম-অম-পানগ্লবী চুপী মঙোন্দা নীংলিবা মনীং কয়ম্বা রসকী পংথৈদ তানিংঙাই ওই ? অগত্তা ওইথোক্তবা ওইরবত্ত ওইদবনি লৌবদা লাম্লিংঙাই ওইদবনা অঙকপা রসকী পংথৈদা তানিংঙাই থোক্ত্রা? থোকই। অঙকপা রসনা পোৎচং মপুং ওইদ্রনা থারক্লিবা সদানন্দগী শকফমদা খোর্জৈনা করি কয়ম্বা অঙকপা মচু চুওং অমা কোঙলৌবা য়েংসি।

মুখরা সদানন্দবু হুংশিদে, হুংশিবদি থম্লদ্রনা পাম্বু পামদে, য়ায়বদি মপাল থরদং চাদ্রনা মপাল্লিরা য়েংলম্বদনি হায়বা উরে। অদুম ওইনমক ভাবুক্লা সদানন্দদা মুখরা হুংশিবা য়াবা মরম ইরৈ মরৈত্রবরা রাহংবদা কায়নীঁঙাই করি লৈ ? লৈতে হায়রুবদা লাম্লিংঙাই করিমত্তা উদে। করিনা ?

মী ঈশ্বরগী মিফমনি, থ্বাইদগী অথোইবনি। মীওইবগী হকচাং লৈ-নচিংবা পোৎলম মঙানা মচাক্লবনি। অদুনা মহাক্তী শক্তমনা হুংশেলদা তাবা পোৎলম মঙানা মচাক্লরবা পানগী শকফম অসিদ মতাই। শক্তম অদুনা হুক্লোয়রিবা গুণ ময়াম অদুদি শক্তম মাগা তোংঙায়বা অমদি হুংশিৎনবা মশকফম ঙাক্ত ওইবনা তাদে। ঈশ্বর মহাক্তীদি হুংশি-হৈবনচিংবা অমেঙবা গুণ মরম লীপায়া শকওইনবা মশক্তমনি। অদুনা মীওই-মিফমদা তারিবা মহাক্তী মমি মশা-ওইরিবা গুণশিং অদুগীনি।

মীপুম খুদিংদা মহাক্তী ভাগিবা মমিগী মিফাও মওং মায়দে। মীওং

মীওং অদুগী থম্মোয় থম্মোয় মতাগী মঙং মতুং ইন্না মিঙাল অমদি মিঙালগী মঙাল থেইরে। লৈবাক্তা তাবা মঙাল লৈমায় মাদা মঙাক্তুনা মত্তোকই; ঈমায়দা তাবা মঙাল্লা ঈমায় মশাক্ত মঙাইরে; অদুগা ঈশিং মাগী লমথৈ—চাংজো অমদি চাংজো মঙোন্দা ওংবা উপাল বাপালগী মথৈদংদদি কোয়না মঙাইরে; থাজ মঙোন্দ তাক্কবা মঙান্দি থাজ মশাক্ত ঙাইরে; অদুগা মালং-নোংলম অপূবক্ত ঙাইরে। অদুনা ঈশ্বরনা পীনবা, ঈশ্বর মশামক ওইরবা হুংশিবা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয়দুংদা ইরৈ মরৈনরবক্ত মপাঙ্গল ফুদোকপা মায়দে। কনাগীনা মশাদ মকোয়রে; কনা অমগীনা মশা অমদি মাগী ওইথা থরদ মকোয়রে; অদুগা অতৈ কনা অমগীনা জগৎ পূবা কোয়রে। মশাদগীদ য়েংবা থম্মোয়গী হুংশিবা মশাদদা লোই; মশাগীক্ত মাগীক্ত য়েংবা থম্মোয়গীনা লম থরা পাকথোকই; অদুগা মীগীদ য়েংবগীদূদি জগৎ পুম্নমক মাগী লমথৈনি। মাঙগী মীওং অনীসিগী মফমদা অকোনবগীসিগী শাহুল ওইবদ য়াবা, ওইথোক্কবা ওইনা থোকই। করিনা! মিৎয়েং থূবা অমদি থুগনবা মীনি; বাথল থেনবা অমদি থেনগনবা মীনি। অদুনা পোৎলম অয়াবা মথোয়গী মীৎলম য়াংমদা তাই; মরম অয়াবা মথোয়গী বাথল মরেপ্পা য়োদে। থবানমিচাক্কী কাঙলুপ অহিং অতিয়াদা ঙানবগুম হুংথিল অতিয়াদক্ত অহুম মঙাল্লি। অদুবু মীওইবগী মিৎয়েং-মিৎলম য়াংমদা তাবনা থোক্কে। করিগুম্বদা মপাল কবা থবানমিচাক্কা হ্নমিৎ মঙাল ফাওদোক্তুনা নাইত্তোম অতিয়াদা থোকপা উক্নরবক্ত ওইথোক্কবগী পংথৈদা থমজিন্দুনা হুংথিল থবানমিচাক থোক্কে অহুম মরেপ্পে। মীনা লেপ্পল্লে থোক্কবদি তৌরা? তৌদে। ইউদি মউত্রথরা। মউদবক্ত তৌদে।

সংসার অসিদা ওইবদা য়াবা, ওইথোক্কবা থেংনদবা কয়থা যুগ লৈ? লৈতে। অমত্তং অনীদংদগা থেংনহুনা তোক্কপন্ন নত্তে, চৈশীং থাহুনা পাবা

ঙমদনা থেংনবা ঙাক্লি। ঐথোয়না পোক্লরিবা যুগ অসিমক্না অচুম্বমক্লি য়ারি। গান্ধী, তিলক, চিত্ত, অরবিন্দ, রবি, প্রফুল্ল, জগদীশ, ব্রজেন, রাম, বিবেক, বিষ্ণু চাম-চামনা জগত্তা জগৎকী ওইথোক্কবা, ওইবদা রাম্নবা সেবা তৌত্রা। মথোয়শিং অসিনা মীথোই-মীহেল ওইরিবা, মীনা ৎয়দবা ৎম্লিবা করিদগীনো? যোগ অমময়া থোঙফম্নবননি। 'যোগনা থোঙফম্নবা মী ঐগী মীগী থায়দে, অচাম-চান্দ নাইদে, ইকাই-ইকি চঙদে ...... ...... । করিনা, মঙোন্দা ঐঃ লৈতে।' দর্শন-না তাক্লি।

থোর্জেংগী সদানন্দ যোগনা থোঙফম্নরগে লেপ্লব', থোঙফম্নরক্লবা শককমনি। মশাগী ঐঃ থাদোক্লগে লেপ্লবা অমদি থাদোকপা য়াবমথৈ থাদোক্লবা শককমনি। হুৎশিহৈব-লীচৎনগে লেপ্লবা অমদি লীচৎনরক্লবা থোঙফমনি। মহাক্না মুথরা হুংশিক্নবদা করি কায়নীঙাই লৈ! মীওইবনা তত্তনা উনফম থোকপনা উনরিবা অচৌবগী অচৌবা শাজৎ বারীননা পুথোকপদা নাতোল নাকচি কাঙচনা ওইথোক্কবা, ওইবা য়াদবা পংথৈদা করি থমজিন্নীঙাই লৈ! হুংশি-হৈবা থম্মোয়গী মীহুংশি চাদবা কনা লৈ। নোং লৈ-শক থায়না চুবরা। লমগং থঙদে, লৈহাউ-লম য়েংদে। পুম্নমক্ত তাই। অদুনা থোর্জেনা সদানন্দদা মুথরা হুংশিবা হান্নদা খুৎহাখিনীঙাই অমদি খুৎহেনজিনখিনীঙাই ওইবা করি লৈ হায়রুবদা লাম্নিংঙাই লৈতে। অদুগা অমনা, মুথরানা মহাকী ওইরিঙৈদা সদানন্দনা মহাকপু হুংশিবা ময়হুংশি অদু মীগী ওইপ্লবমকদা কায়দনা অতুম হুংশিহন্নুনা যোগনা থোঙফম্নবা মীগী নীংথিবা শাহল থোর্জেনা ভাবুক্তা উৎপদনি হায়রুবদসু লাম্নীংঙাই করি লৈ!

হুংশিবা করিনো? মীওইবনা মশা মশা নীংলিবদু হুংশিবনি; অদুগা অতৈ মশা নত্তবশিংবু নীংলিবদুসু হুংশিবনি। মশা করিগী নীঙি, হুংশি? হুংশিবনা শক ওইদুনা শকপাম্নবা ঈশ্বরগী মহাক মরিনি। মহাক হুংশিবদুম্নক্লি।

অদুনা মশা হুংশিজবনি। করিনা! মৈগা মৈশাগা থায়নবা য়াত্রা? থুমিৎকা মঙালগা তোঙাম্নবা য়াত্রা? য়াদে। হুংশিবগা নীংবগম্ভ অদুনি। অদুনদি মশা করি হুংশিদনীঁঙাই লৈ! করি হুংশিদফম থোকই! অদুনা মীওইবনা মশা নীঁঙি অমদি হুংশি। অতৈ মশা নত্তববুদি করিগী হুংশি? মৈঙাল মৈ মথন্দ ঙান্দুনা তোকপ্রা? তোক্কে। থুমিৎ মঙাল থুমিৎ মশাদ মরংনত্থনা লোইত্রা? লোইদে। অদুগুম হুংশিবম্ভ মশা মথন্দবু হুংশিজত্থনা তোক্কে, অতৈবুম্ভ হুংশি। মৈনা মশাগী মৈওং মপা চানা চানদ মঙাল্লি। থুমিৎকী মঙাল লমদাং অচা অচাবদদা মতাই। অদুগুম হুংশিবম্ভ মহাক্না ওইক্ল ওইক্লবা মওং অদুগী মপা মপাদ চানা মশীন্দোকই। অদুনা জগৎনা মশা মশাগা নক্লক্লবা অদুদা মহুংশি। মপা-মমা, থুপী-অঙাং, শাগৈ-নাতৈ, মক্লপ-মপীজানচিংবা মাগী ওইবশিংবু হুংশি। অদুদি, মীওইবনা হুংশিনরিবসি নক্লবা মাগী ওইক্লশিংসিদবুরা? অতৈ অতৈশিংবুদি ইহুং-মহুংশিদ্রবরা? হুংশিনৈ। মাগী-ওইব-পংথৈদা তাদ্রবম্ভ মীওইবনা মশক-মতৌ-ফজবা মীবু হুংশিনৈ; বাহৈ-থোনফম-ফজবা মীবু হুংশিনৈ; লমচৎ-হুংচৎ-ফজবা মীবু হুংশিনৈ। মাগী-ওইব-পংথৈগী বাংমদা লৈবা কয়া কয়া মীওইবনা হুংশিনৈ। মীওইবা অমনা মশাবু অমদি মাগী ওইবশিংবু হুংশিবগী মরমদি থঙলে। মাগী-ওইদবা অতৈবুদি করিগী হুংশি? মথোয় মথোয়দা হুংশিননিংঙাই মচাক লৈবনা হুংশি। অরংবা ঈশিংদা অরংবা থুমিৎ মঙাল তারগা ঈশিংদা মঙাল পোক্ত্রা! অদুমঙাই। অদুনদি মীওইবা অমগী হুংশিবগী হোৎফম অনী থুদ্রিবরা! থুই। অমনা, মশাদগী পোকই—হোই; অদুগা অমনা, মপান্দগী পোকই—হোই। অদুনা হুংশিবগী হোৎফম অনীনি; অমনা মীওইবগী থখোয়-হুংদনি; অদুগা অমনা মপান থোংদনি। মহুংশি অমীসিমক্তি করঘনা মচু শেংবা হেল্লি? হুংগীসিনা

কয়ি হেন্দনিংঙাই লৈ! ঙমিৎশু মঙাল লৈ, থাশু মঙাল লৈ। ঙমিৎকীনা মশাগীনি; অদুগা থাগীনা ঙমিৎকীনি। অদুনা, থানা পানথৎ-পায় নাই; ঙমিৎনা মতম পুম্মক মশাগী ফিভম ইকায় কায়দনা অত্তম মৈ।

অমনা—

ফজবা মীবু ঙংশিনৈ। কয়িগী? মঙোন্দা ফজবা হায়বা গুণত্তু লৈ। অদুনা ঙংশিনৈ। ঙংশি-হৈবা মীবু ঙংশিনৈ। কয়িগী? থকীগা অমত্তনি। মঙোন্দা ঙংশি-হৈবা হাযবা গুণ অদু তুঁঙি। অদুনা ঙংশি। অদুনদি ঙংশিয়িবা থম্মোংগী মঙংশি ঙংশিয়িবা থম্মোয় মহাক মশাগীনি হায়গম্রা? হায়নীঁঙাই কয়ি লৈরুনি! ঙংশিরুয়িবা মীওং অত্তদা ঙংশিননীঁঙাই লৈবা গুণ অদুগী মঙাল মঙোন্দা ভারবদনি। অদুনা মহাক্না ঙংশিননীঁ-ঙাই গুণ লৈবা মীশক ঙংশিরুবদা পোক্লিবা মঙংশিগী দময় মহাকপু ঙংশি-হৈবা থাক্নদি থয়িংঙাই থোকপনা থম্নবত্ত ঙংশি-হৈবদ-হৈবা হায়বত্তদদি চনবা য়াদে। মরোল অমদা হায়রগা মঙোন্দা ফজবা লৈবনা ফজবা অমনা মৈরবদা অরংবদা মঙাল ভারগা মঙাল পোকপত্ত ফজবা মঙাল হোবদনি! মহাক্না ফজবনা হৌয়িবত্ত মবুকথোক্না নত্তবনা মঙোন্দা থাগৎনীঁঙাই থোইনা লৈত্তে। চাবনিবনা চাকপীববু ঙংশি। ঙংশিবা অদু কনাগীনো? চাকপীবগীনি; চাকনিবগী নত্তে। অদুনা ঙংশিননীঁঙাই মগুণ লৈবা মীশক, পোৎশক ঙংশিরুবা মঙংশি অৱাংবগী থাকচয়িংঙাই কয়ি লৈ। ঙংশিননিংঙাই লৈত্তবা চাকনিবদা ঙংশিরুয়িবা চাকপীবগী মঙংশিদি অৱাংবা থাক্নীনি।

মতাং অসিদা থমীঁচাই ময়ম অচৌবা অমা লাক্লে। চাকপীবা মীদা ঙংশিননীঁঙাই ময়ম লৈবনা চাক্লিবনা মহাকপু ঙংশিরুয়িবত্ত চাক্লিবা

মহাক্কী মগুণ নত্তবগুম চাকপীবনা চাক্লিবা হুংশিরুত্তনা চাক পীর্‌বা মহুংশি অচুম্ব চাকপীবা মহাক্কী নত্তে হায়নীংঙাই লৈ। করিনা! চাক্লিবদসু হুংশিননিংঙাই মগুণ অমা লৈ। মহাক্কী অত্তোনবা ফিভম অদু মহাক্কী মগুণনি। মহাক্কী মগুণ অদু লৈবনা চাকপীবা মহাক্কী হুংশিবা হৌবনা মহাক্কা হুংশিহৈবত্তুগী তশেংবা মপু ওইনিংঙাই লৈতে। অফবনা হুংশিনন-নিংঙাই মগুণ ওইবদা হুংশিরুবনা হুংশি-হৈবা থাক্কী অৱাংবদা কাদবগুম চাক্লিবগী অত্তোনবা ফিভম হায়বা হুংশিননিংঙাই অদুনা হৌদোক্লনা হুংশিক্লবিবা মহুংশি উৎলিবা মহাকসু অৱাংবা থাক্কা কানিঁঙাই লৈতে।

চুম্মি। ফজবস্ম গুণনি। অদুগা অনংবস্ম গুণনি ফজবনা হুংশিননিং-ঙাই ওইবগুম অনংবত্ত ওই। অদুনা ফজবস্ম হুংশিনৈ; অদুগা অনংবত্ত হুংশিনৈ। অদুদা খেন্নবা অমত্তুং লৈ। ফজবনা মীওইবদা হুংঙাইবা থুংলঙলকপনা মঙোম্দা মীওইবনা হুংশিবনা লম্মন শিংবনি। অদুগা অনংবা ফীভমদগীদি মীওইবনা করি কংনৈ? অৱাবা কংভি। অৱাবা থুংলঙলক্লবদা হুংশিবা শিংবনি। থক্কীদনা তোংনৈ; অদুগা থাগীদনা মাঙনৈ। মাঙনা হুংশিবগা তোংনা হুংশিবগা অনীদা অহানবগীনা কাদনীঁঙাই করি লৈ! অৱাবা শান্দোক্লনা হুংঙাইবা মহুৎ লেপকে হোৎনবদনা মশিক্লাং ওইরবা জগত্তা হুংঙাইবা পীথোক্লনা অৱাবা লেপশিনবা তম্নাই তম্নাইবরা?

অৱা-অনং তেংবাংবদা হুংঙাইবা পোক্লা? পোকই। অদুদি অৱাবা লঙশিন্নি করি হায়নীঁঙাই লৈ। অনংবসু তেংবাংবদগীসু হুংঙাইবা লাকই। অসিদসু থেমৈ। ফজবা হুংশিবনা হুংঙাইবা লেপশিন্নগা হুংশিবা মমন থীবনি। অদুগা অনংবা হুংশিবনা অৱাবা লোমগা হুংশিবা পীবনি।

পোক্লিবা মুংঙাইবনা লৈনা শাৎকাম্নগা লৈনম পোকপগুম ন‌ৃংশিবনা মনম ফুগায়জবদনি।

থক্তা সদানন্দগী মরীদা পন্নখিবা মুথরাগী '.... .. ইপা ইমাগী ইচ্ছা অদুগা ঐগী ইচ্ছাসু ... .. ' নচিংবা রাঙাংশিংনা মহাক অসি মশাগীদ ময়েংবী, মশাগী-মুংঙাইবদ-১থিবী, মীগী করিমত-২ন্দবী মুপীনি হায়বা অতুম মত্তাকই। মী অমা ওইবগী হৌনশা মুংঙাইবদগী পোক্লকপনা পামফম থোক্ত‌ুনা মুংঙাইবদি থেনবা পাম, জ্ঞানগী মঙাঙদি ফংদবনা মুংঙাইবগী শকফম তশেংনা থঙদবনা লৈঙোই-তরংদা ঊথোলাংবী শজিনা মুংশা-তরং তাম্নবগুম অমঘদা কঁঙাওনব্নবী মুপীনি হায়বা হেক্ত মর্থঙি। অসিগুম্নবী পঙলবী মুপী অমরু পুকচেল-চাউবনা মহাক্তী পঙজবা অদুগীদমক মুংশিবিবদা করি থন্নুনী ঙাই লৈ! অচৌবনা অব্রা-অনং অমদি অতোনবগী-দমক রাবিহৈত্রবদা মহাক্তী অচৌবনা হিংনিংঙাই করি লৈ। অদুনদি সদানন্দগুম্বা যোগনা খৌঙফম্নবা খোঙফম খোঙফমদা মহাক্লা তৌরু-তৌরুবা থবক্তী থৌওং, মহাক্লা চৎলু-চৎলুবা· শাজৎকী মওংনা মহাক্তী শক্তম হেক হেক লাক্ত‌ুনা ওইরু-ওইরুবা শাওং শাওং পুন্নমক্তা মঙাল অসিমদি অতুম লোম্নচেন্নৈ। চেনবদি চেম্নরগা শাওং খুদিংদা মঙাল অসি লোইনা ফুদোকপদি তোদে। ওইরু-ওইকরিবা শাওং শাফম অদুগী চুনবা শরুক অদুদ মফুদোকই। অদুনা য়েন্নাউনা চৎপদ হৈবদা নারক চঙি; ঙাম্নু মচানা ঊশিংদা কুম্মি। করিগী! য়েন্দ য়েনগী চুনবা অদুগা ঙাম্নদ ঙান‌ুগী চুনবদুদ, অতুথক্ত মফুদোকই।

থবায়না মুপী ওইরবদা মহাক্তী শাগোম্নবা মঙাল মুপীগী চুনবা শরুক অতু ফুদোকই। নিপঃ, মুপী ঐথোয়রু ঙম্বা কাঙবুনি, মথোয়গী ন‌ৃঙাইনবা য়েংদুনা ঐথোয়রু নৈবা কাঙলুপনি হায়বা রাথল অসি মথোয়গী ফুদোরকপা

মঙাল অদুনা পোকপা অমনি। অদুনা মল্লে মম্না ঙালে ঙাম্না হুপী ওইবগী হুংদা নিপা ওইবস্তু ভাথীবা হোই। মথোয়বু ঙমগে অমদি মথোয়গী মথুক্তগী মাঙ্গোক্কে হায়বা ঋাথল অমা মথোয়গী থম্মোয়হুংদা ঈচেন্দ মচেন্নে। অসিগুম্বী মলোম অমা হুঙ্গোম্নবী হুপীবু নিপা ওইবনা অকনবনা লাকশিনগে খোম্নাংলুম্নবদা মথোয়গী অকনবদুগা হুপী ওইবী থম্মোয়গী অকনবদুগা য়ৈনৈ। অকনবা অনী থেংনরবদা অমুক্তা নত্রবস্ত অমুক্তদি মৈহোবা মশিঙ্কাংনি। 'মৈরিক্তগী মৈজাউবি হোই' জগৎনা পাউয়োনৈ। হুপী নিপা হুংশিনবগী মতিক য়েংথিনৈ; মথোয়গী মরী কল্লী; কনবগী মতীক থাকই। অদুনা হৈরগা পুনশি খোঙফম হুংঙাই; অমেপ্পা হুংঙাইবগী খোঙফম ঈংনা খোঙফম্নবা ঙম্মি; হৈত্নগা হুংঙাইব-খোঙফম্নবা ঙমদে।

মলোম হুঙ্গোম্নবী হুপী ওইবী শাগৈবু অমেঙবা শাজন্তনা পুন্দুনা হুংঙাইবগী মায়গৈদা খোঙলোম্নসিন্নগদবনি, অদুগা লম-থোইদ-থোইরবী হুপীমকম্ব অমেঙবা শাজৎকী মফমদা পিরোয়ননা মশাগী মরাল মাজদনিংঙাই লৈত্তবনি উংকে হায়বগী দমক খোর্জেনা সদানন্দদা মুথম্না হুংশিবা হাপ্লুবনি হায়বদা ভাবুক্লা করি চিংননীঁঙাই লৈ।

অদুগা অমুকম্ব অমনা—

'সংসার অরাবগী মশকনি। অরানবা খুভম অরাব-লমথৈগী রাংমদনি। অরানবা খুভমদা, খুভমতুদদা ব্রহ্মগী মম্ভাই ফংই। ব্রহ্মগী মম্নংঙাইদি অরা-অনংগী ঈথক-ঈপোম চাদে—রাংমদ-রাংমদনি। অরানবা খুভম-ফংলবা মী ব্রহ্মগী মশকনি। লম্মল-লৈত্তবা থরাগদনা খুভম অসি ফংবা ঙম্মি।' দর্শন-না তাক্লি।

লম্মল—লঁঙ্গবগী মমল হায়বনি। থরায় ওইবনা সংসার অসিদা চঁঙকপদা, চঙবদ হোৎকপদা খুৎলং লোৎবা হোই। মপাগী খুৎলং—মতেং

লৌহুনা সংসারদা মখোঙ থাংজিনবা হৌই; মমাগী মতেং লৌহুনা জগৎ উনৈ। মমা-মপা অনৌগী মতেংনা থবক্কবা পুনশিগী থবকী পাঙ্গল তারে। অদুনা মথোয় অনৌগী লম্মল তোল্লি। মথংদা, শাগে-নাতৈ, মরুপ-অপীজাশিংগী মখুৎ লত্তবা হৌই; মথোয়গী লম্মল তোনশিল্লি; লৈবাক্কী মখুৎ লঙশিল্লি; লৈবাক্কী লম্মল তোনশিল্লি। জ্ঞান-লৈবা মীনা লম্মল পুম্নমক অসি শিংদোক্লমদুনা মশা পুমমাং য়াংনা চৎখি। জ্ঞান-লৈতবনা লম্মন্দ তোনশিন্দুনা জগৎ অসিদা নৈশিল-নৈশিল অদুম মরৈ। পৃথিবীনা মহাক্কী চিংশিনব-পাঙ্গম্না পোৎলম পুম্নমক চিংবগুম সংসারনা লম্মম্না থরায় পুম্নমক মঙোন্দা ফাজিল্লি।

সদানন্দ—মপা লৈত্রে; মপাগী দমক তৌফম থোকপা তৌগ্রে; মমাশু লৈত্রে; মমাগী দমক তৌফম থোকপশু তৌগ্রে। য়ুম অমগী মী অমা ওইনা তৌফম থোকপা, লৈবাক্কী মী অমা ওইনা তৌফম থোকপা— অনৌমক পুম্ন মশা কৎথোক্নানা তৌরি। মঙোন্দা খুরৌনিংঙাই করি লৈরি? লৈরি; অমত্তঃ লৈরি। মহাক্না য়ুম অমগী মপু ওইনা লৈরিঙৈদা মপু ওইবগী মথৌ তৌদনা মুখরাগী মপাল লেমতাং তাংখিবা অমা লৈরি। অদুগী লম্মল অমা মঙোন্দা লৈরি। লম্মন অদুমক্তং কোক্লবদি মহাক্কী লেঙদবা মুংচাইবগী থোঙফমদা খুরৌনিংঙাই করিগুম্বা অমত্ত লৈত্রে। মাদু মহাক্না কোকথোক্লমদ্রবদা মাদুনা মরম্মদুনা সংসারনা মহাকপু চিংথনিংঙাই লৈ।

অমনা—

অঙানবগী মরমচৎ করিনো? অমম্বা কোকপনি। অরুবগীনা করিনো? অনৈবা মাঙহনবনি। অঙানবনা অমম্বা কোক্লদ্রবদা অদুগা অরুবনা অনৈবা মাঙহন্দ্রবদা মথোয়গী করি মগুণ লৈ! সদানন্দগুম্বা অঙানবা, অরুবা

থম্মোয়না মহাক্না নক্লবা মুখর্জীগুম্বী অমম্বা, অনৈবা থোম্মোয়গী অমবা, অনৈবা করি কোক্লনিংঙাই ওইরোই! মহাক্না মুখরাবু কলমমরঞ্জদা মহাক্না তাল্লিবা জগৎ মঙ্গল পাঙনকম থোকপ্রা? থোক্কে। মহাকপু শেংদোক্লবা মহাক্কী তৌফম থোকপা মথোগী মঙ্গদনি।

লায়েং-হৈবা মাইবনা কৈদৌই? অনাবা মশক খঙনা হিদাক পী; হুবু হুনা লায়েংনৈ। মুখম্না অপাম্বনা হাবী থম্মোয়নি। মহাক্কী অপাম্বা লাইনাদা অপাম্বা চানা থাম্নগা অনাবা কোক্কদবনি।

অদুগা অমনা—

'ঈগী মমল ঈতামফদে। ঙাকপিবদনা ঈমল তানগদবনি।' অথঙ-অউশিংনা পাউরোনৈ। করিনা! ঈতাম্নবনা ঈতাম্নবা পোকই, ঈ তানবা লোইদে—লোইবা থক নাইদে। ঙাকপিবনা ঈমল শিংলবদা, শিংলবতদা লোই। মৈচাক ফয়বা, চাক্লগেদা হায়রবা যজ্ঞগী মৈনা হোম চাম্নগা নোং পীনহুনা পৃথ্বীদা মহৈ মমোং পোকপগুম ঈদ-থক্লগে-হায়রবা থম্মোয় ঙাকপিব-হৈবা পূকচেল অমনা মুখরাবু হুংশিদিবদা করি লাম্নিংঙাই লৈ! অসিগুম্বা মতুংশি করি পংথৈদা তাকম থোকই? ওইথোক্কবদা তাগদরা নত্রগা ওইব-য়াবদা তাগদম্বা? অকোনবগীদা তাদনিংঙাই লৈবরা!

অদুগা অমমা—

নিপা হুপী অনীগী মরী হুং-পাল অনীগীমি। পানগী মরীদি পানগী থোয়ম কয়া কয়ানা থদৎপা য়াই। হুংগী মরীদি য়াদে। পানগীনদি লায়রত্নমা হুংদুমক্কী মরমশিং মক্লঙ থদৎপা ঙমদে। হুংঙাইনদবা, য়েংথিনবনচিংবা হুংগী ওইবশিংমা অমীগী মরী শোক্কপা ঙমদে। করিনা! নিপা-হুপী–ওইবা

অনীনা তালোয়-মপু ওইনা অহানবা শকথঙনবা হুম্নিত্তা, শক থঙদ-খঙনবা পুংফমদা মপুরোইবগী অথুপ্পা শকফম হুপী-ওইবগী অথুপ্পগা লাইগী ওইবা ভিন্নরম অমনা তিৱৈ। অনী অসিগী মতিমসিদি পুনশি অহুম মকোয়রবনি। অথঙ-অউশিংনা মসি মথোয়গী যোগনা উরুবদগী, হৌজিকী জগৎকী অয়াম্বনা নিপা-ওইবা-শাগৈনা মশাগী য়েংহুনা হুপীওইবা শাগৈ লাকশিন-গদৌবগী শীলম্বনি খন্নরিবা হুপী ওইবনা মপুরোইবা অমদগী হেনবা য়াদবসি হোদোক্লখী। হুপী-ওইবী অমনা করিগুম্বা অমনা মরম্মহুনা মপুরোইবা নত্তনা অতৈ নিপা অমদগী মচা লৌরুবদা মহাক্তা তিম্নপ্রবা মপুরোইবগী অথুপ্পা শকফম্না মচা অদুগী হুংগী শরুক মপুং ওই। অদুনা লায়রোলগী জগৎনা মপুরোইবা লৈৱিৱৈদো মমাগী খুতম কাহৌত্রবী হুপীশিংবু অনকপা ঊদগী মচা লৌনহল্লি। বিচিত্রবীর্য্যগী লৈমনা ব্যাসদেবদগী মচা ফংঙি; মচাশিং অদুনা মৃৎলগদৌবা শাগৈ কৱৈ। ইস্রাইল-মৌ কুথনা অনকপা ঊদগী মচা লৌহুনা শাগৈ কৱৈ। স্পার্টান-মৌশিংনা অনকপা ঊদগী মচা লৌনহুনা স্পার্টান-শাগৈ মুত্তনবা থৌরাংঙি। ইতিহাস-পুরাণ, বাইবল, লাইকায়গস্-নীতিনচিংবা কয়ানা উৎলি। হৌজিকী জগৎ অসিমক্কদমু বিজ্ঞান মুম্না খঙলবা জর্মন-না মথোয়গী নিঙোলনা মীয়াল ওংলুরবদা জর্মন-ফুজাদা অমুক ওংনহল্লি। করিগী। মীয়াল ওংলুরবী জর্মন-চহুশিং অদুদা জর্মন ঊনা মচা পীরুরবগু ঊ অয়েম্বদা তাই হায়বা মথোয়না বিজ্ঞাননা থঙি।

অসিগুম্বা তৎনবা য়াত্রবা নিপা-হুপী অনীগী ময়ীনি। অদুনা অথঙ-অউশিংনা হুপীবু লৌফমনি, অথোইবা লন অমনি থঙৈ। মশাগী মপোৎ অমা মীথুত্তা লৈপ্রবত্ত মীওইবনা মপোৎ অদুবু হুংশিবা তোকপ্পো? তোক্কে। জ্ঞাননা মপুংফায়বা সদানন্দনা মাগী তশেংবা মপোৎ হুংশিরুবদা করি অকায়বা লৈরুনিংঙাই লৈ! অময়োমদনা হুপী-নিপা ওইবা অনীগী

তৎনবা য়াত্রবা মরী, মীওইবনা পঙনবদগী তৎনদনা তৎনরবনি তৎননরিবা, মদুনা জগৎকী অমাঙবদ মথোক্লরিবা অদি পুন্নমক ভাবুক্তা উৎননীঁঙাই থোর্জিনা মহাক্কী মস্তিষ্কচাবা সদানন্দদা মুখয়াগী সুংশিবনা মিকুম হাপ্লুবদনি হায়রবদা কম্রি থোইনা লাম্লিংঙাই লৈরুগনি !

অদুগা অমুক অমনা—

নিপাবু নিপা কৌই; সুপীবু সুপী কৌই; নিপা-সুপী অনী পুন্নগনা ইমুং কৌই। ইমুংনা লৈকাই থোকই; লৈকাইনা লৈবাক ওই। অদুনা লৈবাক ইমুংগী অপোঙবা শকক্ষমনি, ইমুং অচোবনি। থোঙবু থোঙমান্নদবনা থোঙলো থোঙখীন্নবদগী লমথুংনবা রাবগুম সুপী-নিপা অনীনা থোঙমান্নব্রবদা মীওইবনা সুংঙাই-থোঙক্ষম তান্নরিবা লমথুংনবা রায়; রাবদা নত্তে, য়োবা ঙয়দে, য়োদে। অদুনা লম্ফেনরবা লৈবাক অমা লমজুমগে থোরাংবা অউবা থম্মোয় কনানা সুপী-শাগৈ থনমজনা নিপা-শাগৈদগী য়েংগদৌবা লৈ!

সুং-পাল-নাইবা জগৎনি। সুংনা সুপীগীনি; অদুগা পাম্না নিপাগীনি। মাঙ-জোঙনবা নিপাগী মপাঙ্গল কয়িনা ওই? খুদাক্ষম অক্ষবনা ওই। অদুগুম থবক্লবা নিপা ওইবা মপুনশিগী মপাঙ্গল সুপী ওইবনা ওই। কয়িনা! সুপী-ওইবনা, খুদাক্ষা মাঙজোঙনবা নিপাগী মক্ষমদা ওইবগুম নিপা ওইবদা মপাঙ্গল হাপ্লী। মহাক্লা হাপ্লা পাঙ্গল অদুনা নিপা-ওইবা মহাক্লা মহাক্কী থবক্লবা মপুনশিগী তৌনিংঙাই থোরম পুন্নমক পাঙথোক্ত্না মশাগী অমদি মপাঙ্গল হাপ্লিবী সুপী-ওইবী অদুগী সুংঙাইরম য়াদ্রী। 'পুরুষনা মহাক্কী অকোঙবা মশক প্রকৃতিগী মপাল তাংহ্রনা জগৎকী য়াইফরম শীল্লি' দর্শন-না অদুনা তত্ত্বনা তাক্লী।

নিপাগী ফভম্না সুপীনি। সুপীগীনা নিপানি। অমনা অমবু শান্নপোৎ, সুংঙাই-পোৎ ওইনা, চৎপা য়াদে। চৎনরবদা অনীমক্কী অফদম মুৎলি।

ঐ:না নাপম্ময়বা জগৎনা মপান্দনগী ময়াইনা মমথিবদগী মুপী ওইবী শাগৈগনু নৈহৎলকপা, নৈহৎপা অমদি নৈহৎলিবা পুরাণ-না, ইতিহাসনা কয়া কয়া উৎলি। মীপা-ওইবনা পাঙ্গল-লায়া শীজিন্নয়কপদগী মুপী ওইবী শাগৈদা নিপাবু মুংশিকম থোকপনা মুংশিন্নবগু, থোঙলোয়নফম থোকপনা থোঙ-লোয়নরবগু মথোয়বু ঙম্মীংবা, মথোয়গী মথুন্তগী নাম্বোক্লীংবা পূকচেল অমদি ইচেন্দ চেন্নতুনা মরৈ। করিনা!

থবায়-ওইবনা মঙাল অমা ইকোন্দা কোমৈ। মসিবু দর্শন-না খুঞ্জিন্নকপা মঙাল কৌই। করিগী? মহাক্কী পুনশি থোঙফম থোঙফম খুদিংদগী চেন্নয়ক্লবা মঙানগী মরম কয়া কয়াগী অপূনবা মঙাননি। সমুদ্র-তম্বা তুরেল্লা কৈদৌই? লৈপাক লৈথাং য়ৈনা য়ৈনা চেল্লি; মফম মফম খুদিংদা অচোবা থঙদে, অপীকপা থঙদে, ঈরম কয়া কয়া থেংনৈ; ঈরমশিং অদুনা মঙোন্দা হৈরবা ঈরম-ঈওং পুন্নমক মশাগী থোঙহৌদা কোন্নয়কপা ইপূংদা পুনশিন্দুনা নম্বোননা মহাক্কী পম্বুং অতুম মতাল্লি। অদুওম থবায়গু মহাক্কী পুনশি থোঙফম থোঙফমদা থেংনয়কপা মঙালগী মরম পূন্নমক পুলপ শাগোন-মুঙ্গোমনা পম্বুং থোঙফম তাল্লি। হেক ফংবদা মিৎকী পি পীনৈ; পিগী নোং লাংলবদা য়েংথিনরবা মফম মুংশিনবা পোকই।

অসিদগী সদানন্দদা থোর্জৈনা মুখন্নাবু মুংশিবা হাপ্পুবনি, অমদি মহাক্কী অথোকপা শেনফমদগী মুখন্নাগী শরুক তম্মমুবনি হায়রুবদা তাবুক কনাগী থম্মোয় য়ানিংঙোইদোবা লৈ!

অমুক স্বপ্না হায়করবদা, সদানন্দ মশাগী কোবা য়েংঙম্মোই লেপ্পবা, মশা লৈবাক্কা কথোক্লগে নীংলিবা, অমদি নীংলিবকু তাননবা তান্নক্লিবা থম্মোয়নি। মঙোন্দা অশাউবা, মুংঙাইতবনচিংবা মীওইবগী লীচৎশিং অসি

লৈফম থোকপদা লৈরবত্ত মহ য়েথেক্লবা থম্মোয়নি। হায়রিবা অশাউবনচিংবা শারমচৎনা শিথরকপদগী চুংশিহৈবনচিংবা লাইরমচৎনা মপূং-মরৈ-কাগৎলকপা থম্মোয়নি। চুম্না লাইরিক-হৈবদ নত্তনা কুপ্না লাইত্ত-থংনা-হৈরবা থম্মোয়নি। মীওইবনা চুংথিন্নরবা মতম্না মহাক্না নোংজানরবা, অদুগা মীওইবনা নোংজানরবা মতম্না মহাক্না চুংথিন্নরবা থবায়নি।

ধর্ম্মানন্দগা বারী সারকপদা মহাক্না হায়রকপা '... ... নঙ ঐগী পুনশিগী লখেল তিন্নদে।' অদুগা মুথরাগী মরীদা মহাক্না অমুক মঙোন্দা হায়রকপা '... ... মুথরাদা দোষ তৌরুদ্রুনা কান্নদে। মাগা ঐগা শিক্ষা-দীক্ষা মান্নদবননি।' অসিনচিংবা বাঙাং কয়া কয়ান মহাক্কী থাক শারমচৎ-মীরমচৎ অনীগী মথক্তনি; লাইরমচত্তনা খোঙকয়রবা পুনশিনি হায়বা তশেং-তশেং তরং-তরং ডাক্লি।

সদানন্দ অফব-তানথৎলকপা অমা ওইনা বারৌনফম-ওইবী মুথরা চুংশি। থম্মোয়-পানবা অমা ওইনা মিৎয়েং-তোল্লবী মুথরাগী দমক বাবি। লাইরিক হৈবা, লাইস্ত থঙবা অমা ওইনা পানগী তৎনবনদি লায়রদ্রুনা চুংগীমরুত্ত থদৎপা য়াত্রবা মুথরাগা মহাকগী মরীনি থঙদ্রুনা মহাক্না মহাকপু চুংশি; অদুগা অমনা, লমথোইনীংবনা শাগোন্নরবী চুপীনি থঙদ্রুনা মহাক্না মহাকপু চুংশি। লম্মল তোনবা অমা ওইনা মহাক্না মহাকপু চুংশি। ডাকপিবা, চুংশিবতনা য়েংথিনবমচিংবা অকায়বা লীচৎ পৃময়ক মরু ফংনা মাঙহনবা ঙম্মি উদ্রুনা মহাক্না মহাকপু চুংশি। ... ... অসিনচিংবা।

অদুনা খোর্জ্জিনা মহাক্কী সদানন্দ-খুৎয়েক্তা মুথরা চুংশিবনা মিরুম হাপ্লুবা করিত্ত কায়দে। কায়দবদ নত্তনা হাপকম্মক থোকপনি হায়রবদা য়াদনিংঙাই লৈত্রবনি।

মুখরা—

সদানন্দগী মরীদা পনখিবা মহাক্কী রাঙাং-শাঙাং কয়ানা মহাক অসি শিক্ষা-দীক্ষা-লৈতবী অপঙবী নুপীনি হায়রবা তাকই। মহাক্কী মপুনশিগী মিৎয়েং নিপা মপাল তাংদুনা নীংবা থুংনা চাব শেৎপনি। চাব শেৎপা মনীং থুংত্রবদা য়ুমথাং অমা লানবদা করিগুম নাচুংবা-লৈতবী নুপীনি। মহাক্না নুংশিবা হায়রবু মশাদনি। শম্না হায়রুরবদা শারমচৎনা মপুংনবী শক্তমনি।

শারমচৎনা মপ্ুংনবী নুপী অমগী শক্তম ওইনা য়েংবদদি ফজদনিংঙাই থোইনা উদে। লৈচিল-মাযথুম্নরবী তুফয়রবী নিংথম মালংগুম অমম্বা ফিরোয়নরবী শারমচৎনা উংলবী মুথরাগী শক্তম উবদা মশাগীদ-য়েংলবা জগৎকী শকফম ভাবুক্কী মিৎলমদা ভাবনা ভাবুক-ওইবা থম্মোয কয়ি মুন্দনিংঙাই লৈ! অদূদা, কুম্নোয়নবা লৈচিন্না মপাল যভম থোকপনা মরোল ফনা কূংনা লেপ্তুনগু কোরো মঙান্দা মায়থীভম থোকপদগী তত্তুনা মাযথী-ফিরুক থুম্বগুম, অনৈবা বাথম্না অরুবা মঙাল লাংবদা অনৈবা কোক্লীং-ঙাই ওইবনা সদানন্দগী মঙাল লাংবদা অমম্বা-ফিরোয়নরম্বী শারমচৎনা উংলবী মুথরাগী অমম্বনা কোক্লকপা, শারমচৎনা শিথরকপা অমা ভাবুক্না উই। মতাং অমদা থোর্জেমা মুথরাগী মপাউ ইরি—'ঐতগী দোষনি।' 'ইবুংঙো, নঙবু ঐনা কাওবা ঙমজদে। ঐনা লন-থুমগী নুংঙাইববু নুংঙাইবনি থল্লুবনা ইবুংঙো নঙগী অচুম্ব লংখেল অদু থংবা ঙমজদবনি। ঐবু ঙাকপিয়ুকো।' অসিনা কয়ি তাকই? মুথরা মমিৎ পাঙত্রিবরা!

বৃন্দাদেবী মথোংদা মপি ওরো ওরো শিন্থরদুনা কপ্তুনা সোরল্মী '... ... ইমা ইবেম্মা বৃন্দাদেবী, ঙসি ঐনা শিন্থরিবা পাপকী পি অসিনা লেংলবা নথোং মাংহল্লে হায়দুনা বারোবিগন্থকো। মসি ঐগী পাপকী

প্রায়শ্চিত্ত ওইজগেকো। ... ...' মুখয়াগী লান্নুবা মিৎয়েং, লঁঙ্ বা পাপ নীঁঙমদব-মৈরায়বদা মনিল ওইনা কাত্রিবরা! অঙৈবা ফুংশিব-ফুংশিৎ লাংবদা মিৎলুগী অঙৈবা পিগী নোং চুত্রিবরা! মুখয়াগী অমম্বা তাকুথরে; মশাদা মঙাল নৈরে। মতুংইন্না মশাগী মরাল উজরে; ফুংদা নীঁঙমদব-মৈ হোরে। নীঁঙমদব-মৈশা লাংবদা মহাক্কী মরাল মনিন্নহুনা পাইথৎলক্লে; সদানন্দ-ফুংশিবা অঙৈবা ফুংশিৎ থেংনবদা পি শুংলে; মিৎলুদা পি শিন্থরক্লে—শিন্থরে।

অচানবদা মুখয়া করম্বা শক্তমদা ভাবুক্কী মিৎলমদা তাই? লৈচিল-ফিরোয়নবী তুফক্লবী নিংথম মালেমগী শক্তমনি। হৌজিক্লা করি ওইনা চোংথোক্লে? কোরৌ মঙাল-লাংলবী, লীক্লা-ঈচোৎ-ঈরংনরবী মালেম মাগী শক্তমদু ফাওরে। পারিবা মওং অসিনবু চাবু চাত্রি। চৌংথোঙ কোয়বা ভাবুক্তা হুমিৎনা থংতা হেক তাথিবদা চৌংমায়না করি শক্তম লৌই? তুজুংনা হুংঙাইবা কিনা য়েংনিংবা অন্থকপা শক্তম অমা লৌই। ভাবুক কিনা অহুম ময়েংই, মাজ্ংনা অহুম মহুংঙাই। করিনা! অকিবা, তুজুংবা রস—মহাউ অমনি। মহাউ চুপহৈবা থম্মোয় করি য়েংদনিংঙাই লৈ! চৌংমায় মঙোন্দা করি শকওল অমা লাকই? থানা হেক চোংথোয়কপা থাবলগী ঈহৌদা রূপা ঈরী ঈরায়নবা ঈংলবা মেঙলবা শকওল অমা লাকই। শকওল অদু লাকপদা ভাবুক ওইবা থম্মোয় কনা ঈংদনীঁঙাই লৈ!

মশাদ য়েংলবী তমথীরবী মুখয়াগী শক্তম, নীঁঙমদব-পিয়োয়-পিকমরবী মুখয়াগী শক্তম—শকফম অনী অসি উবদা য়াচং-চৌংথোঙনা ওইবগুম ওইদনিংঙাই করি লৈ!

থোইজেগী মুখয়া থুৎয়েক অসুমদি ফজরবদা থুৎলোইদা থরদং ফুগক্পথিবগুম্বা অমত্তং উখগুম তৌই। রারৌগী মিংথোমা সদানন্দ ওইরবা

থোক্লবদি সদানন্দগী লৈচৎ মপুং-মরৈ ফাবদ ৱারীনা তাক্লমকম থোকপনা, অমদি তেংবাংবা লৈচৎ অতৈদা মিৎয়েং পক্কন কল্লা থমলুফম থোক্তবনা য়েক্লিবা থুৎয়েক অসিমক হেন্দোক্লা চায়বনি লেপ্লবত্ত য়াই। অদুদা, ৱারীগী মিংথোল 'থাদোকপা' নি, নায়কনা সদানন্দনি, নায়িকানা মুথয়ানি। সদানন্দনা মহাক্কী শক্তা শায়রিবা অদুমুক মুথয়ানত্ত মচাক্কীদা শায়রগা ভাবুক্লা কুম্মৈ মপুং ফানা থোকপদ নত্তনা লৈচৎ অনৌমক্কীত্ত মপুং মরৈ ফাত্নুনা মশক-মচু-থোকপা হেনগদবনি।

সদানন্দ থাদোকপা হায়বা অদুমক্কী শকফম অমা নৌংথিনা ভানা য়েকই হায়রুবদা ৱাহঙিনবা থোক্তনিংঙাই লৈতে। থবক থঙদে, অমা থঙদে, জগৎসিদা করিগুম্বা অমত্ত মদোম তাবা লৈতে; মতাং মতাংদত্ত অথিন্নদা নত্রবসু মমিনা শামিনা অচুম্বা অসিগী মরম কয়াত্ত লৈনম্লে। অমনা থাদোকপা, অতৈ অমনা অমদি অতৈ-অতৈনা ফায়বা জগৎকী হোৌনবিনি। অদুনা, থাদোকপগী মশক সদানন্দগী থাদোকপনা কনানা অমদি কনা-কনানা কায়ৈ হায়বত্ত ভাবুক্লা মতাং চ'না উনম্লে: মুথম্না কায়ৈ; খুঙা কায়ৈ; লৈবাক কায়ৈ, তোপ্পা নত্রগা পুম্না কয়া কয়ানা কায়ৈ। অসিগুম্বা থবক ওংদা অসিনা পীনবা কায়বা মকায়া অসি মরোল অনী চৎলি, অমনা পানগীনি; অদুগা অমনা হুংগীনি। কনাগুম্বা পীনহৈবা থম্মোয় অমদগী কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা অমা ফংনৈ। করিগুম্বা অদু করিনো? পীনহৈবা থম্মোয়গী পীনহৈবা অদুনা পানগী শকফম মতমগী অচাবা অমা ওইদুনা থোরকপা নত্রা। মমা-মপা ওইবনা মচা-মশুগীদমক লল তান্দুনা পৈরম্মি। অদু লল-লা! মমা-মপা ওইবা থম্মোয়গী মচা-মশু-মুংশিবা মহুংশিনা পালগী শক্তম লোৌত্নুনা লল ওইদুনা তুংহোৌবদনি! কনাগুম্বা মরুপ অমনা মহাক্কী কনাগুম্বা মরুপ অমদা থুদোল-পোৎ অমা

পীনৈ। অদূ করিনো? গরুপ ওইবগী মুংশিবগী পানগী শককম নত্রা! অদূনদি ফংলিবা কাঙবুদা করি ওইরফম থোকই? পান্দনা পোৎ ফংডি; অদূগা মুংদনা অফবা গুণগী মঙাল ফংডি। মঙাম্না লাক্লবদা মপ্নে মম্না, লংলে লংনা ঙান্দনিংঙাই নৈত্রা! অয়ংবা পোৎলমদি লায়রক্লা লৈমায়দগী মঙাল শয়বদা লংথত্রা। অদূনা সদানন্দগী থাদোকপদা লৈবাক, নিংথৌ, মুথরানচিংবা পূম্নমক পানগী কান্নবদ নত্তনা মুংগীগু কাম্নৈ। মথোয়গী থংমোয়না লূরকপা ভাবুক্লা অমুক নীংসিংলুবগী কান্ননী ঙাই করি থোইনা লৈরি!

অম্নম্না কান্নফম থোকপনা পূম্নমক ইকান কান্নয়ে হায়বদি উরে। মথোয়গী কান্নবা উৎপা অদূনা সদানন্দগী থাদোকপা-শকফমগী মচুম্ থোক্লে হায়বা থঙলে। অদুদা মহাক্কী মচুনা শেংবদা অসি মঙাইয়ে হায়বসিমক্তি করিনা মপূং ওইনা লেপফম থোকই? মুথরাগী হল্লকপা শাহম্না লেপফম থোক্ত্রা! থোকই। করিনা, মহাক্না ব্রারীদা ভায়োন-মায়োক্লবীনি। মহাকপু সদানন্দগী থাদোকপনা পুমক্কান কান্নবা পীবা ঙম্লবদদা মহাক্কী থাদোকপা থাদোকপদ-থাদোকপা ওইগদৌরিবনি—থোর্জেগী থাদোকপা থুৎয়েক অয়েবা কাগদৌবনি।

সদানন্দগী থাদোকপনা মুথরা লল ফংনৈ ভাবুক্লা উই। পান্দা লল ফংবদ নত্তনা মুংদগু থাদোকপদূগী মঙাল ফংফম থোকপনা অহুম মফংডি। অহুম্ ভাবুক্লা অহুম মউই। থাদোকপগী মঙাম্না য়্যেরম্নবদা মুথরাদা অহুম মপালি; মহাক মশানা মশাগী মরাল উজৈ, সদানন্দদা লায়ে চঙজৈ, মশা মথন্দ মহাক্কী লঙথিবা মরালগীদমক ব্রাহুনা, নীঁঙমদহুনা অহুম কপচৈ। অদূফাওবগু ভাবুক্লা উই। অদূগী মথং—নীংঙমদব-মৈশা-লাংলবী মুথরাগী অয়োইবা পুনশি-থোঙফম ফিজঙ মহুংদা থোর্জেনা

থুপখিবনা ভাবুকী মিৎলমদগী মহাকী শক্তম তাকল্লে। নীঁঙমদব-মৈনা চাকথেক্ত্না উৎপুং ওইনা তাবা মুখয়াগী শকফম, শকফম অচুদগী চোং-থোরকপা তনৌ-তনৌবা, তক্ক-তকবা অনৌবা শক্তম, অনৌব। শক্তমা পোকপমক য়ৌব্রবশু, পোক্লক্লিংঙাই ওইবা উৎপুং ওইনা তাবা শক্তম অদুকাওবদদি থোর্জেনা উৎকম থোকপ্রা খল্লুবদা ভাবুকী পঙলাল লাল্লিঁঙাই লৈরোই। করিনা।

থোর্জেগী মুখয়া-থুৎয়েক্তা সেক্ষপীয়রগী সেম-থোক্ত্বা কেন্নী-বেলগী শকফমশু উদে নত্রগা মচু-ওনবা-লৈত্রবা মৈতালগা শকফমশু ফাওদে। অনী অসিগী মহুংদা অমগীবু ওইরবশু অমগীবু ওইরবশু শক্তা-চুদা খিক্তুং তাগুম তৌবা উরম্লবদা ভাবুকী করি থোহনা খল্লনীঁঙাই লৈরম্লোহদবনি। মদুমক্তি থোক্তবনিনা মুখয়া মশাগী শকওল মপুং ফানা উনীংঙি।

নীঁঙমদবা, মৈগা অথঙ-অউশিংনা পান্দমৈ। মৈনা কৈদৌই? চাকই, অফংবা প্রমক চাকই। অদুদা মৈনা য়ায়রবা পোৎ পুম্নমক লোইনা হেক্ত চাক্লে হায়বদি লৈতে। অদুগুম নীঁঙমত্রবা থম্মোয় হেক্ত মফরে হায়নীঁঙাই লৈতে। পুমচাক্তি চাকথিদবা মৈদি য়ায়কবরা পোৎ য়াম্না নীংথিনা হিংহুনা লৈনবা য়াওই। অদুগুম লঁঙ্বা ময়াল অমগীদমক্ত নীঁঙমুত্রবা থম্মোয়শু মৈচাক থরদং পুকয়গা হায়গী ফিভমদা তারনিংঙাই লৈতে করিশু হায়নীঁঙাই লৈতে। অদুনা নীঁঙমত্রবী মুখয়াগী অরোইবা মপুনশি মফরনিনা হায়কনীঁঙাই করি লৈক্তগনি। থোর্জেনা লোইনা উৎলমদবনা ভাবুকী মুঙাইবগী শকক য়াম্না য়াঙদৈ। যাঙনবিবা অদুশু চুম্না থরদং চিংননীঁঙাই ওইবা ময়মদনা নত্তে। সদানন্দগী অরোইবা মু-খ-য়া-গী পাউখুম ভাবুকা ফংদবনা মুখয়াগী অরোইবা থোঙফম ফরে হায়বা থাজদনীঁঙাই অমা লৈ।

অদুনা সদানন্দগী থাদোকপগা মুথরাগী থাদোক্কবগা অনীনা ঈন্নরকপা রাজীন। উৎলিবসিদা কৈছু অমা ওইনা থোকপনা ভাবুক্কী কুপ্মৈ মপুং ফাদে। মপুং ফাদবদ নত্তনা থাদোকপা হায়বা অসিগী মমায়দা লাংহোং-শীনবা ফনা হৈত্রনত্ত লাম্না ফৈত্রদা লোইরবদা লাঞ্জিংলুবগী মমায়-পাকক্কম লৈত্তবগুম মায়থীবা মমি ভাবগুম উই।

অদুগা অমনা—

থাদোকপগী মশকত্ত মুম্না থঙবা ঙমদবদ নত্তনা, অরানবা, থোঙ্ককম, অবানবগী মৈচাক, মৈচাক মহাক্কী মশক্কম নীংথিনা থঙননবগী তাঙ্গা পীদে।

শম্না তিংনা হায়রবদা সদানন্দ-মুথরা অনীগী খুৎয়েক তোংঙাল তোংঙাল য়েংবদা অঙকপা ফংনা নীংথিজে; অনী পুম্না য়েংঙকপা মতমদদি চুশিন্নবা থরদং রাৎনা উই। মুথরানা কেন্নীবেলদ-কেন্নীবেল, মৈতাল-দ-মৈতাল ওইনা মহাক্কী অহানবা চোংথোরকপা মশাগীদ-য়েংবা শকফম অদুদা ইরেঙ-লেঙদনা অতুম মরৈরগা থাদোকপগী মশক ওইবা সদানন্দনা থাদোকপনা মহাক্কী দীচৎিনা অতুম মথাদোক্লবা অমা থাদোকপা হায়বদুগী নীংথিবা মপুং-মরৈ-ফাবা শক্তম ভাবুক্কী মিৎমাঙদা তারমগনি; নত্রগা সদানন্দগী থাদোকপগী মঙাম্না মমিৎ-পাঙলক্ত্না মশাগী মরাল থঙলবী, মশাগী মরাল থঙজরকপদগী মমিত্তা মপি তানা মহাক্লা লঁঙ্রবা সদানন্দদা চঙজরবী অমদি মশা মথন্দ লঁঙ্বা মরালগী নীঁঙমদবনা বৃন্দাগী মখোঙদা থোক্ক্না মথন্দ কপ্লবী মুথরাগী শকফম, শকফম মহাক্কী শকওল অমা উৎলিবসি পুমলোই লোইনা উত্ত্না মৈচঙবা সনাগুম তরু-তরুবা মহাক্কী শক্তম পুথোক্লবা অমা থাদোকপা হাঃবদুগী অঙকপা মপাঙ্গল ভাবুক্লা মমিৎ থুম্না উরমগনি; মুথরাগী মঙংনা ভাবুক্কী থম্মোয়দা থাদোকপবু হুংশিবা, হুংশিদ হুংশিবা অমা হাপ্নমগনি। খোর্জেনা মুথরাগী

শক্তম লোইশিন্দবনা থাদোকপা হায়বা লীচৎকী মশুগ শেংনা ফোঙদোক্লে। করিনা থাদোকপা-লীচৎনবা সদানন্দনা মশাগী-য়েংবী মুথয়াবু ঙমদ মঙমশ্রেদনা হায়বা অমা ভাবুক্লা উবা ফংদ্রে, ঙম্বেদা হায়না লৌবা য়াবগা ঙম্মদবা য়াইদা হায়না লৌবা য়াবগা অনীমক্লা মপাঙ্গল চপমান্নবা লেপথিবনা ভাবুকী বাখল-লংজীল মাঙননীঁঙাই অমা ওই। অদুনা থাদোকপগী সেম্বা-থোক্ত্বগা শয়বদা ফজবা মফজভু মাঙলে; অদুগা সেম্ব-থোকপগা শয়বদা ফজবা মফজভু, য়োট্টি য়োদে থঙদবনা মপুং ফানা উদ্রে। অদুনা মুথয়া য়োমদগী সদানন্দগী য়েংঙকপদা অঙ্ক-কাঙলোল চুমা ফোন্দাদবগুম ভাবুক্তা থোকই হায়রুবদা থোইনা হেঙ্গল্লিঁঙাই ওইদবগুম থোকই।

শীংজংনা উয়াল্লী, খোর্জেনা লাইরিক ই নীংথুনা উয়ানবা, অইবা থিনদবগুম বারী মপু থাদোকপনি কাউথুনা সদানন্দগী বারী লীক্ষবদগী শোয়রিবা মশোয় অসিদ নত্তনা খোর্জেগী অচৌবা মশোয় অমগা ভাবুক্লা খোঙফম থুদিংদা থেংনৈ। ঙসি ফাওবদা মৈতৈয়োলগী লোইন্নল (ব্যাকরণ) অইবা অমত্ত লৈত্রিবনিনা লোইন্নলগী ময়ম অসিমগী মতুংইন্না খোর্জেগী বাচল অসিমা শোয়রে হায়নীঁঙাই লৈত্রবত্ত লোইন্নল মহাক্কী নোঙ্কফম মতমগা য়াওমিন্নরিবা লোলগী ওইরিবা মওংনা য়াদবা বাচল কয়া কয়ানা বারী পাথবদা লৌ-থিনবদ নত্তনা বাথলগী ঈচেন্দত্ত ঈপমৈ; ভাবুকী হুংঙাইবগী লিরি চেনবা ঈচেল থক-থক থক-থক ঈপমৈ। খোর্জেনা ইরি—

'.... ...ইপা ইমাগী ইচ্ছা অদুগা ঐগী ইচ্ছাস্থ ... ... মহাক্কী নপাল চাজবনি।' 'নপাল চাগত্রা হায়ববু চয়াস্থ নোংমা নোংমগী হেল্লে।'

অহানবগীদমা 'ইপা ইমাগী ইচ্ছাস্থ ঐগী ইচ্ছাস্থ' অদুগা অকোনবগীদনা

'চরাহুম' ওইবনা চুমগত্রা ভাবুক্লা থক্নি হায়বদা অতৈনা য়ায়োইদৌনি ঙাই থোইনা লৈতেনা থনবদা করি লাম্নি ঙাই লৈ!

'ঐনা নঙবু শেম্বা ঙমত্রদুনা ··· নঙবু ··· মীগী মখুত্তা শিন্নথোকখিবনি। অদুনা নঙগী দমক হোৎনবিরিবা মী অদুদা ঐন্থ ঙম্বাবথৈ মত্তেং পাংগনি।' থোর্জেনা ই।

মথক্কী অসি সদানন্দনা মুখয়াগী মপামদা শেল থিনবা চৎপদা মুখরানা ময়ুম অমদা পানবা তায়দুনা মঙোন্দা হায়রকপা 'পাজিথোয়না ঐ অসে নিপা অমদা লৈনবা থোয়াং লোইরে।' 'ঐগীদি য়ানীংবা য়ানীংদবা করিমত্তা লৈতে। অদুমদি ওইরগা ঐনা য়াবদি চুমদে। অদুবু অমুক অহল-লমনগী য়াথং হায়বস্থ লৈবসিদা ঐবু তৌফম থংদয়ে।' য়াঙাঙশিং অসি তাবদা মহাক্না 'থংলে। নঙনা নিংবা অম্বা তৌখিবদা ঐনা নঙগী চুংঙাইথদো করিমত্তা থুগাইয়োই' হায়না খুমদুনা মুখরানা ময়ুম অম্বা পানগদৌরিবা অদুদা মহাক্না য়ারবদগী অমুক মুখয়ানা 'হৌজিক্তি নঙনা ঐঙোন্দা থাগী লুপা পিবসি তোকলো।' হায়রকপদা সদানন্দনা খুন্নকপা য়াম্নংদগীনি।

মতাং অসিদা লৌথৎলিবা মৌবানীগী য়াফম অসিদগী ভাবুক্লা করি থংঙি? মুথয়া অতোপ্পা নিপা অমদা মমা-মপানা নীংব মতুংইন্না ময়ুম পাম্নগে নীংলে। সদানন্দশু য়ারে। পানবদি পাত্রি। অদুনদি শীজিন্নরিবা থৌওং (ক্রিয়া) শিন্নথোকখিবনি হায়বা হৌপ্রবা মতমগীসি লৈফম থোকপ্রা? মতম অকক্লদবা মাঙ (সামান্য ভূত) গী থৌওং 'শিন্নথোক্লবনি' ওইফম থোকপ্রা হায়রুবদা করি থোইনা লাম্নুনি ঙাই লৈগনি নীংদে থন্নুবদা করি অকায়বা লৈগনি!

অসিমত্ত অসি ওইরে। থোর্জেগী শাজত্তা ভাবুকী নীংবা থুংদবা

অমত্তুংদগা লৈ। কৱিনা! ৱারী অমা লাইরিক অমা ইবা হায়বসি জগৎকী মওং মতৌ অমা লীথোক ইথোকপদনি। জগৎ মশাদা য়েংবগা মহাক্কী মশক ৱারীনা লাইরিক্না লীথোক-ইথোক্লিবা অতুদা য়েংবগা অনীসিদা ভাবুক্কী মীচং কনবা অহানবগী ময়েং অসিদনা য়াম্না হেন্নি। জগৎ মশাদা য়েংবদনা পানগী মিৎ, পানগী নাকোং, হুংগী মিৎ, হুংগী নাকোং লোইনা ইয়াও য়াওনা য়েংমিন্-তামিন্নৈ। অদুগা ৱারীদা লাইরিক্তা য়েংবা মতমদদি হুংগী কাঙবুদনা ময়েংনৈ; পানগী কাঙবুগী মতেংদি ফংদ্রে। অদুনা পানগী কাঙবুগী শরুক অদু থোর্ক্কজিনা মেঙ্খিনদ্রবদা ভাবুক অয়াম্বনা হুংঙাইবা মপুং ফানা ফংবদা ৱায়।

লোমগী ময়োল অনী চৎলি; অমনা, লোল মশানা কোম্লজবা অমা, অদুগা অমনা, ঙাঙলিবা মী অদুনা সেম্বা অমা। অদুনা শীজিনন্নরিবা ৱাহৈশিং অসি ময়োল অনী অনী চৎলি। ফজবা ময়োম্নবা ৱাহৈনা ফজবা ঙাক্ত ওইদে। অদুগুম ফত্তবা ময়োম্নবা ৱাহৈত্ত ফত্তবা ৱাহৈ ঙাক্ত ওইদে. হুংশিদা হায়বা ৱাহৈ অসিদা ৱাহৈ মশাগী কোম্লজবা হুংশিবা থঙনবা মায়োল অদুত্ত থোকপা য়াই; নত্রগা হুংশিদে হায়বা মায়োলত্ত অতম ওইবা য়াই। ৱাহৈ অমদা লৈরিবা ময়োল অনী অসি ঙাঙলিবা নিপা অদুগী শকওং-শক্তা, খোনওং-খোন্দা কয়ানা লেপ্পে। ঙাঙলিবা নিপা অদুগা মায়েক্নবা ভাবুক্তদি ময়োল লায়না থোকই। কৱিনা! মপানগী মিৎ-নাকোংনচিংদনা মাগী তেংবাঁঙি; মিৎনা হন্দক্কী ঙাংলিবা শকফম অসি হুংশিবগীনি নত্রগা হুংশিদবগীনি হায়বা উই, অদুগা নাকোংনা খোন্দা অসি হুংশিবগীনি নত্রগা হুংশিদবগীনি হায়বদু তাই। অদুনা ভাবুক্না লায়না ময়োল খুনবা ঙম্মে। অইবা ৱারী-লাইরিক্তদি হুংগী মিৎ-নাকোংদনা য়েংথি-তাথিবনা অমদি পাললোমদগী তেংবাঙ অমত্তা ফংদবনা ৱারী-

ইরি-লীরিবা থোর্ক্কে অদুগী মতেংনা বাৎলিবা পানগী তেংবাঙগী শক্তক অত্থ মেনথক্রবদা, মমিৎ থোদ-থোক্রবা ভাবুকীদি লায়, অয়াম্বগীদি মরোল চুয়া থুনবা রায় হায়বদা পঙলাল লাম্লিংঙাই উদে।

অদুগা অমনা—

জগৎ অসিদা মীওইবা অমগী নত্রগা লৈবাক অমগী মপুনশিংগী থোঙফমদা থেংনরগদোবা অরা ফুংঙাইগী মমি অসি উদবা থুৎশিল অমনা মাঙজো-মাঙজোননা পী হায়বসি অথঙ-অউশিংনা উবদগী 'মমিনা মাঁঙোইনবনি' হায়বা পাউরো অমা চৎনরক্নী। থোঙ্গুল-তানা পুনশি-থোঙফম্নবা মীওইবা কনানা অচুম্বা অসিগা শকথঙনদবা লৈ! মঙলোন্না মরম কয়া ঙগায়না তাক্নী; পানগী জগৎকী পোৎলম অমদি শকফম কয়ানম্থ উৎলি। মঙা মচু-পানবনা চীক্লগা লল ফংডি মঙলোল (স্বপ্ন-তত্ত্ব) না হায়, ফুমগী অহানবদা থত্রাংচাক য়েৎওইননা উরগা লল ফংডি নৈসর্গিক তত্ত্বনা তাকই। থোক্তবরা অত্থম মথোকই।

অদুগা অমুক অমনা—

পানগী জগত্তুদি ভাবুক ওইবা থঙ্গোয় অমবু কুপ্পৈ অমদা চিংশিন্নবা পোৎলম য়ায়া লৈ; বারীদদি মথোয়শিংগী মতেং অদু ফংননীঁঙাই ওইদবনা ফংনদে।

থক্নী মরমশিং অসিদগী থোর্ক্কে অহৈবশিংনা মথে'য়না ফোঙনীঁডিবা বারোল অদু ফোঙবা য়ানবা অমদি ভাবুক্না মরোল স্থনা থুনবা ওয়নবা নায়ক অমনা নত্রগা নায়িকা অমনা বাফম অমা ঙাঁঙকপদা পানগী জগত্তা বাফম অদুগী মরোলগা চুনবা শাহুল মীওইবনা উৎনবা বাহৈনা উত্তনা ইরি-ঙাওনরিবা বাফমগা কোম্নবা হাপ্পে; অরাবগী নত্রগা ফুংঙাইবগী থোদোক অমা লীবা তারবদা থোদোক অত্থগী মশক অদু তক তকনা

কাওবা য়াননবা মমি অমা হাম্না য়েক্লে; য়েক্লিবা মমি অদুনা পাকচাউরবা জগৎকী উৎনীংবা শকফম পীল্লা লমায়দা পুশিন্নৈ। অদুবু 'থাদোকপা' গী খোর্জেজগী থূৎয়েকশিংদা হায়রিবশিং অসি রাৎলপ রাৎলপ মচৎপগুম তৌই।

মতাং '৮' দা খোর্জেজনা উৎলিবা কুপ্মে অসি জগত্তা লুদগী লুরবা মওং অমনি। করিনা! সদানন্দনা মুথরা মাগীনি নীংঙি; মহাকী দমক্ক মহাক্লা হোৎনরি। অমরোমদনা মুথরানা মহাকপু করি ওইনা থজ্রি; মশা হুংঙাইনবা ময়ুম অমা পাল্লগে নীংঙি। অনী অদু তৎংগদৌরিবনি; মুথরানা ঐ য়ুম পাল্লগে হায়গদৌরিবনি; অদুগা সদানন্দনা করে য়াগদৌরি-বনি। মসিদা অনীগী বাহৌ, বাফোঙ বারোইনচিংবদা পাংগী জগত্তা অনীনা ওইনগদৌবা শক্তম অসি থাবদা বারগদৌবনি। শক্তমশিং অদুগী মমি অমফাওবা উত্তনা খোর্জেজনা কোম্না চৎমনবনা ভাবুক অয়াম্বদা য়াফমশিং অসিগী মরোল স্তনা ফাওনীংঙাই উদে। মথোয় পুন্নমক মথবায় পান্দবা ওইনা থোকই। খোর্জেজনা ইরি—

'মুথরা, নঙ শেল চিল্লবরা ... ... ?' 'শেল চিন্দুনা তৌবা নত্তে, ... শেল লৌবা তোকপা তারে ... .. থৎহনগে তৌবগীনি।' 'করি তৌরবগে?' 'ওন্থোক্লা রানা রা অমা হাম্নবা তারে ...' হায়মু ... ।' '... ... ঐ অসে নিপা অমদা লৈনব ... লোইরে।' নথোইগী অহল-লম্নমা হায়বনিদনা? নঙদি মদুদা য়ানিংদবা তাই, ... ... ?' 'ঐগীদি য়ানিংবা য়ানিংদবা লৈতে। '... অহন-লমনগী য়াথং ... লৈবসিদা তৌফম থৎদরে।' 'থংলে। ..., ঐনা ... করিমত্তা থুগাইররোই।' ঐখু রারোগন্ত ... ।' 'ঐ করিমত্তা রারোদে। ... ঐখুদি কাওহ্নকো। '.. কাওবা ওমলোই।

··· ঐঙোন্দা থাগী লুপা পিবসি তোক্লো।, '··· থোকলিবমথৈ ··· ··· তোকলোই।' ··· অসিনচিংবা।

থোক্লিবা বাফম অসিনা পানগী •জগত্তা ওইরম্লবা, ভাবুক্না থুপত্নুনা য়েংবা ফংলম্লবা অনীগী কয়াম করম্বা শক্তম উফম থোকই? সদানন্দ থংপ্রেক থংলোইদবা? মমায় ভাঙলোইদরা! মথোল নীক্লোইদরা। লৈয়েং ফাইরোইদরা। থোর্ক্জেনা মহাক্কীনি পীরিবা যোগগী পোঙফম অসি ফনা লৈত্নুনভু, মবুক ফনা ফাবা ভম্বা অমা ওইত্নুনভু, হান্না শেহ্লোদবনা যামত্রবদা মিকুপ থরদ'দি মী অমা ওইবগী অশোনবা শক্তক ফুদোক্কনী ঙাই ওইবরা! 'বাংদ-বাংবা যোগগী থাক্তা লৈবা পূল্লিংমকন্থ, লাকতমত্রবা ইন্দ্রীনা নমত্নুনা চিঁঙী' দর্শন-না তাক্ত্র।! মুথরা ফনমক ওইত্নুনস্ম তুপীনি। ইফাইবগা মপোক্লা শাগোম্মরবীনি। থৌনিংঙাই ফনা থৌত্নুনস্ম মথোল নীক্লোইদরা। লৈয়েং ফাইরোইদরা! মরু লুক্লোইদরা! মমায় কাহংলোইদরা। অদুবু হায়রিবা শক্তমশিং অসিগী মমি থোর্ক্জেনা পীদবনা বাকমশিং অসিগী মথরায় পান্দবগুম ভাবুক অয়াম্বদা চত্তনীঁঙাই করি লৈ! সদানন্দগী পাউথুমদগী মহাক্কী মমি উক্তবনা মরোল তশেংবা ভাবুক অয়াম্বনা থঙনীঁঙাই করি লৈ!

মুথরাগী থুৎয়েক স্নদবা, লোলগী বাচল থৌওইদবা, অদুগা লোলগী মরোল সুগায়দবা, পানগী শক্তক বারীদা বাৎপা মেনথত্তবা অসিনচিংবা অশোয়বা থরদং অসি মীওইবগী থুৎয়েক-থুৎসেমগী হোনশা চেন্নফম থোকপনা চেন্নরবস্তু থাদোকপা নাংথিজরবা থুৎয়েক অমনি। থুৎফম অমতমা জগৎকী অহিংগীস্ত সুংথিলগীস্ত শকফম অনীমক তানা য়েক্লবা হৈরবা থুৎয়েকনি।

ভাবুক! কোবৌ লেপ্তাম্রবা, লৈচিল-লানশিংনবা শনজীং উক্লরবরা?

উক্লদ্রগা উখিবা ঙাঁজাউ অমা নাঁংসঁঙ্। লাইজ-ঈহেল-পামলুদ্রবা, মালেম-ফৈবম্নবা লাইজ ঈপাক্তি উরুরবরা? উরুদ্রবত্তু উখিবা ঈচাউ অমা হেক্ক মনাঁংসঁঙ্। অদুগা অমনা মালেম-লৈমায় চাউগোম্না সুক্লা মংনা শলবা উমং উরুরবরা? উরুদ্রবত্তু উখিবা উমং অমা হেক্লক নাঁংসঁঙ্। কোরৌ মঙাল লাকপদা চীংমায মতোম্দা শংবানবা মচুনা ঙাঙ্ানবগা শান্নমিন্নবা ফজদ্রা। ঈপাক্লা সনা ঈরাঁ ঈপোম্নবা নাঁংথিদ্রা! নোংদোল-শীনবা মঙালগী মামনা মশানা সুক্র মনুজরবা উমংগী অস্থকপনা অহোইননা সুকচিনবা মিংথুমদ্র? অমুকস্থ অহিংনা লাকপা থানা হন্দোরকপা মতম নাঁসংসি! থাগ্নিবা পোৎশকশিং অসিগী শক্তম অমুক য়েংসি! চীংমায়দা মুরৈনবা মচুগা ভোরুনবা মচুগা অনীনা যাইমুন্নবা নাঁথিদ্রা। ঈপাক্লা রূপা ঈরাঁ ঈহোনরকপা পূক্নিং হুদ্রা। উমংনা সুক্লা মংনা অঙোবা মচু থাগোম্নবা ঈ দ্র'। মনাঁথিজ মঙং অনাঁসিমক 'থাদোকপা' গী লামায়দা উবা ফংগনি। মশাগীত্তু মাগীত্তু যেংন-চৎপা ধর্ম্মানন্দগী মায়থোংদা মীহুংশিগা মশা-হুংশিজবগা অনীনা কোরৌ চীংমায়দা অশং-অঙাং অনীনা শান্নমিন্নবা উবা ফংগনি। মাগীদ-যেংবা, মশা-কোব য়েংদ্রবা সদানন্দগী চেংলোদা মীহুংশিনা, কোরৌ মঙাল-লাংবা ঈপাক্লা সনা ঈরাঁনছুনা নীংথিজবত্তম, ঈথক-ঈপোম্নবা যেংবা ফংগনি। মশাগীদ-যেংলবী মুখরাগী শকফমদা এ:না সুকপা উগনি। কোরৌগী অচাকপা মনী থিজগী শৈশিল নোংজাগী অঙৈংবা মফজনা লাকপত্তম, মীকোক অহৃংগী পুনশি-খোঙফম ঙীরকপদা অঙৈংবা জগৎকী মমি অমা মিৎলমদা তারক্কনি। হুংঙাইবদগী পোক্লবা, হুংঙাইবনা যোক্লবা জগত্তু' কোরৌ-অগত্তুগী লমথৈদা খুভম্না পোৎলমশিংগী মঙাল মরাং তিন্নদবত্তম মীওইবনা পূক্নিংগী শাহল থেম্নবনা হু ঙাইবা মফং থেম্নবা উগনি। মদু উরুবদগী ভ বুক-ওইবা মিৎ ঈংলবা, লেঙদবা হুংঙাইবগী জগৎ উরক্কনি।

অসিগুম্নবা খোর্জেঙ্গী জগৎ অসিদা ভাবুক ওইকুরবা থম্মোয় কনা লৈশিল-লৈশিল নমদম্লোইদোবা লৈ! লেঙদবা সুংঙাইবগী জগৎকী মমিনা, অঙৈংবা থাবমবা নোংজানা কোয়েৌনবা সুংথিলগী শৈশিল লাকপগুম ফাওরকপা উবদা হান্নবা মূলবা ভাবুকী থম্মোয় করি ওইবা হৌনৈ! মঙদা মঙলোল মঙদনীঁডাই লৈবরা!

অমনা—

ঐ:গী মঙান্দা মিৎথল্লবনা অমদি মিচক্লগনবনা অপৈবদনা অচুম্বনি খোঙফম্নবা অমদি খোঙফমগনবা জগত্তা ওইনবা অমদি ওইনগনবা লৈবাক-পানবা মওং অমা খোর্জেনা য়েক্লিবা, মহাক্না খেংনথিবা যুগফম অমগী মৈত্রবাক্না ফিভম্নরবগু লৈক্কনব' যুগশিংগী লৈবাক-মপালগী মওং ওইবা, খূৎয়েক্না চুম্না তাবা, অদুগা মমিৎ-প্পানবা ভাবুকী কঙলূপ্পা তোয়রপ উবা অমা ওইবনা, ভাবুক কনানা থাগৎলোহ! থাগত্রবদা লমথৈ নাইদবা অচুম্ববু লমথৈবা খোক্তনীঁডাই লৈবরা!

অমূক অমনা—

মৈত্রবাকী নিপা-সুপী অনৌগী অয়ানবা লম্বীদনা পুনশি খোঙফম্নবা শকফম খোর্জেনা য়েকথোক্‌না ভাবুক্না উৎলিবা অঙকপা ফংনা ফজে। মশা মশাগী শক্তম অসি উবদা খোঙ্গ্‌ল তারোইদোবা নিপা-সুপী কনা লৈ!

পঙনা· পোক্ত পঙনা পাল, পঙজবনা মপুনশি ফৈরেং খোঙফম্না, অয়েম্বা সুংঙাইবগী দমক্ত য়ুমথাং-চাক্তা-নাচুংদ্রবী মুথরা কনাগী শকফমো! মৈত্রবাকী সুপী শাগৈগী নত্রা? মানি। মশাগী কান্নদ্রবা সুংঙাইবদ য়েং মুথরাগী অয়ানবা হিহোল খোঙবান্নরিবা, ভপৈবা খোঙফম খোঙলোয়নরিবা,

চন্দ্রশেখরনা কনাগী শক্তম্লো ! মৈত্রবাক্কী মণ্ডাল-ফংদ্রবা নিপা শাগেগী নত্রা ? মানি।

অরানবা লম্বীদদা মপুনশি-খোঙফমবনা মশিঙ্গাং ওইনরবা মৈতৈ নিপা-মুপী অনীগী মশা মশাগী মশক্তম তক্ক-তক্ক যেকথোক্লনা মশা মশাদা উৎপীরগা, অমুক খোঙ্গ্লল-তানা পুংশি খোঙফমদুনা জগৎকী রাইফরম-রামবা সদানন্দগী খোঙফম উস্তুনা, খোর্জেনা মরৈবাক্কী রাইফরম যাচীবা উবদা ভাবুক কনানা মহাকপু শাগভ্রনীংঙাই লৈ !

শম্না হায়রবদা নাপন্নববা জগৎনা চৎনবা লোনচৎ, লৈবাক-পানবনা হুম্নবা শংহুল, অদুগা মৈত্রবাক্কী হৌজিক ওইরিবা নিপা-মুপীগী মিৎয়েং খোর্জেনা মথং মথং য়েক্লিবা ফজে। অমরোম্নদনা হাযরিবা পুম্নমক অসিগী মহাক্না অমুক পীরক্লিবা থুমুক নীংথিজে।

লাইরিক অসিগী মরমদা নৈননীংঙাই লোইনা নৈনরে। মহাক্কী থাকফম অমত্তং লেপ্লগা লোইরে। অদুদি মসি করম্বা থাক্তা লৈ ?

মী, তিল্ল-তিল্লবনা পুই। অফবগা তিল্লরে কৈ; অদুগা ফত্তবগা তিল্লরে মাংঙি। অদুনা 'মরূপ্না মী ফনৈ, মরূপ্না মী মাঙনৈ' জগৎনা পাউরৌনৈ। করিনা! যোৎ জশিংদা লূপ্লি। অদুবু অতাউবা উগা মরূপ্নরম্বা মতমদদি তাউই। অদুগুম্বদুনা অতাউবা উ মহাকস্ত অরূপ্না য়োৎ মহাক্না তিল্লরবা মতমদদি হেক্ত মরূপ্লি। পোৎলম পুম্নমক মহাক মহাক্না তিল্ল-তিল্লরিবা অতৈ পোৎলমশিং অদুগী লীচৎ অয়াম্বদা লৌবা ঙাক্লি; অমদি মশা মশাগীনা থাদোকপা ঙাক্লি। মীওইবগীশু অদুমঙাই। অদুদি মরূপ করিনো ?

মরূপ—তিল্লরুরিবা মীদুবু মরূপ কৌই তিল্লরুরিবা মীদুদবু মরূপ মরূপ মকৌনরববা ? কৌনদে। পুনশি-খোঙফমদা থেংনবা মাখল, মাঙাং,

শাজৎ, পোৎলম, লাইরিক ··· ··· পূম্নমক মীওইবা অমগী মরুপকী প'খৈদা তাবা ঙাক্লি। অদুনা অফবা রাথল, রাঙাং, শাজৎ, পোৎলম, লাইরিক্লচিংবা মরুপ্নবা মীনা ফৈ; অদুগা ফত্তবা রাথল, রাঙাও, শাজৎ, পোৎলম, লাইরিক্লচিংবা শম্নরগা মীনা মাঁঙি।

থক্তা হাযখিরবা মরুপশিং অাসগী মতুংদা মীওইবা অমগী মফমদা অফবা লাইরিক্লা ইথোই থোই-ইকন কল্লী। করিনা! অতৈ মরুপ পূম্নমক্কী মগুণ, পূম্নমক-মক সুত্রবগু লাইরিক্তি অয়াম্বা অতুম মপূল্লি। অদুনা লাইরিক্লা মীওইবাঅমগী মচু শান্নাইদগী ইহেন হেন্না লোকপা ঙম্মি।

অফবা লারিরিক কদাইবু কৌই? মীওইবদা অমম-অংলান মশক তাকপা লাইরিকলু অফবা লাইরিক কৌই? শারুদা পোকপা মীওইববু লাইরম কানরম তাকপা লাইরিবপু অফবা লাইরিক কৌই। মীওইবগী মফমদা লেঙদবা সুংঙাইবগী মশক, সুংঙাইবা অদু ফংনবা মরম তাক্লিবা লাইরিক অদুবু লাইরিক্ত-লাইরিব—অথোইবা লাইরিক কৌই, অথঙ-অউশিংনা হায়নৈ।

হায়নরীবা লারিরিক পংথৈ অসিগী মতুংদা তাববা 'থাদোকপা' নি হাযক্কবগী করি অমুক কান্ননীঙাই লৈরি! মৈতৈ সাহিত্যগী অনৌবা য়াওল অসিদা অসিগুবা জ্ঞানগী মশক, মশক্মক ওইরব লারিরিক থোক্তি হায়বা ভাবুকশিংনা করি উদনীঙাই লৈ!

স্বামী বিবেকানন্দনা পুনশি-থোঙফম-বঁঙাওনরবা বঙ্গ-জগত্তা ভগবদ-গীতানা উৎলিবা থোঙফম অহুম (মার্গত্রিয়ম্) মহাক্কী কর্মযোগ, জ্ঞানযোগ অমদি ভক্তিযোগ ইথোক্তুনা যাইফরম উৎপীরম্বগুম ঙসি থোৰ্জেনা কর্ম্মনা মপুং ওইবদগী কর্মযোগ হায়না কৌনরবা যোগ রারীনন। পুথোক্তুনা মৈতৈ-জগত্তা জ্ঞানগী মৈরা চমৎৎলে হায়ক্কবদা করি থোইনা লাক্লিংঙাই

লৈকগনি। স্বামীজীগী যোগ অহুম্না বঙ্গ-সাহিত্যদা ওইবগুম খোঙ্জেলগী 'থাদোকপা' মৈতৈ সাহিত্যদা মওইরগনি হায়রবদা পঙহেন হেজিন্নিংঙাই লৈতে।

ইচৈ-তাবা ভাবুক্না অহানবা ইশৈ শকথঙনরিবৈদা অপোবা 'খেযাল' গী ইশৈদবু ইশৈনি হায়না নীংনবা, মখোয়গী অপোবা খম্মোয়না অপোবা শৈগৎসিদদা মপেন্নজবা, অমরোমদনা ইশৈ-দ-ইশৈ, খম্মোয় থুম্নবা চুংঙাইবগী কাঙলুপ্পা শৈওই ঈচেম্নরবা ধ্রুপদ-কীদদি চুংঙাই পোকপা ঙমজদবনা ইশৈগী তশেংবা মহাউ খঙলমদবদগী ইশৈ মহাক্না শকথঙনরক্লবা মতমদা অরাংবা থাক্কী শৈগৎসিদদা লৈশিল লৈশিল মখোয়গী খম্মোয়না থাঙনবগুম ঙসি অনেম্বা থাক্কী অপাম-চুংশিনা মপুংনবা লাইরিক্তগা ঙমদাইনরিবা মৈতৈ ভাবুক চুংগী মঙাল চাউরকপা ঈরোযননা 'অসিনদি পেন্দে, অসিমনস্ত পেন্দে' অস্তুম অস্তুম লাইরিক মথাং মৈয়রকপদা নোংমা ঙমদাইনররগদোবা 'থাদোকপা' নি।

থাদোকপা—সাহিত্যগী অরাংবা থাক্কা চন্দনিংঙাই মরৈরক্রবা লাইরিক্নি। মায়হিং থাংনা থাংনা থাজনা কজবগী ফিগৈ ওইবগুম মহাক্কী অশোম্নবা খরদং অসি লৈনা লৈনা ভাবুক-ভাবুক্কদি মসিবু অরাংবা থাক্কা মথম্নরগদবা লাইরিকনি।

---

# শীতলজিৎকী ইমা

## ইমা!

ইবা		শক ১৮৬৩ গী অদ্রবাইদা ইবনি।

ফোঙবা	শক ১৮৬৯ গী অদূরাইদা অহানবা মঙাল উবনি।

মরিম্নবা	মৈতৈ-সাহিত্য লৈকোলগী অসেম্বা ৱারী পরেংদা মরিম্নবা
লৈপাম্লি।

মওং		হুপী-ওইবগী মমা-ওইবা থোঙফম্না মপুংনবা ৱারীনি।
		অদূনা মমানবী হুপীনা মপুং শাম্নবা লাইরিকনি।

উৎলিবা মরম	হুপী-ওইবা পুনশিগী মমা-ওইবা থোঙফম উত্তুনা কনাগীনা
		মমা, কনা অমগীনা পুনশিগী থোঙলোম, অমুক কনা অমগীনা
মচেম-মচল, অস্থুম শক্লোল কয়া থোক্লা মালেম-থোঙফম্নরিবী হুপীগী
অরেপ্পা শকফম মমা ওইবদূনি হায়না থোর্জেনা উৎলি। জগৎ তানবা
সেম্বী হুপীনি; জগৎ কোম্রবা থোকপী হুপীনি; জগৎ পুনবা পোকপী
হুপীনি। অদূনা মহাক্কী মমা-ওইবা থম্মোয়, তালোয় ওইবা থম্মোয় —
থম্মোয়গী মওং পূম্বদা মমা-ওইবদূনা মপুংনি মহাক্লা তাক্লি। কনানা
মহাক্কী পীবুকমুংদগী তাবনা 'ইমা' মিঙ্গোনরিবা, কনা অমনা পুনশি-থোঙবু
ওইমিন্নঙাই 'ইশানৌ' চৌঙ্গোয়নরিবা অমুক কনা অমনা মশাগী ঙ ওইবনা
'ইমোম' মিথ্নেনরিবা ··· মহাক্কী মিথ্নে-পূম্বসিদগী মহাক্লা থোয়দাঙবা মিথ্নে
'ইমা' নি মহাক্লা ফোঙলি। 'ইমা' মিঙ্গৌ তাবদা হুপী-ওইবগী মমা-ওইবা
থম্মোয় মিকপ থোক্কবা লৈতে অমদি মমা-ওইবা থম্মোয়না অৱাব-

অমংবদনা ঈথক-ঈপোম্নবা সংসার অসিদা মচা ওইবগী দমক পুঙমদবা, থাঙমদবা করিমতা লৈতে হায়বা তম্লি।

মীওং মমাগী খোঙফমদা খোর্জেনা 'থম্বাল' থম্মি। মচাগীদনা 'রণজিৎ' থম্মি। থম্বালবু রারীগী পোরোম্বনা মতম খরদং থুম্নপ থম্বা তাবদগী, মমা ওইবা অমনা মচাগী মফমদা থাংলিবা খোঙফম খোঙমুৎনদুনা ভাবুক্লা লম্মুক্লদনবা হায়দুনা মহাক্লা, থম্বালগী মমি 'রাধা' ভাবুকী মিৎলমদা পুশিল্লি। অদুনা রণজিৎ-পোকপী থম্বালনা মশক্লা অমুক মমিনা অমুক 'ইমা' গী লামায়শিংদা শাৱৈ।

মমি শ্রীমদ্ভাগবতকী মমি লাইরিক অসিদা তারিবা মহাপুরাণ অসিগা শকথঙনবা থম্মোয় কনানা উরোইদোবা লৈ! শ্রীমদ্ভগবতগীতাগী যোগ অমা রারীননা খোর্জে মশাসিমক্লা মহাক্কী 'থাদোকপা' দা পুথোকখিবগুম শ্রীমদ্ভাগবতনা উপাসনাগী মশক থায়রকপদা পীরিবা মচা-ওইনা-নিংবা মন্নুংশি, মরূপ-ওইনা-নীংবা মন্নুংশি, মনাই-ওইনা-নীংবা মন্নুংশি, মপুরোইবা-ওইনা-নীংবা মন্নুংশি... নচিংবা মন্নুংশি, ময়াম অদুগী মন্নুংদা মচা-ওইনা-নীংবী যশোদাগী মশা-লুপ্না মমা ওইবগী মন্নুংশি রারীদা পাম্বোকপনি হায়বদা খোইনা পঙলান ল্যান্নিংঙাই উদে। পোকচক্লরিবীনা দেবকী য়োকচররিবীনা যশোদা—দেবকী যশোদা অনীগী মশা-লুপ্না-মচা-ন্নুংশিবা-মন্নুংশি—রণজিৎ-পোকচবী থম্বাল অদুগা রণজিৎ-য়োকচবী, রাণজিৎ-তা লুপ্নবী রাধা—অনীগী শকফমদা মমি মথং-মথং তারিবা ভাবুক কনাগী মিৎলম নাম্বোক্লী ঙাই লৈ! যশোদাগী মচা-মন্নুংশিগী মঙান্দা মচা থাংশৎনরবী, মিৎলু-পিরাংনবী দেবকীগী কৈন্থম শকম ভাবুকা ফাওবগুম রণজিৎ-তা-লুপ্নবী মমা-ওইবী রাধাগী শকফমদা লাইবক চাউবী থম্বালনা থাপ্না শকথুপ্না মচাগীদমক অহৌক অহৌক্লমা কপ্না ভাবুকী মিৎলমদা তাদনী ঙাই লৈবরা!

লোল   ইরায়-লায়না ফজৈ, ইচম-চম্না নীংথিজৈ। 'না' দা 'পু' দা থর-থরদং হোরৎনবা য়াওরবশু থরায়গী নাশোন্দি ফাওই। অহানবা লাইরিকনা মঙাল উবা মতমদা ঐগী খোর্জেনা 'চিঠি' দা ইথিবা মথাগী মরোল অসিনা 'ইমা' গী লোনগী মরোল অহুম মহোনরগনি।

"ইমাগী লোল—লায়না ফজৈ, চম্না লুই; অদুদ নত্তে, থরায়গী নাসোল অমা ফংবগুম তৌই। পীথোরকপা কোলোমগী তুররিংবা মপাউ ওইনা উই। শজিবু থাক্তিনগী পী-থাদোই খোম্থাংগুম থম্মোয়দা থং থং পানবগুম তৌই। নশাদি থঁডোই। থারোয়নবা চেক্লা পঙহাউ-হরাউজহনা মনীং তম্না পংখোং মখোংজর্বনি। কোকিলনা পঞ্চম খোংগে খোংবরা? বাহোংনা নিথাদ (নিষাদ) ছক্কে ছকপরা? ভাবুকনা খঙবনি। থারোয়ননা পংখোং মখোংজো। কালেলনা পীথাদোইদা মিজবা খোম্থাং হাপুবা য়াবরা?"

মিংথোল মমা-ওইবা অমগী মফমদা থাংবা খোঙফম লীবা লাইরিকপু 'ইমা' মিংথো-বদা চুনবা পংথৈদা তাদনা অতৈ করি অমদা তাক্কনিংঙাই লৈ! শম্না হায়রবদা লাইরিকা মিংথোলগা চুনৈ।

মিংথোন্দি অম্থম চুনরবদা মিংথোন্নরিবা বাহৈ 'ইমা' অসি শীজিন্নবসিদা ভাবুকী অকুপ্পা মিৎয়েংদা হোরৎনবা অমত্তং লৈগদরা চিংনদনীঁঙাই লৈতবগুম তৌই। মৈতৈ লোইন্ন (ব্যাকরণ) অইবা লৈত্রবম্থ লোলমচৎ উবা মিৎলম্না 'ঐগী', 'নঙী' অদুগা 'মাগী' মফমদা মথং মথং 'ই' 'ন' অদুগা 'ম' ওই (আদেশ তৌই) হায়বা উরোইদৌনিংঙাই করি লৈ! অমরোমদনা 'মা', লোন্লোন (ভাষা-তত্ত্ব) না, 'মাআ' দগী লাকপনি, অদুগা 'মাআ' না 'মাতা' দগী থোকপনি তাকপনা বাহৈ অমা ওইবগী লৈফম থোকপা পান্দল-হন্দোম্নবা (শক্তি-মত্তম্) মওংনা তিন্নবা লাইথায়-তাবা (পদত্বম্)

শকক্ষমগা কোন্নবা ৱাহৈনি হায়বা ভাবুক্না খঙলোইদোনীঁঙাই লৈতে। অদুনা 'ইমা' না 'ঐগী মা', 'নমা' না 'নঙগী মা' অদুগা 'মমা' না 'মাগী মা' হায়না খঙনদনীঁঙাই লৈরিবরা!

মৈতৈলোন্দা 'মা' মরোমদোমদ শীজিন্নবা মশীজিন্না ইরৈ মরৈত্রবরা হায়বশু খোক্কে। 'পা, পু-না চংনদবা শাযোম্বোক' পা-না মা-না লাঙ্গোন্দবা লমজা' নচিংবা কয়া কথা শীজিন্নবা উই।

খক্কী শমরমশিং অসি য়েংলকপদা লাইরিক্কী মিংথৈ অসি 'ইমা' ওইরমদদুনা 'মা' ওইরম্নবদি ফজরমগনিদা হায়বা নীঁঙমদবা ৱাখল অমনা ভাবুক্কী খম্মোয়ঙ্গুংদা ফং ফং ওৎবপঙুম্না অমা হেক হেক তৌরকই। মথংদ, 'মা' মক নৎহৌত্রহশু 'মমা'দ ওইরবা থোক্লবদি ফুঙাইরমগনি বায়বা ৱাখল অমশু ফাওরকহ। করিনা'

লোইন্নে-শুবা (বৈয়াকরণিক) শিংনা লোইন্নেগী লমথৈদা মী (পুরুষ) অহুমদা মথশ্মি। অমনা, ৱাঙাঙবা (উত্তম), অমনা ঙাঁওফম (মধ্যম) অদুগা অমনা ঙাওননীঁঙাই (অন্য)। অদুনা ঐ, নং, অতৈ হায়বা মীথল অহুম চোংথোকই। থোর্ক্কেনা মশাগী ওইবা পাউ নত্রগা ভাবুক্কী ওইবা ৱা লীবা নত্তবা অমদি মোবানৌনা মোবানীগী পংথৈ ৱাংমগী মী অমগী মরম লীনবনা, মৈতৈনা হকোমকোম্না 'মা' হায়বসি ঐগী, নঙগী অমদি মাগী আদেশ ই, ম, অমদি ম-গা পঙশী-শীজিন্নবা মতুং হন্না থোর্ক্কেনা কোন্না শীজিন্নরবশু 'মমা' ওইগদরা হায়রুবদা পক্কায় কায়নীঁঙাই উদে।

অদুগা অমনা—

মমা, খ্বাইগী মা হায়বা ঙশ্মি হায়বদশু করি লাম্নিংঙহৈ লৈতে হায়বা ভাবুকশিংনা য়াদনীঁঙাই লৈতে। করিনা! মমা-না কনাগুম্বা অমগী

মা হায়বা মরোল পোকপা ঙম্মি। কনাগুম্বা অমগী মা ওইরবদা ভাবুক কনা য়াদনীঁঙাই লৈফম থোকই।

মৈতৈলোন্দা 'ঐগী ইমা', 'নঙগী নমা' অমদি 'মাগী মমা' অসিনচিংবা শীজিন্নবা উই। অদুগা অমুক অমনা, 'নঙগী ইমা' 'মাগী ইমা' শু শীজিন্নবা উই। অদুনা অকুপ্পদা মরোল অমবু ওইরবশু অমবু ওইরবশু ইমা, নমা মমা, হাযবসি ইকোম কোম্না ৽ী'দম্না ব্রাহৈ অমমম ওইনা শীজিন্নবদা পঙ্কায় কান্নানীঁঙাই লৈরোই অতৈ ভাবুক্কী থম্ননীঁঙাই ওইবা য়াবা মরমশিং অসি লৈনা উরবশু থক্কীনা মরোল 'কনশীনবা' অদুগা থাগীনা 'মায়-যেৎবা' প'থৈদা তাবনা,- মথোযগী ব্রাথল অদূগী থুভম পংচেৎ-চেৎনীঁঙাই উদে হায়বদা পঙহায হান্নবা থোকলুনীঁঙাই করি লৈ।

অদুগা অমুক অমনা—

'মা' লীনাইবা ব্রাহৈনি। মরোল অমদা হাযরগা 'মা' হেক হায়বদা 'চা' গী ব্রাথল অমা পোকপা ব্রাহৈনি। মৈতৈরোন্দা 'তোন' হায়বদা করিগুম্বা অমগী তোন হাযবা থঙনবদগী 'মতোন' হায়নশু শীজিন্নৈ। তোন, মতোন অনী লৈবদোনা লীনাইবা ব্রাহৈ মথৈ মশক অনী অনী স্বনা উই। থক মথক, থা মথা, পা, মপা, ··· ··· অসিনচিংবনা লেপ্পনীঁঙাই ওইরি। অদুনা 'মমা' বায়বা ব্রাহৈ অসিমক 'মা' গা অমতনি, মহাক্কী শক্লোন অমনি হায়না লৌবদা থঙ্কায কায়কনীঁঙাই ওইদবা মরম অমশু লৈ।

অসি পূম্নমক অসি লৈবনা থোর্জ্জৈনা লাইরিক্কী মিংথৈ ওইনরিবা 'ইমা' হায়বা ব্রাহৈ অসিগী মহুত্তা 'মমা' মা চুম্ফম থোকদরা ভাবুক্না থম্মুদবা ঙমদে। অদুনা, থোর্জ্জৈনা লোলম থরদং য়েংলবদিকো মহাক্না হেক্ক মথলি।

মমা—খোর্জেংগী খুৎয়েক ফংই—হৈনা য়েকই। মমা-ওইব-খোঙফম-খোঙফম্নবী থম্বাল চুম্না মমাদ ওইনা য়েক্লে। মমাদ ওইনা য়েক্লম্নবদা মমা-ওইবগী ফজফম থোকপা মফজ অতুনা থেংনা ফজরম্নবগু চাংদম্ননমী ঙাই বাৎপদগী ফজবগী চাং অমা খঙবা ঙমদনা মফজৈদদা লোইরমগদবনি। থম্বাল-লৈচম শাৎলমদ্রবদা চাম-নীপালগী মফজ ফজৈদদা লোইরমদনী ঙাই করি লৈ! খোঙ্গল-মৈলৈ লৈরমদ্রবদা মৈলৈ-লৈম্না-নোংজুম্পাল-কদাম-লৈঙুংশি মিখৈনবী লৈবাংগী মফজগী চাং ভাবুক কনানা লেপ্পা ঙমলুনী ঙাই ওইরম্মি! অসি উবা খোর্জেংনা মহাক্কী মমা-ওইব-খোঙফম খোঙফম্নবী থম্বালগী মমা-থম্বালগী মচা-মুংশিবা মমুংশিগী চাং অমা উৎনী ঙাই মুজা-থম্বালগী মপুম্বোইবা-মুংশিবা মমুংশি উৎলি। মশক-মতৌ-ফজবী, পান্দা ফজবদ নত্তনা মমুং-ফাওনা ফজবী, মপুম্বোইব-নীংবী, মপুম্বোইবনা চানবী, পুকচেল-খোম্নজেল তিম্ননা মপুম্বোইবগা পুনশি-খোঙফম-খোঙলোয়মিম্নবী মুজা-থম্বালগী শকম মমা-থম্বালগীগা শক্লোম্ননা য়েক্লি। ইরি—

‘হাওতোম্বী হায়বীসি রণগিৎপু মবুক্তা থা তরা নাওপুবী মমানি। হাওবম নিতাই হায়বতুগী মপোক মপোক থুমিংদা পোকমিম্নসি হাওপাম্নসি বাশক্লবী—শক্লা লম-য়োবী কুচুনা লমহেম্না ফজরবী হাওতোম্বীনি। মমিংন থম্বালনি।’

ভাবুক্কী মিৎলমদা থম্বাল শক্লোল অনীখোক্লা· তাদ্রিম্নরা! নাক্তা য়েংঙি—শকহেনবী, মপুম্বোইবা-নীংবী মুজা-থম্বাল উই; অতুগা য়েম্বা হাইনা য়েংঙি—নাউবা-ওইবা মচা-থাগোম্নবী, মচাদা-লুপ্নবী মমা-ন-বী থম্বালগী শকম—মমা-থম্বাল উই।

অম্নমা থম্বালবু শক্লোম্ননা য়েক, মুজা-থম্বালগা মমা-থম্বালগা অনীগী ঙা-ন-বা উৎ, মমা-থম্বালনা মুজা থম্বালবু নম মমা-ওইব-খোঙফম-খোঙফম্নবা

ফোঙ মমা–ওইবী অমনা মচা-ওইবগী মফমদা থাংনবা অঙকপা থোঙফম ভাবুকী মিৎলমদা তক্‌-তক্‌, তয়ৎ-তয়ৎ পুখোক্লি। ভাবুক-ওইবা মিৎলম কনা মমা–ন-বী থোঙফমগী কুম্মেনা থ্‌ম্লোইদোবা লৈ! থম্মোয় কনা মমা–ওইবী থম্মোয়গী মচা-মুংশিবা-মমুংশিগী য়সনা পুকথম্নরোইদোবা লৈ!

মুক্তা-থম্বাল লাইবক-চাউবী মুপীগী পংথৈদা থম্মি; অদুগা মমা-থম্বালবুনা নোংদম-থীবী মমাগী কাঙলুপ্তা থম্মি। কয়িগী! অম্বাবদনা থম্মোয়গী মতীঙ থেকৈ—মরেপ তুমৈ সনা, কৈদা মশক থোক্লে? মৈদা, মৈনুং চঙলবদা থোকই। অদুগুম মী মী অদুগী ওইরি ওইরিবা শক্তম অয়া–মৈচুনরবা অমদি মৈচঙনরবদদা মশক থোকই।

মুক্তা-থম্বাল—মশক ফজে, মতৌ নীংথি। মপুরোইবনা থেংনা মুংশি অদুগা মহাক্তমহাকপু য়োনা নীংজৈ। থক্তা পনখিবা '...... নিত্তাই হায়বদুগী মপোক মপোক খুদিংদা পোকমিন্নসি ...... য়াশক্লবী—শক্লা লম-য়োবী ...... হাওতোম্বীনি। মমিংনা থম্বালনি।' হায়বা থোর্কজগী মপাউনা তাক্লি। অসিগুম্বী মুক্তা অমগী মফমদা মপুরোইবনা মম্বা থোক্লবা কবি ওইবা হৌনৈ! মপুরোইবনা মম্বগা লোয়নন-লোয়ননা মহাক্কী য়াইফ কোরৌ মুৎলগদবনি। পানগী কোরৌদি থোকপা-তাবা নাইবনা পানগী জগত্তদি অমম-অঙাল লেংওম্নৈ। মপুরোইব-নীংবী মুক্তা-থম্মোয়-তিয়াগী য়াইফ-কোরৌদি নোংম-শিবা মপুরোইবনা ওইবনা তাপ্পবদা থোরকপা লৈতবদগী মপুনশি মম্লোইনবা তারবনি—মম্লোইনরবনি। মক্ত-কংলবী হৈপাল-লৈপাম্না তাইবং-খুৎফুক থঙদে, মালং শাফু থঙদে, লৈতানীঙাই মরম অমত্তং ঙাইদুনা লৈবদা মতারবী মহাক্কী মপুনশিনি। অদুনা মুক্তা-ওইবী পুনশিগী য়াবদগী য়াবা কয়িনো হায়রবদা মপুরোইবনা মমথিবনি পাউখুম্মোই-দোবা ভাবুক কনা লৈকম থোকই!

হৈপাম্বাদা হৈতবা, হৈরোইথাদা হৈকেনবা খাঙমনীঁঙাই মরম লৈ। করিনা! হৈপাম্বানা হৈমি-তম পানবা হৈ পুম্নমক হৈকেম্বানা লাক্লবদা কেন্দবা লৈতে। মতম্না মিতম্নক পোক্লকপা কনা শাম্মদবা লৈ। নোংমা পোকপা থবায় নোংমা লোইবা ঙাক্লি। মাঁঙোইনবনা মাঁঙোইননা, তুঁঙোইনবনা তুঁঙোই-ননা চৎনবা ঙাক্লি। মপা-ওইবা কয়া শক্তামথি, মমা-ওইবী কয়া শক্ম্নুৎথি ··· মচা মস্থ কনা খোঙদাম্নহৌদবা লৈ! অদুনা মতম চানা কায়নবা ৱারৱত্ত ৱানা ৱানা ৱাদনীঁঙাই মরম লৈ। মতম্মক চারবদা, কায়ননীঁঙাই ওইবনা কায়নররবমক্তদা ৱাদবা ঙম্নব্রবা জগত্তা মতম চাদনা কায়নবা থোক্লবদা করি ওইবা হৌনৈ। চুংশি-চাউবনা মচান্নরবী চুজা-ওইবী থম্মোয়না পুঙমম্রবা অৱাবনি হায়ক্লবদা ভাবুক কনা য়াদনীঁঙাই লৈরুনি!

মীওইবনা জগত্তগী করি করিনা মরম্নদুনা খোঙশান্নৈ? মরম অহুম্নি; অমনা—আধ্যাত্মিক, অমনা—আধিদৈবিক, অদুগা অমুক অমনা—আধিভৌ-তিক হায়না খঙনৈ। অৱাবা হায়বদুমক্লি হায়না দর্শন-না তাক্লবা জগৎ অসিদগী লেঙদবা মুংঙাইবগী থুভম, অখণ্ড-অউশিংনা তাকপা মতুংইন্না চত্তুনা, ফংননবা হোৎনবা খোঙফমদা তপস্যা (অমকপা হকচাং মৈচুবনচিংবা) নচিংবা থোওংনা মরম্নদুনা জগৎ থাদোকপা মথাদোক অদু আধ্যাত্মিক-কী পংথৈদা তাবা খোঙ মশান অমনি। লাইগী নোংদম-খীবনা মৈনা, ঈশিংনা নোংথাংনা, খুৎলাইনচিংবা অতৈ অসিগুম্বনা মরম্নদুনা সংসার থাদোকপা মথাদোকপু আধিদৈবিক হায়না খঙনৈ। অদুগা অনাবা অয়েকপনচিংবা অমদি শাকৈনচিংবনা পুনশি খোঙকম লোইনবা মরোইনা অদুবুনা আধিভৌতিক-কীদা থম্নৈ। অহমসিগী করিগুম্বা অমনা মরম্নদুনা মীওইবনা জগত্তগী খোঙশান্নরবত্ত মিৎলম-তেনবা মীওইবনা মাগী মাগী মিৎয়েংনা য়োবা ঙম্বা পংথৈদা তারবা করিগুম্বদুগী শায়োনদুদম্বু খোঙশান-মরম্নি উনৈ।

অহুনা পানগী জগৎ-ভাবা মীগা হুংগী জগৎ-কোইবা মীগা হাথৈ মওং তিম্মদে। অকোনবগী না হুজা থম্বালগী মপুরোইবা নিতাইনা মমথিবগী মম্ম তেম্মা আধিদৈবিক হায়না লোইশিনহা মফমদা পানগী জগৎ-ভাবা কাওবুনা জগৎকী মতিক-চাবা মিৎয়েংনা নিতাই হাৎপা হুতা-থম্বাম্মনি হায়না হায়োইগনি হায়রুবদা থোইনা লাম্মিংঙাই উদে। করিনা!

থম্বাল মশক ফজৈ, মতৌ লৈ। মহাক্কী মশক-মতৌনা, থাজনা ঈপাক ঈওনবগুম, গৌরহরিগী থম্মোয় হুংঙোম্লবনি। গৌরহরি শাবুম্রবা মীনি ইরি—

'কৃষ্ণচন্দ্র অসিগী মনাও নিপা গৌরহরি কৌবা অমা লৈরম্মী। মহাক্না ওজুবদি করি হায়রুনি! জুয়াম মশিং থিনরে মহাক্না মকোক হেক্তা ওইরম্মী।' 'হুপী নহাদা হায়রে নিপা-নহা কৈংবনি লৈতবনি বিচার অমতা লৈজরমদে ... ...। মথম্বাইদনবু পাম্লবদি হিমালয় ... ... ফুরু, হায়রবম্র ফুক্কে হায়বা গৌরহরিনি।' '... ... থাজ মাম্বী থম্বালচু উম্মগে হায়না ... ... মপুক্কিং চপ-হুংলম্মী।'

শাবুক্না হোৌরবদা করি ওইবা হৌনৈ! নমহৈবা য়েংবরা নমহৈদবা থনবরা মহাক্কী অপাম্বগী মমাঙদা লৈবা পল মহাক্না নমথেক্লোইদোবা করি লৈ! থম্বাল লোবা ভাররদা থম্বালবু পনথাম্বিবা নিতাই পল মী-শা গৌরহরিগী শা-নম চাদমী ঙাই লৈবরা! ইরি থোর্জেনা—

'... ... নোংমা অহিং অমা মহাক্কী মশা মঊ থাক্তুনা থম্বা মরুপ মপাং কয়ামুক থুংলাই পাম্লনা গৌরহরিগী য়াথং পাংথোকপা লাক্লম্মী নিতাইগী ময়ুমদা।' 'ঙাক্রা ঙমু হাৎপগুম নিতাইগী য়াইবী থবাম লোৌথোক্লে।'

নিতাই তুরে। করিগী তুই? মশক-মতৌ ফজবী থম্বালগী মপুরোইবা ওইরুবগীদমক তুবনি। ইথরি খোর্জেনা—

‘... ... নিতাইগী ইমুং চংদুনা থম্বালগী মপুরোইবা ওইবগী দগি নিতাইদা পিবা হোৌরম্মী।’ ‘... তাক্রা-তমু হাৎপগুম নিতাইগী য়াইবী-থবায় লোৌথোক্লে।’

শক হুজা ওইবীশিংগী অথোইবা লম্নি। লাইবকচাউবী কনাগুম্বীশিংগী-দদি কাল ওইনন্ত মথোকই। থম্বাল লাইবক-চাউবীনি, মশম্না ক লনি। মাগী মশক্তা মী-শা গৌরহরিগী শাবুক্তা—অনীনা ি তাই হাৎপা ত্রা! মানি। অদুনা হুজা-থম্বাল মরাইবক-চাউবনা মপুরোইবা চাবীনি। মহাক মশাদি অদু থওজবরা? থওজে। ইরি—

‘... ... নিতাইগী য়াইবী-থবায় লোৌথোবলে।’ ‘থম্বালদুনা—মচিন মেনশন্নদুনা কৃষ্ণচন্দ্রগী ময়ুম তান্না পূরকলে।’ ‘কৃষ্ণচন্দ্র মেম্বরস্ন মনাওনিপা গৌরহরিস্ন—অনিমক চংদুনা মথোইগী নিংবা থুংবা মথোয়না হাংবা ইলো হায়না থম্বালদা হাযরম্মী।’

হুজা-থম্বাল মপুরোইব-নীংবী হুপীনি ভাবুন্না খঁডী। অদুনা মপুরোইবা কায়নবদা মহাক্নুম্বী হুপী অমনা বাফম থোকপা শক্তক মহাক্নঃ লূম্না খন্দনীঁডাই করি লৈ। মহাক মতম চাদনা লুপ্রাশীংদা চনবী হুপীনি হায়বত্ত মহাক্না থঁডি। অদুনা মহাক্না অবাবা, কায়নদনীঁডোই জৈতবনা মতম্না লাক্লবদা কাযনরবমক্তদস্ন বাদবা তম্নদবনা খাই হুপী অতৈনা বানবদগী হেন্না, মহাক্না বাদনীঁডাই লৈতে হায়রুবদস্ন করি য়াদনীঁডাই লৈ! অস্নম্না পুঙমদনা বাজরবী থম্বালদা মহাকথংদগী মপুরোইবগী মথবায় মাঙবনি হায়বা তশেংনা থজলবদা করি ওইবা হোৌনৈ! লৈম্নে মৈচাক অমমকীত্ত মৈশা থাঁঙমদনা লৈরিবৈ মৈনোৎ অচৌবা অমা অমুক চাববদা

হুজা-থম্বালগী করি ওইরুনীঙাই লৈরে। মাগী লোইদনীঙাই লৈরিবরা! লোইরবীনি—মৈচাক মৈকয়রবীনি। তুরে তুনা, তুদ্রে তুদনা, কাম্রে হায়বা য়ায়বা হুজা-থম্বালগী মপুনশিনি। করিনা! মরুমক শিন্দ্রবত্ত, মউ-কংলবদা হৈপাল-লৈপালগী করি ওইনবনা নম্মি? নোংমা-নোংমগী অস্থম অস্থম কেমথরক মশানা লৈতাই-জথরগা লৈতাইনজথরে, মালংগী শাফু অমা চান্থনা লৈতুনজথরগ লৈতুনজথরে, নত্রগা তাইবংথুংফুক অমনা লৈমায় শাংনা য়াহিপ্লজথরগা য়াহিপনজথরে, নত্রবদি মথোঙমা লৈতুনবগী হৌনশা য়ুথুনা অত্থমদি মরৈজরগা মঙোন্দা অনৌবা য়েম্নীংনা শোয়দনংকু মরাক্লনি হায়রুনীঙাইদি থোইনা উদে। করিগুম্বা মরাক্লবমকত্ত থংলাকমক লাকপদি থোক্কে হায়রুবদা করি চিংনরুনীঙাই লৈগনি। শাথিনা শোক্লবী হুজা-থম্বালনি।

মতাং অসিদা ঐগী থোর্জেনা ইথিবা মরোল অমা থংহৌদনা নীংসিংলকই—

'শক-হেনবী থম্বাল—শক্না চুগা, শমগা নাগা—মায়থোংগী মঙাল থাজ ঈপোম ওইনা শন্দোক্লক্লে—কঁঙাওনবা গোরহরিদা মঙাল তারে। মঙাল্না মাগী থম্মোয় চিংলক্লে—ওল্লক্লে,—থক-থা ওলে। অপাম্বা ফাওরক্লে, মিহৌবা ইল্লক্লে, কল্লকপা লাক্লে, যেংথিবা পোক্লক্লে। মমৈদ মমৈদা শাবুক হৌরক্লে। গোরহরি ঙাওহে—মহৈদবা পল নমথেক্লক্লে। নিতাই তুরে।'

'নিতাই হাংপা কনানো? শক হুজা-ওইবীশিংগী অথোইবা লম্নি। লাইবক-চাউবী কনা কনাগুম্বীশিংগীদদি কাল ওইহত্ত মথোবই। থম্বাল লাইবক-চাউবীনি; মশন্না কালনি। মাগী মশক্কা মী-শা গোরহরিগী শাবুক্কা—অনীনা নিত্যাই হাংপা নত্রা? পুনশিগী হুংঙাই-মঙ্গাল মঙবদা,

মঙবদ হৌরকপা মতম্নি—হুংগা হুংগা ছেৎন-খাইনরকপা মতম্নি—মমাঙ-মক্তদনি—মাগী মশক্না কাল ওইদুনা মপুরোইবা যোৎপনি। হুজা-থম্বাল করি ওইরি য়েংঙু। কারে, চাক্লে, সোর মৈবা চিংলে, মিৎকী ঈচেল থকপ্রে—লোহরে, লাক্লাং চোইনা তারে। আশাদনা মীনা হিংনৈ। হুজা-থম্বালদি তমথীরবা অহিং অমগী চাক্লবা পুঙ্গোয় অমদা তাকপ্রে। হৌগৎলকথিগন্রা! হৌগৎফম থোক্কে।'

লম্মৈনা কাঙুপ্পনা রায় চৌংমায় তুফাং থোন্না চাক উৎপুংনরবী চৌংশাংগুম ঙম্না মপুরোইবা কায়নবগী মৈচাক্কে, মহাকথংগী মপুরোইবনা মথরায় মাঙখিবগীনে—অনীনা থম্মোয় থোম্না চাক কারবী, উৎপুংনরবী থম্বালগী রারবা, রাবনা পন্দোল-লোম্নবী শক্তম উবদা ভাবুক কনা পিরোয়নরোইদোবা লৈ। উৎপুংনক্লরবী চৌংশাংগা নোংদোল লৌক্লা ঈরোয় ঈরোয়ননা উৎপুং হুংদা য়োৎ অনৌবা য়েম্নৌং পোকপগুম উৎপুং-নক্লরবী থম্বালনা হুজা-ওইবীগী অরাবা থিবিক থম্মোয়হুংদা চল মমা-ওইবগী মচা-হুংশিবা-মহুংশি-লৌক্লা চা মমা-থম্বালগী শক্তমদা মচা রণজিৎ থাগোম্লনা ভাবুকী মিৎলমদা চোংথোকপা উবদা ভাবুক-ওইবা থম্মোয় কনাদা পান্দমিঁডাই লৈ! মহাকী চাক্লবা, কারবা থম্মোয়গী মৈবা-চিংলবা সোরনা মমা-নবী থম্মোয়গী মচা হুংশিবা অঙৈংবা হুংশিৎ লাংবদা মিৎলুগী তরং ওইনা শিম্বক ফমজবী থম্বালগী শক্তম উবদা ভাবুক কনা হুংবংঙোইদোবা লৈ। ইরি—

'পাঙ্গল লৈজক্রবী রাথল থেল্লবী থম্বাল মুজানা পি-ইরা শিম্বা নক্তনা অতৈ অমা তৌরমদে। মচা অপিশক অদুবু পম্লগা শিঙমদনা শিঙ্রবা মপুরোইবগীদমক্তি পি-না তর্পন শোলম্মী।' 'মথাদা কোল্লিবা অঙাং-নারাহু

য়েংলগা মপোকসিমদি লাইয়দুনা মপোক মপোক থুদিংদা মপুরোইবা নিতাইগী নত্তনা কমায়মত্তগী দুপী ওইগে হায়না নিংলগদে।'

থোর্জেনা থম্বালগী শক্তম দুজা-থম্বাল, মমা-থম্বাল অনী শক্লোয়না য়েক লাইবক-চাউবী দুজাগী প'থেননীংচাই ওইনবা মায়বা অবাববু মমা-ন-বী থম্মোয়গী মচা-তংশিবনা লাক্লফমত্ত থোকপনা লাক মমা ন-বী থম্বালগী থাকফম ভাবুক্তা থঙনা থম্লিবা ভাবুক ওইবা কনানা মহাক্কী থুংয়েক থাগৎলোইদোবা নৈ! চুম্না থম্বালবু মমা-থম্বালদ ওইনা য়েক্লম্লবদা মমা-ন-বী থম্মোয় পুম্নমক্কী শম্নমাই ওইবনা ভাবুক ওইবা থম্মোয পুম্নমক মশম্লবমক্কদত্ত মহাক্কী ফজবগী চাং অমদি থঙনবা ঙমদনা অদুম মচৎলম্লগদবনি হায়বদা কম্বি লাম্লুনিংঙাই লৈক্কগনি!

অমনা—

দুজাথম্বাল বাজয়বীমি—বাবনা পন্দোল-লোমত্তয়বীনি। মহাক্কী অবাবসিগী মরু কনানো? গৌরহরিনি। গৌরহরি থোকখিবা অবাবা ময়ম অনীগী মরু ওইবদ নত্তনা অতৈ অবাবা কয়াগী ময়মত্ত ওইরিবনি, নত্তে, অবাবা হায়বত্নমক ওইদুনা গনাক্তা থিল্লবনি। ইরি—

'থম্বালবুনা—মচিন মেনশল্লদুনা ··· মযুম তাম্না পুরকলে।' 'মীয়েক-সম্নী থাংদুনা থম্বাল মানবী থম্বালত্থ কৈশুমশ'গী বন্দিনী অমগুম মতম বানা লেল্লমী।' ····মেঘরম্ভ ··· গৌরহরিস্থ ·· মথোয়গী নিংবা থুংনবা মথোয়না হায়বা ইল্লো হায়না থম্বালদা হায়রম্মী।'

থম্বাল মপুরোইবা হাৎপা, মহাক মশাবু মৈচুরবা অমদি তত্তনা অরং-অরংননা মৈচুম্বিবা গৌরহরিবু পাঙ্গল লৈজদবনা বাখল থেংজবনা কম্বি তৌক্নবা লৈতে। মিৎকী পিনা মপুরোইবগী তর্পণ কচ্চদুনা অদুম

অহাবা 'পুন্নশি মথাঁক্তি, অহুম্মা মুজা অমা ওইবগী মফমদা য়োল্লবপদি অঙৈংবা, অমেঙবা, অনৌবনচিংবা গুণশা শকপাঙ্গনীঁঙাই হানা হানা থাঙবা মঙম্মি, পুঙমদ-পুঙমদনা অহুম মপুই। মমা-ওইবী অমগী মকাদা লাল্লকপা মতমদদি মম-ন-বী থম্মোয় ঙাকপা ঙমদ্রে। হরি—

'থম্বালনা ময়ায়ক্কু বহুদা ··· গৌরহরিহু অতম্মা থল্লম্মী। মচা অসি নৈত্রবদি থম্বালগী মপুক ওম্নবা য়াই। অহুম্মা লেপ্পহুনা অঙাং অহু মুল্লগা লমজাউদা হন্দে ক্লম্বনি।' 'থৱায়গী মনি—থৱায়গী থৱায় ওইজরম্বা মচাহু কায়নবগী মৈচাক্ল' থাংবা ঙম্মকত্রহুনা থম্বালনা অহিং অমা গৌরহরিনা তুম্লিঙৈদা থাংনা থিন্দুনা হাৎলম্লগা লোম্না ফিজেৎ হেংলহুনা চৎথিরম্মী।'

যণনাউ শোকউরবদা যণবীনা হাইদনীঁঙাই করি নৈ! থম্বাল মুজা অমা ওইনা ফংবা অহাবা পুম্নমক্কি পিরোয়ননা থাঙবা ঙম্মি। মমা অমা ওইনা ফংবা অহাবদি থাঙবা ঙমদে: মচা হাকম্নবদদি মহাকী পাঙ্গল-নৈজদবা নৈজদবা তৌদ্রে, হাথল থেঙ্গবা থেঙ্গবা তৌদ্রে—গৌরহরি হাৎলে।

থোইজেনা থম্বাল শক্লোম্ননা য়েক্কুনা মমা-থম্বালগী মচা-মুংশিবা মঙ্গুংশি কয়াদ মচু-থোক্লা পুথোকপ্রবা! মমা-··-বী থম্বলনা নাইতোম লেপ্পম্নবদা ফজফম থোকপগী ফজরবমু অম্নক মচু থোক্লদি থোক্লোই হায়রবদা করি লাম্নিংঙাই নৈগনি।

থম্বালগী পুনশিদা মুজা-থম্বালনা তুংয়ানহুনা মমা-থম্বাল য়েক্লিবা থোইজেগী থুংয়েক অসি উবদা কুশ্ম মমু, তানা য়েংহৈবা ভাবুক কনানা মহাকপু থাগত্তনীঁঙাই নৈগনি।

মমা-থম্বাল—হারাওগী পোয়োম্না মহাকপু লোম্লপ থম্বা তাবনা মমা-ন-বী থোঙফম্না মচাগী মফমদা থাংবা থোঙফম মচোন্দা মনা উৎলুবদি লায়রহুনা অমত্তুং অনীদং ফাঙবা মপুং ফানা উৎপা য়াদবনা উৎলুত্রবত্ত মবুক থম্না

চাংঙো নীক-নীক লাউনদি চেঙ্গবী লোনঘাল পাথোক্তনা লাইজ-কবোক চাইবদি তোঙকদবী ঙচেন্না থম্না চোম্না ভাবুকী মিৎলম থুবগুম মমা-থঘালগী শক্লোৎমবা পুনশিদা মচাগী হুংশিবনা থম্মোয় লোনঘাল নীক-নীক লাউনা ঙচেঙ, ঙথক ঙপোম্না চাংজোদা যৈক্রগা ঙকায়ননা ঙশাদা হম্না তাবগুম, মরক-মরক্তা হৌরকপা মচা হুংশিবগী ঙথক্তা শক্লোৎ-থোঙফম পম্মায় ফু ঙহন-ঙহম্মনা তাজরিবা খোর্জ্জনা হৈনা য়েকথোক্লিবা উবদা ভাবুক-ওইবা থম্মোয় কনা যুম্দনীঁঙাই লৈ। নীক-নীক ঙচেম্নবী তুম্নেম্না শোয়ফম-শোয়থোঙ থূদিংদা লুম্না লুনা ঙহুঙবগুম নোংদম-থীবী মমাগী থম্মোয়-থোম্না চেঙবা মচা-হুংশিবা-ঙচেম্না অপনবা শোযথোঙ কয়া ঙয়েনা লূম্না লুনা ঙহুংথোম্না ঙঙলকপা ঙথোল খোর্জ্জনা হৈনা বাহৈদা পাম্থোক্লিবা তাবদা ভাবুক-ওইবা নাকোং কনা থূমদনীঁঙাই লৈ।

থঘাল হুজা অমা ওইনা ফংঙুবা অম্নাবদি, লূমগে হায়বমথৈ লূমজসন্ত, পুজবা ঙমথি। কয়িগী! মহাক হুপীনি। জগৎ-পোকপী প্রকৃতিগী মশায়োন মঙোন্দা থাঙমদবা কয়িঙম্বা অমত্ত লৈতে হায়বদগী সর্ব্বংসহা মিথেনরিবী মালেমগী থবায়নবা শক্তমনি। অদুনা মপু'রাইবগী মথবায় লোহুনা মহাকপু লূম্নাশীংদা চহ্লনবদ নত্তুনা হুজা ওইবা মহকচং গিহৌবদগী মহাকপু কৈস্নম-শঙজনবদগী হেম্না বানা লাক্লবা গৌরহরিগী মাঙনবা কয়ি নীঁঙুবা লৈতনা হুংগী মৈচাক মিৎকী পিনা মুৎ অতুম মথাঁডি। হায়ি— '··· থঘাল হুজানা পি-ইবা শিহ্নবা নত্তুনা অতৈ অমা তৌরমদে।' অমরোমদনা, মমা অমা ওইনা মচাগী মম্নীদা ফংঙুবা মৈচাক্তি থাঙবা কৌবা ঙমজদে। কয়িগী! জগৎ কোনগে, জগৎ য়োক্কে মপুনা শকওইনরবী লৈমরেলগী মহাক শায়োম্নি। অথঙ-অউশিংনা মথোঙ থিরকপদা লেঙ-পানবা পূহগী মমা-ন-নীঁঙাই চোংথোরকপনি জগৎ-পোকপী (জগতঃ প্রসূতি) মিথেনরবী

লৈমরেলগী ( প্রকৃতিগী ) শায়োন্নি খঙনকুবদগী পোৎক্ষম ( ছায়া ) ফৌনরবী ছুপীনি। অদুনা মণজিৎ পোক্লকুবা মতমদদি থম্বালগী মমা-ন-বী খম্মোয়গী করি থাঙননীঁঙাই লৈক্লগনি ! গৌরহরি মমা-থম্বালগী মথুন্তা তুরে। ইরি—'থবায়গী মনি—থবায়গী থবায় ওইজরিবা মচাদু কায়নবগী মৈচাক্লা থাঙবা ঙম্মকত্রদুনা থম্বালনা অহিং অমা গৌরহরিনা তুমলিঙৈদা থাংনা থিন্দুনা হাৎলম্লগা··· · চৎখিরম্মী।' মণনাউ শোকউরবদা মণথৌগী চীনম চাদবা কনা লৈ।

মায়েল কৈরেংনগনবা ঙগৎনি। অদুনা অথঙ-অউশিংনা শৈশক্লরম্মী—'লঙ্কবনা রাবণ পুন্নবনা সমুদ্র'। মমা-থম্ব'লগীদগী অদু খোক্লক্ষম খোকপনা অদুম মখোক্লরে। মণনাউ-শোক্লরবা মীবুনা কনখিবা, মচা-হাকমথী মণবীবুনা মাইগনথী মিংফমবীবা ঙগৎকী মাযেনশঙগী মায়েম্নি—হক্তুনা তানবা মারোইনি। অদুনা মম'-থম্বালনা মীহাৎপীগী কাঙলুপ্তা তাদনীঁঙাই করি লৈ ! মহাক মীহাৎপীগী প'থৈদা তাক্লরবী ওইবনা অফোংবা ঙগৎকী খোঙফম লৈত্রবী মহাক্নি। লৈত্রে কৈদৌনি ! মচানা মমত্রিঙৈদা মমা-ন-বা পুনশিনা, লাইগী ওইবা খুজিল অমনা খোবঞবদি থদত্রে, খোঙলোইবা ঙম্বা ! থম্বাল অরা-অনং, অকি-অথং কোকথোং-নঘোননা থাঙমদবা মচাগী দমক অয়োনবা খোঙফম-খোঙফমবা হৌরক্লে। ইরি—

'··· ··· গৌরহরিনা তুমলিঙৈদা থাংনা থিন্দুনা হাৎলপ্লগা লোম্না ফিজেৎ হোঙলদুনা চৎখিরম্মী।' 'অঙাং খুমে হায়না পাউজেনবা অদু লৈবাক পুন্নমক থংনবনিনা থম্বালনা কোইনা খিজরকপদা মচাবু য়োকপিবা মকমদু থংজরম্মী। মরম অসিনা তোইনা তোইনা মচা উনিংবগী মরাইনা মেঘচন্দ্রখোয়গী মমুমদা মাইকুপ খিজমদুনা থম্বালনা হাওতোম্বী শাদুনা চৎলম্মী।' 'মচা চাওবফাওদি হিংখিগে হায়না লেপ্লম্মী। মচানা জ্ঞান

তারক্লবা মতমদা শক তাকতুনা ৱারী লোইনা লিয়গা শিবা ফংজরদিকো হায়না অহিং-মুংথিল অনিমক্তা লাইগী থুয়াদা ভক্তি কৎতুনা মতম লেলম্মী।'

থম্বাল মুজা অমা ওইনা আশা লৈত্রবীনি। মমা অমা ওইনা মচা থাছেৎনরবীনি। মী অমা ওইনা অফোংবা জগত্তা খোঙকম লৈত্রবীনি। মহাক্কী দমকনি হিংলিবা মচা অদুবু মচানি থাগোম্নজরুনীঁডাইড লৈত্রবীনি, অদুগা থাগোম্নজবা ফংগনি হায়বড পঙ্কন-কন্না নীংজরুনীঁডাই উদ্রবীনি। অদুনদি মাগী হিংননীঁডাই করি লৈরি! অদুবু হিংলি। করিনা! মচা মমত্রি। কন্নাদা নীংথিনা য়েকশ্নবা খোৰ্জেনা নোংদম-থীবী মমাগী ৱারবী শক্তম অমদি পুঙমদনা পুরবা মচাগী মুংশিবা!

মমা-থম্বাল মচা-থাইন-মৈচাক্সা ঙাওথিডনা মুজা অমা ওইবগী ৱাবদগী ৱারবা নৌনা মপুরোইব-কায়ন-মৈচাক নম, মী অমা ওইবগী খোঙকম কক মাঙশ্নবা মচাগী খোঙ্‌ল শীরকপদা মচাগী লৈফমদি থঙলে; অদুবু অরোনবা খোঙকম খোঙকম্নবনা মচাগী মশক উনীংবগা উগে ফংবা থোকথিদবনা মচা লৈবা য়ুমদা হাওজবী সাদুনা ৱাইকুপ শরা থিজন্না, এম্বাং থরা হেকচিন্না মচাবু অমুক্তং উজবা ফংননবা হোৎনজরক্লে, অমদি মচাবু ফোংনা নাউকোঞবগী মুংঙাইবদি ফংড্র তমত্রবা মরায়বক্লিনা লোম্না লাপ্পা নাউকোঞরক্লে। ইরি—

'থম্বালনা কোইনা থিজরকপদা মচাবু য়োকপিবা মফমদু থংজরম্মী। তোইনা তোইনা মচা উনিংবগী ময়াইনা মেঘচন্দ্রখোয়গী ময়ুমদা ৱাইকুপ থিজিন্নদুনা … হাওতোম্বী শাদুনা চৎলম্মী।'

মচাগী মশক খোরাংলবী, মচাবু করিদা শোয়থিগদগে ৱাজরবী মমা-থম্বাল মচা লৈ হান্নবা থঙজৈ হায়বদুমঙাই মচাগী মশক উবগী মুংঙাইবদি ফংজদে। কথম্বা তাঞা অচাবদা অমুক্ত উবা ফংজগদগে ৱানা ঙাইবা

হোয়রক্লে। য়াধা-মেঘ অনীনা মচাগী লাইরিক তম্বগী ময়ীদা পূকতিন্নরক্কবা তাঞ্জা অমদা খুদোং ফংহুনা মচা য়েংহৌনবা হোৎনরক্লে। ইয়ি খোর্জেনা—

'য়াধাগা মেঘচন্দ্রগা রণজিৎপু করিমতা তৌহল্লমদে। ··· অঙাং অহু চহি তরাহুমদোই চংলক্লে। মেট্রিক পাশ তৌরে। ··· মথাদি মীরৈবাক্তা তম্বা তাবনা কলিকাতাদা চৎলম্মী।' 'য়াধানা ··· মমা ওইবগী — রণজিৎপু ··· অথান্নদা থাদোকপহু ··· রানা থরুম্মী।' 'মেঘচন্দ্রনা মচাবু লাইরিক হৈহন্দুনা জ্ঞানীশিংগী মরক্তা তিনবা ফংলবদি হায়না থজরম্মী।' 'নোংমা য়াথাগা মেঘচন্দ্রগা ·· লাইরিক তম্বা চৎপসিগী মরমদা থম্নরিঙৈদা হাওহুবী অমনা করিগী লাওনরিবনো হায়না হংলম্মী।' হাওহুবীসি ··· হতৎ-তত্তনা ··· রাইকুপ থিবা ··· লাকই। মানা হংবহুদা য়াধানা বারি লোইনা লিরম্মী।' 'লাইপু তিনবু ওইনা তৌবী হাওতোম্বী অহুনা হুংশাম্বর মপী ··· হোলহুনা হায়রকহ—নখোই অনিগী নচা অহু মশক অমুক্তা য়েংগেবা।'

হুংদা লোয়া ঈচেল্লবা মচা-হুংশিবগী ঈচেম্বা নোংদম-থীবা-চাংজো ঈয়েন ঈকায়-ঈহয়না তারি—হরি—

'ইবেম্মা, ঐগীসু হচা নিপা অমা লৈজরম্মী। ··· মতম লৈবা থিবিক্তা মাবু য়েংহুনদা লৈবনি, অহুবু ঐগী পেনবদা মরাংলি। ··· ইচাদো তমথিরবা মতম কৌবা লাইনা থৎপিখ্রে। ···'

নোংমা তমথিরবা অহিংগী চাক্লবা পুঙ্গোয় অমদা মথাদগী ছেৎপ্রবা মচা, মচা মহাক্কী দমক্ক মীহাৎপফাওবা তুজুংদ্রবী, হুজা ওইবগী অরাবা হুংগাউনা মী অমা ওইবগী হুংঙাই খোঙফম মুৎ, হাওফি শেং হাওশম পু চহী তরাগা মাথোই অয়োল-পুনশি-খোঙফম খোঙফমরক্লবী মম'-থম্বাল মচা অহু উবদা নোংদম-থীবী ওইবনা মমা-ন-বী থম্মোয়গী কুম্নাং তরামাথোই কুম্নরবা মপাউ ময়েক তক্কপ্পা লোইশিল্লী—

'ইবুংঙো, নখুবাক অদু ত্তিংথোরকউ, ইমা য়েংগে।'

নোংদম-থীবী মমাগী শক্তম থোর্জেনা মমা-থম্বালদা পাল্লিবা ভাবুক কনাগী মিৎলম থ,মদনীঁঙাই লৈ, উবদা থম্মোয়না করি তম্বঙদনীঁঙাই লৈ!

মমা-থম্বাল হুংগী অরাবা হুংদা চল মচাগী য়াইফরম য়াল্লি। খুবাক মল্লি য়েংশিন্নহুনা মচাগী মহৈ চাউননবা শীল্লি। ইল্লি—

'নঙগী নচাশি লাইরিক য়াম্না হৈগনি নথোইনা লক্কা ফাহুনা থম্বা য়ারোই। কৈনো অমা তৌহুনা মহাক লাইরিক তম্বা চৎখিগনি। অহুগী শরুকপুদি নথোইনা নশানা য়াহুনা থাদোকখিবনা হেন্না ফৈ।'

নোংদম-থীবী মমা-থম্বালনা মশাগী অম্বাবা পুম্বা লোইনা কাউ মচাযু থোম্মদগী থোম্মা কানবদ শীল্লকপা উবদা মমা-ন-বী থম্মোয়মু তেংথান-রোইদোবা ভাবুক কনা লৈ!

মমা ওইবী থম্মোয়গী হুংঙাইবা কয়াগী মহুংদা মচাগী মমৌ থিবা তোমথিল ওইবা মহুংঙাই অমনি অগৎনা থঙনৈ। মচা লুহোংবা মতমদা মমা-ওইবী অমনা লাঙজবা করি অমুক হায়রুনীঁঙাই লৈ! হয়াওবনা হুংঙাইবনা ঈথরুখিহুনা মশাগা পুজবা ঙম্বা নত্তে। খুদোল লৈতাদে, থোংগুল অমতা য়াওদে, মায়গৈ-শলাই থঙদে। অমরোমদা ফুৎ অমরোমদা ফাৎ, অমরোমদনা য়া-য়া ··· পুন্নাংনি। ভাবুক্কা মরোল ফনা শুহুনঙ্গ মতম অসিগী মমা-ওইবী অমগী মপাউ তম্বা তাররদা মঙোম্বা রাহৈনা মবাক্তনীঁঙাই মরৈররোইদোবনি। অসুক লাঙজৈদনা হায়হুনা পাম্মলুনীংঙাইগা অমত্ত লৈবা নত্তে। লমগোয়বা ভাবুক্কদদি উৎনীঁঙাই পোৎলম অমত্তং লৈ। থাশিদা, থানিম্বা, থাবাল তরামাথোইনিদা ঈপাক্লা কংঙাও-ঈওয়বা উরুববা ভাবুক্কনদি মমাগী হুংদা হয়াউবা-হুংঙাইবনা ঈথক-ঈওম্নিবা. মহুগী ঈকৈ চাহুনা থোঙফম কোয়ঙাওনরিবা ফিভম থঙবা ঙমগনি। মমা ওইনা

মমা-ওইত্রবী, নত্তে হায়বদি য়াত্রবী, মচা লৈনা মচা লৈত্রবী, লৈত্তে হায়বদি য়াত্রবী মমা-খম্বালগী থম্মোয়হুংদদি নোংদমথীবনা মচা লুহোংবা তায়বদা হরাউবা হুংঙাইবনা ঈথয়রোইদবা। করি ঈথক্লদনি! ঈথক্লৈ! মহাকস্থ মচাগী ফিরাঁঙী, মমোগী ফিদম্নী। ইগি খোর্জৈনা—

'লুহোংগদবা নোংমতা ঙাইরে। হাওতোম্বীদু রণজিৎকী দমক ফৈজোম অমা অদুগা লাকদোরিবা মো অদুগীনা ফনেক অমা পুবকতুনা লাক্লম্মী।'

নোংদম-থীবী মহাকনি, হুংঙাইক্লরদুনা হায়বদি য়াকম খোল্ডবনা হুংঙাইক্ল, অসোমদা নোংদম-থীবী মহাক্কী চেক্ক্প-বাইকুপ য়োন লাঙজরবা মচাগা মমোগগী ফিরোয় নোংদম-থীবী ওইবগী হৌনশা অপনবা অমনা য়োরয়োইদবা বাখিবনা মরৈ লোমদনা মরৈ লোম ফি লাম্ফোক্লরি—ইরি—

'মরৈ-লোমদবী হাওতোম্বীনা হায়দোকপা ঙমদভুনা মরৈ-লোম্বদোনা বাদু তপ্না তপ্না ঙাংলম্মী—ঐ-ঐনা নচাগা অ'-আ নচাগা নমোগগী দমক ফি—ফদি ফত্তে—অদুবু হুংশিবগী ঐনা ঙম্বা—অমযমদা পুরকপানিনে ইচেনা ইবেম্মা।'

মমা-ওইবী খম্বালগী হুংদা নীক-নীক ঈচেম্ববা মচ-হুংশিবগী ঈচেন্দা মতম্না ঈহুমদুনা হোরকপা হুংশিবগী ঈথক্লা মথম্মোয় লোনম্বান্দা ঈয়ৈরা, নোংদম-থীবনা ঈঙাকখি লোনম্বাল লানবা ঙমদনা ঈমায় কায়না হুংগী ঈশাদা হম্না তারিবা উবদা ভাবুক কনাগী থম্মোয় পান্দনীংঙাই লৈ!

থম্বাল মচাগী দমক হুজা অমা ওইবগী অবাবা পুঙমদবা পুম্নমক লায়না কোকথোং-নম্বোনবনি হায়বা ভাবুক্লা খঁঙি। মচাগী মহাকথং গোয়হরি মথবায় লোতুনা মীহাৎপী সাবনি হায়বশু মহাক্লা খঁঙি। মচাগী মশুংলাং হাওফি শেৎপনি হাওশম পুবনি হায়বশু মহাক্লা খঁঙি। অরোনবা খোঙফমদা বানা হিং চেক্ক্প-বাইকুপ য়োন অফংবা শেম্না মচাগী কবোক

চেন, ফিরোয় তম মচা লঙ্গোঞবনি হায়বত্ত মহাক্লা থঁভি। অদুদি মচা রণজিৎ-তগী মহাক্কী ওইজনীঁঙাই করি লৈ! করিত্ত লৈতে, করিত্ত পামদে, মমা ওইবনা চুম্না মুংশিজকম থোকপনা মুংশিজবদনি। মহাক্লা মচাবু কোনশিন্দুনা মশাগী ফুংঙাইনবা য়েংগে হায়বা তৌদে। ইরি—

'ইবেম্মা রাধা, নংনা অদুক য়াম্না চিংনরিববু করিগীনো? চহি কুলোম অসিগী মতুংদা নচানম্ম মতিক চায়বা মী অমা ওইরদুনা লৈরবা অসিফাও থোরকত্ররবা মমা মপাদুবু হৌজিক অমুক কদাইদগী থোরক্কদোরিবনো?'

মহাক্লা মচাবু চুম্নদ মতুংশিজবা, মহাক্কী মপাল চাদুনা ফুংঙাইবনচিংবগী রাথল লৈতবনা রাধাদগী মচা লোগে নীঁঙদবদগী মুনবিনীঁঙাই কনা লৈতে হায়বা মমিনা শামিনা ফোঙবনি হায়বদা থোইনা লাম্লিংঙাই করি লৈরুগনি! মাগীদি মচাগী য়াইফবা উরগদ লোইজরবনি।

জগজিৎ পারী পুরী থঙদবা মচানি লৈবাক্লা ঙাঙনরক্লে। ইরি—'মী পুম্নমক অমগা অমগা ঙাংনরকপা হৌরক্লে—'বণজিৎ অসি মপা মমা মশক থংদবা থুম্লকপা অঙাংনি, রাধাগা মেঘচন্দ্রগনা য়োকপনি হায়না।' মকুমক্লা থিনা হায়রক্লে—'· কৃষ্ণচন্দ্রনা মচাচপী মণিবু কোম্লদুনা কপ্লা কপ্লা হায়রম্মী—ইপাগী ইবেম্মা, লাইবকথিবী ইচা লাক্লবরা? ইপা লাক্লেকো, ইপাবু নং রারোগম্লকো। অসি হায়রগা মমাকনিপারোমদা ওনশন্দুনা হায়রকই—ইবুংঙো রণজিৎ, নং অসি নগুণ লৈ ···, অদুগা লৈবাক্কীম্ম চাওরবা অঙম্বা অমা ওইরি। অদুবু ··· অহল লমন মশক থংদবনা নংবু মৈতৈরা পাঙলা চিংনবনা ইকুদি য়াম্না রারে।'

লৈবাক্লা ঙাঙনরকপা অমদি মকুনা নীঁঙমদবা অদুনা মরম ওইদুনা রণজিৎ মশাগী মশক তশেংবা থঙনীংলক্লে—'মহাক হাওরা পাঙলা মশক থংনিংলম্লে।' থরায়-হকচাং য়াওনা পারি-পুরি থিবা হৌরক্লে।'

মচাবু থীনা ঙাঙনবা অমদি মচাগী খোৱাংবা উবদা থম্বালগী মমা-ওইবী থম্মোয় খাঙবা য়ারক্লে, চোংথোকে নীংলক্লে—লেপ্লে। অদুবু মহাক্না চোংথোকপদা অকায়বা অমা লৈ। করিনা! মহাক মীহাৎপীনি। মহাক্না চোংথোকপা তাররদা মুৎপ্পবা মীহাৎপগী খোদোক অমা অমুক নোবা তারক্কি। অদু অমুক নোরবদা অকায়বা অমা লৈরে। করিগী! মহাক্না মী হাৎলুবা মচাগী লম্বী মুথৎথিবগীদমক্কি অদুনা মহাকী লান্দনিংঙাই মরম লৈ! মচা-রণজিৎনা কননিংঙাই রাকৎলনি। লৈবাক্কী বিচারপতি-রণজিৎ মহাকম লান্দনিংঙাই শোয়দনা কনরনি। মহাক্না লান্দবনা মপুং মরমদুনা মমাগী মরমদা মচা ওইবনা তোবা হোনবা মচা-রণজিৎনা তৌরকপদগী বিচারপতি-রণজিৎনা মহাকী মরাল কোক্লবদা ফনমক চুম্বা, কন্দনিংঙাই ওইদবা মওং ওইদুনঙ মচাগা বিচারপতিগা মশা অমতা ওইবনা লৈবাক্না মচাবু শোয়নাহফম থোকই হায়বা মমা-থম্বালনা উরে। শোয়নাইবা অমা কোক্লবা খোৱাংবদা অ.চৌবা শোয়নাইবা অমা হাপকদোরে হায়বা উরে।

মমা-থম্বাল হৌজিক্তি নুং অনীগী মরক্তা হা ওইরে। মহাক্না চোংথোক্লে মচাগী মিংচৎ থীবা তাবা তারে, চোংথোকউরে অমুক হেন্না অথীবা মিংচৎ হাপপুবদা তারে। অদুনা মমা-থম্বাল মথবায় থাদুনা মচাগী অথীবা মিংকম মুৎকে লেপ্লে, হায়রকই—

'নমাদি মীহাৎপীনি, নংনা বিচারপতিনি। বিচারপতিনা মীহাৎপী নমাবু কন্নোহ হায়না রাশক্লবদি নমা লাকনি হাই ইবুঙো।'

শিবা কিদবা থরায় কনা লৈ? কিবা ঙাক্লি। 'য়াক্কোক ছিপ্পবা কৈথা কুপ্লবা থরায় ফাওবা ঐবু শিরগদরা পাউহংনৈ' জগৎনা পাউরোনবা নত্তরা? থম্বাল মথবায় করি পাম্মুদনী ঙাই লৈ! অদুবু মহাকী মমা-ওইবী থম্মোয় মচাগী অথীবা তাবা ঙমজদে। অদুনা মশক ফোঙদুনা মচাগী

মুংলবা পাখোঙ-পুখোঙ ফোঙলগে অদুগা মথৱায় থাদুনা মচাগী মিংফম থনম্লগে নীংজুনা মচাগীদমক মথৱায় কখোক্লে।

খোৰ্জেনা মমা—থম্বালদা য়েকথোক্লিবা মমল-থিদবা মমা-ন-বী থম্মোয়গী মচা হুংশিবা মহুংশি উবদা ভাবুক কনাগী থম্মোয়দা মমা-হুংশিবা ঈথরুৱোইদোবা লৈ !

মমা-থম্বালগী হুংদা চেন্নীবা মচা-হু'শিব-ঈচেলগী ঈওং ভাবুক্লা নীংথিনা থঙলে। ঈংনা তপ্পা লৈ, তপ্পা ঈশোনদনা হন চেঙ্গবী ঈচেলগী ঈওংনি।

করি করিগুম্বদা ঈচেল অমা ওইবগী হৌনশা ঈথিল-ঈরাং লাক্লবমক্তদগী অদুম তুমিন মৱোইশিঙ্গবী ঈচেনগী ঈতানি। অদুনা মঙোন্দা মমা অমগী শক্লোল হুনা উবা ফংদে হায়রুবদা খোইনা লাম্নিঙাই লৈতে। করিনা! থক্তা পান্দম্লিবা তুওং অসি নত্তবা, ঈথক্তা ঈপোমগা ঈরাং হৌ ঈরাওখোল্লোয় ঈচেম্রবী তুথল অমা জগৎনা উনরিবা অদুগুম মমা-ওইবীগী মচা-হুংশিব-ঈচেনসু মিপাই-ঈরাং ঈহৌনা হুংশি-ঈরা ও-ঈনিম্না ঈপু-ন-বী ঈওং অমত্ত লৈরি। মদুবু মমাগী মিপাই চাউবী শকফম হায়না থঙনৈ। মমাগী শক্লোনবুদি চামথোক্লা লৈরবত্ত মপুংদাদ হায়মরিবা অনীসিদনি। অমুক হন্না হায়রুববদা মমাগী মপুংনবা শক্লোল অনীনি ; অমনা—ঈচীক্লনা ঈপু-ন-বী তুরেলগুম মচা চীক্লা হুংশিজবী শকফম অমা ; অদুগা অমনা—ঈথোম্লনা ঈচেম্রবী ঈচেনগুম মচা লাঙনা হুংশিজবী শক্তম অমা। মমা-ওইবীগী মপুং শক্লোল অনী অসি হুনা উৎনীংবনা খোৰ্জেনা মিপাই চাউবী মমাগী শক্লোল অমা সেম, রাধা মিথেনা ভাবুক্তা উৎলি।

মপুংনবী মমানা থম্বালনি অদুগা খোঙলোয়নবীনা রাধানি মথক্তা উৎম্লে। মমা অনীগী মচানা অমত্তনি, রণজিৎনি, হায়বত্ত ফোঙম্লে। মচা অমত্তগী মমা অনী পুশিন্দুনা মমা ওইবী শক্লোল হুনা উৎকনি

খোর্জেংনা থোরাংবা উবদা অরেম্বনি হায়না ভাবুরা থম্দোক্লীঁডাই মরম অচৌবা অমা লৈ। করিনা! মচা-ওইবা অমগী নাউপুনবী মমা অনী লৈবা হৌনদবা অমদি নাউপুনবী মমানা মচা সুংশিবগা অতোপ্পী অমনা মচাদুবু ফনমক সুংশিনা সুংশিরবগা মান্নগনি লৌবদা রানফম থোকপা—মরম অনী অসি লৈবনা মমা-থম্বালগা মমা-রাধাগগী শকফম্না মমাগী শক্লোন অনী-ন-বী শক্তম মপুং মরৈ নীংখিনা মফারে থম্নুনীঁডাই ফরি লৈ ভাবুক্না থম্নফম থোকই। অদুদি মহাক্না মমাগী শক্তম সুনা উৎনীংমনখিদুনা খোংগুল যাওখিদবদগী তুরেল রাংমা রাংমা লেঙ্গোন্ননি নীংবগুম হেক্ত মহোৎনরুবরা! নত্তে। করিনা!

সুপী-ওইবীগী মপুং-ন-বা শক্তম মমা-ন-বীনি; লৌথুপ্নদবা থম্মোয়গী তুররীংবা 'ইমা' মিঙ্গৌ তাবদা সুপী-ওইবীগী মমা-ন-বী থম্মোয়না মিকপ থোক পাউথুমদবা লৈতে খোর্জেংনা থঁডি। ঈবম চাম-চামদা অতিয়া মমি তাবগুম জগৎ-পোকপী প্রকৃতিগী মমা-ন-বী শকফম্না চুপী-শাগৈদা তাই মহাক্না উই। অদুনা মহাক্না রাহোদা লেঙদবা মরোল অসি রারীগা চুদ-চুনবা রাহৈ মওংদগী থরদং লৈশিল্লপ তৌবা রাহৈ শীজিন্নদুনা উৎলি। ইরি—

'.... মেঘচন্দ্রগা রাধাগা রারি শার-শারদুনা লাক্লম্মী। ... অম্নম অম্নম লাকপনা কাওবম লৈরক মপা য়োয়ক্লে। .. অঙাং অমা কাফৈ কাফৈ চৎলম্বা উই।' 'অঙাং অদুনা রাধাবু উবদুদা ইমা ইমা হায়না কৌরদুনা হোৎচল্লক্লম্মী।' রাধানা অঙাং অদু কোনশল্লম্মী। লৌথৎতুনা পল্লগা রাধানা হায়রকই—করি তৌরম্মী নংদি সিদা।' 'অঙাংনা মরোল ইখোই-খোইনা ময়েক্তি শেংদবমথৈ অম্মম্না থুম্লম্মী—ইমা ঐ অসিতা তুমইঃ।'

থক্কীসিদা য়াওরিবা 'করি তৌরম্মী নংদি 'অসিদা' অদুগা 'ইমা ঐ

অসিতা তূমই' হায়বা ৱাহং-পাউথুম অনীসিনা ভাবুক্কী পানগী মরোল্দ নত্তনা মুংগীমক্তু পী। কয়ম।

চহী অনীয়োমদা ঙাইবা অঙাংনা অময়দা লৈরম্বা উবদা ৱাধা-মেঘ অনীমক কোকচাউবি কায়—ইরি, 'মরুমদগীগা থোরকপা অত্থগা অঙাংত্থনগা মতম চাদবমথৈ লৈরম্বত্থুদা মেঘগা ৱাধাগা অনীদো লাইর-করিনো হায়না মবুক্লিং থুক লাউরম্মী।' অঙাং অত্থনা ইমা হায়রক্লবদা হৈগ্গে—ইরি, অঙাং অত্থনা ৱাধাবু ইমা ইমা হাযনা কৌরত্থনা হোৎচক্লম্মী। অদুদদা ··· মথোই অনীচু ··· ··· হন্থরম্মী।' হন্থবগা ৱাধানা অঙাং কোনশল্লম্মী।' কোনশিনবগা পময়থক্তুনা হংলম্মি—ইরি, 'লৌথৎতুনা পম্লগা ৱাধানা' হায়রকই—করি তৌরম্মী নংদি 'সিদা?'

থোক্লিবা থবকশিং অসি ঙহাক মিকুপ থরদংদগী মতুংদনি হংবগী করি কাম্ননীঙাই লৈরি। থবক্কি পন-নাইদবা ওইবনা চাওশীনফম থোকপগী চাউশীনগ্রবক্তু ৱাধাগী হৌরুবা চিহ্নগী হন্থরকপা থোংফম থোক্লিবা থবকী থোঙফমগা মান্নরমগনি থনবদি জগৎকী ফিভম্না ময়বদা ৱাগনি। মরোল অমদা হায়রুরগা ৱাধাগী চিহ্ন ফনমক থুনা হন্থরক্তনক্তু থোক্লিবা থবক্কী মতুংদদি মশাগী ফিভম ওইনিঙাই লৈতে, তানিংঙাই মতম ফংদে হায়বা ভাবুক্লা জগত্তা পান্দুনা থবদং থম্বদা য়াদনীঙাই লৈতে। অদুগী মথক্তা থবক্তুগা শাগোন্নরিবা অঙবপা অদুগী কোন্ননীঙাই লংজিল অময়ত্তু ফংদ্রি, অত্থম মঙকফম থোক্লি। অত্থনা ৱাধাবু থোঙ্জল পংত্তো-তাবা ফিভমদা মহাক্লা উরুনীঙাই কবি লৈগনি। ওইবিবা মঙং অসিদা মহাক্কী মচীন্দগী করম্বা ৱাঙাং তানীঙাই ওই? অঙাং কোনবগা লোয়ন-লোয়মন'—মপুরোইবা অপান্নানা য়েংলে য়েংলে, য়েংদ্রে য়েংদ্রে—'করিনোনে তৌরিসিবো'গা হায়বা গওংনা হেন্না পন্নদরা! অদুবু মহাক্কী মচীন্দগী অথঙবা ওইনা

লোনীঁঙাই ওইবা ৱাহং 'কৰি তৌরম্মি নঙদি 'সিদা' হায়বা তাম্ন। অমরোমদনা—মমা মশক যুম্না থঙফম থোক্লবা, মমা মনম নীংথিনা থঙননীঁ-ঙাই মতম ওইরবা, ঙহাক ঙাওরুত্রনা মীয়াম্দা মমা ওইরবোই কোল্লুরবত্ত লাম্নরে খোঙ্গুল তানিংঙাই ওহরবা চহী অনীরোমগী অঙাংনা থোয়জংনা থুম্লি—'ইমা ঐ অসিতা তুমই'। ওইরিবা মওং অসিগা চুনবদি অঙাং অত্নুনা কপ্না হোৎচিল্লকপা অমা নত্রগা মমানি মমা নত্তে খোঙ্গুল তারে তানা তাদ্রে তাদনা মবুক মুংশি থঙদে ফুংঙাই থঙদে কপ্লবা অমা—অসি নত্রা! অত্নবু কপ্তে, কপ্লদে। অত্নুনা খোর্জেনা থবক্তী থৌওং লাকশিনবা ঙমদত্নুনা শোয়বরা নত্রগা তৌগে হায়ত্নুনা মতৌরিবরা হায়বা ৱাথল অমা ভাবুক্কী থম্মোযদা পোক্কই। শোযরবদি শোয়রে, শোয়বা নত্নুনা ইগে ইবা ওইরবদি করি লৈ মহাক্লা খম্বরকই। ৱাথলগী লংজিন থিনা থিনা 'ইমা' গী লামায় মথং মথং চাম্বরকপদা মচা-পোক্তবী মচাগী ফুংশিবা থঙদবী ফুপী ওইবী অমনা মীচা অমা য়োকপদা অয়োকপী অমনা অয়োকপা অমা কোনবনি হায়বা মতাং মতাংদা ৱায়ীগী পোয়োম্না নীংসংহন্দুনা নীংসংবা নত্তনা থক নীংসংবা লৈক্লদবা, অমরোমদনা অযোবপী মহাক্কী মফুংশিনা মমাদ-মমাগী মফুংশিগী থাক পায়খিত্নুনা থুম্লবা মমা ওইবী থম্মোয়গী মচা-ফুংশি ঈয়ানা ঈয়ীননা শিম্বরক ভাবুক-ওইবা থম্মোয ঈপান্নকপা, মওং উবদা খোর্জেনা মহাক্কী ৱাহং-পাউথুম অনীদা কিন্নিবা কিশিগী মকি থঙবা ঙম্মকই।

মমা-থম্বালগা মমা-ৱাধাগা অনীবু খোর্জেনা থাকফম অমত্তদা হৈনা থম্মি। শ্রীমদ্ভাগবত-না শ্রীকৃষ্ণগী ৱারীদা ঈশ্বর মহাক মশাগী ওইবা যোগমায়াগী মায়া মওং অমা উত্নুনা শ্রীকৃষ্ণ-পোকপী দেবকীগা শ্রীকৃষ্ণ য়োকপী যশোদাগা থাক অমত্তদা থমত্নুনা শাম্নবগুম, 'ইমা' দা খোর্জেনা মীগী

ওইবা, মীগা নীংথিনা চুনবা মায়াগী লাং অমা সেমদুনা রণজিৎ-পোকপী থম্বালগা রণজিৎ-য়োকপী রাধাগা অনীবু থাক অমত্তদা থমদুনা শক্লোল-অনী-ন-বী মমাগী শক্তম্বু নীংথিজনা ভাবুক্কী মিৎলমদা পুথোকই।

রাধা অহানবা 'অমা' দা ভাবুক্কা মপুরোইবা মেঘগা কৈথেল কুম্মিন্নবদা থেংনৈ। মহাক্কা লম্বী অচিকপদা মপুরোইবগা ভাজনরকপা 'রেঃ, ঐদি কাউবু কাউই, ভসাইদু তাদা চাউবথোয়গী মমাগী ফিরোয়গী বার্ডন তৌরম্মী' নচিংবা রাজাংনা মহাক অসি নৌদ-নৌরিংবী চুপীদি নত্রে হায়বা তাকই; মপুরোইবা নৌনা শকথজনা ফুংশি ফুংহানবদগী তাইবং-মহুলাম্নবী চুপী-ওইবীগী খোজফমদা লৈত্রবী চুপীনি হায়বা উই; তাঙ্গা অমত্তং ফংবদা পাউরৌনৈ হায় নত্রগা পাউরংনৈ হায় ফুংশি-হেদৌ-পাউথজনগনবী চুপীগী থাকফম ভুংওইনরবী চুপীনি হায়বা থঁজি, মযাইকাবা পোৎলম চিঙ্গাংরবা মীনা অম্তম অম্তম হৈনগ্রগা মযাই লায়না পুথিবগুম ফুংশি-ফুংজোল কুইরপ শকথজনরবী, ফুংশি-ময়াই পুবা হৈরবী চুপীনি হায়বা কোঁজি। চুপী-ওইবীগী খোজফম অসিরায়দা চুপী-ওইবী অমনা করিনা খ্বাইদগী হেন্না পাগৈ? চুজা থম্মোয় নীক-নীক ঙৈচোন্নরবা মপুরোইবা ফুংশিজবা মফুংশিবু মচাগী মশক ওইনা পুথোক ফুংশি থুদোল কাজনীঁজি। পহিবা মতাং অসিমত্তদা খোর্জেংগী মপাউ কয়া কয়ানা মমানবী-থম্মোয়-মিকপ-খোন্নবী চুজা রাধানি হায়বা তাকই—মেঘনা 'রাধা ঐখোই অনীগী ইচা লৈতে হায়বা উরদুনা লাইনা পিরক্লবনি' হায়রকপদা মচা পাক্লবী রাধানা ফুংজাইরদুনা নোকচৈ। 'মেঘগী রা অদুদা মখোইনিমক নোকমিন্নরম্মী য়াম্না হরাউনা'·· অসিনচিংবা কয়া কয়া ইরি। শম্না হায়রবদা রাধাবু মচা পামযম থোন্না পান্নবী চুপী অমা ওইনা খোর্জেনা ভাবুক্কা উৎলি।

অমরোমদনা, রণজিৎপু চহী অনীরোমগী অদুরায়দা, মথক্তা পনক্লবা

'উরুমদগী চহী অনীরোম ওয়বা ....' নচিংবা বাহৈনা থম্মি। চহী অনী হায়র্বাসগী মঙ্গংদা মরোল অমা ফুম্মি। হায়রিবা মতাং অসিদা অঙাং ওইবা অমনা থম্মোয় খুদিং হুবা মতম্মি। ইচা থঙদে মীচা থঙদে, মতম তাংক্ষম অসিগী অঙাং উবদা ওনশিল্লুরবা থম্মোয় অদু মীগীনি হায়বদা বানিংঙাহ ওইরবা থম্মোয় মতানি হায়রুবদা পঙলাল লাল্ল নিংঙাই লৈত্রবা বাফম্মি হাযবা ভাবুক্কা জগত্তা হাইফেত্তুং ওনশিনবদা য়াদনী ঙাহ লৈত্রবনি। মীপুম খুদিংগী থম্মোয় লায়না হুবা ঙম্লবা অঙাংগী থোঙফম মতাং অসিদা অঙাং অদুনা মশক্কা অমুক ফজরবদা করি ওইবা হৌনৈ! পুমহু হুবা নত্তনা করি ওইনাংঙাহ লৈ। থোর্জেনা ভাবুক্কা উৎলিবা অঙাং অসে মীনা মিহৌননিংঙাহ পুমত্ত ওই মশক ফজৈ, মশা ফৈ অদুগা মপোপ মতাংগু ফৈ—হরি—'য়েং উ অঙাং অসি মশক কয়া ফজপ্রবনো, মশানা কয়া ফরিবা! মপোপ মতাংনা চানা পাল্লিবা!'

মতাং অসিগী অঙাং মওং অসিনা রাধাগুম্বী মচা-পোক্কবী, মচা-পান্নবী হুপী-ওইবী অমগী মক্ষমদা ওইগদবা মওং অদুদি মরোল-হুরবা ভাবুকশক্ত ফোঙনী ঙাই বারোল ফংদবদগী বাংনা শাংনা মহা ওইনা পামপ্রবনি—বারোহশিনবা নত্তনা করি তৌনিংঙাহ লৈগনি হায়রবদা ভাবুক কনা য়ারোইদোবা লৈ!

অমরোমদনা রাধানা অঙাং পাম্বা, অমুক অমরোমদনা স্বর্ণজিৎনা মশক্কা মতৌগা মপোপকা মতাংগা লাকপা—অনী অসি থেংনরবদা অহানবগীনা হুংশিক্ষম থোক্কনা হুংশিথিবা অদু থোর্জেনা মপান-গরু তানবা হৈনা অমুক শীল্লকহ। স্বর্ণজিৎ মশক্ত ফজবা নত্তনা মরমচৎ ফজৈ, মহৈ হৈ, মমাবু লুনা তৌই, মশাগী চহীনা কুন হুবফাও অযোকপী মমাবু অপোকপীনি অদুম থঁডি। মহাকী অপোকপী অমা লৈরি হায়বা ফেরেংনবা

রাথল অমা কাপ্পবনা মহাক্না অয়োকপী মমাদা অপোকপীদা চৎফম থোকপা অহুম মচৎলি। অহুনা নোংমা নোংমগী রাধাবু ক্রক ক্রক ফাজীলকই। রাধাগীদনা মচা অহুম পোকহল্লে। নাম-শোযবন অৱেবা নামদা পাজল পূন্না ফংনবগুম মচা অতৈ অমা পোক্কবনা অৱেবা মচা অহুদা য়োরঙাই তুংশিফম থোকপগু পোরঙাই নীংতফম থোবপগু ১মুংশি অনীমক পূন্না অহুম মহাপল্লে। রণজিৎনা নৌনা লাক্লন্দুনা মথোঙ কাউবা, রাধানা কনামতনা নীংসংৱিরদবদগী অয়োকপনি নীংসংথিদবা অনীসিনগু মমা-সাবী রাধাগা মচা-সাবা রণজিৎকা অনীগী নীংনবা থোঙফমদা থুরো অমত্ত চেংথিদবনা মমানা মমাগী মচানা মচাগী মশক ফোঙনবদা অপনবা কৌবা থেংনদে। অস্থম্না থোজ্জেগী মায়ানা মমা রাধাবু মমা-থম্বালগা থাকফম অমত্তদা থম্মি।

ৱারোই অসিনা তেন্দানবন৷ ভাবুক কনা কমাগুম্বনা পেন্নদবা য়াই। শলপ্পা হায়রবদা রাধানা মচা পাম্নবা মতমদা রণজিৎ ফংবা, ফংঙ্গ্রিবা মতম্না তুংশিনরবা মতমদা ফংঙবা, অহুগী মথক্তা মশক ফজনিংঙাই, মরমচৎ ফজনিংঙাই মাবু লুনা তৌনিংঙাই, মহৈ হৈনিংঙাই, মমা অতোপ্পা অমা নৈ হায়বা থঙদনীঙাই—মরম কয়ানা মহাকপু পুক্নলকপা অদুগা অমুক অমরোমদগু, মহাক্না মচা স্তকপোক পোকখিদবনা মঙোন্দা লৈবা মমা-ন-বী থম্মোয়গী মচা-মুংশিবনা য়েম্বোক্লীঙাই মওং লৈতবা, মহাক্কী তুংশিবগী লম্বীদা থুরো অমত্ত চেন্দবা—অনী অসিনা রাধা অপোকপীমক নত্রবগু অপোকপীগা অপ্পা ওইনঙাই ওইনা রণজিৎপু তুংশিনীঙাই ওইহুনা মুংশিবদগী অপোকপী মমা থম্বালগা মহাক্না মহাক্কী (রণজিৎ) মরীদা অমত্ত ওইনা অহুম থোরঙাই থোক্লে। মমা-রাধা পীবুক্কুংমক্কী মচা ফংদ্রবগু মহাক্না মহাকপু (রণজিৎ) তুংশিক্নবনা নোংম নোংমগী হেনগৎলকফম থোরঙাক

থোকপদগী মশক-মচু অমুম অমুম ফুদোক-ফুদোরক মমাদ-মমাগী থাকফম্মক ময়োবে লৌবদা পঙলাল লাম্লিংঙাই উদে। করিনা! অসিগুম্বা মওংদা পোক্তবী কন্নানা অপোকপী ওনবা জগত্তা য়াম্না উনৈ। ঈশিং থৌরাংবা চংকৈনা ঈশিং থক্লু্রবগু চুনবা হৈরম অমা চাবদা ঈথৌলাংবা কোকপদ নত্তনা ঈশিং অমুক নীংসঁঙ্বা তৌদমা তদেক তদেক লম্বী থোঙফম্নবগুম, মচা-পাম্বী রাধাগু নীংথিবা রণজিৎ ফংলবদা মচা-পোকচদবা নীংসংবা তৌদনা মপুনশি-থোঙফম্নরবীনি লৌবদা পঙলাল লাম্লিঁঙাই লৈতে। অদুগা অমুক অমনা, শিঙ্গাংনম্রবা শাজৎ, থঙলে থঙনা থঙদ্রে থঙদনা, অদুম ঽচৎনদ্রা? রণজিৎ-হুংশিবা রাধাগী শিঙ্গাংনরবা শাজৎনি। মঙোন্দা মহাকপু হুংশিজবা অসি ইচেন অদুম মচেন্নরবনি। মমা-ওইবী থম্মোয়দা মচা-হুংশিবা ঈচেন্দ চেন্নহুনা লৈবহু রাধাদা থোক্লরবনা মহাকপু নাওপু-ন-বী মমাগী থাক্তা থাজৎলুবদা পঙহেল হেজিন্নি'ঙাই করি লৈরুরনি!

অসুম্না মমা-থম্বালগা মমা-রাধাগা অনীনা শক্লোন-অনী-ন-বী মমাগী শক্তম মুনা য়েক্কে নীংবদগী থোর্জেনা অনীবু থাকফম অমত্তদা থমম্রবদি মমাগী শক্তম মপুং-মরৈ ফারোই হায়বা উদুনা অনী অসি হুংমান্নবীনি হায়বহু ভাবুক্লা উদুনা বাথল-কৈরেং-চম্মুরদনা বাম্নী ভুংইম্নদবা বাহৌদা বিশি কিবনি হায়বা ভাবুক্লা উবা ঙম্মি।

মুপী থুদিংমক মিফম ওইবনা প্রকৃতিগী মমি ইতা মত্তারবগু তাররিবা ঽিশকতি মান্নফম পঙথোক থোক্তবনা অযাম্বদা মান্নদে। করিগী! অত্তিম্না মম্নিনা ঈরম থুদিং তাফম থোকপনা তাররগু ঈওং ঈওংগী মতুং ইন্না মিশক মিযাও থেন্নদ্রা! অক্লবদা লুনা, অনৈবদা নৈনা, অথকপদা থক্লা, অঈংবদা ঈং.1 ... ভাদ্রা? মুপীগীদগু অদুমঙাই। কনাদা লুনা তাই, কনা 'মদা নৈ.1 তাই, অমুক কনা'মদনা থক্লা অদুম মতাই। অমরোমদনা মুপী পীওং

মান্নবা মফমদদি ঈওং মান্নবদা অতিয়াগী মিশক তিন্নবগুম প্রকৃতিগীশু অদুম মমান্নৈ। অমুক অমনা, মনম-চেনবী পৃথিবীনা মওং অমদা মহাক মশাগী হুংশিবা মনম ফুদোক্লবশু মওং অমদদি মনম হুংশিক্লদনা অদুম মফাওবগুম হুপী-ওইবীগী মমা-ন বী থম্মোয়শু মওং অমদ. হুংশিনা অদুগা অমুক অমদনা হুংশিবা-খণ্ডনা অদুম মফাওই। মওং অসি লৈবসিনা খোর্জেমা রাধাগী থম্মোয় থম্বালগীগা অন্না ওইবা মওংনি হায়বা খণ্ডনবা বাহৌদা থোওংগা চুনবা রাঙাঙদগী থরা হেঙ্গিল্লপ থম্বনি হায়বদা ভাবুক্না য়াননিংঙাই ওই হায়রুবদা পঙহেন হেঙ্গিন্নাঁঙাই করি লৈরি!

মতাং অসি য়োম্নবদা থক্কা ভাবুক্না চিংননিংঙাই মরম অচৌবা অনী উৎখিবা—(১) নাউপ্‌-ন-বী মমানা মচা হুংশিবগা অতোপ্পী অমনা মচাহুবু ফনমক হুংশিনা হুংশিয়বগা মান্নগনি লৌবদা রানফম থোকই অদুগা (২) রাধা-অঙাং অনীগী রাহং-পাউথুম 'করি তৌরম্মী নংদি 'সিদা' 'ইমা ঐ অসিতা তুমই' অনীসি খোওংগা চুনদে—অনী অসি কোক্লনীঁঙাই ওইরে হায়বদা ভাবুকী করি য়েৎননীঁঙাই লৈরি!

খোর্জেনা লেঙদবা অচুম্বা মরোল অমদি হৈনা সেম্নবা শোগৎপা মরম কয়া উত্তূনা মমা-থম্বালগা মমা-রাধাগা অনীবু থাকফম অমত্তদা থম্বদা য়ারোইদোনিংঙাই অমদি য়াদনিংঙাই মরম লৈতবনা, অদুগা মমা-রাধাদা পাল্লিবা শকফম্না চুম্নবনা মহাক্কী 'ইমা' দা য়েক্লিবা মমাগী খুৎমেক মপুং মরৈ ফাকম থোকপদগী নীংথিনা ফারে রারোইশিনবদা হেঙ্গিল্লিংঙাই করি লৈরি!

মমা-রাধা—

সিপাই-জাউবী মমাগী শকফম্নি। মরোন্দি? মচাগীদমক্ত সিপাইবী

মমা হায়বনি। মচাবু কদায়দা শোয়খিগদগে, কদায়দা মাঙখিগদগে, কদায়দা ভৎনখিগদগে ... নচিংবা হুংশিংবগী লোয়চেম্বা অকিবনা মপুং-ময়মহুনা পুক্নীং-হকচাং-য়াহৈদা মমা-ন-বী থম্মোয়গী হুংশিবা ফোঙ-দোকপনা শিঙ্গাংনবী মমাবু মিপায়জাউবী মমা হায়কবদনি। খোর্জেনা মমা-য়াধাগী খোঙথাং খোঙফম থূদিংদা মিপাইনবঃ ঈরাং অমা ঈচেন্দ চেয়হন্দুনা মমাগী শক্লোন'সিমগী মপুং মরৈ ফায়বা শকম ভাবুকী মিৎলমদা থিল্লিবা ঙক্লা নীংথিজে।

ইরি—

'... ... রণজিৎপু য়াধানা মনাক্তগী করিগুম্বা মতমদা লাইরিক তম্বা কাবা নত্তনা কদাইদম্ব অমতা থাদোক্লমদে।' 'য়াধানা ·· রণজিৎপু ল্লম অথাপ্পদা থাদোকপচ্ছ য়াম্না ৱানা থল্লম্মী। মপুরোইবগা অতুগীদমক য়েৎনরম্মী।'

থক্তা ইরিবা অসিদা অহানবগীনা য়াধানা মচা কোনবগী ৱানি, অতুগা অকোনবগীসিনা মচা মেট্রিক পাশ তৌরহুনা কলিকাতা চৎপা তারবদা য়াধানা চৎতনবা ঙাঙবগী ৱানি। অনী অসিগী অফ-ফত্তগী ৱাদি ঐথোয়গী মিৎয়েংগা মরী লৈতবনা ঐথোয়না মচা পঙফুংদ মফুংশিজবী মমা অমগী মঙংদা লৌথত্তুনা য়েংলকপদা মচাবু লাকখিগদবগুম অমদি কায়দ কায়নয়গ-বগুম মিপাইবা মঙং অমা ঊরিবা অসি ঊবদা ভাবুক কনাগী থম্মোয় মুন্দনী ঙাই লৈ।

মসিদি সূত্রপাত-তনি। খোর্জেনা য়াধাদা পাল্লিবা মিপাইজাউবী শকফম ঊবদা মিপাইবা হায়বদুমকী শকফম্মক্লি হায়না ভাবুক্লা মমদনী ঙাই লৈতে। মতাং তরামাথোইদা গৌরলীলা য়েংবদা নিমাইনা মমা শচী থাদোক্তুনা লম্বোইখিবদা মচা রণজিৎনা মহাকপু অতুম থাদোক্তুনা

চৎখিবা থোক্লবদি হায়রবা রাথন্দদা মিপাইখিবদগী রাধানা ওইবা ফিভম থোর্ক্জেনা তম্লি—

'...রাধানা লীলাদমুক মচানিপা রণজিৎ-তমুক য়েংহনা মকোকতা কোকচাওবী ফুং-ফুং কারম্নি অদুগা মিৎলু অনীদগী মপান নাইহ্রবা পিগী ইচেন অমা শিন্থরম্মী। রাধাগী জ্ঞান মাংবা হৌরক্লে; শচী দেবীনা লৈমাইথক্তা "হা নিমাই, হা নিমাই..." হায়না থরো থরো ওল্লম্মী, রাধানা মকোক থক থক নিকপমথৈ য়েৎ ওই হাঙ্গি-হুন্নম্মী ... ...।"

কয়াদ মিপাইপ্রবী মমাগী শকফম্নো! উবদা ভাবুক-ওইবা থম্মোয় কনা শোদোক্লোইদোবা লৈ! অসিগুম্বা শকফম কয়া কয়ানা 'ইমা' গী লামায় হুংশি-পিরোম্নরবনি হায়রুবদা হেক্তিমী ঙাই করি কৈ ত্রবনি হায়রবা অপাবা ভাবুক্লা হেক্ক মথঙলগদোবনি!

থোর্ক্জেনা হুংশি-ঈতপ্লবী মমা-বঙ্গাল অদুগা হুশি-মিপাইনবী মমা-রাধা অনীগী শকফম্না শক্লোম্নহনা য়েকথোক্লিবা মপুং-মরৈ-ফারবা মমাগী শক্তম্না ভাবুকী থম্মোয়দা মমা হুর্নশিবা ঈহৌনহনবদ নত্তনা মহাক্লা মহাক্কী বারীসিদা পুরিবা বাপু, হাপ্লিবা মরোল অমদি শান্নরিবা মশান্ন য়েংবদা অঙকপনি! মহাক্কী বারোল অমনা ভাবুকপু লোঙদবা অচুম্বা অমগা শকথঙনহল্লি; মহাক্কী থূৎশিল অমনা মহাকপু মঙদা মঙলোল মঙহনবা ঙম্মি। মরোল অমা ওইনা হায়রুরগা মহাক্কী বারী অসি পাবদা বারীনা পীবা হৌনবা মমুংঙাই অদুদ নত্তনা অতোপ্পা মঙগী মমুংঙাই অমগু পী; মহাক্লা সেম্লীবা মহাক্কী বারীগী জগৎ অসিগী তুংয়ানবা জগৎ অদু মহাক্লা ভাবুক্তা বারোল অমনা নক্রগা থূৎশিল অমনা তরং তরং হেক ফাওহল্লি। জগৎ অদু উবদা ভাবুক্লা মুন্দনিঙাই ইরৈ লৈতে।

'ইমা' গী বাহৌদা রাধা-অঙাং অনীগী বাহং-পাউথুংদা থোর্ক্জেনা

কিরিবা কিশি মতাং চানা থোকপ্রে। কিশি অদু থোক্লকপা মতমদা ভাবুক্ত ভাবুক-ওইবা থম্মোয় অমনা মুংঙাইথিবা মওং অচৌদি মতম্না চাদবনা কোঙখিদ্রি। ঙকফম-থোকপী রাধানা ঙক্তনা 'কবি তৌরম্মী নংদি 'সিদা' রাহংলকপা অদুগা কপফম-থোকপা, অঙাংনা বপু না 'ইমা ঐ অসিতা তুমই' পাউথুন্নকপা তাবদা ভাবুক্না করি থল্লি!

'রাধা মচা পোক্কে। মচাগী মুংশিবা মহাউ থঙদে। কাফৈ চৎপা রণজিৎনা 'ইমা' কোনবদা মহাক কয়িগী মিপাই! 'কবি তৌরম্মী নংদি 'সিদা' মিপাইনা মাবু করিগী কোল্লি! রণজিৎনা করিগী নীঁঙাইদনা মাগা লৈ!' ভাবুক্না থল্লি। অসুম অসুম থম্বরকপদা রাথম্না মহাকপু জগৎ অমদা চিংডি। জগৎ অদুদা রাধাগা কাফৈ-চৎপা রণজিৎকা অনীনা ঙাঙনবা অমদি য়ানবা মহাক্না থেংনরুই।

মুংগী রাধানা মুংগী কাফৈ চৎপা অঙাংদা হায়— রাগনু ঐ মুপীনি; জগৎ-পোকপী প্রকৃতিগী ঐ শায়োন্নি। ঐগী ইমিং হমা কোই। ঐবু শকথঙবা মীগী অরাৎপা লৈতে। ঙসি, ঐনা রাধা ওইনা লৈরম্বসিদা নঙনা ঙকপনি। ঐ নমানি, নঙ ঐগী গর্ভদা হম্না হম্না পোক্লবনি। ইমানি মুম্না য়েংঙু।'

পুনশি-থোঙকমদা শব ওং-শক্লোল কয়া বয়'দা থেংনবনা শকফম অরেপ্পা থঙনবা ঙম্মন্ত্রবা মুগী ওইবীগী অরেপ্পা শকফম উরকপদা ভাবুক্তী করি ওইবা হৌনৈ!

অশিনা লোইরবরা? লোইবা নত্তে। 'ইমা'দা মপুং ওইরিবী থম্বালগী মপুনশি থোর্জেনা রারীগী পোয়োম্না ঙম্মাই অমনা সূত্রপাত-তা লোইশিল মতুং অমনা থুপচিল, মতুং অমত্ত ভাবুক্তা মউৎলি হায়বা নীংসিঙ্গবগী করি কাম্ননীঁঙাই লৈরি! অয়োনবা থোঙকমদা মহাকপু থম্বনা মঙোন্দা

অফোওনবা মচা-মুংশিবা হাপ্পা য়াদবদগী মহাক্না মুংদা চেনলিবা মচা-মুংশিবগী ঈচেন্দা মহাক্না (খোর্জে) ফল্গু-গঙ্গাগী শক্তম পীদুনা তূখলদ মথম ঈচেল লোৎলবগু নুংলোল চন্না চেনগ্রবা ঈচেলবু অদুম ভাবুক্না তরং তরং উহল্লি। করম! মহাক্না (খোর্জে) মপান্দা শান্নহল্লিবা য়াধাগী শকফম্না য়োনা নীংথিনা য়েকথিবনা মহাক্না মতৌ-মওং অদুমক্না থম্বালগী মুংদা চেনলিবা ঈচেলগী মওং অদুম মফোঁঙি।

য়াধাগী থম্মোয়-পাল্লবা মিপাই-য়াহৈ, মহাক্না মুংশি থুন্নবা পিগী চদুম অমনা রণজিৎ-পোকপী লাইবক-চাউবী থম্বালগী শায়োল—মুজ'-থম্বাল অমদি মমা-থম্বাল—অনীনা মচা-রণজিৎকী মমক্ত লম্নায়দবা পুনশিগী তাংথক্লবা খোঙফমদা ঈন্নরকপা, চিংনরকপা—মমা-থম্বালনা খোচফম খুদিং মুজা-থম্বালবু ঙমজরকপা, য়ানা নমদা পো, চেৎনা মুংদা চল পুজরকপা ভাবুক্না মাঙদা তরং তরং তশেং তশেং অদুম মতাই। অদুনা শক্তম অমদা শক্তম অনীগী কুন্মে অদুম মউই। য়ারী পানা পানা পানগী জগৎ অমগী মর্মি অদুম মফাওই। জগৎ অদুদা থম্বালগী সূত্রপাত-তা লোইশিনথিবা অমদি খোর্জেনা থুপথিবা পুনশিগী শরুক ভাবুক্না ঙক্না মুংঙাইনা অদুম ময়েংঙি।

কুন্মে ময়োল অনী তানা য়েকপা খোর্জেগী খুৎয়েক উবদা ভাবুক কনা মুন্নোইদোবা লৈ!

অহুম্না নীংথিরবা খোর্জেগী 'ইমা'দা মহাক্না শাগোন্নবমক নৎলমত্রবগু শাগোন্নবমি হায়না লোবদা পঙলাল লান্নিংঙাই ঙইত্রবা অচৌবা দোষ অমা লৈবনা ভাবুক্না মুংঙাইবগী ঈচেন্না ঈপন্দনীঁঙাই লৈতবা অমা হেক হেক থোকই।

ইরি—

'রাধাগা মেঘচন্দ্রগনা রণজিৎপু করিমত্তা তৌহল্লমদে। মখোইগী পুনশিগী আশা পুম্বা রণজিৎতা থমদুনা মাবু মী ওইনবত্তা হোৎনরম্মী। বাহৈ থুম্লবা ঙাংবদি লাইরদুনা মবুক্তা ফাওবা থনবা হৈক্তম্রবা রণজিৎপু রাধানা মনাক্তগী করিগুম্বা মফমদা লাইরিক তম্বা কাবা নত্তনা কনাইদম্ভ অমত্তা থাদোক্লমদে। অসুক রাম্না লুনা তৌজরম্মী অথুনবা মচা অদুবু।'

থকী 'সিদা অহম সুবা বাহৈ-পরেং 'বাহৈ থুম্লবা ঙাংবদি ... ... থাদোক্লমদে' অসিগী মরোল অসি ভাবুক্লা করি থমফম থোকই! মসিগী মরোল অতাবদি 'রণজিৎ হায়বা অসি বাহৈ থুম্লবা ঙাঙদে; ঙাঙদবদ নত্তে, বাহৈ অথুম্বা ঙাঙবগী বাখল ফাওবা থনবা হৈতে' ওইদনাঁ ঙাই লৈরিবরা! মহাক বাঙাং-হুংশিদবা, বাঙাং ফজবা ঙাক্নে বাখল তৌকদবা অশোয়বা অচৌবা অমা লোয়চেম্লম্বা অঙাং তাম্রিবরা। অমরোমদনা—লেংলিবা বারেংনা হায়নাঁ ঙিবা মরোল্দি মৌবানৌনা অথুনবা মচা অদুবু থম থেংনা লুনা তৌজৈ। অথুম্বা বাহৈদ মঙোম্দা ঙাঁঙি। মহাকপু মখোয়না অথুনবনি, অপোকপা নত্তে হায়বা থনবদা মথবাম বাগিথিবদগী অদু থঞ্জবগা ভম্বা নত্তে, থল্লদে' অসিনি হায়বা ভাবুক্লা মমৈ-মকোক ফানা য়েংঙকপদা য়াদনাঁ ঙাই ববি লৈ!

মওং অসিদা ভাবুক্তা করি ওইবা হোটৈ। অৱাবনি হায়না বারোইশিন্দনা করি তৌনিঙাই লৈ! অৱাবমক্কি অৱাবা।

থকী মশোয় অসি নত্তবা অশোয়বা মওং অমগা মরক মরক্তা ভাবুক্লা হেক হেক থেংনৈ। মৈতৈগী চৎনবি বাতাদা মশক্তা শোয়বা অমা, নত্ত্রগা শীজিন্নফমদা ওন্নবা অমা, নত্ত্রগা মশকমু শীজিন্নফমভ ইরাল লান্নবা অমা থোর্জেজগী বারেংদা শোয়থিবদগীনি থঙদে, চোকশিন্দবদগীনি থঙদে হেক হেক চঙবা উই।

ইরি—

'শচীদেবীনা লৈমাইথক্তা "হা নিমাই, ইমাগী নিমাই" হায়না থম্মো থম্মো ওলম্মী, রাধানা মকোক থক থক নিকপমথৈ য়েংওই হাই-হুম্নম্মী।"

থক্কীসিদা শীজিন্নখিবা, 'মকোক থক থক নিকপমথৈ' হায়বা রাচল অসিদা 'মকোক' কী মফমদা 'মচৈ' ওইফম থোকই হায়বা মৈতৈলোন মুন্না শকথঙনবা ভাবুক্তা য়াদনী ঙাই করি লৈ! কম্মিগুম্বা 'মকোক' অসি অস্থম থমগে নীংলবদা 'থক থক' না 'ফৎ ফৎ' ওইরগা 'নিকপা' গী মফমদা 'হাইবা' লাক্কদবনি হায়রুবদশু মহাক্তা য়াদফম লৈনি ঙাই করি লৈ! অদুনদি 'মকোক' থম্লে 'মকোক ফৎ ফৎ হাইবমথৈ' হায়না, নত্তদুনা 'মচৈ' না শিল্লে 'মচৈ থক থক নিকপমথৈ' হায়না লৈরবা তাম্মে। অদু লৈরখবদা শীজিন্নফমদা অকায়বা অমুক থোরক্লে। কন্নিনা! অহানবগীনা অনা-মৈচাক পুঙমদবনচিংবদা, অদুগা অকোনবগীনা অহল-ওইব-পুনশি থোঙফম-থোঙফম্নরবা মীওৎ তাকপদা অমা লৈগা অশাউবগী মৈনা মশা ফাঙমদ্রবা শকফম থাবদা অমা শীজিন্নৈ। অদুনা শচীদেবীগী অবাববু মশাদা থোক্লগদরা ফুংশা থীদুনা মিপাইবী রাধাগী শকফমদা পানবদা চুনফম থোক্তবরা ভাবুক্তা থন্দনী ঙাই করি লৈক্লগনি! মহাক্মক্তা চুনবা ফিভমদি শচীদেবীগী মথল্লায় শোক্লবা মচা থুকৌ অদু তাবদা মহাক্কী মমা-ওইবী থম্মোয়দা থুক লাউবা অদুদগী মহাকম্ভ মহাক্কীদোনা (শচী) থোক্লম্লবদি থল্লুবদা খায় লাউবা, অদুগী মতুং ইনবা মত্তু চুংবা, মশা নিক্লপ তৌবা, হেন্দ হেঞ্জিনশ্রগা হীকথরকপা রাম্বরকপনচিংবানি হায়রুবদা ভাবুক ওইবা অমনা জগৎকা পাম্নদুনা য়েংঙকপদা লাল্লি হায়গনি হায়বা উদে।

অদ্রিগুম্বা অশোয়বা কয়া কয়ানা ভাবুক্কী হুংঙাইবগী ঈচেন্দা পন হেক হেক ওই। মশোয়শিং অসিগী মরীমথোঙ মাম্না ফাক-ফাক্ নুনা লাইরিক

চাউহল্লবনা থোইনা কান্ননীঁঙাই লৈতবদগী অসুম মরোইশিনবনা ফয়ে লোইশিল্লবনি। অদুদা বায়ম অমত্তংদদি নীংসংননীঁঙাই ওই! গুরুনা শোয়রগা শিষ্যনা শোয় হায়না জগৎনা পাউরৌনবনা মহু থোক্তনবা ফিদমগদোৌরিবা থোর্জেনা থন্নীঁঙাই ওই ভাবুক-ওইবা থম্মোয়না শ্রদ্ধবা ওমদে।

অসুম্না অশোয়বা লোয়চেন্নরবত্ত থোর্জেগী 'ইমা' মশানা নীংথিজরবা লাইরিক অমা ওইবনা মহাকী নীংথিবা করিমত্ত ময়েং তাদে। মায়হিং থাংভি হায়দুনা থাজনা পুক্লীং হুদবা লৈবরা! মৈতোল মমমি হায়দুনা মৈনা ভান্দবা লৈবরা! অনংবা মুক্তৈ হায়দুনা মশানা ফজনা পোক্লবা শকক্ষয়া তাবা লৈবরা!

লাই-য়েকপা, শৈরেংবা, শৈশকপা—অহুম অসিগী মিৎয়েং অমত্তনি; অদুনা খুথোক চপমান্নে। অহানবনা কৈদোই? লৈই শমজিন্নদুনা জগৎকী শকক্ষম অমা য়েকই। অনীস্থবনা কৈদোই? ময়েক লেংদুনা জগৎকী শক্লোন অমা পুথোক্কই। অহুমশুবনা কৈদোই? খোম্বাং লোনদুনা জগৎকী শক্তম অমা পাম্বোকই। অদুনা তুরি থওদে, থোর্জে থওদে, খোনক্কম থওদে ভাবুকী মিৎলমদা শকক্ষম অমা থিনবনা মথৌনি। মরম অসিদগী ভাবুক্ত ভাবুকী মিৎয়েং পানগী লৈইদা, ময়েক্তা, খোম্বাংদা থমদে; মথোয়না শয়দুনা, লেংশিন্নদুনা অমদি লোনশীন্নদুনা ওইররিবা শকক্ষম অদু থি। ভাবুক্তা মুন্নরিবা নত্রগা নাতোল নাকচি কাঙনরিবা শকওং অদুদনি।

'ইমা'দা মমা-থম্বালগা মমা-রাধাগা অনী চুংশিন্নদুনা থোর্জেনা পালিবা 'মমা'গী শক্তম জগৎকী করম্বা শক্লোন্দা পালি? উপাকীদা পানবনি!

ভাবুক! উপাক উকররবরা? উকরগা নীংসংনসি, উক্ত্রিবা থোক্লগা

লীগে তাসি। ঈশিংগী লম-নি। ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্লি। য়েংঙু-য়েংঙুবা মায়গৈদা ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তনি। পাক্লা তাম্না তা, লাপ্না তাম্না শন, অম্নম শন, অম্তম অম্নম শনখি নোংথক নোংথা অনীনা চীক্লোক্লকম য়ৌথিবা ঈশিংনি। মতমগী য়াওল থোঙথাং থূদিং ঈপোম ঈয়োম্নবা ঈশিং ঈপাকনি। মতম মতমদা ঈওল্লি; অমুক অমুকম্ন অকিবা ফংনা ঈওল্লি। নক্লা ঙৌই, তাম্না শংঙি, শংনা ঙাঁঙি, ঙাঙনা ঙৌই। কনানা মহাক্কী নীংথিজবা থাক্লগনি!

মচা-মুংশিবনা নীক-নীক ঈচোল-ঈপোম্নরবা, মতম মতমদা মুংশিবা মহাক্লা ঈওলক কঁঙাও-খোঙযম্নরবী, লুবদা ঈয়েপ-ফংদ্রবী, পাকপদা ঈপাল-নাইদ্রবী মমাগী শক্তম খোৎজেনা য়েকথোক্লিবা মুংশিবনা ঈওইনরবা ঈপাক্মক্লি হায়বা ঈপাক শকথঙনরবা ভাবুক্লা খন্দনীঁঙাই লৈতে খন্দবা ঙমদে।

নৈননীঁঙাই মরু ওইবা পুম্নমক নৈনরে। হৌজিক্তি, 'ইমা' কয়বা থাক্তা লৈ হায়বতুমত্তং লেপ্লগা লোইশিনবা য়ারে। অদুদি 'ইমা' করিগী ই অমদি করি চেললি?

মালংগী মালংচৎনা ফুপী-শাগৈবু নিপা-শাগৈনা তালোয়-খোঙযম্নখিবদগী অমম্বনা কুপথিদ্রনা মখোয়গী অয়েপ্পা শকফম কাউথোক্লরকপদগী শান্নপোৎকী পংথৈদা থমদ্রনা মখোয় মশগী অমদি ফুপী শাগৈগী মাঙননবা লম্বী ম্নাল অকাবা লম্বী কক্লবা জগত্তা ফুপীগী অয়েপ্পা মমানবী শকফম উৎপনা খোৎজেগী 'ইমা' গী মরু ওইবা মরম্নি হায়বা ভাবুক্লা থক্তা হাইগত্তুনা হাইফেত্ত য়েংঙকপদা খঙদনীঁঙাই করি লৈরি? মাখোয় ফুপী শাগৈবু মুংশিনরিবা মমুংশিসিদনা থম্মোয় থূ[illegible] থুম্বৎখি কাউজন থীরবা জগত্তা

মমাগী মচা-মুংশিবা শকফম উত্তুনা মুপীগী তশেংবা ও মপুংনবা শকফম মমানবীনি হায়বা খোর্জেনা পাউজেলবনি হায়বদা করি লান্নি ঙাই লৈ!

অদুনা, মুপী জগৎ-পোকপী প্রকৃতিগী মশায়োম্নি, জগৎ তানংবগী দমক তালোয় খোঙফময়বা তারবশু মহাক শায়োন্নফম (জায়া) নি হায়বা দর্শন-না তাক্লিবা অথুপ্পা লেঙদবা মরোল অসি কাউদনা, মহাকপু শকাউরগা মাঙননীঙাই ওইবা, শকথঙনা চৎলগনা লেঙদবা মুংঙাইবগী মপু ওইনিঙাই ওইবা মুপী-ওইবীগী মফমদা চৎনফম খোকপা অথঙ-অউশিংগী খোঙ্গুল য়েংনা চৎননবা 'ইমা' না ভাবুক-ওইবা মফমদা পানগী জগৎকী রারী অমনা তুংয়ানরিবা মুংগী জগৎ উৎপনি হায়বা থঙদনীঙাই লৈবরা!

মওং অসিদা 'ইমা' গী থাকফম অমুক হায়রুনীঙাই করি লৈরি! মসিবু সাহিত্যগী অরাংবা থাক্তা থন্নোইদোবা জগৎ কনা লৈরুগনি।

---

# শীতলজিংকী রোহিণী

রোহিণী—

ইথা  শক ১৮৬৩ গী অহুবাইদা ইবনি।

ফোঙবা  শক ১৮৭০ গী অহুবাইদা অহানবা হুমিং উবনি।

মওাম্নব: মৈতৈ-সাহিত্য লৈকোলগী অসেবা বারী পরেংদা মওাম্নবা লৈপাম্লি।

মওং  মচেম-ওইবী অমনা মৌপ্বা-ওইবগী মফমদা থাংবা খোঙফম্না মপুংনবা বারীনি।

মীশক  মচেমগী খোঙফমদা রোহিণী, অদুগা মৌপ্বাগীদনা মোহন খোর্জেনা থম্মি।

নোনা মমা-মপা-কায়নবরা মচিন-মৌপ্বা অনীগী নোংদম-খীবা উংলিবা পুনশি-খোঙফমদা, লৈশাবিবী মচেম্না মপাগী ওইবা বাথলপুথা মরম তুংওইননা অঙাং-ওইরিবা মৌপ্বাবু জগৎকী ওইবা অবাবা অনংবা, ইকাইবা চুংশিবা, মায়থীবা চুংথীবনচিংবা খুদি কয়া খুরোননা য়াম্বি লমগনবিগুম পুনশি চুপ্না মমা-ন-জবা খোর্জেনা উংলি।

মীরমদা মমা-মপানা থুপগ্রবদা রোহিণীনা পীক্লিবা মৌপ্বা মোহনবু পুন্থনা মমা-মপাগী শাংফম-হৌফম থিরকপা, অহানবা খোঙদাফম অমত্তং ফংগদরা হায়ন্থনা মপাগী মরুপ চাউম্নাগী মফমদা চঙজকবদা মমাম্না খুবা, পুকচেল-চাউবা গোপালনা থোং সান্থনা ওকপা, থক্ত-তথা মৈম্নি-শাজংনবা গোপালবু থাদ-তথা ঊশিং-শাহমবা নীপা-হপী কয়ানা মখোয়গী বাথম্না

নুংফম ওইনা মওং লাক ঈথিল তৌরকপনা পূকচেল ফজরবী গোপালগী মুপী ইবেমহন্না মহৌশানা ঈচেল-তপ্পী তুরেল্লা মতমগী ঈবাংনা ঈঙেল-থাদা ঈঙাওননা চেনবগুম ঈশৌনরক, মতুংইনবা ইমুং মরাং হৌ থোঙফম লৈত্রবী রোহিণীনা ঈচেল ঈরোয়নবী বাঙশীংগুম থোঙফম কোয়ঙাওনরবপা, কাওশীংনা তোরৈ মুংহন্নবদা পনবগুম চীংলমদা থোৎকুগীদা হাও সাঙনা লৈরকপা, মশাগী অরাবা মুঙ্গাউননা লাপ্পা মোপ্‌াগীদ রাংল হৌ মচিল-মোপ্‌া তিন্নদ্রিফাও লেংবা ··· ··· পূন্নমক অসিগী তুংয়া ওইনা লৈবাক্কী ফিভমগা থোর্জ্জেনা হৈনা উৎলি।

থোর্জ্জে মশাগী 'ইমা' শকথঙনরবা ভাবুক্কা 'বোহিণী' জ্যামিতিগী

**মমি** উপপাদ্যদা অনুমাননা ইনবগুম মহাক্কী (ইমা) তুংইনবনি হাযবা মহাক্কা (ভাবুক) থঙদনীঙাই লৈতে। করিনা! 'ইমা' দা রণজিৎ-পোকপী থম্বালগী শক্লোল অনীদা মমা-থম্বালনা মুভা-হম্বালবু থোঙথাং-থূদিং নমবা উৎ, অদুগা রণজিৎ-মোবপী বংধাদা মমা-ন-বী থম্মোয়গী শকফম ফোঙ মুপী-ওইবীগী মপূংনবা শকফম মমা ন-বীনি উৎখিবা লেঙদবা অচুম্বা অত্তুব 'রোহিণী'দা নহা ওইবী মচেম অমনা মোপ্‌াবু মচা-ন-বা উত্তনা অমুক্কা হেন্না তরং তরং পুথোকপনি হায়বা ভাবুন্না য়াদনীঙাই করি লৈ।

থোর্জ্জেগী লোলগী মরমদা মথক্কা উপ্রবা মহাক্কী 'থাদোকপা' অদুগা

**লোল** 'ইমা'গদা নৈংবা য়াবগথৈ নৈনখ্রে। চন্না ফজে, লায়না লূই। মসি পূংয়ান য়েংলকপগী বানি। নাক য়েক্ত শেৎন-ফাক্না যেংঙকপদদি লোলনা ফিরেপমক পূমতা তাবর্মাক্ত থোক্তিবনা থরা থরা তাউরপ চৎপা মউই। মতুনা লোলগী মপূংদা পঙশোক শোক্লুবা নক্তে হায়বত্তুদি মথক্কা ইখ্রিৎসিনা অতুম মতাক্লে। য়ান্না শাংনা মতাং মতাংদগী লোথক্তুনা

উৎনরুবনদি লাইরিক্কী মশাদ পঙচাউ মচাউথিবা, অমরোমদনা উৎনরিবছুনদি কান্নবগী শরুক্তা লাইরিক মশা চাউথোকপগী শরুক্কা থোংমান্নবা ঙমগদোবা উদথা অসিদগী 'রোহিণী'গী 'ে' দগী তেল্লবা রাঙাং মচা অমত্তুং লৌথত্তুনা থক্তা পন্নথিবা লোলগী তাউরপ তৌবা ফিভম অদু উৎলগা অদুম মরোইশিল্লি।

গোপাললনা আসাগদগী রোহিণীগা মোহনগা পুতমা থুংলবা মহাক্কী ফপী ইবেমহলনা মঙোন্দা রোহিণীবু কনানো অদুগা মোহনবুনা মচাক্কা (রোহিণী) পোকপরা হংলকপদা মহান্না (গোপাল) খুল্লকপা রাকমদা থোর্কৈজনা ইরি—

'নত্তে' মহাক্তি লৈশাবী অঙাংনি ·····.'

থক্তা লৌথৎলিবা গোপালগী পাউথুম অসিদা থোর্কৈজনা কোঙনী ঙিবা মরোল্দি 'মহাক্তি রোহিণীদি লৈশাবী মযুম-পান্দ্রিবী অঙাং মচামত্ত তান্দ্রিবীনি' অসিনি হায়বা ভাবুন্না রারোল য়েংঙকপদা থঙদনী ঙাই লৈতে। হায়রিবা মরোল অসিগী মতুং ইনফম থোকপনা মহাক্কী রাচল অসি '·······লৈশারিবী অঙাংনি' হায়গে হায়বমা নত্রগা তেনশন্না '··· লৈশাবীনি' লোইশিনগে হাযবমা—অনীগী মরক্তা অমা ওইফম থোকই হায়বা থরদং খহুছুনা য়েংবদা য়ারোইদোবা কনা লৈ! মতুমক নত্রবদা, 'নত্তে, মহাক্তি অঙাং লৈশাবীনি' ওইফম থোকই হায়বা মৈতৈগী লোন শক মুন্না থঙবা কনানা য়াদনিংঙাই লৈ। করিনা। রাচল অদুম চক্ববদা 'নত্তে, মহাক্তি মচা পোকক্তিবদ নত্তনা মযুমফাও পান্দ্রিবীনি' হায়বা লোইহেলবা ভাবুন্না থঙদনী ঙাই লৈতে।

মিংথোল মিংথোলদা করি থোইদোবপা অকায়বা লৈতে। রারীগী মপুং ওইবী শকফম রোহিণীনা মিংথোল ওইবদা করি চুদনী ঙাই লৈবা হোনৈ!

'রোহিণী' শুর্বা ভত্তনা থোকপা য়াবা অমদি থোক্লবা মীওইবগী পোরোল পুনশি-থোঙকম অমনা মরম্লবা ৱারী জাত্তা অসিবু সামাজিক উপন্যাস হায়না কৌনৈ। অসিগুম্বা মথলগী ৱারী অমগা চুনবা পোরোল মত্তা মসিদা নীংথিনা অঙ্গম লৈবা উই। মরোল অমা ওইনা হায়রগা থোর্কজনা মাগী 'রোহিণীদা শীজিবা পোরোল ৱারী মওংগা চুনবনা ফজবগী পংথৈদা চঙ্গনিংঙাই লৈতে।

তেথাউ মীপাচা ময়ক্তা মপী মপা লৈত্রবী রোহিণীনা মোপ্‌না য়োকপা ঙম্মরোই নীংদুনা মৈতৈ মপাচাগী লম তাল্লকপা, লম্বীদা গোপালগুম্বা নীংথিবা নীপা অমা থেংনদুনা লম্বী অনানবগী চৈত্ত অমা ফংলবা, মপাগী মরুপ চাউস্লানা লায়চৎনরম্বা উবদা দু'জেংবা, পুকচেল চাউবা গোপাল-রোহিণী অনীনা তিংবা মুংশি-তোরোৎ-থদানজবদা মীনা চিংনবা অমদি গোপালগী মুপী ইবেমহল্দা ঈথিল তৌবা, মহাক্তী ইমুং মরাঙ হৌরকপা, রোহিণীনা মহাকথং মীগী ময়ুম কায়বা তারে কিদুনা মোপ্‌না থাঙমদনা থাদুনা লোৎথিবা, ইবেমহল্লা নীঁঙম্মক্তবা, মমৈদা খোঙযম মতা চারদুনা গোপাল-ইবেমহন-মোহনগা রোহিণীগা থেংনব'—পূরক থোবপা য়াবা অমদি ভত্তনা থোক্লবা থৌওং ঙাক্লি।

'রোহিণী'দা মপুং শাল্লরিবা শকফমশিংদা থোর্কজনা করি কয়থা মরোল, অমদি করি কয়থা কিদম ভাবুক্তা উৎলি?

## রোহিণী—

লৈশাবীনি। মোংজু-থাগী তুরেলশুম নৈনা, ঙাওনা চেনগদবা পুনশি মতাংনি। অদুবু চেন্দে। মোপ্‌নাগী ৱাখল্দা লূপশিদুনা মী অমা ওইবগী অশোনবা লৈথা-ভম্বা ৱাখল মঙোল্দা চঙদে। করিনা! মহাক চহী

মতাংনা নহা-ওইবা পুনশি খোঙচৎপদা লৈরবত্ত মমা-লৈত্রবা মৌপ়া মোহনগী মমা-রাক্তনবগী রাখন্দা মহাক মমা-নর-বীনি। মহাক লৈবনা মোহন্না মমা লৈত্তবগী অরাবা লৈতে। মচেমদা মগা-ওইবী অমগী মচা হুংশিবা মহুংশি অদুম ফংবনা নোংদম-থীবদগী মমা-নৌনা-কায়নবা খোঙচৎপদা তানা তানা মমা লৈতবা থওদনা মপুনশি খোঙকয়ে।

রোহিণীদা মম'-ন-বী শকফম কৈদগী লাকই? হুংদগীরা নত্রগা পান্দগীরা? হুংদগীনি। করিগী! পান্দগী ওইরম্লবদা তুঙ্গোইননীঁঙাই করিত্ত লৈতে। কাক্সা রাহোং ফনমক মাম্না সাক্তুনত্ত মঙোন্দা রাহোংগী রাহোংচৎ লৈত্তবনা খোংঙকপদা কাক কাক খোংঙি জগৎনা পাউরৌনদরা! মনানা হৈমাং সাবদা ওইবা মাদবগুম মঙোন্দা মমা-ন-বী শকফম্না হৈরমত্রবদা মানিঙাই করি লৈ। মরোল অমদা হাংক্রুরগা মনম লৈরগা হৈপাক লৈবগুম মারমচৎ হৈবা রোহিণীদা মমা-ন-বী থম্মোয় লৈ হায়বা থওদনীঁঙাই করি লৈ।

খোর্জেনা মহাক্কী 'ইমা'দা র'ধাদা মমা-ন-বী শকফম উত্ত্না চপীগী মপৃংনবা শকফম মমা-ন-বীনি উৎখিবা অচ হন্না মচেম-ওইবী রোহিণীদা উত্ত্না ভাবুকী মমিৎ পৃস্পাঙ পাঙননবা থৌরাংবনি হায়বা থঙোহদৌবা কনা লৈরি!

## গোপাল—

নহানি। মহাক্না রোহিণী মিতাদফম লৈত্তবরা! অত্তুবু মঙোন্দা খোর্জেনা অশোনবা পৃ'ফম অত্ত পীদে। মঙোন্দা মহৈদ হৈবা নত্তনা লাইত্ত থঙবা শকফম অমা হাপ্পি। মরম পৃমমক্তা মহাক্না শাম্নপোৎ ওইনবা যারবা রোহিণীবু মচম্মক্তি হায়না লৌত্তুনা, অমরোমদনা, মহাক্কী

তালোয-খোঙফম্নবী ইবেমহন্দদা মহাক্তী নহা-ওইবা খোঙফমগী অরাম খোরাংবা প্ন্নমক কোক্লহুনা নোংময-নোংমগী পুনশি খোঙফয়ে।

খোর্জেনা মহাক্তী লাইশু খঙনা মহৈ হৈরবা গোপালগী শকফম্না ভাবুক্তা চুপী ওইবী শাগৈদা বরগা শাজৎ চৎকদগে হায়বহু উৎলি হায়রুবদা কনানা য়াদনিংঙাই করি লৈরগনি!

শারমচৎকী অমম্বা জগত্তা খোঙফম্নরবা মৈত্রবাক অমদি জগত্তা চুপী শাগৈগী অরেপ্পা শকফম পুখোক্লুনা মখোয়গী চফমদা খোঙ্গুল তাবা খুদিংমক্তা ইকাইখুম্নবা খোঙফম থাংগদোর্বনি হায়বা উৎলরবগী দমক খোর্জেনা মহাক্তী 'রোহিণী' ইবনি হায়রুবদা বরি লাম্নিংঙাই লৈরগনি।

রোহিণী নীংখিজবা লাইরিকনি। ভাবুক-ওইবা অমনা মসিগী লামায় মথং মথং লাম্বরকপদা শবখঙনরদ্রবদি খঙদ্রে খঙংরম্বা খোরুবদা অরিবা মৈতৈ সাহিত্যগীনা চৈচিং রোলগী পিবোযনরবা 'খম্বা-থম্বু' মতাং অদুগা বঙ্গ সাহিত্যগীনা থম্মোয় চীন্নরী ঙাই ওইরবা 'লোহার বাঁধন' নীংসং-লোইদোবা লৈতে। সুরেন্দ্রনা মহাক্তী 'মিলন মন্দির' দা বঙ্গ-সংসারগী শক্লোল অমা লাচন্দুনা অরা-অনং, ইথিল-চুংথিল-নাচংবা সংসারগী ওইবা ঈচেল কয়ানা চেন্নখি লমথাইনররবা মচীল-মনাও প্নম্বু তৎনবা যাদ্রবা মুংগী মুংশিনবগী লীচিং অমনা চিংশিল্লক্লুনা লূনা খোরাংনা খংবুল পুনশিল ভাবুক-ওইবা থম্মোয়দা ফোংঙমদ্রবা মংঙাইবা অমা পীবগুম খোর্জেগী রোহিণীনা পী।

শম্না হায়রুরবদা অরিবা মৈতৈ সাহিত্যদা 'খম্বা-থম্বু' না অদুগা বঙ্গ-সাহিত্যদনা 'লোহার বাঁধন' অমদি 'মিলন মন্দির' না ওইবগুম অনৌবা মৈতৈ সাহিত্যদা রোহিণীনা ওইরি।

রোহিণী অরাংবা সাহিত্যগী থাক্তা চন্দনিংঙাই ওইদবা লাইরিক্নি।

# কোইরেংগী কপালকুণ্ডলানুবাদ

থূমাবা মৈতৈ থোর্ঞ্জে থরনা মবূকথোক্কী ওইনা ইবা ঙসি ফাওবদা মঙাল উরবা অমদি 'মৈতৈ-উপন্যাস' হায়না মিঙ্খেনবা য়াবা লাইরিক্তি মাঙদা উনখ্রিবা 'মাধবী' নচিংবা মঙা অমিনা লোইরে। মঙা অসি নত্তবা অনুবাদ তৌবা উপন্যাস অমত্তু লৈরি। বঙ্গ-সাহিত্য জগত্তা সাহিত্য-সম্রাট মিঙ্খেনরবা বঙ্কিমচন্দ্রগী ফাওরবা 'কপালকুণ্ডলা' গী অনুবাদনি। শ্রীকোইরেংসিংহ বি, এ, সব-ডিপুটী ইন্সপেক্টর অব্ স্কুলস্, মণিপুর ষ্টেট-না তৌবনি। মসি মৈতৈ ঐথোয়মক্কী তশেংবা ইপোৎমক নত্রবস্তু ঐথোয়গী সারবনিনা মসিগী মরম চিথবন্নবদা ইরিবা লাইরিক অসিমক মপূং ফাদবগুম থোকপা তাবদগী লানম্-লোমদা বারম থয়দং ইরি।

ঐথোয়গী লাইনিক্লিগা লৈনবা মরীমক্তি মশাগা মত্তে, অনুবাদগনি। অদুবু লাইরিক্কা বঙ্গ-সাহিত্যগী লৈতেং'মা ওইবা, তুংগীনা যুগ-সাহিত্য ওইহৌগদৌব'মা ওইবা, ঐথোয়না অহের ৎম্বাল খূদ্দুগুম থোকপ'মা ওই-বা—পুয়র্ক্লনা লাইরিক মশাগী মশক, মতৌ, মওংনচিংবা থিক্তং উৎপনা চুম্বরা উংলি অনুবাদগী সমালোচনা—শৈহৌ মমাংদা তেম্না শম্না থরদং।

### কপালকুণ্ডলা—

বঙ্কিমগী উপন্যাস পরেংদা অনীশুবনি। নোংম নোংজু অহিং অম্না মহাক্কী যুমজিদা কাপালিক অমা নোং থুপ্লবা উবদগী ইথিবনি। মশাগী চহী কুনগা তরেৎ, নীপাল হায়রকপা অদুরাইদা ইবনি অদুবু ফজবদি থেংডি। পীথোরকপা থোর্ঞ্জেগী অয়োবা থাকী অঙকপা থূৎসেম'মা

ওইবনা হৌমিল্লবা সাহিত্য পয়েংগী লৈতেং ওইবদ নৎত্তনা তুংগী অা তুংপুন্বগী নীংথিবা যুগ-সাহিত্য ওইমু তম্নকপা লাইরিক্লি।

নায়িকানা মপুং-চৎপা, মহাক্কী মিংথৈনা মশাগী মিংথোল ওইবা লাইরিক্লি। কপালকুণ্ডলা লু অকংবনা নাম্লিন ওইনা শিবী হুপী হায়রবনি। লু অকংবনা লৌক ওইনা শিবা কাপালিক্কী বৃত্তিনা মহাক মশাগা শাগোম্নফম থোকপী, মতুগী দমক কোল্লিবী হুপী'মা ওইবনা মহাক্কী মিংথৈ অমসুং মতৌ অনৌগা চানা থোল্লুবনি নায়িকাবু কপালকুণ্ডলা। মিংফম অনৌসিনা শিবদুর্গাগী অকিবা শায়োন ভৈরবভৈরবী অনৌবুস্থ অদুম মখণ্ডনবনি। মথোয় কাপালিকশিংনা উপাসনাদা "শিবোহম্" শিবনি ঐ হায়না চৎপনা উপাসনাগী শরুক চাউনা হাপিবী, পুক্ষ'গী পে চেঙ অচৌবা অমগী মশক ওইরিবী হুপীবু শিবানীগী মশক পুই হায়নস্থ খণ্ডনবনি অদুম।

## কাপালিক—

শ্মশান-কালী-নীংবা মীওইনি। জটা পুই, কৈ মউল শেৎলি, মংগী উৎনা তিলক তৌহ, মশাদম্ন তৈ। রুদ্রাক্ষগা লু অকংবগা লেংদুনা লৌক শি। লু অকংবগী পাত্র শীজিন্নৈ। তন্ত্রগী বামাচার চৎপা বামমার্গী হায়বদুনি। মথোযদি পঞ্চ মকারনা পূজা তৌই। মৎস্য (ঙা), মাংস (শা), মদ্য (যু) মুদ্রা (খুৎকী খুৎওঙ, খুৎলোল) অমসুং মৈথুন (হকতিম্নবা) মঙাসিনি পঞ্চ মকার হাযরিবা পুজাগী শোয়ফদবা পোচ্চঙ। অমাবস্যাগী নোংয়ায়-চবুক-লোনবদা মোংফমদা তৌবা কালী পুজানা কাপালিকশিংগী থুায়দগী অকনবনি, অথোইবনি। কৎলি, কৎপা তাই অসিদদি মী বলি; কৎলি, কৎপা তাই মীগী শা, ঈ, শদোং। কায়দনবা, শোয়দমবা ঙমথৈ হোৎননৈ মথোয় লোইনবা। মীকোক চাম্বগা নীপাল

অমাবস্যা চান্দগা নীপান্দা বলি কৎপা হেক ওৎদা অষ্টসিদ্ধি ফংঙি, লাইগী থাক্তা ক্যায় থাজনৈ। মখোয় কাপালিকতা মুংশিবা মরীক্ম চংদে, মরীক্ম পক্কে। তমথিবা মথুবাংগী তমথিবা থাজ্জী ময়াদা মকোক কেল্লবা অশিবা মশাক্তুদা কোম্না ফম অশিবা মশাক্তুগী জঁ, শা কোম্না কৎ, মশাগী অপাম্বা ফংনবা, কোম্না তানবা ওমা মীশক্তি। মখোয়গী মিৎয়েং পান্দম, রাথল ফিদম, পুনশিগী অর্থ মরোনা অমদি মতুং ইনবা মচৎনা মীরক-তিনবা মাত্রবা; মীরয়েনগী রাংমদা—চী-মান, তু-খোং, উমং রামং, লমজাউ লম্মাংদদা চাক্তা-মাতা-ওইরবা তমথিরবা মীশক অসিগী অকিবা হংগোইবা শক্তম, পীথোরকপা চিত্রকারগী মিকোম্নবা চিত্রগুম, উপন্যাস অসিগী লামায়শিংদা মিকোম্ননা উবা ফংগনি।

লাইরিক্সি পওচাউ চাউবা নত্তে—লা মাৎ্যা মামদে, থগু নাইত্রা নাইদে, অপিকপগী পংথৈদা অঙ্কম মতাঙবনি। অঙ্কবু, মগুণদি খেংনা লৈ। মধ্যযুগগী মতাং অমগী বঙ্গভূমিগী মাজ, ধর্ম্ম, অর্থ সমাজগী শক্তম মিকোম্ননা থিল্লি ভাবুক্তী মিৎমাঙদা তক্ত তক্ত। শক্তমশিংতগী মঙাম্দা তাই, ফাওই নীংথিনা অপুম্বা ভারতকী মমি, ফাওই লোয়নবা জগৎকী অপুম্বা মীওইবা জাতিগীস্ত অঙ্কম।

পূম্নমক অসিনা নীংথিবা পটভূমি অমা ওইরগা শারৈ মশাম্ন কথা নীংথিবা খোর্জেগী ওন্না হৈ শিংকী তাঙনা খোবপীনি হাযবদা কান্দ্রকী কল্পনা। পোৎলম স্তনা খেনবা সনা কৈথেল অথমবনা নীংথিবগুম নীংথিরবা রস মরম স্থনা খেল্লবা রসগী কৈথেম্নক্তি অথনবা। উগনি চৈগোক্তা লাইরিম্মিগী মঙাম্দা ধর্মগী দমক্ক হিংবগুম হিংনরবা ভারতকী মীপূম বোঙায় কোঙায়না পর্বদিন অচৌবম্মা লাকপদা লাওংবা, অরা-অনা, লৈতে-লাইর, অকি-অথংনচিংবা অপৃকগী রাথল ভুংওইনৈ হায নাক্রৈ হায

মঙং'মা তম্না তৌ, ব্রাকচিংগী উন থরুং থরুংদা হিনা থঙদে খোঙনা থঙদে সাগর-সঙ্গম তম্না পাইথনবা ; অতম্নবা হুম্মিৎকী অকল্লবা পুংফমদ যেং উনগী করি নাচুংবা তৌরুদ লুপ্পা ঙম্বগথৈ লুপ্পবা ; অমুক অমরোমদনা, মমা ওইবী কনা কনাগুম্বীনা ধর্মগী মিংদা অহানবা পোকপা থাদক্কী মচা অঙাঙবু তমথিরবা মখূবাংনা স'গরদা বিসর্জ্জন তৌবা, অঙাঙনা অকিবা অথংবা মিকপকা লোয়ননা সমুদ্রগী ঈবোল চনশিবা; মতুং তাবনা, মখোয় মমাওইবীশিংনা চিংথাইথিবা মথম্মোয়দি থংদাই ত'ইশিনবা হোৌনদবনা পুঙমদবা চৈনা পুঙমদনা পুরিঙৈ খোল্লাংনা খোঙ্কৌরক মচাদি মথুৎনা লোইশিনথি মনম মুৎথৎলবনিনা মনমদি ফংদ, কপ্সি কদায় কপঙমদ ইকাইখাঙ, তুমিন তুমিন, তুম্বক তুম্বক মচি মচিদা তাতুনা লৈবা। ভাবুক শরুক য়ারুবনি ঙহাক যাত্রিক্কী ঈরাং, নীক্লবনি ঙহাক যাত্রিক্লা উন শ্রং-শ্রংদা সঙ্গমগী ঈয়ায়দা নীবপা উ, মতুংঙাইরবনি মঙং অমদা অতুম, অতুবু, থুকথি মথম্মোয় অঙাঙ্গী অথুকপা, অয়োয়বা মিকপ্পা, মম্বনা হানথি, মাঙ্খি জ্ঞান। লাকুম তৌথি জ্ঞান খিত্তং, অতুবু, মম্বনা হেনথি মমাওইবীশিংদু উরুবদা অমুক। অচুম চুমদ অক ফত্তগী বিচারদি ঐগুম্বা মায়াগী লাংদা মোহনা কোনবা মীওইনদি তৌরুবা ঙমদে, মখোয় মশাগী ধর্ম্মগী খৌইস্থিন্না মচা বিসর্জ্জন্দি তৌখোক্ল, চৈনাদি থাঙমদা, কপখোক্সি কদায় কপঙমদ ইকাইখাঙ, লোন্না হুংদা তেংথারিবা "ইমাইবুঙো" পাল্লি তশেং নাকোংদা। অথেংবা অব্রাবগী পাউদম্বা ইশৈনা ইশৈদা অয়োবিনি হায়বা কবিগী মপাউখোনগী অচুম্বা শক্তম ফাওই চপ চানা অতুম। "নাকোংনদি তা ফংদবা ইশৈ শক্তি মফম 'তুদা তৎপা লৈত' হায়বা বিশ্ব কবিগী মপাউ লাইরম্লেনগী পনগী ঙাক নত্তে, মীরম্লেনগী পনগীস্থনি।

লোইরে স্নানগী পর্ব, ওল্লে হিমায় হিরুপ পূম্বা, হুল্লে মীয়ু খোঙদোয় কাঙলূপ কাঙলূপ মখোয় মখোয়গী য়ুম মায়গৈ তম। নবকুমার, খঙলে খঙনা, খঙত্রে খঙদনা, পুনশি সেবানি, সেবাগীনি চৎপা মীওইপোক্নি। সুন্দরবন্দা মখোয় খোঙবুশিংগী শীং থিবা চৎখি। মহাক হল্লক্তি হৈ জোয়ার কারক্নে। "মহাক্তি লাক্তি, হিদি কাহৌদবা য়াদে, করম্মো লাউনরক্নে।" "খীল্লে, লাকনি ওইনমদ্রে" হায়রকই অমনা। "হোয়নে শাগী শা ভারিদো, শোক্তবদি ওইসনু, ঙাইথক্কবদা নামক্তি শোয়মোই মাঙজবা" তারকই মতোপ অমনা অমুক। চৎলসি অহুমঙায়রে," হোনখ্রে হি।

নবকুমার লাক্লে—মকোক্তা শী' কোকথোং। হি লৈরমদ্রে, পাখৎলি, শীং থাদৈ, চেল্লি কোয়চেল, জ্ঞন মঁাঙি, য়াম্ফক তাই, লৈঙোইপূংমদা ঙাক্তুনা ফম্বদগী বামন্দুনা তুমথখরে—অরাবা পোৎ লোইনা থারে ঙাইহাক্কীদি। সেবাধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংগীদি থোক্তলি হেক হেক অস্নম। মাঙবনু পঙমাঙ মাঙন্দে হিংঙি খঙদে করিনো'মনা অহুম। ভাবুক্কীনা কূপ্মেনি তঙকপা হুংঙাইবা। নবকুমার মবুক্তা চাক্তা য়াওদ্রে, বাবনগা য়াম্ফক তারে, তুম্বগী মিৎকপ থোকপা লৈখিদ্রে। অহুবু, তুম্বনু মবাবা, তুমহুনা ঙাক লৈবনু য়াদবনা তুমথৈ তুম্লগা মিৎকপ থোক্লক্নে—ঙকথি মহাক্না হিংলম্লিবা, শানা শোক্নমদ্রিবা। পোকথি তুংইল্লা মবুক্তা হিংনবা বাথল—মীগী থোঙ্গুম্নি মহান্না পাম্লিবা। অহুবু সুন্দরবন্নি মফম্না, নোংয়ায় চবুক্নি মতম্না—লৈতে আশা। মৈরি মচা'মদি আ তাম্না য়াম্না লাপ্না খিক্তং উবঙুম তৌই—উপুম্নি খঙদে, লম্মৈথানবিনি খঙদে। মীমক্না হৌবনিসু হায়বা ঙমদে, লাইনা তম্নবনিসু কিদবা ঙমদে। ঈরাক্নরবা মী কাওশীং অতাউবা ফায়, থাদে। নবকুমার চৎলি মৈরি তম। কৈ কিহুনা চেল্লগা থেংনরে শওম। মোংফম্নি, নমথি হানৈ, মীকোক মীক্ল য়াম্না তাই, শাশি ঙাশিগী মথী

মকুম্না থল্লি। কৈ মউল শেৎপা, জটা পুবা, মংগী উৎনা চন্দন থিনবা, মশাক্ত লোইনা তৈবা, লূ অকংবগী লীক শিবা তমথিবগ মশক্লক ওইবা মীয়ায় চল্লবা নীপা অমা অশিব'মগী মথক্তা কোম্না যম, লু অকংবদা ঈ থজদে, যু থঙদে অঙাঙব'মা হাপ, অতৈ থরদনা মীশা শদোং হাপ যজ্ঞগী মৈদা মমিৎ উইশিন্দুনা করি তৌরিবা মখুৎ লোম্নতুনা তুমিন্ন থিল্লি। ঐখোয় ভাবুকী অকিবা, অথুকপা, অঙকপা, হংগোইবা. তুক্কচবা মথলগী অয়োবা কূপ্মেনি হুংঙাইবা। তমথিবা মখূবাংনা বলিগী মীবু "করিগী লম হোল্ল, নরায়বক ফবনি নশাগী শদোং ইমাদা কৎকদোরিবর্গা" কোম্না হায়" উরীমা মশা পুন নাচুংদনা লাইথাং তোনগোন চিনাইবনা মঙক কম অশিবগী ঈগা শাগা লো মশাদা কোম্না ফম মশাগী ইষ্টদেবতা শ্মশান কালী পূজা তৌ অষ্ট সিদ্ধি তান লাইগী থাক্তা কানি থোরাংবা কাপালিক হকথেংনরে ভাবুক।

কাপালিক নবকুমারবু উবা—বলি নৈরে হয়াওই, মচীল থোকই "ভৈরবী প্রেরিতোহসি!" পুই মহাকপু খাঙপোকশঙ'মদা। অরৈবা ঢৈহে বাহৈ মফম তাকই, কৈ মউল পী"। "চাউ, তুম্মু, চথোকহু শা কৈগী করিমত্ত থল্লুহু" হায়রম্লগা অদুম থোকল্রে।

নোং ঙাম্লে! নবকুমার মবুক থিবা থোকই, কঁঙাওননা পঙচৎ চৎলি, লম্প্ৰৈক্কে, থেংনৈ সমুদ্র, ঙহাক ফম্লিদৈ হুগিৎ ফনা লৈথরে, শঙদা হল্লসি লম্বী থজদে। তাজাসিদা ফাওরকথি হুজা-ওইবী শঙশ্মা ঙক্লা ফজবী। চহী তমাগা তরুক্লা মক লাউ, ফজবা মতৌ নীংথিবা মওং পূম্নমক্লা হুনা তিন য়েংবদা-পেনবা-কৌবা-লৈতবী ফজবী-তরাগা-তরক-হায়বীত্রমক্কি। ফজ মাগী মহাকথং ফজবনা ফজরিবা, নীংথি মহাক লৈবনা নীংথিবনা নীংথিজরিবা চহী তরাগা তরক্ত তরকী ফজবা শাওং শাদা

নীংথিবা চেংলৌ শত্তম যুগনা ওং কদৌনি কায়বা কৌব' লৈতে ষোড়শী কোলোয়নবী উমা সনা চীংজরোইবীনা মিত্তা শংশ' থিহবগুর্বনি। হায়রিবসে নত্তে অতৈ কনা'মা, কপাল কুণ্ডলানি। মথোয় অনীমক চ্টক্কে, মৈয় মিচ্চানৈ "এঃ ফজগ্রেদা করিতো!" চিচ্চানে হক্লা অনীয়ক অডুম, মিৎফম হোংবা ওয়দে, থওদে, ভুংশিনবনা হানবা শকথন্তনবনা কোনবগুম্বা থোকপগুম তৌবরা! ফাওরকখি মথোয়'নীগী মঙান্দা নীংথিবা শক্কোল কয়া রসনা নৌরিক্করবা। অঙকপা ফিলমনি, অঙকপা চলচ্চিত্রনি।

কেগে মোইরাং লৈকোয়বুংনি; চীংখুবগী শঙ্গাখনি "ফজগ্রেদা ভুজাসে, ভুংশিগ্রেদা চেংলৌসে" মুল্লি থম্বা। কেল্লি থোইবী, অমুনবা মরোং মাঙশোক উথোক্কেন্দা। লেংডি ভাবনা লৈগী পরেং, হক্লি থম্বদা ভাবনা মথুৎ থোং।

গন্ধর্ব্ব নগরীনি। চন্দ্রকেতুগী কোম্বংনি। নিংথৌগী মচাইবেম্ম কাদম্বরীগী শঙ্গাংভুংদনি। চেহী সনা ফাংবন্দা উজ্জয়িনীগী যুবরাজ চন্দ্রাপীড়। কাদম্বরীগী মপল নিংথৌনা পেংবপী মহাশ্বেতানা মনাওদা যুবরাজগী পানা মথুৎ থোংনা লান্নবা থোদাই। মশানা হান্ন লান্নীং লান্নীং লৈরবনি। পন্দে, লাল্লি কাদম্বরী, লুকুন্ননি'ডুবু পুঙম্নদ মমায়থোং, ওাংলপন্ডনি ইকাইথাং। চন্দ্রাপীড়না মায়থোং যেংনা য়েং পানা লৌবদা মথুৎশানা মথুৎশা লোইনা পায়শিল্লুই। কাদম্বরী চুংখি খিত্তং মতু, নৌকখি খিত্তং মশা খুজেংগী খুজিশিং শিথখি খিত্তং পাম্বোন্নোম—শ্রিং শ্রাউ। তাবগুম তৌখি চন্দ্রাপীড় কৎলবনি যুবরাজ পানাসিগা ঐগী থরাম মঙা।

কুলপতি কণ্বগী তপোবন্নি। মচানুপী শকুন্তলা মথোয়নৌ অনীগা লৈ উশিং চাইরি। নিংথৌ দুষ্যন্ত উ মক্কমদা লোন্না য়েংডি। "ফজেদা, উকুনা যোম্মি কদৌনি চরাং-য়েৎপা থম্বান্নিদা" সোল্লি মথন মুক্কম মুক্কম। নবমালিকা উশিং চাইরুবদা তোংলন্দা থোইমুনা তান্নবি শকুন্তলা; মমিৎ

মমায়, মচীলময়া থংদে অমদা তোংগে লাক্লরি। শকুন্তলা মখুৎ হেক হেক ছাই খোই ঙাক মকোক মরু হুৎ হুৎ লৈ মমিৎ মমায় শেল, "করি খোইনোনে 'সিবো" খোঙকম লৈনা লৈনা মশা ফুক্লা ফুক্লা মনীং হুল থাঙলি। "খোই ওইজবন্নবদিকো—তয়াল-ঙথা মচীল অসে চুম্না ফংলমগনিদা, য়াইফৈদা নঙী নপোক্সে খোইরাবা" সোল্লি নিংথৌ।

ফম্বিরৈ ময়াম ঙহাক, লোই নিংথৌ ঈ-পাউ করাম, মপুংদি শকুন্তলাগীনি। শকুন্তলা অয়েংনবা ঙমজদে নিংথৌবু, য়েংদবস্থ ঙমদে, য়েংঙি লোম্না গিচ্চিনা হেক হেক হু। ঙাঙবস্থ ঙমজদে রা মচেৎমত্ত, খুল্লি নিংথৌগী রাদি চিথদে মচেৎমা ফাও।

কায়নরে ময়াম বন্দা শামু ঙাও। পনত্রা থংদে পন্দত্রা, পল্লি শকুন্তলাগী ফিনা তিংথংদা। ফিনাদদি খোইনা য়েংদে য়েংঙি নিংথৌদদি লোম্না লুরক লুরাক ফিনা লৌখোকপা সা।

খোঙদোইরি নিংথৌ হোঙথম মাকপ, যারি ময়াথংনা তাপসশিংগী মবুক। "কিস্থ নিংথৌ ঐ লাবএ" মবুরদি চৎনীংদে শকুন্তলা থাদোক্লম, থাঙ্গুম য়ানগুম উরি মবুক্কি য়েংনা য়েংনা শকুন্তলাগী লম্বী মুংশিৎ মমাঙ-থাবা দোলাইগী কত্রং ফিরালনা থাঙ্গুম মতোল ফর ফর হাইনা হাই।

সরস্বতী খোঙবান্নি। বিন্দু সরোবর মপান্দনি বৰ্দমগী আশ্রমদনি। লাক্লি প্রজাপতি মচা দেবহুতিগী বর য়েংবা। মহর্ষি বৰ্দম দেবহুতি উবদা খোয়দাই, "রাজন, কন্যারত্নি নচাইবেম্না, লাইবক ফবনি মাবু সহধর্ম্মিণী ওইজব ফংবদি" লোকই মোমোন নিংথৌগী মপাউদা হুঙাইবা। মহর্ষিগী মোমোন্নবা মায়থোংদা মুল্লি দেবহুতি, "লাইবক ফৈদা ঐসে"।

অরিয়েলনা ইশৈনা থেমগৎ পুরক্লি নিংথৌমচা ফৰ্দিনন্দ। ফজক্লেদা করিনো নীপাসে খোকথি মচীল থংহোদে মিরাঙা। "অসিবু ফজবা!

লৈ অহেনবা কোকথোং" মেৎলি তন নিংথৌ প্রস্পরো মচাস্থপীগী বাদা। "উজনীংদ্রে অতৈ'মা অমুক" খুম্মি মপাবুংদা মিরগুা। অমাবা, অমম্বা শিষ্বা ভাক পী কার্দিনগুদা প্রস্পয়ো। মিরাগুা য়াই শরুক অরাফম পূম্বা লোইন', চোন্নিম্নরি পোৎলুম লেংদা লমদা থোং, খঙদে—লৈতে, রাবা। ফম্মিম্নে "চৌবরদা ভহাক পোথামিম্নসি" মাযোম্নলা অনী। "নেচ্চরোই কদৌ অশেংবা ফিজি ফিনা নচাইবেম্মগী" শরীরি ফর্দিনগু প্রস্পরোগী মকমদা ক্ষিরু কৌথোকপিগ্রনি মিবগুা মপাবুংনা।

তাউরুই মঙদা, মঙলুই ভহাক মঙলোন মথং মথং—ঙুংভাইবা ভাক। য়াকৈথি, মঙফাওনরবথি থঙহোদনা থোঙলসনা সেঙনা ঈংনা ঙুংশিবা "লখী মাঙলবরা লংফৈ"? চীনগোই মপাউথোম্নি অসাই নবকুমারগা থেংনরবী ফজ'ভুগী। নোঙাক্ষেক মথোম্না কাম্নবগুম ইম্বুংগী মৌনব্রত কায়রে সমুদ্র মপালগী যাচঙ্গীদুম্ন থোক্সেন্দুনা অদুম। ··· ···

ভাওরুরে ভহাক—চেমুরে হঙ্গৎ যমুনা'গুম, ফৈরুরে তুখুল পাগলা নদীগুম, চম্নুরে লৈরোল কম্নগুম ইদোম ভুগিন ঙুভাই মঙলান মঙ। তারসি হৌজিজি তুথুগ্রূক।

অমাবস্যানি ঙুমিস্তো। ঙুমিৎ ফনা য়াম্না লৈথরবনি। মুৎকদোবা ভহাক মঙায়রবনি। কাপালিক নবকুমার লৌবা লাকই, লৈরমদহুদা নিংশা থীরপ তৌবরা থাংবোক লমযায়ফা মবুক লাঙপ যংগুম তৌই। ভহাকী মঙ্গুংদা মহাক (নবকুমার) অদুম লাক্লে, ইপঙদুম পঙনা চঙলক চঙলক্লা মমুম চৎনীংবগী রা হায়রৈ। কাপালিক ফুক হৌগৎলি, হায় "চৎম্ন চৎসি"। চৎলি অনী তুংথ মাঙথ, থেঙনৈ থাংবোক'মা। কপালকুণ্ডলা লোম্না নাম্ন চিম্না নবকুমারবু চেনথিনবা হায়। মহাক লৎকক তৌই। মতোল তাই কপালকুণ্ডলা "মথোয় কাপালিকি মী বলি তৌই খঙদ্রা,

চেহ্লোরো"। কাপালিক নাশোল ফংডি, চৈ মহাকপু, নবকুমারবুনা মথুং লাকুনা চিংডি। ছৎনবা হোৎনক্লই, চপ্তুনা অষ্টম পুরে, লেঙবা মাদে নবকুমার, থাদোক্লে হিংবগী আশা। য়ৌরে মং। পুল্লে বলিবু কাপালিক হায়রা থল্লবা উরী অকংবা অউহবনা চৈনা চৈনা, 'করি নিঙাই তৌই অপঙবা, মশাগী শদুয়া ইমাগী পূজা তৌনগদৌরিবনি, নয়াইবক ফপ্পবা। কৎলে তন্না মথৎদা বলিগী হৌনবি পূজা। থাঙদি লৈরমদ্রে ওহাক মশি। থি কোয়থি, ফংদে, চৎলি ময়ূম থাংবোক। তাল্লক্লিদা ফাওরক্লে কপাল-কুণ্ডলা—মথুক্তা বলিগী থাঙ। কক্লে নবকুমারপুল্লম্বা উরী, চেল্লে পুদুনা মাবু কালীমন্দির'মদা শিন্নরে পূজারীদা মানা হায়বা য়াবা, মচাক মশাবু য়ায়া লুনা হুংশিনা তৌবিবা। অসোমদনা, হৎক্লে কাপালিক মথুং লাঙ, উরে লৈত্রে বলি, তারে লোযনা ভাব। মথঙব্রা যেংগে মীচেল'নীগী লম্বী, কায় লৈঙোইপুং'মা। চাশিনম্মে উশিংমা মখোঙ, নীঙথায, ভৈম্বু, তেকই, মথুৎনীয়ক, রাষ্ট্রে—তাতুনা লৈ মতম ফনা কুইনা। শিবদি শিহৌদে, অদুবু আশা ভরসা লোইনা কায কাপালকুণ্ডলা মাঙনবা থল লৈবা তাথি কুইনা মতম।

মী জীবশক্তিনা মপুং ফাবসি মঙোন্দনি—মঙোন্দদানা হাংনৈ। শকই অদুনা বেদ "ওঁ পূর্ণমদঃ পূর্ণমিদং ·· ·· " "যোসাবসৌ পুরুষঃ সে হমহস্মি", "তত্ত্বমসি"। মাগী জ্ঞানা ফোঁাঙ ঈশ্বর; মাগী কর্মনা যৎচি লাহগী থূডম, কায হিরণ্যগর্ভগী ফাও। কৌহ অদুনা মীবু লাহগী ঙমথং। চস্তু অদুবু মশাগী পুনশি খোঙফমদদি মনীং। উদবা থূৎকম অমনা য়াৎপঙম তৌহ, যাৎলি মাগী খোঙফম। কাপালিক, কপালকুণ্ডলা, নবকুমার, লুৎফ উন্নেশা মপুং ওহবা চরিত্র মবিসিগী খোক্তগী ফফপ্পবা থুৎযেকশিংদা লেঙদবা পুনশি-তত্ত্ব-'সিগী কাযবা লৈতবা তরু তরুবা শকম তরং তরং নীংথিনা

অদুন তাই। ভাবুক্কী থম্মোয়দা হুংঙাইবনা ঈথক ঈপোমৈ। পঙ্গোক পোক্কবা, থম্মোয়গীদ ওইবা হুং-পাল অনী তুনা হুংঙাইবা মহুংঙাইনি।

কাপালিক কালীদর্শন অমসুং অষ্টসিদ্ধি ভান মীরুপ ল্যান লাইরুপ তিন মনীং তম্না হিং শানৈ য়ুনৈ হুনৈ মনীং তম্না হুংঙাইনা পানগে নীং অকিবা হৎগোইবা মীনা তৌঙমদবা তমথিবা থবক ঙাক্ত মপুনশি তংখাই হেন্না তৌতুনা লাক্লবনি, অদুবু কায়রে—তুরাই লাউরে। মতম থয়গীদ নত্তে, মপোকসিমগীনি, মথুৎ অনীমক তেক্লবনি, পূজা চথবা য়াম্রবনি। শাউই কপালকুণ্ডলাবু মানা লঙবদগী থোকপনি; শাউই মশাগী মরাংি—লাইগী ৱারক্তি। লেপ্পি মবুক্তা থি হন্দুনা মহাকপু বলিদদি কৎলমদবা য়াদে, কালীদা লম্খিবা কোকথোক্লমদবা য়াদে। লীরকই খোঙ্গূল, য়ৌরকই সপ্তগ্রাম। নাই থিবগা ষন থিবগা থেংনৈ। কাপালিক: লুৎফ উন্নেশাগা থেংনৈ। কপালকুণ্ডলাদি যাওদে, মাগী য়েন্নবা তমথিবা অনীনদি মশা মশাগী অপাম্বা খেন্নরবস্থ মহাক্কী মরমদি মপূং ফানা থম্নৈ-লেপ্পে।

লুৎফ উ.ন্নশা বঙ্গ চহুনি, ব্রাহ্মণীনি। পদ্মাবতী কৌই। নবকুমারনা লৌবমি। মপানা পাঠানশিংগী মথুক্তা তাদুনা জাৎ তাথিবদা চেন্নথিবনি। মরৈবাক্তা লৈবদা ইকাই-হুংশি কয়া নংলকপদগী মপানা দিল্লীদা হোংলবদা মহাক্মূ অদুম য়াওরে, তুংইন মুগল হুপীদ হুপীগুম অদুম চৎলে—ওইরে। যুগলদা ওংই, থুনমক লুপ্রাওই। মমুম পাম্রে। মশক মতৌ ফজবী মহৈ মশিং ঙক্লা হৈবী ওইবগা মপানা মঙাল ফবা উমরাহ'মা ওইবগা মংাক্তি মখোই লোনগী দিল্লী চহুরাশিংগী লৈত্তেং, সেলিমগী মথরায় মেহেরউন্নীশাগা পাই। উমরাহশিংগী ইথৌনি, থৱায়নি, পোখাফম্নি। নিংথৌরেন্না মেহের উন্নীশাবু লাপ্না বঙ্গদা থৈদোকপ্রবদা ঙাওরবা সেলিম মাবু কোনশিন্দুনা মথরায় হিংনবনি।

লুৎফ উন্নেশা কায়ে মেহেরউন্নেশাগী খুভম। অপাম্বগী চৈথৈ থনমদে কাউবনরা থওদে ব্রহ্মা। যানিংতি দিল্লীগী সিংহাসন নাপ্প। থিন্দুনা য়েংই সেলিমগী মবুক মেহের কাউদ্রিবরা। থওলে কাউদ্রি মহাক্কী মথম্মোয়গী থুপ্ত থুপ্পা কাজুম্মদা থুপ্পি লৈরি মেহেরগী প্রেম। তমগদৌরি সিংহাসন নাপ্পদি মাগী শরুক। থওনীংলে মেহেরগী মবুকসু। উডিষ্যাদা মবুং য়েংবা লাক হাইজিনথৈ থোওইনা বাঙ্গলাদা থেংনথি লমথাওদা নবকুমার-কপালকুন্দলা অনীগা লুৎফউন্নেশা।

থওলে মেহের উন্নেশাগী মবুক—কাউদ্রি সেলিম, কাউরোই থক। কায়ংরে তোইরে লোইবে লোইনা মশাগী আশা। থওলে কাম (অপাম্ব) চারিমথৈ পেল্লোই, ওকপা নাইরোই। হেক কল্পবতদা হিংগনি—চৈথৈ তাগনি। বঙ্গ চমুগী রাথল, খিদম, মিৎযেং পান্দম, পুনশিগী অর্থ মরো লম্বীদা নবকুমার ওক্লবদা মবুক্তা নৌহো ফাওথিবান। সপ্তগ্রামদা তুমিন নবকুমারদা হক্তিন্দুনা পাল্লগে নীংথিবানি। লোরে তুংইন বিদায সেলিংদগী, লাক্লে সপ্তগ্রাম। থোক্লে হেন্না মমায় খুনবগুম। মশকফাও উনিংবিরমদ্রে মহাকপু নবকুমার। নত্তে অত্তবু মহাক্তি তরাহবা মীশক, চঙ্গুরবদি হংবা য়াদে, তাক্লুরবদি ফংদবা য়াদে চৎপা মীতাডনি। নবকুমার কাংবা শ্বী যেংকই। কপালকুণ্ডলাগুম্বী ফজবী তুপী'মা কোক্লরিবা মীশক ফাবা রাগনি কিরু, হুগাইবা পামথি—চন্ধি কাপালিক্তা।

বর্গী পর্তুগীজবু হায়বনি। তরামওাম্নবা শতাব্দীদা মথোয়সি ঈশিং কোইবা, ঈশিংদা থোবা জাতিনি। ঈশিং মপাল তাবা লমদমশিংদগী নাই ফারগা পৃথিবীগী কৈথেলশিংদা হেক হেক থায়। ঈশিংদা খুদোংথীবা থোক্লবদি নাইফাশিংডু ঈশিংদা লংথৈ। ঈথত্তা করিদা থোক্লু থোক্লুবা তাক্ল তাক্লবা মফমদা কয়া থাদোক্লম্মি, কয়া চিথহোই—তম্বা ঙম্বা নত্তে। ঐথোয়গী

নায়িকা কপালকুণ্ডলাস্থ অদুম্বা নাইকানি। কাপালিকা খুনবনি, পূজাগী দমক য়োক্লকপনি।

কপালকুণ্ডলানা নবকুমার পুত্রনা চেনবসি কালী মন্দির অমদনি হায়প্রে। পূজারীদু মীয়ায় চল্লবনি। মহাকপু মচাদৌনা হুংশিনা তৌবা মীওইনি। মহাক্কা নবকুমার শিন্নরগা চৎকে তৌবদা পূজারীনা থাম্মি, হায়, "চৎপ্রদু অরেম্বদা নথল্লায় মাঙলুরনি, চৎরো চয়েং নবকুমারগা, কৎলগে, ঐ নঙবু মঙোম্দা নপা শক।

য়ানরে লোইনা। চৎলে মথংগী অয়ুক। ওক্লৈ লুৎফ উন্নেশাগা লম্বীদা, কপালকুণ্ডলাগী মশক নীংথিনা থম্মি উন্নেশা।

সপ্তগ্রাম য়ৌরে। কুলীন ইমুং ওইরবস্থ শিকুবদগী হল্লকপগুম হল্লকুবা অমত্ত পোকচবা মচানীপা ওইবগা পুরক্লিবী হুপীনস্থ ষোড়শী মাদবী মশক মতৌ য়ৌনা ফজবী অমা ওইবগা নবকুমারগী মমা ব্রাহ্মণী লুখ্রাড় মচীন মরৈ পুল্লোল অদুম লোপ্লে, মনিল কৌবা নাইদনা লৈনরে লোইনা ঈংনা অদুম। অদুমু ঈংনা পাম্মু, ঈংনা লোইউ তম্লকুবীনি কপালকুণ্ডলা।

কৌলীণ্য প্রথা বল্লাল সেন্না হোদোক্লম্বা ব্রাহ্মণগী লোঞ্চৎ'মনি। পথাপসিনা হুপী ওস্তা ওস্তা লুহোংথোকই। লুহোংদবা হুপী লৈবা মহাপাপ্নি। মসিগী খুদোং লৌদুনা কুলীন ব্রাহ্মণশিংনা পৈশা লৌ লৌদুনা লুহোংদুনা অশুম চৎখিদুনা শিকল ফাও থডনদে। হুপী নিপা মশক থডনদনা লুখ্রা ওইবা কোঙ্গায়নি। থডনবনা লুখ্রাদৌনা লৈবস্থ কোঙ্গায়নি। নবকুমার্কী মচল শ্যামাস্থ মপুরোইবা লৈনা লৈতবীনি। মপুরোয়রগী অকনবা ঈথৌনা মথম্মোয় থীনা কংলবী হুজানি। মনম্মা মৃণ্ময়ী (কপালকুণ্ডলা) বু মবুংনা লুনা চান্না হুংশিনা তৌবা উবদা থোইনা হেন্না কংশিনখি মথম্মোয়, কাখি অমুকা হেন্না ঈথৌ।

মতমসি মন্ত্র যন্ত্র হিদাক লাংথক য়াম্না থাজনৈ। শ্যামানা মপুরোয়বা ফানবা উমংদা হোৌবা হিদাক'মা য়াম্না পান্নমি। অহিংদা মপুরোযবা-নৈবী হকপান্নরিবী মুপীনা মশম থাদোক্ত্না সোর হোন্দনা হেকদবনি। শ্যামাগুম্বী ইমুংদ-কোইবী মুপীদদি হিদাক্মি হেকপা কৈ-মতু-চেনফোই থিগুম থোক্লবম্ব মৃণ্ময়ীগুম্বী প্রকৃতিগী তম্বাক্তা চাউবীদদি করিম্নু-লৈতবা থবক্লি, মচনগী দমক্লি তৌবিগে য়াখি। মহাক মশাগী মাঙনবা মথন শীঙ্গবগুম থোকখি।

অহিংদা হিদাক থিবা লাকখি মৃণ্ময়ী। মথোঙ থোংনা মমং থিবগুম থোকখি, থেংনখি নিপাগী ফিজোন্দা পদ্মাবতী (লুফৎ উন্নেশা), মহাক্তৌদি থম্মুং কৈকয়ী-লোওনবী।

থচলে, ফংলে হোৌজিক্লি কাপালিক কপালকুণ্ডলাগী লীখুল, শীল্লে মশাগী মবুক থুংনবা। নীপা-সাবী পদ্মাবতীনা অহিংদা কোথোক্ত্না মৃণ্ময়ীগা রা ঙাওনরিডৈদা কাপালিক্তা নবকুমার পুরক্ত্না উহল্লে। মুম্ন থাবা য়ামথৈ থাজিল্লে। মপুপানবী মুপীনা অমম্বা লম্বী চৎলবদি হাৎকম থোকই—বলি তৌথোক্লসি হায়থি। নবকুমারম্বু শাউবগা মুগা পান্নুনা য়ারে।

কপালকুণ্ডলা বলি তৌবা তারে, মোংফমদা পুরে। হোৌনবী পূজা হোৌরে, বলিগী স্নান মতম য়োৌরে। নবকুমার মৃণ্ময়ীবু স্নানগী তুরেন্দা পুথরে।

কপালকুণ্ডলা ওক্তবী শক বলিদা শিম্নু তমদে। তোর্বান য়োৌরকপা মতমদা নবকুমার নেশাম্নু থর হল্লকপগা অরোনবা নিপান্নু হংলবপদা পদ্মাবতীনি থম্মি। কাপালিক্তা পদ্মাবতীগা অনীনা ইতিংতিংবী তুররিংবী মম্বাল কৌবা মচেৎমত্ত পক্তবী মৃণ্ময়ী মশা মশাগী অনীং অনীংবা থুংনবা হাৎকে লৌতুনবনি হায়বম্নু উরে। নীঙম্নুদ লাল্লে, ঙাকউ,, চৎলসি থেম্নকই মৃণ্ময়ীবু।

মপুনশি লোইরো তম্নবীনি মৃণ্ময়ী। নবকুমার মহাক্ম ইল্লো লোয়নরো তম্নবনি। খঙহৌদনা নিঙথায়রক্লে তোর্বাল চাংজো পাক্করনা, থংম্বায় অনৌ অৱা-মুংঙাই, মুংশি-মুংঙোল পুম্নমক্তা ঈরোয়ননা চনখ্রে অতুম ঈরোল। কায়রে, ভুংইন, লুৎফ উন্নেশাগী আশা, থুংদ্রে কাপালিক্কী মবুক, মাঙলে মরু ফংনা মথোই মথোইগী হোৎনমল। মীশাম্ন-পোনি, খুথোক মতুং-ইন অতুম মচৎপনি সংসারগী লায়ৃমসিদা। খঙদে কনাম্ন শাম্নরিবা কনানা উদবা।

অসিনি সাহিত্য-সম্রাট বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী অমৃত-চেন্নবা খোর্জেজেগী যুগ-যুগান্ত-থিবিক্নকী-সাহিত্য-ওইমু-তম্নবা নীংথিবা কপালকুণ্ডলাগী ৱাৱী মপুং—রসকী অথনবা কৈথেল।

## কপালকুণ্ডলানুবাদ

লাইরিক অসিনা অহানবা মঙাল উবসি শক ১৮৭০ গী অতৱাইদনি।

অনুবাদ—লোল অমগী লাইরিক অতৈ লোল অমদা ওন্থ'কপদা খোর্জেজনা ফনা হৈজুনগু লোলওং খেন্নবনচিংবা লানঙমদবা মরম কয়ানা পন ওইবদগী লাইরিক মশাগী নীংথিজবা শরুক থরদং মাঙবা হায়বজুদি মশোয়জ্রবনি। হৈদ-হৈগ্রবা খৈার্জেজনা মথৱায় মঙা হাপ্পা হোৎনরবদা লাইরিক্কী শাগোম্নজরক্লবা ফজবগী শরুক চামগী মচুংদা হুমফুতরামঙাদগী হেন্না ফোঙবা ঙম্নদে হায়না অউবশিংনা পাউরোনরিবনি। অদুনা অনুবাদ-তা ফজবগী শরুক লোইনা ফংগনি হায়বা নীঁঙ্নীঁঙাই কৱিগু কৈতে।

শমনা 'শকুন্তলা' হায়না খঙনরবা মহাকবি কালিদাস গী 'অভিজ্ঞান-শকুন্তলম্' গী লোইরমদাইগী ভরতনা নোংশামচা শাম্নতুনা লৈবা, দুষ্মন্ত (দুষ্যন্ত) না অঙাংগী মথোনাদা মুনবদ নন্তনা মপা-ওইবা অমগী মচা-মুংশিবা মচুংশিনা

মহাক্কী থম্মোয়মতুংদা ঈপোয়মবকতৈ মহাক্কী (ভরত) মথোঙ শঙনীংবনা মবূক পুম্নাঙ লাঙলকপা, তাঙ্গা অদুদা কবিনা আশ্রমগী মুপী-ওইবী অমা পুশন্দুনা মহাক্কী (মুপী) মচান্দগী 'পস্য শকুন্তলাবণ্যম্' হায়বা ৱা'রোল অসি থোকহন্দুনা ভাবুক্কী পুক্কিং হুক্নিবা অসি অনুবাদদা করম্বা ঙৈ ঙৈজ্জনা থম্বা ঙমগনি। ঙাঙলক্লিবী মুপীনা নোংশা মচা থাদোকহনগদবা মহাক্কী (অঙাং) মবূক্কিং চিংনবা ৱাহৌ অমা উত্তুনা 'য়েংজো উচেক হংস ফজদর' হায়রিবনি। তারিবা অঙাংনা 'শকুন্ত' গা লাবণ্যম্-গী 'লা' অতুগদা মমাগী ৱাথল পোক্তুনা 'কদায় ইমাদে' হংলকদৌরিবনি। অদুগা দুষ্মন্ত-না অঙাংগী ৱাহংদুদগী মহাক্না থোরাংলবী শকুন্তলানা পোকপা মহাক্কী মচানি হায়বা খঙজগদৌরিবনি। ৱাচল অমত্তনা মীওং অহুমদা মরোল তঙ্গম থোক্লা শান্নরিবা কবিগী অঙকপা, ভাবুক্কী থম্মোয়না ফুংলা উদনিঙাই নৈত্রবা মশাম্ম অসি অনুবাদ-তা লৈক্নিঙাই লৈবরা। থোর্জিনা ফনা হৈদুনা করি তৌনিঙাই লৈ! শকুন্তলাগী ফজবা মাঙদনীঙাই লৈরিবরা!

অসিদি লুবু লুমনখ্রে। অচম্বদা অমুকতম্ম য়েংসি। বাঙলাগী লাইরিক অমা হন্দোকপা তারবদা মথোয়না বেভার তৌনা কৌবদা শীজিন্নরিবা 'মহাশয়', অদুগুম্মতনা হিন্দীনা শীজিন্নরিবা 'শ্রীমানজী' হন্দোন্নীঙাই করম্বা ৱাহৈ লৈ! 'মহাশয়' অমদি 'শ্রীমানজী' গী অতাবা মরোল্লা হন্দোকপা তারবদা মশীজিন্নবা ওইরিবা মরোলগা অতাবা য়েংদুনা ওক্করিখদুগা করিমত শাজিন্নবা য়ারোই হায়বা হিন্দী-বাঙলা শব্দখঙনবা ভাবুক্লা য়াদনীঙাই করি লৈ! বাঙলাদা শব্দখঙদবা অমদা ৱা অমা হংনিংলবদা 'মহাশয়' হায়না ৱাহৌই। 'মহাশয়' গী শাগোন্নবা মরোল্দি পুকচেল-চাউবা হায়বনি! মৈতৈলোন্দা ওইনরিবা ফিভম অসিদা মরোল অসি

শীজিন্নরবদা মৈতৈরোল ওইরিবরা ! মৈতৈগী ৱেভাৱদা শীজিন্নবা ইংঙো, ইবুংঙো, ঐজ্ঞানচিংবা পণ্ডে-নাইবা ৱাহৈশিংগী অমত্তনা লম-পুম্নমক-কোল্লবা মহাশয়গী মরোল পীবা ঙমদে হায়বা ভাবুক্লা থরদং থম্বদা থঙলোইদোনি ঙাই লৈতে ।

মওং অসিদা ভাবুক কনা কনাগুম্বনা মৈতৈলোন্না লোল ৱাত্তুনা তৌরিবরা থনবা য়াই। মদু নত্তে। মৈতৈ-সাহিত্যগী লোনম্ন মপুং ফারে হায়না থঙনরবা জগৎকী লোল অমত্তনা পোপ তানা হন্দোকপা ঙম্নি ঙাই লৈতে। অশেবনা হুংশি-অরোন-খোঙফম্নবা হুজা পাথং অনীগী মরমদা কাহেঞ্জিন্নবা ফোঙলম্লিবা 'লৈরাং লোঞ্জিন্নিম্নবা হৈরাং লোঞ্জাম্নিন্নবা, চরৈ ফিদোল কাংলবী' নচিংবা অথুপ্পবু লায়না লূনা ফোঙলবা ৱারেংশিং অসিমু মপুং-ফারবা কয়থা লোন্না মরোল ফোঙনা লূনা হন্দোকপা ঙম্নি ঙাই লৈ! অদুগুম ঐখোয়গী নোংম-নোংমগী খোঙকমদা মিঙোদা থাগোদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অসিম্ন লোল অতৈ অমনা মরোল তানা ফোঙবা ঙম্বা নত্তে, ঙম্ননি ঙাই লৈতে ।

থক্তা উৎলিবা মরম থরদং অসিমক্লা অনুবাদ-না কৈদোঙৈদত্ত মশা অদু য়োবা ঙমদে হায়বা অদুম মথঙননী ঙাই ওইরে ৱারোইশিনবদা কয়ি পম্নী ঙাই লৈ !

মরম অসিদগী অকবা অনুবাদ-তা চামদা য়াঙ্খেদগী হেন্না নীঙ্নী ঙাই লৈতে। অদুদি কোইরেংগী কপালকুণ্ডলানুবাদ করম্বা থাক্তা লৈ!

লাইরিক্কী মশা পুম্নমক য়েংঙ্দ্রবম্ন মতেক থরদং য়েংবদা হেক্ক থঙবা ঙমগনি।

কপালকুণ্ডলাগী প্রথম পরিচ্ছেদ, সাগর-সঙ্গমে-দা ৱাহৌরি—

"Floating straight obedient to the stream"

—*Comedy of Errors.*

প্রায় দুইশত পঞ্চাশ বৎসর পূর্ব্বে একদিন মাঘ মাসের রাত্রি শেষে একখানি যাত্রীর নৌকা গঙ্গাসাগর হইতে প্রত্যাগমন করিতেছিল। পর্ত্তুগিস ও অন্যান্য নাবিকদস্যুদিগের ভয়ে যাত্রীর নৌকা দলবদ্ধ হইয়া যাতায়াত করাই তৎকালের প্রথা ছিল; কিন্তু এই নৌকারোহীরা সঙ্গিহীন। তাহার কারণ এই যে, রাত্রিশেষে ঘোরতর কুজ্ঝটিকা দিগন্ত ব্যাপ্ত করিয়াছিল; নাবিকেরা দিঙ্‌নিরুপণ করিতে না পারিয়া বহর হইতে দূরে পড়িয়াছিল। এক্ষণে কোন দিকে কোথায় যাইতেছে, তাহার কিছুই নিশ্চয়তা ছিলনা। নৌকারোহিগণ অনেকে নিদ্রা যাইতেছিলেন। এক জন প্রাচীন এবং এক জন যুবাপুরুষ এই দুই জন মাত্র জাগ্রত অবস্থায় ছিলেন। প্রাচীন যুবকের সহিত কথোপকথন করিতেছিলেন। বারেক কথাবার্ত্তা স্থগিত করিয়া বৃদ্ধ নাবিকদিগকে জিজ্ঞাসা করিলেন, "মাঝি, আজ আর কতদূর যেতে পারবি?" মাঝি কিছু ইতস্ততঃ করিয়া বলিল; "বলিতে পারিলাম না।"

অনুবাদ তৌরি—

"চহি চনি য়াংথৈরুমগী সমাংদা নোংমগী ঙমিত্তা অহিং মগৈ ওইরক্লবদা মী তোংদুনা চৎপা হী অমা গঙ্গাসমদ্রুদগী হল্লকলমই। পর্ত্তুগিস্ অমসুং অতোপ অতোপ্পা হীরোই ডাকুশিংবু কিবনা মী তোংদুনা চৎপা হীনা শঙ্গু ওইনা চৎথোক চৎশিল তৌবসি মতম অদুগী চৎনবী পথাপ ওইমা তৌরমই; তৌইগুমসুং হী অসিদা চৎলিবা মীশিং অসি মরুপ মপাং কাইনরমলে। মদুগী মরমদি অসিনি, অহিং মবৈ ওইরকপদা অকীবগী

মশক ওইনা লৈচিন্না মাইকৈ শিনবা থুংনা কুপশিল্লমই। হীরোইশিংনা মাইকৈ লেপ্পা ভমগ্রহুনা হীগী শঙ্গ্দগী লাপনা তারমই। হৌজিক্কি কয়বা মাইকৈদা কদাইদা চৎলি হায়বা করিমত্তা অরেপ্পা লৈরমদ্রে। হীদা তোংলিবাশিং অহুগী মরক্তা অয়াম্বনা তুমলমই। হন্নবা অমগা নহা পাথং অমতগা হৌগৎপগী ফাওমদা লৈরমই। হন্নবা অহুনা পাথং অহুগা রারি রাতাই শারমই। রারি শাবা অহু ঙাইহাক্তং লেপ্রগা হন্নবা অহুনা হীবোইশিং অহুদা হংখি, "হীহোনবা, ঙসি কয়া থাপনা চৎপা ভমগদগে?" হীহোনবা অহুনা থরা চিংনা খুমখি, "হায়বা ভমদ্রে।"

মশাগা হন্দোকইবসিগা অমুক্তং চুনহুনা য়েংসি। মতেক অসিমদা তৌরিবা অনুবাদগী মওং খরদং ভাবুক্লা থঙবা য়াই।

অহানবা পরেং—

'মাঘ মাসের' গী অনুবাদ য়াওদে। কনাগুম্বা ভাবুক্লা অসিমা চিথরম্বনা করিনু কায়বা লৈতে হেক্ত রারোইশিনম্বা য়াই। চুম্মি. ঈথক্তা পাম্বা ভাবুকীদদি থোইনা কায়রোই। লৈত্তানা পাৎগীদদি খরদং কায়। করিনা! 'মাঘমাস' গা 'গঙ্গাসাগর' গনা সমুদ্রলমগী শূক্লা মমা তুজুংনা নীংথিরবা মতমগী শকফম অমা উত্তনা ভাবুক্তা পীবা য়াহুংঙাই অদৃ ককই।

'যাত্রীয় নৌকা'বু কোইনা 'মী তোংহুনা চৎপা হী' হায়কন্দ্রবত্ত মৈতৈরোনগী 'মী তোংবা, মীপুবা' হায়বা চৎনবি রাহৈ লৈবনা 'মীতোংবা হি' হায়না হন্দোক্লম্বনা মৈতৈরোনগী ফিভম তাগনি অমদি ফজনা থোকনি হায়রুবদা ভাবুক্লা থোইনা য়াদমীঙাই লৈগদরা!

'গঙ্গাসাগর'বু গঙ্গাসমুদ্র হায়না অনুবাদ তৌরিবসি ভারতকী লম্শিৎ-তুম্শিৎ থঙবা ভাবুকীনা নাতোমলাকচি কাঙলনীঙাই অদুগা থঙদবশিংদনা

লম্বী পুম্মুং মুৎনবিঁডাই থোকই হায়বদা পঙলান লান্নুবিঁডাই লৈতে। করিনা! মসি তৌর্থ অমগী মমিংনি; অদুনা লম্নাই-তাবা (ব্যক্তিবাচক) মিংথেই (সংজ্ঞা) নি। লম্নাই-তাবা মিংথেইবু অহুবাদ তৌরবদা করি ওইবা হোনৈ!

অনৌস্নবা পরেং—

'নাবিক দস্যু' বু 'হীরোই ডাকু' হায়না হন্দোকপশিনা মশাগা মন্দোকপাগা অনী মরোল থরদং থেন্নরা তাই। করিনা! মৈতৈরোন্দা লৈরিবা হীরোই হায়বা রাহে অসিগী মরোন্দা লৈবাকী থাক্তা হহবা রাথল অমা কোয়ে। অমরোমদনা 'নাবিকদস্যু' দদি অদু লৈতে। লৈবাকী অরাংবা থাক্তা লৈবা হোকিন্স, রেলে, ড্রেক, কুক-নচিংবা পুম্নমক 'নাবিক দস্যু' ডাকুনি হায়বা ইউরোপকী ইতিহাস শকথঙনবা কনা থঙোইদোবা লৈ। অদুনা 'হীরোই' হায়দনা সংস্কৃত-নচিংবদা জলদস্যু শীজিন্নবগুম্না, পান্দা 'নাবিক' কী হীরোইনা চান্নবগুম উরবস্থ মরোন্দদি থেন্নবনিনা, ঈশিংডাকু হায়বনা হেন্না নীংথিবা অহুবাদ ওইগনি হায়রুবদা পঙহেল হেজিনবা থোক্নীঁডাই করিগুম্ব লৈগদবা!

'দলবদ্ধ' শব্দ হায়না হন্দোকপগী মহুত্তা হিগী শব্দবু মৈতৈনা 'হিরুপ' হায়না শীজিন্ননবনা 'হিরুপ থদনা ফৈ থন্দনীঁডাই লৈতে। শব্দ হায়বা রাহে অসিমক 'মী' গীদন্ত 'হি' গীদন্ত মশীজিন্নবা উরবন্ত শা-উচেক-কী মপেদনা হেন্না শীজিন্নবগুম তোই। 'মী' দা 'হি' দা শীজিন্নবসি শা-উচেক-কী মপেগা পান্দম্নবগুবদা শীজিন্ননবগুম তোই হায়বা থরদং থন্থবদা থঙদনীঁডাই লৈতে থন্দবা ডমদে।

'তৎকালের প্রথা' গী 'মতম অদুগী চৎনবী পথাপ' হায়না হন্দিবসিদন্ত 'পথাপ' লোথোকপনা হেন্না ফৈ। করিনা! 'পথাপ' হায়বসিদা 'তৌদবা য়াদবা চৈরাক' অমগী মরোল লৈ। থকী হায়রিবা মরোল অসিদদি হোনবি,

তৌনবি গী ময়োল্দনি হায়বা অচুম মথঙনবা পোৎনি হায়বা ভাবুক্সা থঙলোইদৌনীংঙাই করিগু লৈতে।

' ·…নৌকারোহীরা সঙ্গিহীন' অসিগী হল্দোক্লিবা ময়োল অসিদা 'মরুপ মপাং কাইনরমলে গী মহুত্তা খোঙবু মাওরমদে' থম্লবদি অহুমস্থবা পরেং 'তাহার কারণ এই যে…· বহর হইতে দূরে পড়িয়াছিল' অসিগা চুনরমগনি হাযবদা খোইনা লান্নিংঙাই উদে। করিনা। ……'খোঙবু মাওরমদে। "মরমদি……হিরুপ কাংনহোৌরবনি হায়বগুম্বা অমা লাকপনা লাইরিক মশাগীদগু অদুগা মৈতৈরোল্দগু অনীমক্তা ওইশিন্নিংঙাই ওইনা উনদনীঙাই করি লৈ!

অহুমস্থবা পরেং—

'ঘোরতব'—ঘোর ভয়ঙ্করগু ওম্মি অদুগা অন্ধকারগু ওম্মি। অদুনা তর প্রত্যয় তৌরগা 'অত্যন্ত ভয়ঙ্কর' নত্রগা গাঢ অন্ধকাব' হায়না থঙনৈ। কুজ্ঝটিকা ( লৈচিল ) গী মরম ওইবনা অকোনবগী সূক্ষ্ম মথগী অর্থ লৌবনা হেন্না ফৈ নীংদবা ওমদ।

'দূরে পড়িয়াছিল' লাপ্পা তাহমই গী মহুত্তা তাহৌবনি অমদি তাহৌরবনি-না হেন্না মৈতৈরোল ওইনা উই হায়বা ভাবুক্সা মাগনি নীংদবা ওমদে।

মরিস্থবা পরেং—

'নৌকারোহিগণ অনেকেই নিদ্রা যাইতেছিলেন' অসিগীদা হায়রিবা 'হিদা তোংলিবশিং অদুগী মরক্তা অনাম্বনা তুমলমই' গী মহুত্তা 'হি তোংলিবা অয়াম্বনা তুম্নরম্মি' না হেন্না মৈতৈরোল তাগনি হায়রুবদা পঙশোম্ন শোয়রগদ্রা। ভাবুক্কী মিৎয়েংদা মরেরে।

মঙাস্থবা পরেং—

'প্রাচীন' গী অর্থ 'হন্নব' না করি কায়ল্লবশু খরা অরূব রাহৈ 'অহল' না লাইরিক মশাগী পুরিবা রাচলগা চুনগনি। করিনা। 'হন্নব' গী অরূবা মহুৎ 'অহল' নি হায়বা ভাবুক্লা য়াদনী ঙাই লৈতে।

'জাগ্রত অবস্থায়'বু 'হোগৎপগী ফিভমদা' হাযদুনা ওনবদা থকী থংনবা পরেং অসিনশু হিতোংবা পূম্নমক লোইনা তুম্বদবগী মরোল অমা তাকখিবা, অমঃরামদনা 'জ'না বর্ত্তমানদা শীজিন্নবশু লৈবনা 'হোগৎপ' গী মরোল নত্তে, মিশেল-খাঙবনি হাযবা তাকই, অদুনা 'মিশেল খাঙবা নাতা ওইনা' হাযবনা চুনগনি হাযক্লবদা লাল্লনি ঙাই থোহদোকপা লৈতে হায়বা ভাবুক্লা অদুম মথঙনগনি।

তরুকস্থবা পরেং—

'মাঝি, আজ আর কতদূর যেতে পারবি?' অসিগী অমুবাদ-দা মথক্কী 'নাবিকদিগকে' অসি যেংদুনা অমদি মযামদা চাউহং হংবনা নকপা মওং ওহবনা 'মাঝি' গী অমুবাদ 'হিহোনবশা' না ফৈ। তদুগা 'আজ .. পারবি' গী হন্দোক্লিবা 'ঙসি কয়া থাপ্লা চৎপা ঙমগদগে' গী মফমদা 'ঙসি কদায় যৌবা ঙমগনি' না হেন্না মৈতৈরোল তাগনি। অসিমক্কদশু 'আর' অসিগী অমুক যেংদুনা 'যৌবা' দা 'শিন' হাপচিন্দুনা 'য়োশিনবা' শীজিন্নবমা হেন্না ফৈ। মসিদা ভাবুক কনা য়ারোইদোবা লৈ?

তরেৎস্থবা পরেং—

'ইতস্ততঃ করিয়া' গীনা 'নীংজিং-মাঙজিংননা' না চুনগনি অদুগা 'বলিতে পারিলাম না' গীনা হীরোইশিংনা থুম্বদা বেভারগী রাচল খোর্জেনা থনমল্লবশু, খোস্থোক্কা বেভার খরদং উৎলমফমদি থোকপনা

স্থকক্লনা 'হায়বা ঙমদ্রে' থংলোই লোইথোকপগী মফমদা 'হায়জবা ঙমদবা তারে-না হেন্না নীংথিবা য়াই থন্দবা ঙমদে হায়বা ভাবুক অতৈনস্ত য়াননিঁঙাই ওই।

থক্কী ময়ময়শিং অসিনা ময়ম্নহুনা তৌরিবা অনুবাদ অসি পঙকুপ কুপশিন্দে, তাউরপ চৎলি হায়বা থঙননীঁঙাই ওইবনা 'কপালকুণ্ডলানুবাদ' অনুবাদগী অবাংবা থাক্তা চনবদা বারপ থোক্কনি য়ারোইশিনবদা পঙহেল হেক্তিনবা থোকলুনীঁঙাই নৈগনি হায়বা ভাবুক অতৈনা থল্লূয়ীংঙাই করি নৈ!

---